*Mamı Shamluklaba Lambı*, a collection of twentythree short stones by Haobam Prıyokumar, published byAnuradha Publications, Kangabam Leıkaı, Imphal - 795 001, Manıpur for the Writers' Forum, Imphal



অফোঙবা : অনুবাধা পব্লিকেশন্স, কাঙবম লৈকায় ইম্ফাল, ৭৯৫ ০০১,
মণিপুবগী ওইনা বাইটর্স ফোবম, ইম্ফালগীদমক ফোঙবা।

অহানবা ফোঙবা : ২০১২
মখূম দিজাইন : ডা খোইম্নাম বঞ্জিৎ
মমল : লুপা ১৫০



**লাইরিক ফংফম :**
মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, পাউনা বাজাব, ইম্ফাল
বাজেশ বুক ষ্টোব, গভর্নব বোদ, ইম্ফাল

**ISBN : 978-81-89101-49-7**

য়াইবিবেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন), উবিপোক খ্বাই ব্রহ্মপুব, বীব তিকেন্দ্রজিৎ ফ্লাইওভব মনাক, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১, মণিপুবদা টাইপসেট তৌদুনা নম্বা।

# ৱাহৈ অমনীদং

কুনমাথোইগুবা চহীচাগী অঙনবা অয়ুক অসিদা গ্লোবেলাইজেশনগী অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎনা কাওবু অমবু হবাওহল্লি কাওবু অমবুনা পাখৎহল্লি। অথনীতিগী লমদতা নত্তে, লোন সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদসুনি। মসিনা, হীবম অতৈগী ৱাফম থমগ্নগা, অপিকপা লোন কয়াবু নুংশা থীহল্লি, পাউজেল্লি—খুদোংথীনীংঙাই ওইববনি নখোয়। অসুম্না খুদোংথীনীংঙাই লোয়্নি হায়না কিহল্লবা লোনশিংগী মনুংদা মণিপুরী লোনসু অমনি। মাইবীগী লাইফাও নত্তে, ওইবক্লিবা ফিভমগী মওং-মতৌ য়েংলগা হায়বনি হায়না ইউনেস্কোনা হায়। ৱাফম অসি থাজবা ঙমদ্রবসু ঐখোয়গী মাঙদা তমথীববা ৱাহং অমা ওইনদি চোংথোবক্লি। তৌবগীদি ৱাহং অসিগী মতীক চাবা পাউখুমদি ঐখোয়দা লৈতবা নত্তে। মসিগীদমক্তা, ঐখোয় খু-খুবাই শেয়বা তাই, লোন অসি ঙাঙবা মীগী মশীং হেঙ্গৎহনবা তাই, লোন অসিদা লাইবিক-লাইশু তম্বগী মশীং হঙ্গদনবা তৌবা তাই, লোন অসি চর্চা হেয়্না তৌবা তাই, লোন অসিদা মতীং লৈবা সাহিত্যগী পোথোক কয়া লেপ্পা লৈতনা পুথোকপা তাই।

লাইবক ফবদি লোন অসিবু নৈনবা অমদি লোন অসিদা সাহিত্যগী পোথোক পুথোকপদি লেপ্তুনা চথবি। মসি অফবা খুদম অমনি হাযবা তাই মণিপুরী লোন কৈদৌনুংদসু খুদোংথীবোই, কৈদৌনুংদসু মুৎখিবোই হায়বগী। মসিগীদমক লোন অসিবু অমদি লোন অসিগী সাহিত্যবু থৱায় য়াওনা চর্চা তৌবিবা অমসুং লোন অসিদা সাহিত্যগী অনৌ-অনৌবা পোথোক কয়া পুথোকিলবশিং থোইদোক্না শীংথানীংঙাইনি। অবিবা অইবা কয়ানা মাইকৈ অসোমদা অবেপ্পা লৈতনা হোৎনবতা নত্তনা অনৌবা অইবা কযাসু চোংথোবক্তুনা অনৌবা আশাগী মঙাল পীরবি। অসিগুম্না, অনৌবা আশাগী মঙালগা লোযননা চোংথোবক্লিবা অইবা কয়াগী মনুংদা হাওবম প্রিয়োকুমাবসু অমনি। অইবা অসি নহামক্লি হায়বদি য়াদ্রি, চহী হাইফেৎ ৱায়শিল্লক্লে। অদুবু থেঙলবসু থেঙনা থৱায যাওনা চোংথোবক্লিবসিনি থোইদোক্না থাগৎনীংঙাই ওইবিবদি। পৃথিবীদা য়াহৌ থেঙবা অইবা কয়ানা শীংথানীংঙাই ওইবা সাহিত্যগী খুদোল কয়া তমখিবগী খুদম কয়া লৈপ্লে। অদুনা মসিদা য়াহৌ ঙনবা থেঙবগী ৱাফম থোইনা লৈতে। মক্ন ওইবিবদি খোর্জে পাযবগী মগুণ অমদি থৱায় য়াওনা হোৎনবা অদুনি।

*হাওবম প্রিয়োকুমারগী অহানবা খুদোল মমি শান্নক্লবা লম্বী* কৌবা রাবীমচাগী লাইবিক অসি অইবগী থরায় য়াওবা অমদি খোর্জে পায়বা হৈবগী অপূনবা পোথোক্লি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। লাইবিক অসিদা য়াওবিবা রাবীমচা কুনহুমদোই অসি অয়াম্বদি পাবদা নুংঙাইবা অমদি রাখল পোকহনবা ঙম্বা ঙাক্তনি। রাবীমচাশিংসে হৌজিক সমাজদা থোক্লিবা থৌদোক-রাথোক অমদি থেংনবিবা সমস্যাশিংদা যুম্ফম ওইবা ঙাক্তনি, অদুনা য়াম্না বিয়েলিষ্টিক ওই।

খুদম ওইনা লাইবিক অসিগী অহানবা রাবীমচা 'হা' অসি হৌজিক হৌজিক জং জং লাউনা থেংনবিবা সমস্যা অমদি থৌদোক-রাথোক্লি হায়বা তাই। মচানা পাখংমচা হাইফেৎ ফাবকপদা মমা-মপা মাথা শাই, মচানা মমল তাঙলবা বাইক লৈবিয়ু হায়না ঙংবদা মমা-মপা খাঙবা ঙমদে, পূবনি খঙদে হনবনি খঙদে লৈদবা ঙমদে, চহী শুদ্রিবা মচাগী ড্রাইভিং লাইসেন্সসু শেন পীজবগা লৌই। মসিগী মহৈদি লম্বী লমখাংদা গাড়ি থেংগাইনবা। অসুম থোকউ হায়বনবা ড্রাইভিং লাইসেন্স ইসু তৌখিবা ওফিসার অদুগী গাড়িদা থেংজিল্লুই। ওফিসার অদু মৈ হৌনা শাউই। অদুবু লাইসেন্স চেক তৌবদদি মহাক মশানা সোই তৌদুনা পীখিবা লাইসেন্স অদু উবদা খংপ্রেক খংই, ভাব খংতা তাই মহাক্লা শেন চাদুনা লাইসেন্স ইসু তৌখিবগী মবাল অদু খঙবা ঙম্মী।

মণিপুরগী হৌজিক য়াম্না মক্ক ওইবা সমস্যা অমনা মৈগী সমস্যানি। নোংমদা পুং অনী-হুমতং মৈ ফংবা লৈবাক অসিবু কদায়দা লৈবিবা। পুং অনীহুমতং অদুসু নোংদম নাইদে, ঙাইহাক লাক্লম্লগা পুৎ মুৎখি, অমুক লাক্লম্লগা অমুক মুৎখি। নুমিদাং চাক চাবদা ফনা হাউনা ঙা থোংলবসু খোয়দৌ শাউগৎলক্তুনা চাক-ইনশাং লংখাইবা য়াওনদবা নত্তে। 'সনা লৈবাক্কী মৈ' হায়বা রাবীমচাসিদা অইবনা সমস্যা অসি ফজনা পুখৎতুনা উৎলি।

মৈখক্তগী রা নত্তে সনা লৈবাক্কী অরাবসি, তাইবং মীগী পুন্সিনি হাযর্নবিবা ঈশিংগী সমস্যা অসিসু মক্ক ওইবা অমনি। তোতিদা ঈশিং লাক্তে, অদুনা মানা মানা থোকপা ঈশিং ফংননবা পাইপতা হুৎতোক্তুনা ঈশিং তাবক্লবা লাক্লে, অবানবসি কনানসু খিংবা ঙমদে, তোতি মচীন ফ্রিদা থাদোকই, কনাসু কোঞ্জিন পানদে। অদুনা মবম ওইদুনা তাবক্লিবা ঈশিং অদুদি নালাগী অমোৎপা থকপা য়াদবা ঈশিং য়ানবনি। লমদম অসিগী অচুম্বা পাম্বা, হকশেলগী মবমদা ফনা খঙ-হৈবসু উপায় লৈতে, অদুগুম্না ঈশিং অদু উনা-উনা খঙনা-খঙনা থকচিল্লি।

'মমি শান্নক্লবা লম্বী' হায়বা রাবীমচাসিদা অইবনা মৈতৈ শিল্পীশিং অমদি ময়াং শিল্পীশিংগী মবক্তা থৌশূ খেন্নবদো উৎলি। মৈতৈ শিল্পীশিংদি কবিগুম্বা থবক অমত্তা লোইশিন্নবা তৌবগেনা হায়বা রাখলগা লোয়ননা শূদে, হোবেন শূগে হয়েং শূগে

হায়দুনা লেলা-বেলা তৌদুনা লৈ। অদুগা ময়াং শিল্পীদি থবক অমবু পায়বর্বদি অয়ুক-নুংথিল-নুমিদাং খাক্তনা থবক শূদুনা লোইশিন্নবা তোংনৈ। অদুনা মী অয়াম্বনা ময়াং শিল্পীদা থবক শূহন্নীংই। মসিগী মহৈদি মৈতৈ শিল্পীগী মমি শাল্লকপনি।

হাওবম প্রিয়োকুমার, শম্ভু হায়ববদা, সমাজগী সমস্যাশিং অসি কূপ্না য়েংবা ঙম্বা অইবনি। রাবী লীবসু হৈ। থোইদোকপা লৈশি-লৈথোন পংয়াও যাওদনা অপাববু নুংঙাইহল্লি। রাবীদা রাকোই শূবা য়াওদে। মসিনি মাগী খূৎইগী থোইদোকপা।

অইবা অমা ওইনা প্রিয়োকুমারবনা মণিপুরগী মকশিল্লরুবা শক্তম উবদা নুংঙাইজদে, নুংঙাইজদবসি মাগী রাবীমচাশিং অসিদা থম্মোয় শোক্লা ফোঙদোক্লি। অইবা অসিগী খূদোল কয়া মখা চত্থবকখিগনি হায়না আশা তৌবি।

মে ২০১২ নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

# অইবগী ৱারোল

হৌজিক ওইবিবা মণিপুরবগী মশক-মতৌ অসিনা ৱাবীমচা খবসি ইনবগী থৌনা লাকখিবনি। মসিবু ৱাবীমচাগী লাইবিক অমা ওইনা পুথোকপা য়াবগদবা খন্না খন্না চহী মঙা হেন্না হৌজিনখি। ঙসিদি নীংজীং-মাংজীং, নীংজীং-মাংজীং মীযামগী মাঙদা থমজবে।

লাইবিক অসিবু পুথোক্লবগীদমক মদ্দপ অমনা য়াম্লবা শেলগী মতেঙ পাংবীবকখি। মদ্দপকী মফমদা পুক্নিংগী ওইবা লমন তোনশিঞ্জবে। লোয়ননা লাইবিকসিদা যাওবিবা বাংলাগী লোন্দা-পুদাবু য়েংশিনবীখিবা ওঝা এন কুঞ্জমোহনগী মফমদসু লমন তোনশিঞ্জবে। অতেনবা মতমদা লাইবিক অসিবু পুথোকপা ঙমহনবীবগীদমক য়াইবিবেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন) গী ইচীন-ইনাওশিংবু থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

হাওবম প্রিয়োকুমার

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা কুমজা ১৯৮৮ দগী লূপ অমা ওইনা চোংথোবক্তুনা ঙসি ফাওবা লেপতনা খোবীবোলগী অমদি ইশাগী লোল, নাংকীদমক পায়খৎপা য়াবা থবক কয়া তৌদুনা লাকলি। মসি পূমনমক অসি লূপ অসিগী লূপমীশিং অমদি খোবীবোলবু নুংশিবিবা পূকচেল চাউববশিংগী মমল য়ামলবা মতেংননি। মতম অমদা ইবদি ইবগা ফোঙদোকপদি ঙমদদুনা অৱাবা কয়া মায়োকনবমবশিং অদু লূপ অসিনা ফনা য়ামনদি তোকহল্লে হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোকলবোই। মবম অসিদগী অইবশিং পুনশীল্লগা লাইবিক মথং মথং পুথোকপগী থবক অসি ঙসিসু অসুম লেপতনা চৎথবা তাবি। হৌজীক তবেৎশুবা তাংকক চৎথবিবা অসিসু কুমজা ২০১৩ দা লোইবগদবনিনা অনৌবা অমমুক হৌদোক্তবা য়াদবগী তঙায়ফদবসু লাকলে। হাযবিবা লাইবিক ফোঙবগী নিপানশুবা তাংকক অসিদসু অইবা অইবীশিংনা হায়গুম শৱাক য়াবিদুনা মায় পাকলবা তাংকক অমা ওইহনবিগনি হায়না নীংজৈ।

লাইবিক ফোঙবগী থবক অসি মশাগা লূপমিশিংদগী হেন্দোক্তুনা মতীং লৈবা খূৎই অতৈসু ফোঙনবগী পান্দমসু লূপ অসিনা থমজবি।

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী *সাহিত্যগী পাউ* মীয়াম হূপনা পাহনজনীংই। চেফোঙ অসি লাচন মখল অমনি। হৌখিবা থা অহুমগী মনুংদা থোকখিবা ইবমদম অমদি মপানগী ওইবা খোবীবোল, নাৎনচিংবগা মবী লৈনবা থবক থৌবমশিংগী অকূপ্পা মবোল চেফোঙ অসিদগী ফংবিগনি। চাংয়েং মায়োকনবিবা মহৈরোয়শিংগী ওইনসু থোইদোকনা কান্নববা চেফোঙনি।

হন্দক পুথোকচবিবা তবেৎশুবা তাংকক্কী লূপমী ওইবিবিবা হাওবম প্রিয়োকুমাবনা, ইবা *মমি শান্নবা লম্বী* কৌবা ৱাবীমচাগী লাইবিক অসিনা ফোরম অসিগী ১২৮ শুবা লাইবিকনি। লাইবিক অসিবু অপাবশিংগী খূৎতা মহাও লৌবিনবগীদমক্তা শিন্নজবি।

বি এস রাজকুমার
সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
৪ জুন ২০১২

# য়াওরিবা ৱারীমচাশিং


| | |
|---|---|
| হ্য! | ১ |
| মতেফমদা তেবা, মহনফমদা হনবা | ৬ |
| লোক্কিং সিষ্টেম | ৯ |
| নো দ্যু সর্টিফিকেট | ১১ |
| মমুন ফাবকপা | ১৫ |
| জ্ঞান মপী | ২০ |
| প্রমোশন | ২৬ |
| সনা লৈবাক্কী মৈ | ৩১ |
| মতম ঙাইবা হায়বদুনি | ৩৬ |
| মণি মমৌ | ৪৩ |
| চৎনবীগী ৱাংমনা | ৪৮ |
| থম্মোযনুংগী মফজা | ৫৪ |
| মীনোক্তো | ৫৯ |
| লোৎতুনা লৈবম্মী | ৬৬ |
| মিনুংশি | ৭০ |
| কংলৈ ইনাৎ ফিল্মসকী ‘কথোকপা’ | ৭৪ |
| মঙ-লাই | ৮১ |
| কবিনো হৌজিক ঐখোয়না তৌগদৌবিসিবু? | ৯৮ |
| অওনবা | ১০৪ |
| বাইট ওফ বে | ১০৬ |
| অচূম্বা লম্বী | ১১১ |
| মঙাল | ১১৫ |
| মমি শাম্লকুবা লম্বী | ১২১ |

# হা!

**মতমগী ঈচেলদগী** থাপ্লা লৈজবা অচুম্ববুতা পামজবা ওইবনা এ ঈ কুমাবজিৎ মপুক্সিদা ঈংনা চীক্লা নুংঙাইনা লেনবা হায়বদো ওই। কনাগসু মৃক্লকবা, শাউনকবা লৈতবনা কনাবুসু কিকবা লৈতে। "সাব কুমাবজিৎতি এঞ্জিনীয়র ওইগদবা মী নৎতে, মাদি ওঝা ওইগদবা মীনি" হায়না ঠিকাদাবশিংনা হায়নবিবনি। মাগী নুপী গম্ভিনী হায়ব সেকেণ্ডরিগী লেকচববনি। য়াম্না চেকশিন খোইজিনবী নুপীনি।

মখোয়গী মচা অনীখক্তনি, মচানুপী চেন্নাইদা আর্কিটেকচব তন্নি। মৌপ্পানুপা দিপকনা মথং চহীদা মেট্রিক থাগদৌবি। মচেনা হান্না তমখিবা ওঝাশিংদুদা মমানা থিন্দোক-থিনজিন তৌদুনা দিপকসু ট্যুশন চৎপা হৌবে। মচেগী মতমদদি ক্লাস টুয়েলব ফাওবা মমানা কাইনেটিক হোন্দানা ট্যুশন থিন্দোক-থিঞ্জিন তৌখিবা মক্তনি। অদুবু দিপককী মতমদদি মবোল লোনবা হৌবক্লে। মমাগী মনীংদা নপ্লা হৈনদে, তল্লি মানা ওইনা থৌজবগা চৎচগে হায়না। অদুবু পাখৎচদুনা দিপকনা থৌবগা মমানা নপ্পুনা ট্যুশন হেক-হেক থিন্দোক-থিঞ্জিন তৌই। মপানদি য়াদে "নঙনা অদুম থৌ" হায়দুনা মমাদা হায়বিবনি। কুমাবজিৎতি মতম অয়াম্বদা থবক চিনবনিনা নোংমফাদোক নৎতনা তোয়না য়াওকবা ঙম্লুদে।

ক্লাস নাইনগী পবীক্ষা থাখবে, ক্লাস টেনগীদমক ট্যুশন চৎপা হৌবে। মমান্নবশিংগী পলসব বাইকনি খঙদে এক্টিভানি খঙদে অয়াম্বা লৈনখবে। মাগীসু পলসব অমা লৈবিয়ু মমাগা চৎমিন্নবা নুংঙাইতে, তল্লি ইকায়জে হায়দুনা নিংঙাই তৌবা হেঞ্জিল্লকই। চহী মতাং চাদ্রি অঙাং ওইবি, হৌজিক গাড়ী থৌবা য়াবা মতম নৎত্রি, মপানা য়াদে হায়দুনা ফনা কন্না থেমদুনসু মখোয় চহী মতাংগী শিখাং খাওবীদু হৌবকই।

"পপানা হায়বিসি চুমদ্রো, চহী ১৮ শুদ্রিবা নোয়গুম্বনা এঞ্জিন পানবা গাড়ী থৌবা য়াদে হায়বিসে।"

"পপানা হায়দো ড্রাইভিং লাইসেন্সকীনে। অদো চহী শু-শুদবা ড্রাইভিং লাইসেন্স পায়বদি য়াবেদনা। ইমান্নবশিং মশা মশাগী ড্রাইভিং লাইসেন্স লোই পায়নৈ। কমায় তৌবিনো খঙদে, মীগী মপা-মমাদি য়াম ফৈ। টোনিগীসু মোয় মপানা ঙবাং

এক্টিভা অমা লৈকৎবে ঐগীদা ঙায়বে।"

"অদুদি মীনা হূবানবা চৎলে হায়দুনা নঙসু চৎলোনে। হৌজিক নোয় তৌনবি মতৌসে লাইবিক হৈবা তান্নবিবা, গাডী থৌবা তান্নবিবা খঙজদবেদা। অদো, লৈবোইদি হায়দেদনা, হয়েং নঙনা গাডী থৌবা য়াববা চহী শুবকানদা লৈবীনি হায়বিদনা।"

"স্কুল স্কুলদা চৎলগা হেক য়েংঙুচো, কনাগী কাইনেটিক হোন্দা, এক্টিভা, বাইক মখল মখল পীক থন্না গাড়ী শেদতা লৈবম্নি। চহী শু শুদবা মী লোই থৌনরিসিনি। পপাগা হোবেন মুন্না অমুক্তা খন্নৌ। ঐদি খঙদেকো।"

"কৈদৌদোইবা?"

"কনানা খঙনি?"

"তৌনু তৌনু লম হেল্লক্কনুকো।"

নুমিদাং চাক চাবা লোযনবে। দিপকতি মাগী কাদা গিটবগা কোন্নখবে। টিভি য়েংনা য়েংনা গল্লিনীনা মচাগী গাডী লৈবগী ব্রাদু হৌদোকই। "টিভি ঙাইহাক্তা ঈংনা য়েংবসি য়াবোইদৌনি। ঙাইহাক লৈবা গাড়ী, ঙাইহাক লৈবা গাডী" হাযদুনা কুমাবজিংনা শাউই।

"হোয়নে গিটব লৈশিনবিবে, গাড়ী অমগা লৈশিনবিবসি, অঙাংসে মাঙহল্লসি। অদৈ কম্প্যুটব অমসু লৈবিয়ু হাযনা নিংঙাই তৌবকখিনি। খঙদে, মণিপুবসে খনবদা মম্মী য়ুমথোং খূদিংগী কম্প্যুটব অমমম্, মথৌগী লৈবদি খবখক্তনি অতৈদি অঙাংগী নিংঙাইদৈ লৈবা ঙাক্তনি। অদুদৈদি ধিচুং ধিচুং, ধৎ-ধৎ-ধৎ মমীৎকাদো মোনিটবদা চঙদৌদু ঙায়। অদুনা হৌজিক্তি লাইবিক-লাইশু হৈবা অঙাংদি খবতা সার্টিফিকেট পায়বনা হেন্না লৈবকইসিনি।"

"কৈনো হায়বিবিদুবু, গাড়ী লৈবগা অঙাংসে হেক্তমক মাঙঙদ্রনে? ঐদি পাবু পাখৎপা অমা য়াওববনি। তোলেনগী মচা অকনদো গাডী লৈবিয়ু হায়না নিংঙাই তৌনবদৈ ময়ূমদা নুমিৎ মঙানি হঞ্জিল্লক্তে হায়। অকোনবদদি মোয় মতমগী, চীনসিনবু পন্নীংদেনে অদুকাদু চাখৎলক্তুনা অমুক্তোইবা লোইবমানে। মতম্নগা ফৎতবে, ঐদি পকখন খল্লবনি।"

"অদুগুম্বা ৱাখল চেল্লবা অঙাংদো ফনা হোৎনদুনসু কৈদৌনুংদা অফবা খক ওইবোই। মাঙজখিবনা ফৈ, ইচা মীচাগী ব্রা নৎতে।"

"কৈনো, ইচা জ্ঞান অসুক তাবিসিবো, গাডী লৈবিদ্রদি অদু তৌনি অদা তৌনিদি হায়দেদনা। মোয় পপাসু ইচানি খেমদুনা অমুক্তা য়েংবিয়ুদনা।"

"হো ইবেম্মা, হৌজিক্তি য়াববোইএ শৈহৌদা শোয়খ্রবনে, নুংশিবিনি হায়দুনা নঙনা নাউ চাউহনখিদৈ সি য়ৌখি নৎত্রো?"

মপাগী মতৌনে মচামক্কী মতৌনে, গম্ভিনী ঙ্গান মাঙই। মথং থাদা মাগী ফংগদৌবিবা মকপতুদগী অমা হেক কোক লৈথোকপিবসিবা খল্লি। অদুদা মপানা লাঞ্জাও অমুক তৌবক্তুনা ইমুংসে কাং-খোং চাইগদবা হায়না খন্দবসু নৎতে।

নোং ঙাল্লগা নে-না তানা গম্ভিনীনা ৱাবীদো অমুক হৌদোকই, দিপকসু মমাগী মনাক্তা তৃমিন্না ফমদুনা লৈ।

"মমান্নবা লোইনা চহী শু-শুদবা অদুম থৌইসে। মতৌসে য়েংবা ঙমদবে, ঐগী মথং থাদা ফংদৌবা মক্কপতুদৈ অমা লৈবিবসিবা হায়না খল্লিবা।"

"হৈ, পৈশাগী ৱা নৎতেনে। কয়াবক হন্না হায়য়ু হায়বিনো?" সি য়ৌশিল্লকঅদি নোয় নোয় থোক তৌবো। সিমদি খঙঙু, মোটোব ভেহিকল্‌স এক্ট, ১৯৮৮ গী সেক্‌শন ৩ অমসুং ৪ গী মতুং ইন্না মশাগী দ্রাইভিং লাইসেন্স য়াওদনা অমদি চহী ১৮ গী মখাদা লৈবা মীওইনা পব্লিক প্লেসতা গাড়ী থৌবা য়াদে। কৈগুম্বা মসিবু ভাইওলেট তৌবদি হাযবিবা মোটোব ভেহিকল্‌স এক্টসিগী সেক্‌শন ১৮০ গী মতুং ইন্না থা অহুম ফাদোক থম্ব নৎত্রগা ফাইন ওইনা লুপা লিশিং অমা থীবা নৎত্রগনা অনীমক তৌহনবা যাবিবনি। সিবু ফাগিবা?"

"মণিপুবদা হৌজিকপু কনাগী মোটোব ভেহিকল্‌স এক্টনোদা? ঙসিদং মোয পপানা হায়বা তাবিসিনি। মণিপুবদা আইনকাদুবু লৈবিব্রনে?"

মৰূপ ফংদুনা মানা অপাম্বা মচুগী পল্‌সব বাইক অমা লৌকবে। নীংথিজনা চামথোক্লগা সিলিকোন পোলিশ তৈশিল্লগা তকথোক্লনা শুমাঙদা খিন্দুনা থম্মী। মচাগী মতৌদু উকবগা গম্ভিনীসু নুংঙাইজবিপোৎনি। কুমাবজিৎ ওফিসতগী হল্লকই,

"আ য়ৌবকএদনা, লৈবুদি লৈকবে মশাগী দ্রাইভিং লাইসেন্স যাওদনা ঐদি থৌহল্লোইকো।"

"কৈনো দ্রাইভিং লাইসেন্সপু অমা কোক লৌথোকঅগা লোইবপোৎতুবু, অসিবু ৱা ওইনা হেক।"

"উং, চহী ১৮ শুদ্রবা মাবু কনানা দ্রাইভিং লাইসেন্স পীবিবক্কদৌবিবা? চহী ১৮ শুবফাওদা কনাগী মেডিকেল ফিটনেস সার্টিফিকেট, ট্রাফিক কলনচিংবা, অদুনসু যাদ্রি। ঐদি অহানবা থৌবদা য়াখিবোই হায়দুনা খবা লৈবগা অনীবক শুবা থৌবদা ঐগী দ্রাইভিং লাইসেন্সতু ওন্থোক্লা ৱানা ফংখ্রপোৎনি।"

"অদুনা থায়নগী ৱানিদনা। হৌজিক্তি দ্রাইভিং লাইসেন্স লৌবদি কৈথেলদৈ

ঙামোক লৈবগুম্মসিবু। মমাঙগী ভেহিকল দিপার্টমেন্টকী তোম্বীদা পাসপোর্ট সাইজগী ফোটো অনীগা লুপা ২০০ খক্কা পীশ্লগা হোবেন মানা ওফিস হল্লকপদা অদুম পুজবকঅদৌদুবু। হৌজিক্কী মতমদা হেক পোকপগা মমা হায়না কৌনবা মতমসিদবু কৈগী গাডীকাদু অমুক যৌহল্লুবৈ মথৌ তারিবগে?"

"অদুদি নোয় হায়সিদি য়াম চাওখৎলে হায়দোইবো? মণিপুরসে হীরম খুদিংদা অসিগুম্বা ময়ামসিনা নোংমা নোংমগী য়ামখৎলক্লুনা অমুক্তং পোকখায়বকপদি শোয়দ্রবনি।"

মমাঙগী তোম্বীদা ফোটো অনীগা লুপা ২০০ গা পীশিল্লুবে, মচাগী ড্রাইভিং লইসেন্সকীদমক। মানা ওফিস হল্লকপদা ড্রাইভিং লাইসেন্সতু "ইতৈমা সে" হায়দুনা পীশিল্লম্মী। মমাদগী দিপকনা লৌবগা হবাও হবাও মাগী কাদা চঙখবে।

অয়ূক খুদিং হৌদোক্লবম্বদো হৌজিক্তি মথন্তা ওন্না ওন্না হৌগৎতুনা লাইবিক তৌবা হৌবক্লে। নুমিদাং অথেঙ অথেঙবফাওবা লাইবিক পাবনা মাগী হৈনবী ওইবক্লি। কুমাবজিৎনসু য়াম্না পেঞ্জনা গন্তিনীদা হায়বিবনি, "হন্দক্কী নঙগী থৌওংসিনা ইচাসে অশেংবা মহৈবোয় অমা ওইহল্লকপসিদা ঐ পেল্লে। অঙাংগী মনীং থুংহনবগী কান্নবা লৈতবসু নৎতে।"

দিষ্ট্রিক্ট ট্রান্সপোর্ট ওফিসাব জাদুমনি, ওফিসকী অচীনবা থবক অমগী মশাগী জিপ্সিদুগী মনীংদা চাউবা তোংহল্লগা খবা কল্লপ থৌবগা লাকই। খঙহৌদনা ওয়বোমদগী মোটোর বাইক অমা খংথৌ থৌগৎলকই। জাদুমনি খংপ্রেক খংবমখৈ জিপ্সিদু য়েৎলোমদা খংলৈ লৈথোকপদুদা মাঙদা লাক্লিবা টাটাদুনা ব্রাইশিল্লি। "চাউবা অঙাংসে তান্নরুচো, নম্বর য়েংঙু।"

"সাব, ট্রাফিক পুলিসনা ফাজিনখবে।"

অঙাংদো জ্ঞান মাঙই, মশাদো নীকই। জিপ্সিদু মমাঙদা খবা শূপচিল্লে। জাদুমনি মখূৎতু শোক্লুনা লৈবল্লে, মখোঙদুসু জব-জব পোমখৎলক্লি। শাউবনা লুতোন শাংখবে, অদুগা য়াম্না য়াকপা খোম্থোক্তা,

"কবম-করম্বা মমা-মপানোনে, পৈশা খবা পায়বগা পীক্লি-পীক্লিবা অঙাংশিংসে গাডী থৌবা য়াবৈ চহী শুই শুদে খঙদে, গাড়ী অমগা হেক্তা থাদোবকই। সিঙ্গল লেনদা গাডী হেনগৎপবু কদোমদা হেনগৎনিসু খঙদে, মোয়না থৌগৎনীংবা ওয়দনি খঙদে মায়কৈ অমদা হেক্তা।"

ট্রাফিক পুলিসতুনা জাদুমনিবু মশক খঙবনিনা মোটোব বাইক থৌবকইবা নুপামচাদু জাদুমনিগী মনাক্তা পুশিল্লকই। য়াম্না শাউনা জাদুমনিনা "চাউবা অঙাংদু

ড্রাইভিং লাইসেন্স য়াওববা য়েংঙু” দিপক্না মাগী ড্রাইভিং লাইসেন্সতু চাউবদা পীশিল্লি। জাদুমনিনা “অঙাং মানসু ড্রাইভিং লাইসেন্সকাসু পায়বিনে, মশাগীবা য়েংঙু?”

চাউবনা লাইসেন্সতু ফাক্তোক্লগা চুম্মু চুম্ববা হায়দুনা মুন্না য়েংলগা “সাব মশাগীনি।”

ঙাইহাক কৃপথনা য়েংলগা, “ঐখোয় সাবনা ইস্যু তৌবিখিবা ড্রাইভিং লাইসেন্স ওইবমানে।”

“হা!”

(মে, ২০০৬)

# মতেফমদা তেবা, মহনফমদা হনবা

**রোবিন্দ্রো সেসন** জজ ওইবম্বদগী থবক্তগী পোথাবে। লো খণ্ডবদা, চুন্না বিচাব তৌবদা অমদি ঐগী মীগী নাইদবদা লমদমসিদা মাবু খণ্ডনদবা যা ওদে। ব্রাকিং চৎলুবদগী হঞ্জিল্লকই। লৈকাইগী মৈবা পায়বীগী সেক্রেটবি বজনিগী মচাশিংনা খোঙবানদা পুবিবা ঈশিংগী মেন পাইপতু হূৎতোক্লগা মখোয়বোমদা পুশিন্নবা হোৎনদুনা লৈবম্মী। খবা শুক্তক্লা বোবিন্দ্রোনা, "এ! কৈনো ইচাশা তৌবিদুদি, নোয় ইমুংনা অদুম্মায় তৌবদি অতৈনদি লোইবনি।" মমানা তাবদুনা থোক্লকই। "খুবাইঙো, মনীংগীসিমদি সুক্তা তাদবে অদুদা তঙায়ফদদুনা তৌবনি। মোয় ওফিসকী মীগসু তানজকববনি, লাইনমেনশিংদো চিনমনখিবনা নচাশিংনা হেক্তা তৌহঞ্জববনি।"

"হোয়দা হোয়দা নিয়মদা চুম্মুদা।"

মথং নুমিৎকী ব্রাকিং হঞ্জিল্লকপদা ঙবাং হূৎহৌবা মফমদুদা কোঞ্জিনসু পান্দবা পাইপ মতেক অমা থিংজিল্লগা ঈশিং ওবো ওবো তাদুনা লৈবদু উই। ই কৈনো তৌবি মতৌসিদি! যূম হেক য়ৌবগা মাগী নুপী মনিলৈমদা শাউবপ্লা. নোয মৈবা পাযবী হায়জাৎসি মথোং মবম খণ্ডেনে হায়দুনা বজনিগী ইমুংনা ঈশিংগী মেন পাইপতা তৌহৌবিবা মওং-মতৌদু কোৎ-কোৎতুনা গুাঙবা হৌবকই।

"খীৎ তোকপিবোসে অমা অমনা তাখ্রগা, অসিবু ঐখোযনা অতঙাযদৌনা।"

"এ. মীচঙনিনে, আ তোতি ঈশিংদা শুাচক যাওবকএ, তীন্থোক য়াওবকএ হায়নবিশিংসে মোয অসুম্বা হূৎতোকপসিদা খোঙবানদগী চঙখ্রি শুাক্তনি। অতৈ লায়বিনে কৈগুম্বা হূ চেনবা পোৎ চঙখ্রদি ঐখোয় স্বায়সি কৈ ওইনি? মোয়গুম্বা মযাম লৈবদৈনে ঐখোয়গী ঈশিং তাবোই তাদবোই তৌবিসে।"

"কদায়দৈ, ঈশিং তান্দ্রিদুদি অসিনা নৎসু নৎতনা। কনাগী যূমথোঙ যূমথোঙগী পম্প অমমম্ মেন পাইপতুদৈ চিংনখিদুনা ঐখোয় য়ৌবকপা ব্রাবিনি। ঐদি নহান্না হাযজৈনা, ঐখোয়সু পম্প অমা পানশিল্লগা চিংসি হাযনা।"

"মদু নিয়মনা য়াদে হায়না কয়াবক হন্না হায়বমক্তদা।"

"হো নিয়ম তৌবিঙৈদা হৌজিক্তি ঈশিংদো নুংঙাইবেদনা।"

"তাবি খবসিনদি কোন্নৈদনা। ঐখোয়বো ঈশিং লৈতদনা নোংমতা ইকজদবা

য়াওগ্রবো, চাক থোংদবা য়াওগ্রবো? কান্দা ৱানিসে, চাদুম থকসি।"

ঈশিং খবা খবা তাবদ্বদুসু হৌজিক্তি ঈশিং নৈশিল্লক্তদুনা লীক্লা থাবকপদগী মনিলৈমহোযগীদি ঈশিং মবীক অমফাও তাখিদবে। মবাই ইবুংঙো বোবিন্দ্রোগী মতৌ খঙবনিনা মোধুনা মবাইবুংঙোগী ঈশিং ৱাৎতনবা ঈশিং টেঙ্কব তৎতনা থাবকই। মনিলৈমগী মৌপ্পা মোধু হৌজিক মতমগী মণিপুব গভর্নমেন্টকী য়ক লাউবী এমপ্লোয়ীনি। মোধুনা পব্লিক হেল্থ এঞ্জিনীয়বিং দিপার্টমেন্টকী চীফ এঞ্জিনীয়ব হেক ওইখিবদগী মীয়ামদা ফংহল্লিবা ঈশিংদা হান্নদগী থোইনা অহোংবা লৈখিদে। অদুবু মাগী মযূম মকৈনচিংবদদি চাউনা অহোংবা উহি। মচে মনিলৈমনা মাগী মওং-মতৌদা পেনবগী মমি তাবা উদে। অদুনা ঙাইহাক নৈতে বোবিন্দ্রোগা মাগী মতাংদা তোয়না ৱাবী হেক হেক তৌনৈ। নোংমসু বোবিন্দ্রোনা,

"ঈশিং চাউবা লমদা ঈশিং ফংদবা হাযবসে য়াম ইকায়নীংঙাইহনি।"

"কৈনো, ঈশিং চাউদুনা য়ূম-কৈ থূম্বদুগা তেতি ঈশিং তাদবগা কৈবু মবী লৈনগে?"

"ঐখোয়গী গভর্নমেন্টকী ঈশিংগা মবী লৈনবা দিপার্টমেন্টশিংসে ৱাটব হার্ভেষ্টিং অমদি ৱাটব মেনেজমেন্টকী ৱাহস্থোক খঙদদৌনা তৌইনে। মখোয়না অনীস্বিু নীংথিনা থবক ওইনা পায়খৎলদি চাউবিবা ঈশিংদুবু চাউবোই অদুগা ঈশিং তাঙলকপা মতমদনা য়োকখৎহৌবগা থমহৌবা ঈশিংদুনা অমুক শীজিন্নদুনা ঈশিং ফংদবা মতমদা ঈশিংগী অৱাবা লৈববোই, অদুই ৱানি। নোয় নৌপ্পামক্কী মতৌনে ঈশিংদি ৱাখিনি।"

নোংজু পাম্থা লাক্লুনা তোতি ঈশিং মবাঙ কায়না তানবে। খোংবানদসু ঈশিং চেনবা হৌবক্লে। বোবিন্দ্রোনা ক্লবকী অঙাংশিংগা তান্নদুনা হকচাংদা খুদোংথীনীংঙাই ওইগদবনা, খোংবানদা চৎলিবা ঈশিং মেন পাইপতা লোন্না লোন্না হূৎনবিবা ময়ামদো পি ঐচ ঈ দিগী মীওইগা লোয়নবগা মেনশিনহনখবে।

মোধুগী মচাশিং লোইনা লাইবিক ফৈ, স্থাইদগী ফবিবদি মচানুপী অতোনবী সবিতানি। মেত্রিকতা অনীশুবা পোজিশনদা লাকখি। টুয়েলবকী পবীক্ষা হায়দোক্লকপদদি সাইন্স ষ্ট্রীমদা মানা মকোক ওইবক্লে। মোধুগী ইমুং হন্নাওবনা ঙমখৈ লৈখিদবে। বোবিন্দ্রো অমদি মনে মনিলৈমা, সবিতাগী পাউ তাবদা হবাওদুনা অথূম-অহাও পুবগা লাকই। ইমুংদো পূন্নাং লাঙদুনা লৈবম্মী। বোবিন্দ্রোহোয়সু লাঙবদুদা য়াওশিনখবে। বোবিন্দ্রোনা,

"হয়েংদি নোংসু নোংমাইজিংনি, সবিতাই নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা মোধুগা অঙাংশিংগা ঐখোয়দা হাউ হাউতবা চাক চবা অমা চামিন্নসিদনা।"

"ইবাইবুংঙো, হয়েং নুংদাংদি থবক খবা লৈজে, অদুনা অয়ূক্তা ওইনা তৌসিনা।"

"এ, অয়ূক্তনা হেন্না ফবিবনি, নুংদাংদি মৈ লাকপা লাক্তবা হায়বা অমসু লৈবনিনা।"

বোবিন্দ্রোগী মচানুপী সুনিতা থোংবা-থাকপা য়াম্না হৈ। মথেল-লূক্কোয় অয়াম্বা লোইশিল্লক্নে। মোধুহোয়গী ইমুং পূম্বসু য়ৌবক্নে। চাউববা মমাঙ কাদুদা ময়ামদো পূল্লাঙ লাঙই। সুনিতাসু চাকখূমদগী চেম্ব্লোক্লগা য়াওবৈ।

ঙাইহাক ৱাবী শাবা য়াওবম্লগা সুনিতা চাকখূমগী থবক লোইশিনবা চেনশিনখবে। চাক লোইশিল্লক্তুনা চাক চাফম কাদা পূল্লপ চঙলক্নে। সুনিতানা, "ঙসিদি ঐনা পূজাবিনিনা অৱাৎ-অপা হাপ্লবা ঐদি কোন্না চাবগে" হায়দুনা মমাবুসু পূল্লপ চাবদা য়াওহনখবে। সোইবুম ইবোম্বা য়াওবম্বদুদা মোধুদি অদুম য়াখবে। মানা পাম্বা সোইবুম ইবোম্বসিদি, থুম য়াওদ্রফাওবা হাউনা চাবা ঙম্লিবনি। মোবোকতি খবা কন্তক তৌই, মদুনদুম হেন্না মোধুদি হাউজবী হায়বদো ওইখবে। ফনা য়াম্মী লৌখৎখিবা। মোবোক্তু শাবক্তুনা ঈশিং কোইয়েং য়েংলকই। বোবিন্দ্রোনা,

"সুনিতা, ঈশিংদি কদায়? নঙগী মামোসে শাবেনে।"

সুনিতানা, লংত্রিক লংনা শেংদোক্লবা লীক্লি গ্লাসশিংদু শৎ-শৎ থম্মকই।

"কৈনো ইবেম্মা, লীক্লি গ্লাসতুদা নুংঙাইগদ্রনে?"

"মমা, লীক্লি গ্লাসতা তৌগে হায়না হেক খল্লুবে, অদুম তৌশিল্লগেদা।"

সুনিতানা লীক্লিগী জগতা য়াওবিবা ফুৱাওনা নৈববা ঈশিংদো মোধুগী গ্লাসতুদা হৈথবকই। মোধুনা 'এহ!' বোবিন্দ্রোসু হৈথবক্লিবা ঈশিংদুদা য়েংলগা,

"কৈনো! ঈশিংসিদি? সিদি কমাই থক্তোইবা? কৈনোনে সুনিতা, নঙ তৌইসিবো?"

"পাবুংনা ঙসাই য়াম ঙকখিবা অয়ূক্তা য়াহৌবা তোত্তি ঈশিংদুনে।"

"ইবাইবুংঙো, য়াজবনি সিনা সুম।"

"হা!"

(মে, ২০০৬)

# লোক্কিং সিষ্টেম

হেবোজিৎ পীক্লিঙৈদগী হৌনা মখূৎ-মশা য়াম্না লেঙলকই। মখূৎ লেঙবগী মতীক শেম্বা শাবদসু পূক্লিং চঙই। মদুমক্না শেম্বা খোৎপদা য়াম্না হৈথোই শিংথোই। লাইবিক্তসু পংফৎ ফৎতবা নৎতে, ময়ায় ওইবপ্রা অদুম চৎলি। ইমুংদি নুংঙাই-য়াইফবা ওইদে। মপানা সাইকলগী ৱার্কশোপ তৌই, মমানা কৈথেলদা এঙ্গাং নাপী যোল্লি। লৌ-শিং লৈতবনা চেঙ ৱাল্লগা চায়। অদুনা ইমুংদো হৌগৎপা ইঙম ঙমদে।

হেবোজিৎ টুয়েলব সাইন্সকী অবোইবা পরীক্ষা পীখবে। শেলনগা শেল লৈতবনে মপা-মমানদি বি এসসি তমথনবা ফনা কন্না হায়বনি। অদুবু মানদি টেক্নিকেল লাইনদা ঙাওজবনিনা নমদুনা এ আই ট্রিপল ই থাজিনখবে। টুয়েলব পরীক্ষা হায়দোক্লকপদা ফার্ষ্ট দিভিজনদা পাস তৌবকই। লোয়ননা পি সি এমদসু ফিফটি পার্সেন্টগী মথক্তা লাক্লুনা টেক্নিকেল তম্নবগী লম্বী য়াৎপা হৌবক্লে। ইকুই কুইদনা এ আই ট্রিপল ই সু হায়দোক্লক্লে। ষ্টেটকী বেঙ্কতা যাম্না কানা যাওবকই। মণিপুরগী ৱাংমদা চৎতুনা তম্নবা ঙম্লোইদবনা কাওন্সিলিং তৌবদা মণিপুর ইন্সটিট্যুট ওফ টেক্নোলোজিদা ওইনা তম্বা তাবে। মানা পামজবা মেকানিকেল এঞ্জিনীয়রিং কোর্স ইন্সটিট্যুটসিদা লৈতবনিনা ইলেক্ট্রোনিক্স এন্দ কম্যুনিকেশন এঞ্জিনীয়রিং ওইনা তম্বদা লেপ্লে।

চহী মরি হৌখিবা খঙহৌদে। হেবোজিৎ ইলেক্ট্রোনিক্স এন্দ কম্যুনিকেশনদা বি ই তম্বা লোইরে। অদুবু মানা তম্লুবিবা ট্রেদতুগা চান্নবা থবক্তি পঙনা লৈতে। মতাং অমা চান্নকদনা মানা তম্লুবিবা ট্রেদতুনা ওইগদবা পোষ্ট অনীখক কৌবকই। হৌজিক্কী মতমসিদবু চুম্না তৌবক্কদ্রনে খন্না থার্জিল্লি। বিটন টেষ্টতা মানা ফার্ষ্ট তাবক্লে। শেল মনা অমফাওবা তিংলুদনা থবক খল্লকপগী ৱাবী পঙতাসু তাবনিনা ভাইভা ভোসিগীদমক শেম শাবা হৌখবে। পীকখ্রবা পোষ্ট মচা অমগীসু লুপা লাখ লাখনা খূজিং ওইনখবা মতমসিদা মাগী শর্দিংদুনর্দি কৈদৌকবনি।

মপান লমদৌনা প্রাইভেট ফার্ম, কম্পেনিনচিংবা লৈতবনিনা থবক চঙবগী খল্লুবদা হেবোজিৎ ৱাখল লৌশিং থোক্তে। কবিনো মানা তৌগদৌবিসিবু খল্লুবদা ৱাখলকাদো ইশূপ শূপচিল্লকই। মণিপুরগী ৱাংমদা মানা থোকপা থবক অমা নৎত্রগা অমা ফংনবা হোৎনকুবগে হায়কুবদসু, মথক্তা পোকপনিনা মপা মমানা শিখাং খাঙদুনা

য়াদে। মপানদি কোন্না কোন্নগী থোকপা হায়বদুনি মাগী সাইকল ব্রার্কশোপতুদা য়াওশিন্দুনা মতেং খবা পাংশিন্নববু হায়বিবনি। মদুসু হেক ওইবা য়াবা নংতবনিনা মদুদা ব্রাখল খঞ্জিল্লুদে। লোন লৌবগা মানা তন্নুবিবা মহৈদুগা চান্নবা ব্রার্কশোপনি খঙদে কবিনো অমা হাংদোকসি হায়ববসু, লৌ নৈতবা অমদি ইংখোল মচেৎতুগী লেন্দ ভেল্যুএশনদুনা ওইবা য়াবা নৎতবনিনা মদোমদসু হোৎনবা য়াবা খবা হোৎনবল্লগা তোকখবে। মানা শ্বাইদগী হৈনজদবসি ময়ূমদা শুক-শুক নৈদুনা লৈবসি ওইবে। অদুনা মতম অয়াম্বদা নাগামপাল মচীনগী সোমেবেন্দ্রোগী দুকানদা লৈ। তোয়না সুম লৈশিল্লকপদগী মঙোন্দা ব্রাখল অমা লাক্কুনা পোৎ অমা শাবগী মতাংদা ব্রাখল খনবা হৌবকই। মতম খবা হোৎনববগী মতংদা ফল তাবা ঙন্নে।

শেল ইচঙ চঙহন্দনা লোক্কিং-সিষ্টেম অমা শাবে। মপাগী সাইকল ব্রার্কশোপতা খবা তোয়না চঙলকপা বিক্সো অমদা শেল লৌকবা তৌদনা চাংয়েংগী ওইনা লোক্কিং-সিষ্টেমদু ফিট তৌশিল্লে। অদুগা সিষ্টেমদুগী মবমদা থৌবিবা মীদুদা শুগায়না তাকপিবে। নুমিৎতুমদি লোক্কিং-সিষ্টেমদুগী কান্নবা নীংথিনা ফংলে। অতৈ বিক্সো থৌবশিংনা কদায়দগীনো, কনাগীদা ফংই হংবদা খুম্বা ঙমদে। নোংঙাল্লগা মপাগী ব্রার্কশোপতা লাক্কুনা লোক্কিং সিষ্টেমদুনা বিক্সো থৌবিবদুদা পীখিবা কান্নবদু তন্নবি। লোয়ননা অতৈ বিক্সো থৌবশিংনা য়াম্লাপাম্নবগী মতাংদসু মপাদা তম্মী। বিক্সো থৌবদুনা মপাদা লীবম্বা ব্রাবীগী মতুং ইন্না হেবোজিৎনা লোক্কিং-সিষ্টেম কুনখক শাবগা মপাগী ব্রার্কশোপতা থম্লগা য়োনবা হৌই। ঙাইহাক্তদা লোইনা শীৎখি। অদুনা হান্নদগী খবা হেন্না শাবগা মখা য়োম্লে, মদুনসু কোন্নদে। অসুম্না মথং মথং লিশিং অনীগী মথক্তা যোন্দুনা য়াম্লবা শেলফম অমা তৃংশিনবা ঙন্নে। মদুগী শেলফমদুনা ভুং কোইনা চৎনবা য়াবা মাগী ট্রেদতুগা চানবা ব্রার্কশোপ মচা অমা পানখৎপা ঙন্নে। অদু ওইদুনসু লোক্কিং সিষ্টেমদি মবক মবক্তা শাবগা যোনবা লেপ্তে।

সোমদনা, ট্রাফিক পুলিস খবদদি মসিনা অৱা পোৎলূম মা ওইহন্দুনা তোথা তুনবে। নুমিৎ খূদিংগী ইমুংগী ঙাচেৎ থুমচেৎ পুজবম্বা পূম্নমক লেপখবে, বিক্সোগী সীটতা লোক্কিং-সিষ্টেম অমমম্ পান্নখিবদগী।

হৌজিক্তি মপা মমাসু মচাগী মপান চাবা হায়বদু ওইবে। হেবোজিৎসু মীবক তিনবা ঙমজবে। অদুবু মাগী থম্মোয়নুংদা ট্রাফিক পুলিসকী শক্তমদি পুক্নিগী ওইনা লাৎতুনা থমজখি।

(সেপ্টেম্বব, ২০০৬)

# নো দ্যু সর্টিফিকেট

**খুরাইজম তোমচা** অঙাং ওইবিঙৈদগী লাইবিকতা পূক্নিং চঙলকপা মীশক্নি। মচীন-মনাওশিংগী মবক্তগী মানা লাইবিক্তা তোখাইনা তাই। পীথোক্লকপা অমা মঙোন্দা চেন্নবি। ক্লাস টেন ফাওবা বোল নম্বব বান তাদুনতা লাকই। মেত্রিকতসু অহুমশুবা পোজিশনদা লাকই। টুয়েলবতদি মেত্রিকতগী অমবু কাখৎনা অনীশুবা পোজিশনদা লাকপা ঙম্মী। ইমুংগী ফীবমদি মমানা তুবেলদা নুং-লৈঙোয় পেকই, মপানা চেক শূবা চৎলি। অদুনা পবীক্ষাগীদমক পানীংবা লাইবিক কয়া পাবা ফংলক্তে, মনীং থুংলক্তে। অদুবু মানা কন্না হোৎনজবনা পবীক্ষাদদি মীথোই মীহেনবা ঙম্লিবনি। মণিপুবগী চৎনবী টুয়েলব সাইন্সকী মকোক মথংবু তাববদি ডোক্টব, এঞ্জিনীয়বনচিংবা হেক্তা তম্নখিবদুমদি মঙোন্দগী লাপ্না লৈ। লোয়ননা ইমুংগী ওইবিবা ফীভম্না তম্লুবসু ঙম্লোই। অদুনা ফিজিক্সতা ওর্নর্স লৌবগা বি এস সি তমখবে। মদুদদি মানা ফার্ষ্ট ক্লাস ফার্ষ্টতা লাক্লে। মখা এম এস সি তমথৈ। মণিপুব পব্লিক সর্ভিস কমিসননা এদভর্টাইজ থোক্লক্তুনা এম এস সি তম্না তম্না মণিপুব সিভিল সর্ভিসকী প্রিলিমিনবি ইগজাম যাওশিল্লি। পাস তৌদুনা মেন ইগজামদদি মানা ফার্ষ্ট তাই।

এম সি এসকী মেন ইগজামদা ফার্ষ্ট তাবক্লবনিনা শোয়দনা খন্নবা সেক্রেটবিয়েটতা নৈদুনতা লৈবা মমাগা পোকমিন্নবা মামতোন মোধু লাকই,

"কদায়, তোমচাদি?"

"মামতোন, ঐ সিদা লৈজে।"

"নোয মেন ইগজামগী বিজল্টসিদি পেল্লে। অদু ওইদুনসু ইন্টবভিউদদি মতমগী চৎনবী য়াওদনদি য়াবোই। মীদি লাখ অমমম্ য়ৌনখ্রবনি। অদুবু নঙগীদি ময়ামগা মায়দ্রসু য়ানি?"

"ঐখোয ইমুংগী ফীভমসিগী বা নৎতবীদা, মামতোন ঐদি থবক চঙবৈদমক শেল পীজবা কাইদো পামজখিদবে, মীনা পঙতৌ তৌনবসু। ইন্টবভিউদা নীংথিজনা হোৎনবগা মবাইনা খঞ্জনিদা।"

"কৈনো মণিপুবদবো, হৌজিক মতমগী ইন্টবভিউবু ইন্টবভিউবো? নঙগীদি ফর্ষ্টতগা লাকশিল্লে লিশিং শুমদ্রামুক্তং পীকবদা নৈবাক্তা খৎতুম্না থাবগা মান্নদোইনি।"

"শেলনা থবক লৈবদো ঐদি শুকয়া য়ানীংদে। মেবিট হায়বা অমা লৈবিদনা।"

"কনাগী মেবিট মেবাংনোদা, শেলদুনা মেবিটতো শেমদৌবিনিনে। হৌজিক্কী মতমদা ওফিসব অমা ওইহৌবা হায়বসে, ইস: ইবো তুংগী খল্লুনে। নমাগা হোবেন তনৌ, ইস্কোল অসুক চাউবিসিবু মচেৎ অমা থাদোকখিবদা লায়না ফংনিনা।"

"অদুদা ঐদি সুকয়া ।"

"কবিনো নঙবো ঙাওববো? থবক্তু ওইশিলহৌবগা নঙই ইস্কোলদুদি চাম্মবক লৈবা য়াই। খঙদে খঙদে মামতোননা হায়বিসিনি। চৎলে চৎলে শোয়হনবা য়াবা নৎতে।"

থবক চঙবদা শেল পীজবগা চঙলোই হায়বা তোমচাগী অচেৎপা রাখল লৈখিবনা মোধুনা ঙাইহাক লৈতনা লাকচববসু তোমচাগী রাখলবুদি হোংহনবা ঙমখিদে। ইন্টরভিউ পাঙথোকখবে। তোমচাসু তৌফম থোকপা চপ চানা তৌবমখি। হয়েং হংচিং হায়দোক্লনি হায়নবা মতমদুদা মোধু, তোমচা উনবা লাকই।

"মামতোন, ঐগী থবকতুগীবা?"

"হোয়নে, হয়েং হায়দোক্লি হায়দুনা তৌবি। ঐনা নোয় ইমুংগী কন্দিশনসি য়ৌনা হায়বদৈ লিশিং য়াম্মদা য়ানববনি। সি য়ৌবন্দ্রদি ইকোম কোম্মা নাম্থোকহৌদোইনি।"

"এস. মামতোনসিমা হঞ্জিন-হঞ্জিন, ঐদি নহান্না হায়জখবে, মখোয়দা লুপা তবা ফাওবা পীবা ঙম্মোই হায়না। মসিগী থবকসি ঐনা খ্বাইদগী হৈনদবীনি।"

"কৈনোনে নঙবো, ওফিসব ওইববোই হায়খিবো? মতমগী চৎনবীনিনে, মদু পীকন্দনা মখোয়না নঙবু কনানি হায়দুনা খল্লক্কতোইনো? তঞ্জা-তঞ্জা হায়নবদো সিবুনিনে, অনীবক হন্না লাক্কদবা নৎতে। তুংদা নীংঙমহৌবোইকো।"

"কবিগী নীংঙমদবা লৈফম থোকপগে? খল্লক্তুগনা, ঐনা মতীক চাজদবগীনি।"

ওথোকপগী অঙাংনিদকো খন্না মোধু রাখল ঈবাং লাংনা হনখবে। মথং নুমিৎ নীনী শুবদা বিজল্ট আওট ওইবকপদদি তোমচাগী মমিং কানা য়াওবক্তে। অফবা কেন্দিদেটতি ইয়াও য়াওবক্তে। অসুম্না তোমচা লুপা অমফাওবা পীকন্দনা গভর্নমেন্টকী থবক্তা চঙখবে।

চহী কয়া হৌখবে। তোমচা য়াম্না চমজবা নীতি-নিয়ম কায়দনা অচুম্বা খোঙথাংদা থাংবা ওফিসবনি। মদুমক্তা হৌজিক্কী মতমসিদা দিপার্টমেন্ট খুদিংমক্কী মীনা

মাবু খঙদবা য়াওদে। তোমচাগী মখা থাবা ওফিসব, মিনিষ্টব বোবিন্দ্রোগী মশেননুপা জোতিননা আইনগী ব্রাংমদা শেলগা মবী লৈননা চথবকপা অচৌবা থবক অমদা তোমচানা ফৈগাক ফৈনা লৈখিবদগী অচৌবা ব্রাথোক অমা ওইবক্কদৌবে। নোংমা নুমিদাং অমা তোমচাগী য়ুমদা নহাবোল মবিশ্বক লাক্লগা ব্রাথোক ওইহনগদৌবিবা থবকতুদা কবিগুন্না খূৎ থাবক্লবদি শিবা চঙবগা মবী লৈননা অতেনবা নোংমৈ অমা উৎতুনা তোমচাদা অকন-অকনবা ব্রা হায়বল্লগা চৎখি। অস্তাং ওইবিভৈদা য়াম্না কয়া নাখিবদগী মশাদা কিহনবা, থক্কৎপা যাদবা অমা ইচেন চেন্নদুনা লৈবনা নুমিৎতুমদি মীহুল হাইগৎখিদুনা তৃন্না ফাওবা য়াখিদে। নোং হেক ঙানবগা কোয়চেন চেন্নে। মমীৎ-মনা চপ চপ য়ুংই, মাঙ্গোলফাওবা থোকউ য়াখিদবে। নোংমা নোংমগী অসুম অসুম লাকশিল্লক্তুনা সাইকিয়াট্রিষ্টকা তান্নদুনা হীদাক-লাংথক থাদুনা লায়েংলবসু হান্নগী ফীভমদা পুবকপদি ঙমদবে। মমৈথংদদি খাম্বা ঙমদবদগী মপান্দা থোক্তুনা কোয়চৎ চৎপা হৌবক্লে।

মতম অয়াম্বদা মানা চৎলিবসি মিনিষ্টব, এম এল এশিংনা লৈবিবা কোলোনি মনুংদনি। হেক যেংবদা ব্রাখল চোইবা মী মান্দে, হান্নগুম মফি-মবোল নাল্লি। মমিং মথা ইবল্লগা কোলোনি মনুংদা অদুম চঙই। অকোনবদদি সিক্যুবিটি পর্সনেলশিংনা ডাইবেক্টব তোমচানি হায়বা খঙলক্লে। অদুবু মানা অসিগুন্না ফীভমসি ওইখিবগী ব্রাবী খঙলুবগা য়াম্না নুংঙাইনদে। জ্ঞান তাবা সিক্যুবিটি পর্সনেল খবনবু শোন্নে "অসিগুম্না ফবা ফববা মীওই কযা নৎতবা থৌদোক ব্রাথোক অমা নৎত্রগা অমনা হেক হেক মাঙহনবিবি। অদুনদি অকোনবদা লৈবাকসি কবি ওইখিনি?" মমৈথংদা মাগী মওং-মতৌ অমদি তোযনা চঙলক্লবনিনা মিনিষ্টবশিংগী কার্টব ঙাক্লিবা সিক্যুবিটি পর্সনেল অয়াম্বগা খঙনবে। মতম অয়াম্বদা মানা খবা কুইনা লেপ্তুনা লৈগল্লিবসি মিনিষ্টব বোবিন্দ্রোগী কার্টব মমাঙদনি। কার্টবদুদা দ্যুটি তাবিবা সিক্যুবিটি পর্সনেলদুগা কবি কবিনো ব্রাবী খবা শানবগা, নোংমনা কপকে তৌই, নোংমসু শাউনা চৈবল্লগা থোক্লকপসু য়াওই। তোমচানা ওইখ্রিবা অসিগী অশেংবা ব্রাবী মুন্না খঙবনিনা নোংমদি মিনিষ্টব বোবিন্দ্রোদা কবিগুন্না খবদি তৌবক্কনি হায়বসি কার্টবদুদা তাবিবা সিক্যুবিটি পর্সনেলদুগী থাজবনি।

নুমিৎতু হান্নগী মওংগা মান্নদে, য়াম্না থব্রায় তানা শিথ-শিথ নোক্তুনা লাক্লগা মিনিষ্টব বোবিন্দ্রোগী কার্টব য়ৌশিল্লকপদা তৃমিন্না চপ লেপখি। দ্যুটি তাবিবা সিক্যুবিটি পর্সনেলদুনা কৌশিল্লি।

"সাব, সাবনা অদুক থব্রায় তানা নোক্লিদুবু কবিগীনো?"

"নোয় খণ্ডদে, নোয় নোক্লীংদে, নোয় শোয়দনা নোক্কনি। সে হায়গেসে, নো দ্যু সর্টিফিকেট য়াওদ্রদি তলব পীদেদনা অদুবু ওর্দব থোকহল্লিবা মিনিষ্টরশিং, অচৌ-অশাংশিংদি মৈগী বিল লুপা লিশিংদা, ল্যাখ লাখতা তোন্নবি, অদুবু মখোয়দি নো দ্যু সর্টিফিকেট য়াওদ্রসু তলবতি ফংবা লেপ্তে। সিদবু নোক্লোইদবগী মবম লৈববাইমি? নোকখিনি পেন্না, লাউখিনি পেন্নবা। ঙবাংদগীনি লাউবকইসি।"

অসুম্না মখোল থোক্লা নোক্লা নোকুগা মখা পাংনা চংখি।

(জুন, ২০০৬)

# মমুন ফারকপা

**মচা অনীগা** শুজিল্লে এম এস আব টি সিগী থা অহুম-মবি তোলব ফংদবা মতমদা তঙায়ফদনা ঐক্তা বিপিন চাক থোংবা চৎপা তাবকখি। ঙম্লা ঙম্লবা হায়বদুনি ইকায়কবা য়াবা মতাং নৎতে, মিমিতাসু হৱাইজাব লোন্দুনা ইমুংগী মতেং পাংশিল্লি। মীচন-মীবম্লোক ফজবগী মথক্তা লৈকাইগী থবক থোকপদা চীথগন্দবনা লৈকাইনসু লুনা চান্না তৌই। মদুমক্তা মাগী হৱাইজাবগী লল্লোন-ঈতিকতা মায় পাকপা ঙম্লিবনি।

এম এস আব টি সিগী শিল্পী হেনমনবদগী মথং-মথং লৌথোকপদা বিপিনগী মমিংসু য়াওবক্লে। ফীভম্না য়াবক্তদুনা বিপিন অশেংবা পূজাবী হায়বা শিনফমদা মায় ওনশিনখি।

নুমিৎতু, মিমিতাগী কোকথক্তা বজ্র তাবগা চপ মান্নখি। বিপিন, মঙানি চাক্লৌবা এমগী চাক থোংলুবগা হল্লকপদা বসনা থেংজিন্নদুনা মফমদুমক্তদা মাগী পুন্সিগী অবোইবা স্বব হোনখি। থম্মোয় শোল্লবা য়াদে, মচা অনীগী খল্লগা মাগী হৱাইজাবগী লল্লোন ঈতীকতা হেন্না থল্লায় যাওশিল্লি।

লৈকাইগী মীশিংনা শেলনা মতেংমক পাংবা ঙম্মদ্রবসু, থবক তৌবা, ওঝা ওইবীশিংনা ওফিসতা, স্কুলদা মাগী হৱাইজাব পুদুনা যোনবিবা হৌবক্লে। মনাক নকপা হোটেলশিংনসু যোনবী। কুইনা শিনফমসিদা মায় ওনশিন্দুনা লাকপনা হৱাইজাবগী মহাওদসু অহেনবা অমা লৈদুনা মথং-মথং শন্দোকখিদুনা, অকোনবদদি হৱাইজাবগী দিমান্দনা হেঞ্জিল্লকপগী ফীভমদা লাক্লে। হৱাইজাবগী মমিংসু 'মিতা হৱাইজাব' হায়না শেগাক কাযবা মখৈ চৎলে।

মীযাম্না নুংশিবিবদগী মিমিতাগী হৱাইজাবগী লল্লোন-ঈতীক হেন্না মায় পাক্লে। মচা অনীদুসু লাইবিক-লাইশু নীংথিনা তমহনবা ঙল্লে। হৌজিক্তি নুমিৎ খূদিংগী হৱাইজাব কায়দ্রগদি কোন্নবক্তবে, অদুসু খবনা যাবা নৎত্রি। অদুনা হৱাইজাব মকসু বোড়া বোড়া লৌবা হৌবক্লে। হৱাইজাব লোন্দুনা য়োনবা হেক হৌবকপদগী দেব মুখর্জিগী দুকানদগী মক লৌদুনতা লাকপনা মুখর্জিনসু শোয়বোইদবা য়েংদুনা পী। মুখর্জিগী মপা অনাবা হেঞ্জিল্লক্তুনা মাগী ময়ূম সিলিগুড়িদা চৎতবা য়াদদুনা চৎখবে। অদুবু মাগা থংনবা দুকান মহেশ অগ্রবালদা, মিমিতাদা শোয়বোইদবা হৱাইজাব মক

য়েংলগা পীনবা শিন্নবস্মী। ফনা কুইনা মুখর্জি লাক্তে।

লৈকাইদুগী ৱেলফ্যেব ক্লবকী সেক্রেটবি নবকুমাব, মিমিতাগা হেক য়ূম থংননা লৈ। ঙাইহাক লৈতনা তোয়না চাবদগী নবকুমাবগী মচানুপীদুদি হৱাইজাবদা মওং অমা তৌই; মশানা খবা পামজবা হায়বদুনি। নোংমা, অয়ুককী চাক চাবদা মিমিতাগী হৱাইজাব য়াওদ্রবদি চাক চাবোই হায়না নিংঙাই তৌই। নবকুমাবনা, "ইতৈমা ঙসিগী কায়বববা? অবেদো ইতৈমগী হৱাইজাব য়াওদ্রদি চাক চাবোই হায়দুনা শাউদুনা লৈহৌবে।"

"এ, কায়বে কায়বে ময়োম য়োম্নবা তৌবস্মীনি," হাযদুনা তেঙ্গোংতা খবা কোংলগা পীবকই।

য়াম্না পাখংনা, নবকুমাবগী নুপীনা, "ইনম্মা ইনম্মা, হৱাইজাবদো অমুক্তা য়োম্বিখিকনু, অবেদো হৌজিক্কী হৱাইজাবদো চাকদৈ কৈনোম্মা তৌবক্লনা মপানা হোস্পিটলদা পুখংখবে।" মিমিতা উংই, কবিগুপ্পা অবেনা ফংত-নুং থোক্লবদি কবি তৌবা, মশাদো বং-বং হুমাং কাংই, জ্ঞান মাঙই।

ঙাইহাক লৈবগা নবকুমাব, অবে পুবগা হোস্পিটলদগী হল্লকই। মিমিতানা চেনশিল্লগা,

"কমাই কমাই তৌবে, কৈসু তৌদবেকো?"

"কৈসু তৌববোই ইতৈমা, চাকখাউ তেংথোকঅগা এন্টি দোট ইঞ্জেক্শন অমা কাপখবে।"

"ফবে ফবে, ইতৈমদি লৱাই শাংখ্রবনিদনা।"

অবে ইমুংদা পুশিল্লগা পোথাহল্লম্লে। অদুগা মতৈমা উনবা থোক্লকই।

"ইতৈমা, হৱাইজাবদো ঙসিদি তোকপিবো, ঙসয ঐখোয় তোম্বীদসু শিন্নজবম্বনি।"

"কদাযদৈ কদায়দৈ, পুথোকউবা য়াবা নংতে।"

"অদো, ননাও কৈনোমতা হাযজগে।"

"হোয়নে, ঐসু নঙগা তান্নগে খল্লস্মীনি।"

"হৱাইজাব মকসি কবম্না দুকানদগী লৌবিকই; হৌজিক ইতৈমগা ঙাইহাক্তা চংমিন্নকসি, য়াইকো?"

নবকুমাবগা মিমিতাগা অগ্রৱালগী দুকান যৌবে।

"নঙ দুকানসিগী মপুবা, নমিং কবি কৌই?"

দুকান ফম্নম্লিবা নুপাদু শং য়েংখংলকই, অদুগা মিমিতাদা ওর্নাশিল্লগা,

"ভাবী, কবি তৌবে?"

"মানা হংঙিসে খুম্মুনে।"

"মানে, ঐ দুকানসিগী মপুনে; মিংনা মহেশ অগ্রবাল। কবি কবি লৈবে? ঐদি জ্ঞান তাদবেনে।"

*"নঙগী হরাইজব মকসি কদায়দগী লৌই? অদুগা ইতৈমসিদি য়োনববা?*

"বাবু, মসিগী মকসি ইবোবী কৌবা নুপা অমদগী লৌবনি। চুন্মী, ইতৈমসিদা হরাইজাব মক বোডা অমা য়োনখি।"

"ইবোবী কদাযদৈনো, ময়ূম খঙববা?"

"বাবু, অদুদি খঙদেনে।"

"মা দুকানসিদা অমুক লাকঅবোইদবা?"

"মাঙোন্দা পৈশা পীগদবা রাংলি। হযেং অরাংপা পৈশা লৌবা লাক্কনি।"

"ফবে অদুদি, মা হেক লাকপগা ঐঙোন্দা ফোন তৌবকউ, মাগা উনহন্নবা নঙনা শীনগদবনি, নংত্রগদি নঙ দষা তাগনি। মঙোন্দা রাবীসে হায়দোকপা যাদে, অদুগা মানা পীবগ্না হরাইজাব মকদু যোল্লুবনু, জ্ঞান তাবেদনা।"

ফোন নম্বর পী অদুগা হরাইজাব মকদু সেম্পলগী খবা লৌবগা নবকুমাব অমদি মিমিতা চংখবে। মহেশ অগ্রবাল ভাব লোইনা তাই, কবি তৌবক্কদবা খল্লুবদা রাখল থোক্তে। ইতৈমগী লোনবদি লেপ্লা য়াদে হাযদুনা মশক খঙনা দুকান অমদগী লৈখবে।

নোং ঙাল্লে, চাক-ঈশিং চাবগা ফি শেৎচিন্দুনা ফোন তৌবকপা ঙাইদুনা লৈ। পৃং ১ তাশিল্লক্কদৌবে, মাগী দুকানদা লৈক্লবনা ফবে খন্দুনা ক্লবকী নহাবোল অহুমগা মখোয মবি মহেশকী দুকানদা চংখবে। মহেশনা মখোয়বু ফমহল্লি, চা থর্কসি হায়দুনা চা কৌই। দুকানদুদা নুপা অমা চঙলকই অদুগা অরাংপা পৈশা পীবক্লবা হায়বকই। মহেশনা নবকুমাবদা ইঙ্গিৎ তৌবকই, নবকুমাবন,

"সোম তাদসি ওইবিববা, ইবোবী হাযবিসে।"

ইঙক ঙক্ল, ইবোবীনা

"মানি, কবিগী ওইববনো ইবুংঙোহোয়?"

"তাদনা দুকানসিদা হরাইজাব মক সপ্লাই তৌবিববা?"

ইক-আক তৌবগা,

"কবিগী , ইবুংঙোহোয়না কনা কনা ওইবিববনো?"

"ঐখোয়বু থিগৎপিবৈ মথৌ তাদে, তাদনা অশেং অশেংবদু হায়দোকপিদু?"

"ইবুংঙোহোয়, কবি তৌবা য়াওব.  ।"

"তাদা য়াম কোথকবৈ কান্দে, মকশিংসি মঙোন্দা পীববা, পীদববা এসিদা হায়বিয়ু, অদুগা তাদগী লৈফমসু তাকপিয়ু।"

ইবোবী পাখৎপনা লোইবে। মখোয়সিবু কবম্না মীদানো খন্না মাগী লৈফম হায়বে অদুগা হুন্নাইজাব মকদু দুকানদুদা মানা পীবনি হায়না শেংনা হায়বে। অসুক য়ামখ্রবা হুন্নাইজাব মকসি কদায়দগী লৌকই হায়দুনা নবকুমাবনা তকখৎলকই। হান্নসু হায়জখবে, শেংনা শেংনা হায়বিয়ু হায়না ইবোবীদা খবা কল্লপ্না হায়।

"মাসি সুম তৌবনি, এসিষ্টেন্ট এগ্রিকলচব ওফিসব অমগী খুথাংদা লৌবগা দুকানসিদা  ।"

"ইস য়াইনে, লৌমীদা লেম্না য়েস্থোক্কদবা মকশিংসি সিদা পুবকঅগা য়োল্লবিবা? ফৈ ফৈ মাগী মমিং অমদি লৈফম্না কদায়দা?"

এসিষ্টেন্ট এগ্রিকলচব ওফিসাবদুগী মমিং-মথা লৌববা মতুং মখোয় চৎখবে। ইবোবীগা মহেশকসু খন্নবা যাবা খন্নবে। অদুগা খুদক্তা এগ্রিকলচব দিপার্টমেন্টদা চৎতুনা বিনোৎকুমাবদা ব্রাবীশিংদো চীখদনা ইযোবীনা তন্নুবে। ইবোবীদা খবা শাউনীংবগুম তৌই অদুবু কবিদি তৌকনি। কবি তৌবক্কদবা খল্লুবদা বিনোৎকুমাব জ্ঞান মাঙই। শেলনা মেস্থোক মেনশিন তৌবা হায়বদুনি খন্না ময়ূম হুনখবে।

মথং নুমিৎকী অয়ূক অঙনবদা নবকুমাবগা মখোয মবি বিনোৎকুমাবগী ময়ূম কোয়থি থিবগা চঙলকই। বিনোৎকুমাবনা, ইবুংঙোহোয়গী ব্রাবী লোইনা তাজবে, ইমুংদা চঙলগা জ্ঞান তানা ব্রাবী শানসি, লেঙশিল্লসি হায়দুনা চঙমিন্নখবে।

"ইবুংঙোহোয়গী চা-নুং তৌবকউ।"

"তামো, চা য়াজবে হৌজিক্তা থকচবকইবনি।"

"এ, ঐগীদা অমুক থকপা হায়দুনি।"

"তামোনসু ব্রাবীসে হান্না খঙঙে হায়বিববনিদা হেক্তা শর্মজিঞ্জবগে। ইবোবীদা তামোনা হুন্নাইজাব মক পী হায়বসিমদি চুম্মোকো?"

"চুম্মী চুম্মী ইবুংঙো, অদো হৌজিক কৈ তৌসি হায়বা?"

"তামোহোয়বু ঙাওববো, তৌবিবিসিবু কৈনো? থাননবা ট্রীট তৌববা মকশিংসিবু চানবদা শীজিন্নবদি কৈ ওইনি? শিবোইদবা? তামোহোয়দি চাবম্মোইনে। কৈনো খনবিবিসিবু? তলবসু ফনা চাউনা চাবিবনি, ইশাগীদা খল্লগা হিংবদি য়াবোইনে।"

"ঐসুনে কদোমদগীনো হেক..  । লানখবে মতুং মনাও তৌজববোই হায়বা

নংতনা কবিবু হায়কনি। অদো, প্রমোশনসু থবাক থবাক য়াম্দুনা লৈববনি অদুনা হন্দক্কী মতাংসিদদি ইবুংঙোহোয়না মায় অমুক্তা ঙাকপিয়ু। মনা-মনিন নাইনদবীদা, কবিনো ইবুংঙোহোয়গী ঐনা ঙমগদবা অমতংদি হায়বিয়ুদনা।"

"এ: তামোগী বাসি অমবোমদ চংখিদৌবে, মসিদি ঐখোয অপাম পামদগা মবী অমতা লৈনজদে। খৃদিংমক আইনগী থোঙদা চথবক্কদবনি। অশেং শেংদা খঙদোকচবা লাকপনি য়াম নুংঙাইজবে। ঐখোয় অমুক য়ৌজব্রগে।"

থৌদোকসিগী মতাংদা কোর্টতা কেস থাংগৎলক্কুনা হীয়বিং মথং মথং চত্থববা মতুং, এসিষ্টেন্ট এগ্রিকলচব ওফিসব বিনোৎকুমাববু প্রিভেন্‌শন ওফ কবপ্সন এক্ট, ১৯৮৮ গী সেক্সন ৭ কী মখাদা চহী মঙা জেলদা থমজিনখি। লোয়ননা দুকানদাব মহেশ অগ্রৱাল অমসুং ইবোবীবুসু মতীক চাবা চৈব্যাক পীদুনা জেলদা থাজিনখি।

(মে, ২০০৬)

# জ্ঞান মপী

**ইন্দ্রমনি ওঝাগী** শিনফমদগী পোখাবে। অদু ওইদুনসু লাইবিক পাবা লেপ্তে, মপানলোমগী জর্নেল তোয়না পাই। কেবল টিভি নেটৱর্ককী পাউগী চেনেলশিং অমদি দিস্কোভরি, নেশনল জীওগ্রাফিক চেনেলনচিংবনা মাগী পোখাফম ওই। মতম পুম্বদা অচুম্বতনা য়োম্লগা ৱা ওাওবা মীদানি। অদুনা হৌজিক ওইবিবা ঈচেল, শীৎলিবা নুংশিৎ মবকসিদা মাগী মফম লৈতে। লৈকাইগী মীশিংনা মাবু মবৈ-মপী হায়রগা খঙনৈ। মাগা ৱাখল মান্নবা মীগা ৱাবী শানবা তাক্ববদি ৱাখল লৌশিং ওইনহৌবা ঙাক্তেনি।

ওক্টোববগী লোইশিল্লকপা মতমনি। নিংথম থা চঙলক্লবনিনা ইলেক্ট্রিক শীজিন্নবগী চাং হেনগৎনবকই, অদুনা হান্নদগী মৈ য়াম্না শোঙ্গে। ইন্দ্রমনিনা ঙাইহাক লৈতে ঙাঙলিবা, মৈ কোৎলগা শীজিন্নবিবা কাঙবুবু। মাগী নুপী যামিনীনা খামজিনবগী শকক্লি,

"খিৎ তোকপিবোসে, মখাবোম্না তান্ত্রদি নুংঙাইখিবোই। কৈনো, মৈ শোনববু ঐখোযদবো, পুম্নমক্কীনি।"

"কৈগী তোকপা মখোয় ময়াম্না কোৎপদৈ নৎত্রো, হৌজিক্তি ইটব থাবদা মনিল ফাও কাদবেসে। সিদগী লোদ হেনমনবদৈ পুবা ওমদদুনা ট্রান্সফোর্মবসে মবাইনা চাকচখিনি।"

হায়বগুম্লদুনা নুমিৎ হুম্নি শুবগী নুমিদাং পুং ৮ মুক তাবম্লগনি, অহৌবা মখোল অমা তাখি অদুগা মৈ খংমুৎ মুৎখি। অঙাংশিং হজিন্নবকপশিংনা "সডক মতোনগী ঐখোয় লৈকাই পুবা ট্রান্সফোর্মবদু পোকখায়বে, হৌজিক হোবেনগী ৱা নৎতে থা খবদি মম্না তাবনি।" ইন্দ্রমনি মৈ হৌবমখৈ শাউই অদুবু কবিদি তৌকনি।

নুমিৎ মবিনি হৌজিনখবে। ক্লবকী নহাবোলশিংনা চাকখ্রিবা ট্রান্সফোর্মবদু শেম্লবা যুম যুমদা চঙলগা লুপা ৫০/৫০ খায়, বাইস মিল তৌবা থিবেনগীদি লুপা ৩০০ হাপহল্লি। কেন্দ্রগী এম এল এগীদা চৎতুনা হায়নকবদা মানা ওম্না লুপা লিশিং মঙা হাপ্লকই। মথং মথং চঙলকপনা ওঝা ইন্দ্রমনিগী মপা য়ৌশিল্লক্লে। ওঝা ইন্দ্রমনিগী যুমদা ময়াম চঙগে তৌবদুদা প্রদিপনা,

"কৈকান্দবদা লুপা ৫০ খক্কীবু চঙওগুমসি হাপসু হাপ্লকওই, ৱাথী তৌবক্লবনি

মাগা মান্নবা ঙম্পোৎনতে। খঙদনা লৈবদুবু মতম মাঙনবনি।"

প্রদিপকী ৱাতাদুদা নাউবীনা,

"কৈনো নমদুনা লৌদৌনি, খবা ঙাঙ-শকপা হৈবগা হেক্তা য়াববো। ইস ঐখোয় ময়াম্না খায়নবগা মাবু ঙালহনসি হায়বিবো?"

"অদুই ৱা নৎত্তেদা, মাগীদা চঙবদো য়াম তনবৈ ৱানি।"

"সিবো লন্নাইগীবো? লৈকাইগীনে, মাসু লৈকাইসিদা লৈবিনি মানা ফনা হায়জসনু নমদুনা লৌদৌনি।"

ওঝা ইন্দ্রমনিগী যুমলোমদা মবী মবী চঙলকই। ময়াম চঙলকপা উদুনা ইন্দ্রমনি থোক্লকই,

"নাউবী কৈ লৈবে?"

"ওঝা, ট্রান্সফোর্মব চাকখ্রিসি শেমজিন্নবা ইমুং খুদিংগী লুপা ৫০/৫০ খায়গৎনৈ, ওঝাগীদসু চঙজবকইনি।"

"কৈনোনে হাযবিসিবো, গভর্নমেন্টনা শেমজগদবদুবু ঐখোয়না শেল খায়নবগা শেমদোইবা?"

"ওঝাবু, মখোয় ঙায়বদি চহী হেন্না চঙগনি অদুনা শেম্বদা চঙগদবা শেলফমদু ঐখোয়না খাযগৎনবগা পীশিল্লুবদি মতম কুইনা চঙঙোই। ঐখোয় কেন্দ্রগী এম এল এ বিনোদসু লুপা লিশিং মঙা হাপ্লকঅবনে।"

লুপা লিশিং মঙাখক হাপ্লক্লে হায়বকপদুদা ইন্দ্রমনি ফ্রং শাউগৎলগা, "কবি, এম এল এ মানা ট্রান্সফোর্মব শেম্নবৈদমক লুপা লিশিং মঙাখক হাপ্লকএ হায়বা। মদুমদি ঐদি য়ানীংদে।"

ইন্দ্রমনিগী মওংদুদা প্রদিপনা,

"ওঝা, য়াজবে, ঐখোয় মথংগী যুমসিদা অমুক চঙজকবগে।"

"ঙাইখো ঙাইখো, নোয় অমুক্তা চৎখিনু। খায়বম থোকপা ওইবগা খায়নি। মথক কাখৎলকউনে ৱা হায়গে।"

মখোয় মশেল মুকম মুকম শোন্নে, "ঙসাইনা হায়দুনি মতম মাঙনবা, সি তৌনি চঙগুমসি চঙগুমসি, হৌজিক্তি কবি থোকএ।" লৈকাইগী অহল অমনা হায়বক্লবনিনা মখোয় হনবা ঙমদবে। খোঙউপ, চেপ্পলনচিংবা লৌথোক্লবগা মাঙ্গোলদা কাখৎলগা লৈবিবা চৌক্রিশিংদুদা ফমথনবে।

"নখোয়নবুদি ৱাখল অমদা খল্লম্না য়াই, শাউনীংলম্বসু য়াই। অদুবু জ্ঞান তানা অমুক্তা খন্নখিসি। ঐনা য়াম শাউনীংঙিদি বিনোদনা লুপা লিশিং মঙাখক হাপ্লকএ

"এ· অঙাংশিংদুসু কৌশিনবিবকউদনা।"

ক্লবকী নহাবোলশিংদুসু কৌশিল্লুবগা কাদুদা পূল্লপ ফম্মিন্নবে।

"ওঝাহোয়গীদা নৎতেদো, হৌজিক ট্রান্সফোর্মব চাকইসি, সি এম কেন্দ্রগীসু চাকইবনি। হায়সু হায়বনি ওঝা, পু-থাংবা গুল্পা নৎতে। অমুক্তা খন্দুনা য়েংবিয়ু, মফম অয়াম্বা অন-ওথোবাইজদা কোৎলগা শীজিন্নবিশিংসে। ট্রান্সফোর্মব চাকপগী মবমসি মখোয়না মক ওইবিবনি। মখোয় ময়াম অমনা কোৎখিবদৈ লোদ পুবা ঙমদদুনা চাক্লবা ঙাক্তনি। লোয়ননা বেডিন্যুদসু মখোযনা চাউনা মাঙহল্লিবনি।"

"সি এম কেন্দ্রগীসু চাকঅমগনি, মদু পল্লুবগী মথৌ তাদে। সি এমদুগী মখাদা ঐখোয়সু লৈবনি। সি এম কেন্দ্রগী মীসু মণিপুবগী প্রজানি, ঐখোয়সু মণিপুবগী প্রজানি। মসিদা খেন্নবা লৈফম থোক্তে। অদুগা ইবুংঙোনা তাকপিবিবা মৈ কোৎপগী মতাংদুদি ইবুংঙোহোয়গী অশোনবনি। হায়দি ফোর্সকা লোয়ননা লাকঅগা কোৎলিশিংদু ককথৎলনি, হোবেন নুংদাংদা অমুক কোৎখিনি। কৈনো ফাবনি খঙদে পাম্বৈ অমা নৎত্রগা অমা শীজিন্নবিদুনা মদুবু ঙমদনবা হোৎনবা হায়বসে ইবুংঙোহোয়গী তঙায়ফদবা থৌদাংনি।"

"অদুনি ওঝা, ঐখোয়সু জ্ঞান-মেন তাবা অমৎতা ঙমজদ্রবনি। অদো ভাই বিনোদ কবম তৌসিগে? ব্রাংখৈগী, খুবাইগীসু মফম মফমদুগী মীওইশিংনা শেল খায়নৈ হায়ববা কৈনো তৌবগা ট্রান্সফোর্মবদু শেমহল্লি হাযগুম তায়। ওঝাসু লেঙঙকঅবনিনা ঐগী মায়কৈদগী অঙম্বা মতেং খবা হাপচবগে।"

ওঝা ইন্দ্রমনি থম্মোয় ঈথক খংব্রাং ব্রাংখৎখি, হান্নগী খোম্থোক্কা মান্নদে।

"এ. ইবুংঙোইসি লম্বী অমবোমদা চৎখিদৌবেনা। ঐখোযনা সিদা লাকচবিসি শেল নিবা লাকচবা নৎতে। নুমিৎ মবিনি শুবে মৈ মৃৎলিসে, অদুবু ঙালহনবিয়ু হায়জবনি।"

"নৎতে নৎতে ওঝা অমুক্তা শাউবিখিনু। মতাং মতাংনা য়াদদুনা তৌনি। পাম্বৈ লৈতে, শেল-থুমগী ফীভম হায়বা অমসু লৈবিদো।"

"কৈনো, ইবুংঙোনা তাকপিবিসিবো? শেলগী ব্রাদি চহী খৃদিংগী বিপ্যাবিং, মেটবিয়লনচিংবগী য়াওনা বজেটতা চাউবা চাউববা শেলফম কায়থোক্লি। থবক শৃবিনবা মীসু থা থাগী তলব পীদুনা মবাঙ কায়না লৈবি। হান্নগী য়াদ্রবা ট্রান্সফোর্মবশিংবু নীংথিজনা শেমজিল্লগা থম্বিয়ু, অদুগা য়াবক য়াবক্তবা ট্রান্সফোর্মবশিংদু শিন্দোকপিবসিবু কয়াম ব্রাপোৎনো, কবিগী পাম্বৈ লৈবোইদোইনো? অদুদি ফায়ব বৃগেদকী গাডীসি য়াদ্রদি মদু শেম্লবা লৈবাকসিগী মীয়ামদৈ শেল খায়গৎপা তাম্নিববা? অচুম্বা খবসু

মতৌসি তুংগী লম্বী লৈনবা।"

"ওঝাগী ৱাফমসি চুম্বদি চুম্বা অদুদা থবক ওইনা...।"

"*তৌফম থোকঅবা থবক্তা তৌগেবু খল্লদি ঙমদবা লৈতবনি।* অদু অদা খঙদে ঐখোয়দি হায়বিসিনি, মৈ লৈনা লৈনা ওথোবাইজ কঞ্জুমবদা মৈ ফংহন্দবা হায়বসি ঐখোয়গী বাইটপু মৎপনি, শীংনবনি। মসিদা পীৱ্রদি দিষ্ট্রিক্ট কঞ্জুমব্স বিদ্রেসেল ফোবমদা হেক্তা থাংগৎলগা থেংনবা তাবেদনা। ঐখোয় মৈতৈসে মবূক খবা ফগল্লি। পূক ফবগা পঙবগা হেক মচীন-মনাওনি। অদুনা কমপ্লেন্ট তৌবা হায়দো কযা খঙনদেনে। মদুদা খুদোংচাবা লৌবদি লানগনি।"

যাওবক্লিবা ক্লবকী নহাবোলশিংদো তুম্পক তুম্পক, তিংঙক তিংঙক ৱাবী শানবিবদুদা কবিসু য়াওশিল্লুবা ঙল্লুদ্রি। হেক হৌবদগী ভাঙনবক্লিবসিদা ওঝা ইন্দ্রমনিগী ৱাদা কক্লুবা যাবা অমৎতা য়াওদবদুদা নহাবোলশিংনা হেন্না পূক্লিং চঙলক্লি। সুন্দব ঙাইহাক তূমিন্না লৈ, য়াম্না কূপথনা ৱাখল খনবগী মমি তাই, বিনোদতসু ফল্লপ ফল্লপ যেংই। তূমিন্না লৈরুববগী তুংদা স্বব শাংনা হোম্বুবগা সুন্দবনা,

"ওঝা, ওঝানা ঙসি ৱাখল খন্তুনবগী পাঙ্গল হাপ্লিবে। ঙসি নোং-নীনীসিদং মতম পীবিয়ু, ওঝাগী নীংবা থুংহঞ্জবগে।"

"ইবুংঙোবু হন্না হন্না থাগৎচবি। তৌবতবু মতম পূম্বগী, মফম খূদিংগীসু ওইসিকো।"

"ওঝা, ঐ ভাব মুন্না তাজবে, নহানখৈ পঙথরুবে হায়বা তাবে। ওঝাগা উনজদুনা ৱাবী ৱাতায খবা শানবা ফংজবসিনা ঐবু মীকপ থোকহনবিবে, পুন্সিগী মায পাকপা ওইজগে, শাংনা পুন্সিবিখো। ওঝাগা উনবা ফংহনবিবৈদমক ভাই বিনোদপুসু ঙমখৈ নৈতনা থাগৎচবি। হৌজিক্তি ক্লবকী ইচীন-ইনাওশিংসু নুংশা থীবিরুবনু।

(ওগষ্ট, ২০০৬)

# প্রমোশন

**হৌনরগা লাকমিন্নবদুমগুায়,** বিমোল অমসুং শ্যাম চপ মান্নবা জোইন তৌবা চঙলকই। চপ মান্নবা পোষ্ট এস আইনি, সিবিয়েল রানদা বিমোল টুদনা শ্যামনি। হাঙদুনা লৈবিবা টেবুলেশন সেক্শনদা অনীমক চঙলক্লে। মখোয়গা খঙনবা মমান্নবসু য়াওনবল্মী। মখোয় অনীনা চঙলকপদুদা অমগা অমগা শক তারুদুনা পুন্নাং লাঙই। তাচাউবা থাদুনা হোটেলদগী অচা-অথক লৈহন্নুবগা মখোয় অনী নৌনা জোইন তৌরবগী হবাওবা ফোঙদোক্নুনা চামিন-থকমিন্নবে। শ্যামগী মচে থোকপা শান্তিবালানবু "জোইন তৌববিদি অনীনি, ঙসিনা সেবিয়েল রান বিমোলগী ওইবগা হয়েংনা সেবিয়েল টু শ্যামনা অমুক পীবা তাবনিকো।" ময়াম্নসু চুম্মী চুম্মী রা-রা পুন্নিল নিল্লি। হয়েং শ্যামনা অমুক তৌবদা তাখবে। য়াম্না নুংঙাইখ্রবা সেক্শননি রাখল্লোন য়াম্না মান্নবা, অমনা অমনা হায়নবসু লোইনা তানে। অতৈ সেক্শননসু হায়নবিবনি টেব্যুলেশন সেক্শনবু। ওফিসবশিংনসু অতৈ সেক্শনদা মখোযগী মতৌ তম্মুনে তৎতনা হায়নবিবনি। বিমোল অমসুং শ্যাম সেক্শনসিদা তাবা ফংজবসি মবাযবক ওহোক্লা ফগ্রবনি।

বিমোল, শ্যাম ওফিস কাবকপসি মযাম যৌনবক্লিঙৈদা যৌবকপা ঙাক্তনি। ওফিসবশিংনা, ডাইবেক্টবনা মশক মুন্না খঙবা থৌমী ওইবক্লে। মবান্নীবু পন্দুনা অতৈ থেঙনা কাবকপা থৌমীশিংদা ঙাঙলিবনি। ঙন্না কাবকপদা নৎতনা থবক্তসু থরায য়াওনা শূই। অসিদা নৎতনা লমচৎ ব্যবহাবসু অঙকপনি, থক-খা খঙনা চৎলি মবান্নীমক। অঙকপগী মতৌনি হৌজিক মতমগী ওইনবিবা, তৌনবিবা গভর্নমেন্টকী থৌমীলক্তগী মখোয় অনীদি পূমতোপ তোপ্পগুন্নি। মখোয় অনীদা পীথবকপা থবক শৎ-শৎ হেক্তা লোইশিল্লি, মতমকা ঙাই লাকপা তৌদে। অদুবু অয়াম্না মতমদা শ্যামনা লোইশিল্লগা থাগৎখিবা থবক্তু অবানবা য়াওবমদুনা ঙাইহাক লৈতে হন্থবক্লিবা। মাসু অশোযবশিংদু শেমদোকপা য়াবা শেমদোক্লগা থাবক্লিবা মতমদু নংনবা থাগৎলি। অদু ওইদুনসু চীথবা, অশোয়বা খবা হেক্তমক যাওবমদুনা অমুক হন্থবকপনা কোঙ্গায়নি। থরায় য়াওনা মাগী হৈজবী থাক্তা শূবিবা থবক্লি, অদুবু তোয়না নংনবক্তবনা মাগী সেক্শন পুবিবা ওফিসাবদু ঙাইহাক লৈতে খোষ্থী চাবিবা। নাকল অমবোমদনা

বিমোলনা লোইবগা থাগৎখিবা থবক্তা অমুক্তা অনীরক হন্নদ্রি। থবক খূৎশূদুসু লূনা-নাম্না, মচা-খায়না হেক য়েংবদা জ্ঞান লোইনা তাবা ঙম্বা খূৎশূনি, মখূৎনা মবোল অমা ফজবিবা, নাল্লিবা। ওফিসাবনা য়াম্না ঙক্লিবনা অসুক নীংথিজনা শূবিবসিদা পীথখিবগা লোইরকপনা হাল্লকপসিনি। মসিনি মী মীগী পীথোক্লকপা হায়বদু, গুণনি। অদুনা বিমোলদি মথক থোংবা ওফিসাবদগীনা ডাইবেক্টব ফাওবনা য়াম্না চাম্লি। ডইবেক্টবনবু মখোয় মশেল মীটিংনচিংবা তৌবদা হায়বিবনি "বিমোলবু ঐখোয়গী থৌমী হৈনা ফংজবসি লাইবক য়াম্না ফববনি।" অদুনা বিমোলবু অতৈ থৌমীশিংনা কল্লক য়েংশিনবা হৌবকই। অদুবু মাগী মওং-মতৌ, নুংশিববা ব্রাঙাঙ শাঙাঙদুনা মঙোন্দা কুইথনা মীৎয়েং চঙলূবা ঙম্নদে, অঙকপা মী হায়বদুনি। অদুনা ওফিসতা মাবু য়াদবা মী লৈতে।

সোমদনা শ্যামনা শোযবকপা, থবক নংনবক্তবা ময়ামদুনা মঙোন্দা থবক ইপী পীথবক্তবে। অদু ওইদুনসু ওফিস কাবকপদি হান্নগুম ঙম্না ঙম্না অদুম্মক কাবল্লি, অদুগা মানা তৌবা য়াবা অমগীবু ওইবো অমগীবু ওইবো মতেং পাংবগী মওংদা তৌবা য়াবা তৌশিল্লি। ওহোকপা হায়বদুনি অকোনবদদি মাগী মথোং চাদবা থবক খূৎশূদুনা কনা অমৎতনসু মতেং পাংহন্নীংলক্তবে। কাবদি মহৌশাগুম ঙম্না কাবকই অদুগা মাগী ফম্ফমদা তূমিন্না ফমদুনা অদুম লৈ। পাউচেশিংদু হঞ্জিন হঞ্জিন খবা পা, ফূক হৌগৎলগা মপান্দা ঙাইহাক অমুক থোক, তৌফম খঙদবা হায়বদু ওইবে। মমান্নবশিংনা মাগী মাগী শূগদবা থবক্তু মতম কাইথোকপা তৌদনা শূনবি। থবক লৈতবগী অব্রাবসিসু মপা লৈতবা জাৎনি। মানা তৌগদৌবিবা অসিবু কবিনো খম্থুকবদা মথন্তা জ্ঞান মাঙবা হাযবদু য়ৌবে। শ্যাম, থংনবা কাগী মবমদা মুন্না খঙই। থংনবা কাদা ঙাহৌ-ঙাহৌ চঙলূই, ওহোক্লা নুংঙাইনা লৈরমখ্রবা কানি। মচী অমদা মখোয় অনী-অহুম্না থবক খবা শূবগুম তৌই, অতৈদি ব্রাবী শানদুনা সংসাব মখল অমনি। কাদুদা খ্বাইদগী নুংঙাইবিবদি লুডো শান্নবিবদুনি, মফম অহুম্সু থোকই। শ্যাম চঙলকপদুদা ময়ামদো থৌতক চায়। মাবু কৌশিনবী লোকেলনা,

"নঙবু ঙসিদি শূনবা থবক্কা অমৎতা লৈত্রববা, সিদা লাকইসিবু?"

"কদায়দৈ থবক্লোদা, কুইবেদা ঐঙোন্দা থবক্কা শিন্নবক্লিবা।"

"এ: কৈনোনে ঐখোয়দি নঙগা বিমোলগাদি থবক শূবদগী মঙকফাও হাইগৎপা ঙমদ্রবনি হায়নবিবনি।"

"মাবুদি হৌজিকসু থবক শূহৌবিদা, মাগীদি থবক ব্রাৎতে।"

"নঙগীনা কৈগী পীদ্রিবা?"

"খঙদে, ঐনা থাগৎখিবা থবকসে অনী অহন্নক হেক্তা হয়রে। নংদ-খোৎতবগীসু ঐখোয়.. এ দিদো খোঙ্গী য়াম চাবমানে অদুদা তল্লদুনা ঐঙোন্দা থবক পীথরক্তবা ওইরমগনি।"

খোগেননা ফৎ লৈথোক্লক্লগা "অদুদি ঙন্না ঙন্না কাবকঅগা নঙদি কৈদৌ লৈ?"

"কৈদৌনি পাউচেশিংদো চীনফা খবা পু, ঙাইহাক অমুক উই। সুম লৈবা ইকায়দুনা সোমদা কোয়বকইসিনি।"

"অদুগী হায়কঅদি ঐখোয় কাসিদি নুংঙাইহ্রপোৎনি, কাবা হায়বা কানীংবা মতমদা নঙ খঙঙিদুনি, তৌবিসিনি লুডোদা ওইনা উংথনবিসিনি।"

হৌজিক্তি শ্যাম, ঙন্না কাবক্লবসু মাগী কাদা কুইনা লৈবমদনা মথংগী কাদুদা চঙবা হৌবক্লে। তপ্না-তপ্না মাসু লুডো মখোঙ অমা পুবা হৌবক্লে। কাদুগী ময়াই অঙকপনি, কাদুদা চঙলকপা খৃদিংমক নুংঙাইবা ঈপাক অমদা তাউহনবগা পাংখক্লি। মহাও খবা খবা খঙবা হৌগৎলকপগী হৌনবী লুডোদা থরায খৃৎয়াও অমনি। নুংসু য়াম্না নুংঙাইবি, মোল্লি মোল্লি ফজ ফজখ্রবা ফাগিকাসু তৌথোবকপদা কাদো ব্রা লাউবীনি। টেবুলেশন সেক্‌শনদগী হেক্তা লাউবকই, "ওফিসনে, ওফিসনে খবা খবা খঙনসে।" অমুক তৃমিন তৃমিন মখোয়না শান্নগদবা লুডোদু মখা চংখে। অসুম্না নোংমা নোংমগী খবা খবা অকোনবদদি শ্যামসু পার্টি মবক্তা মবা তাখিবা হায়বদো ওইখবে।

মহৌশাগুম্না ওফিস ঙন্না ঙন্না কাবদো তোকখবে। মতম অয়াম্বদা এটেন্দেন্স রেজিষ্টবদা অমুক্তা মতম চানা সোই তৌবা ঙম্লক্তবে। ওফিসবগী কাদা চঙলগা তৌরুবনা অয়াম্বনি। নোংমা মখোয় কাগী মচে শান্তিবালানা,

"শ্যাম, নঙ হান্নগা মান্নবক্তবে, কৈদৌবে থেঙনা থেঙনা লাকঅদি? অদুগা মথংগী কাদা ঙাইহাক লৈতনা চঙঙিদুসু চঙহন্নীংদে। অসিদবু চঙখ্রদি থবক শৃবগী ব্রাখলদৈ লাপথোকখিনি, অদুইসু মথক্তা মসিগী কাসিদা লৈরিশিংসে ওফিসবশিংনা মার্ক তৌববা মীনা অয়াম্বনি, অফবা ওইবকওই।"

"কৈদৌনি চেচে, থবক শৃদৌসু লৈতে ঙন্না লাকঅগা বোব চুনবনি, মথং কাসিদা চঙলগা ব্রাখলসে খবা নুংঙাই, সিদদি ইথক্তা থবক শৃদগোই সুম লৈবদো হৈনদেদা।"

"নৎতেনে, থবক্তো লৌকচো ঐখোয়গা তান্নবগা শৃমিন্নবগা য়াপোৎতুবু। য়াম লুবসু নৎতে, তপ্না-তপ্না হোৎনবগা অদুম হৈজবক্তুবু সুম লৈথোকঅদি তুংদা ফবককওইনে।"

"উং চেচে" বুদি হায়জে, শাইবোং মরূনা জিল্লদা পানবদুগায়। হৌজিক্তি হান্নদগী হেল্লিল্লকখিদুনা তাখিবা মবাদু হেন্না চেংশিনখবে। টেবুলেশন সেক্শনদা মী অমা থবক শূবক্ত্রবনিনা থবক পূখবা য়াওবক্লনা শ্যামগী মহুৎ মী অমা পীশিল্লক্লগা শ্যামবুনা হায়নবী সেক্শন মথংগী কাদুদা থাজিনখবে। শ্যাম, গভর্নমেন্টকী ওফিসতা থবক তৌবগী মহাও খবা খবা খঙবা হৌবক্লে। সিননিদনা গভর্নমেন্টকী থবক চঙবদা লুপা লাখ লাখনা খূজিং ওইবগা চঙনবিবসে, হায়বদো ভাব তাবক্লে। থবক শূবা হৈতে, থবক শূদে হায়দুনা গুসি ফাওবদা গভর্নমেন্টকী থৌমী অমৎতসু থবক্তগী লৌথোকপা য়াওখিবা লৈত্রি।

হৌজিক্তি মোল্লি মোল্লি, তপ্না তপ্না শ্যামনা কাদুগী অখন্নবা মীওই অমা ওইবক্লে। রা গুাঙবদা মতুম মতুম হেক তাবদনা, নোক্লীং নোক্লীংবা রানা গুাঙথোক্লকইবা মাদি মতৌ মান্দনা তূমিন্না লৈনি। ময়ামদি লোইবে মাগী রাতাদুদা, অমুকসু মাগী মওং-মতৌদুদা। অদুনা শ্যামনা কাসিদা চঙলকখিবদগী লাঙবগী চাং নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। মাগী মওংদুগা হায়দোক্লক্লিবা রাতাদুগা নোক্ত-লাক্তবা ঙন্না নৎতে। অসুম্না হান্নদগী লাঙবগী চাং হেনগৎলকপদগী থংনবিবা কাশিংদগী তোযনা কমপ্লেন্ট কযা লাকখ্রবনি। নোংমা নীনীদি খবা ফনি মতুং তাবকপদা হান্নগুম্মী। লাঙবা হেনগৎলকপগী মক ওইবা মীশকসি শ্যামনি হায়বা খঙবদগী মাবু তমেংলোংদা ট্রান্সফব তৌবগী ওর্দব থোক্লকই। শ্যাম শাউবনা খম থেংখবে। মিনিষ্টবগীদা চৎলগা ওর্দব থোক্লক্লিবা ওফিসাবদু একশন লৌহন্নি হায়দুনা ফূক হৌগৎলকই। কাদুগী মীশিংনা শ্যাম, মখোয়গী কন্সর্ন মিনিষ্টবগা য়াম্না নক্লবা মীশক্লি হায়বা খঙই। ময়াম্না ফাথে। তমেংলোংদা তাবনা হেন্না কোম্বনি, চৎত্রবসু য়াবনি হায়না থেম্মী।

মহৈ-মশিংদা মখোঙ শেংনা হৌবকপা বিমোলনি অদুগীসু মথক্তা হেক তম্বা য়াবা মহৈ অয়াম্বা তম্লক্লবনিনা পোষ্ট মচা ওইজববসু ডাইবেক্টবনা মাবু মরূ ওইনা লৌই। অদুনা ওফিসকী অমা অমা খন্নবদা ওফিসবশিংগী মবক্তা তঙায়ফদনা মতাঙ চাবদা নোংমা ফাদোকসু ডাইবেক্টবনা মাবু য়াওহল্লি, লোয়ননা য়াওহনবগী কান্নবসু অদুম্মক ফংই। মবম অসিনা ওফিসাব পূম্নমক্লা মাবু চাল্লি। মানা শূবোইদবা, মথক থোংবনা শূগদবা থবক ফাওবা তূমিন্না মঙোম্দা শিন্নদুনা শূহনবসু কোঙ্গাযনি। শম্না হায়ববদা বিমোল ওফিসতুগী য়াম্না মরূ ওইবা অচঙবা থৌমী অমা ওইবে।

শ্যাম, তমেংলোংদা ট্রান্সফব থাবদু ময়াম্না হায়দুমক থোক্লে, মতোন থোকপা হায়বদু ওইখবে। থা অমগী মনুংদা নোংমা নীনী কোইবোই আদা লৈথোক্লবগা মদুনা মাগী থা অমগী থবক্লি। অদুনা মানা হান্না থবক চঙদ্রিঙৈদা কোংথোং মপান্দা ফম্লম্বা

*দুকানদো নৌনা অমুক পানখৎতুনা ফন্না হৌখবে। থাগী ফংলকপা ভলবতুনা লেঙদনা তুংশিল্লগা দুকানদগী লাকপা শেলফমনা ইমুংদুদি ইবাই লায়না পুবে।* গভর্নমেন্টকী থবক তৌবগী মহাও হান্নদগী হৌজিক্লা অমুক্তসু হেন্না ময়েক শেংলক্নি। শ্যাম য়াম্না চাওখৎপা হায়বদু ওইখবে। তুংশিনবা শেলদুনা ময়ূম শাখবে। অসিননিদনা মণিপুরদা গভর্নমেন্টগী থবক গভর্নমেন্টগী থবক হায়না তান্নবিবসিগী মরম হান্নদগী হেন্না হেন্না ময়েক লাবা হেনগৎলক্নি।

ডাইরেক্টোরেটতু হাংদোকখিবদা থৌমী খবদি পূল্লপ চঙখিবনা হৌজিক মখোয়গী থবক্তগী পোখানবগী মতম য়ৌশিল্লক্তুনা থৌমী খবদি প্রমোশন মথং মথং ফংনখিদুনা বিমোল অমসুং শ্যামহোয়গীসু মতাং য়ৌশিল্লক্নে। মতম কুইশিল্লক্নবনিনা প্রমোশন ফংবা হায়বদো ফংদৌববনি খল্লুবদা বিমোল হৰাও-মথোই কাজবিবনি। সেনিয়রিটিগী মতুং ইন্না কাগদবা প্রমোশননিনা সেবিয়ল ৱানদগা লৈশিল্লে ময়ূমদা খণ্ডহন্দনা অঙকপা পোকহনগে খন্না লৈবনি। অদুবু মখোয়গী ওফিসকী মরমদা ৱাবী অমা শানবদা খস্তুহৌদনা মতাং অমা হেক চানখিদুনা মমাদা হেক হায়দোক্লবদগী ময়ূমগী মীওইশিংসু লোইনা নুংঙাইনবে।

ময়াম মথং মথং প্রমোশন কানখিবদগী বিমোলহোয়গী গ্রুপকী য়ৌশিল্লক্নে। সেনিয়রিটি লিষ্টতা বিমোলনা ৱানদা মথংদা শ্যামনি। অদুগা প্রমোশন পোষ্টতি অমখক্তনি। মিনিষ্টবনা খৃৎ থিংজিল্লক্তুনা শ্যামগী এ সি আর লোইনা শেমদোক্নে লোয়ননা হান্না সেনিযবিটিগী মতুং ইন্না প্রমোশন পীবস্বদুসু মেরিট কম সেনিয়রিটিদা ওহোক্নে। অদুগা বিমোলনা লৈবিবা টেব্যুলেশন সেক্শনদা হাংদুনা লৈবিবা ইন্সপেক্টর পোষ্টতা প্রমোশন ফংদুনা তমেংলোংদা পোষ্টিং তাদুনা লৈবিবা শ্যাম জোইন তৌরখি।

(জুন, ২০০৬)

# সনা লৈবাক্কী মৈ

**চহী তরা মমাঙগী ৱাবীনি।**

তোলহলগী নীতি-নিয়ম অঙকপনি, মদুমক্তা মচা মমৌশিংনা মাবু যাম্না কিনা চৎলি লোযননা লুনা-চান্না তৌই। মমৌ অহল অমদি অতোপ্পীদি গভর্নমেন্টকী থবক মচা অমমম্ তৌই। অদুনা মৌ যাযমনা ইমুংগী লোইশিন খমজিনবদা মানা খবা হেল্লি। মচেগী অমদি মনাওগী অঙাং যেংশিন্নবা নুপীমচা অমমম্ লৈজববসু ফনা হায়বা শাবদুনি, মখোযনা ওফিস কাখ্রগা মপূং ওইনা মালা য়েংশিল্লিবনি। মদু ওইদুনসু মঙোন্দা অমকপা ৱাখল খনবগী মমি তাদে। মচে অমসুং মনাও নুপীনসু মাবু অমুক্তোইবা লুনা চান্না তৌবিবনি। তোলহলগী মওং-মতৌদুনা ইমুংগী থবক-ইনখাংদা লৌতান্নবা হাযবদুমদি ইমুংসিদা লৈতবগুম তৌই। অদুনা ইমুংদো যাম্না ঈংনা-চীক্লা লৈতানা পানবা হাযবদু থোকই। মমৌ যাযমগী খল্লুবদা নুংঙাইতদুনা গভর্নমেন্টকী থবক অমা তৌতন্নবগী চেনবা যাবা, হোৎনবা যাবা তোলহলনা হোৎনৈ।

মখোয ইমুংগী তৌনবিবা মতৌসিদা লৈকাইগী মীশিংনা মৌ যাযমদা কবি কবিনো কামশিনবা হৌবকই। অং, অং হায়না পঙতা তাশিল্লি মদুদা ৱাখল লূপশিল্লুদে। মচেগা মনাওগা ওফিসতগী হল্লক্লগা মঙোন্দা হাযবল্লিবা মীদু মশক-মমিং পল্লদনা হাযবম্না বাকায় মযামদো শীৎ-শীৎনা তম্লু তমথোকই। অদুগা মখোয অহুম ৱা-ৱাদুম নোকমিন্নদিবনি। অদুনা নোংমা নোংমগী মখোয অহুম চেৎশিন্নবা হেল্লক্লি। চিংনবা অমা অমা হেক লৈবকপদা হেক্তা হোদোক্লদুনা পুক্লিংদা থকম অমৎতা লৈনদে। লৈকাইনদা হাযনবা নৎতনা মাবকৈ অদোমগী মীপুম খুদিংনা মখোযগী ইমুংবু শোন্নবিবনি। যেংশিন-খোৎচিনবিনবা, থেমজিন-খোৎচিনবিনবা মনেম্বোক অমা লৈবসু নৎতে, অঙকপা হাযবদো ওইববনি মৌসু অহুমনি, চাবসু পুন্না চামিন্নবিবা। তোলহলনসু মখোযগী ইমুংগী চৎনা-লোনচৎ, মওং-মতৌসিগীদমক চাউথোকচবিবনি। অমা অমদা ৱাবী-ৱাতাই তৌবদসু ওস্থোক্লা নুংঙাইজনা মমৌ অহুমগী ৱাবী তমজবিবনি।

মমৌ যায়মগী থবক্তুসু মায পাক্লে। হৌজিক্তি মাসু থবক কাববনিনা মাগী অঙাং যেংশিনবিনবা নুপীমচা অমগা থমখবে।

নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চানদুনা কোল-লীক ফেঙবা ঙম্না লোইশিল্লে। তোলহলনা মচানুপা অহম্মক লোয়ননা মমৌনুপী অহুমদুবুসু কৌশিল্লি,

"ঙসিদি ইপা ব্রা খবা হায়গে।"

ইথা থাজদবা মপাগী মওং-মতৌদুদা মচানুপা অহলদুনা,

"পাবুং, কৈ লৈগে?"

"মুন্না খনবা য়াবা খল্লবনি, মসিদা নৎতবা ব্রাখলকাদি খল্লুবা য়াদেকো। নুমিৎসু য়াম ফৈ, হয়েংদৈ নখোয় অহুম তোখাই তোখাই চানবো।"

পুন্নমক অমগা অমগা য়েংনৈ, ইঙক ঙক্লে। মচানুপা য়ায়মনা,

"কৈনো পাবুংনা হায়বিবিদুবো, ঐখোয় ভাব-মেন অমৎতা তাবা ঙমজদবে। তোখাই চানবা হায়দুদি হয়েং অঙাংশিংনা চাওখৎলবা, অঙাং মশীং য়াম্নবক্লবা মতমদা চানদবা য়াবক্লোই। মতমদুদা চানবগা লোইপোৎতুবু, হৌজিকমক্তি মদু ওইগ্রিদনা।"

"অতৈ লোই তোকখোনে, হৌজিকপু ইমুংসিদা মী কয়া লৈগেনে? নুপীমচা অহুমসি থাবগা পূন্না তবামবিনি। অদুনা মী অমনা মী তবামবিগী অমুক্তা চাক থোংবা হায়বসি তবাইবদি ওইদেদো।"

মমৌশিংনা, পাবুং মদুগী অব্রাবদুদি ঐখোয়দা কবিসু থোইদোক্তেদা, মী মশীং থাবগী ব্রানি অঙাংনা অয়াম্বনি। পূন্না অসুক নুংঙাইনা চামিন থকমিন্নবসিনা হেন্না নুংঙাইজে ঐখোয়দি হায়দুনা মখোয়গী মোত ফোঙদোকই। মচানুপা অতোনবনা পাংশিল্লকই,

"ইতৈমহোয়না হায়বিসি অশেংবনি, ময়াম ব্রা-ব্রা লাঙদুনা চামিন্নবনা হেন্না নুংঙাইবিবনি। কৈগী তোখাই চানদোইনো?

"নোয় খঙদবে, মীওইবা হায়বসে তম্বা ঙম্বা নৎতে। মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না হয়েং থকম লৈনবক্তুনা মৈগী চীং ফুম-ফুমদুনা লৈনবগা পোকথায়বক্তুনা তোখাই চান্নবি তাবদি মখা তানা নুংশিননা লৈমিন্নবদা ব্রানা থোক্কনি। ইমৌশিংবু ইকূনা মশক মুন্না খঙই, নোয়না কবিসু তৌনবক্কদবা লৈতে। অদু ওইদুনসু হৌজিক নুংশিনবিঙেসিদা তোখাইনহৌবদি আ তুং কোইনা নুংশিনা লৈমিন্নবেদনা। অদুইসু মথক্তা এঙ্খাংসু মথেল-মথেল চাবা য়াবেদনা।"

মচানুপাশিংনা, কৈনো এঙ্খাংবু তোখাইনদ্রবসু মথেল হেনগৎহল্লগা য়াবা পোৎতুবু হায়দুনা মপাদা ওনশিল্লি।

"ইপানা হায়বিসিনি, তুংদা সিনা য়াম ফবক্কনি। নশা নশাগী তুংগী লম্বী শেমজবা হায়বা অমসু লৈবিবনি। হোয়দা নুংদা নুংঙাইবক্তুগনা অমুক হেক পূনশিল্লগা

লোইবে। কৈগীনো অদুক লুনা খল্লিবো?"

য়াবোইদবা মওং উবকপদগী মচানুপা অহলনা,

"তোখাইনবা তারদি পাবুংদি কনাগা?"

"অমগা হেক্তা য়াইদা। অতোপ্পগবা কৈনো লৈমিন্নবগা লোইবে।"

মৌ অহল অমসুং য়ায়মনা, অদু ওইববদি পাবুংগী সেবাদি মখোয়না মপুং ফানা তৌবা ফংলবোই হায়না হায়জবকই।

"এ: অদু ওইবগনা ইমৌসিদি, থা অমমম্ লৈবা তাবেদনা।"

অসুম তৌনা য়ানীংদা য়ানীংদা মচীন-মনাও অহুমদো তোখাইনা চানখবে। ফনা হায়বা শাবদুনি, মী তবামবিগী চাক পূল্লপ অমনা থোংবা হায়বসি অবায়বা থবক নংতে। মতম খবদি পূম্নমক নুংঙাইতবা ফাওনবম্মী। অদুবু হৌজিক্তি তোখাইনবসিনা মাগী মাগী অতাবী অমা লৈনখিবদুনা হেন্না নুংঙাইবা ফাওনবকপগুম তৌবে; ব্রাবসু খবা হয্যনবে। মকূনা হায়খিবগুম এল্লাংদি মথেল-মথেলনি। চাকখূম তোখাইনৈ হায়বখক্কী ব্রাদনি, হান্নগুম ব্রা-ব্রা নুংঙাইনা অদুম্মক লৈমিন্নৈ।

তোলহল, ঙবাং নুংশাদা লেপখৈ লেপ্পুবগা পেক্সনগী শেলফমদু লৌথোকপা নংহৌদে। ঙসিদি নোং হেক ঙানবগা মমৌ য়ায়মদা চাক ঙন্না থোংহল্লে। চাক ঈশিং লোইশিল্লগা খবা মমাঙদা চংখংনা লেপ্পুনবা ঙস্তানা চংতুনা বেক্ক মমাঙদা লৈববে।

কৈথেলসিবু চঙসিবা চঙগুমসিবা ঙাইহাক খল্লুই। হেবা অসুক কুইনা চানীংদুনা লৈবক্রবসিবু শীনবা কোন্নবা কোন্নদবা হেক লৈথোক্লগা লোইবে হায়দুনা কৈথেল পোংলক চঙলকই। নোংজু পাম্বামক নংত্রবসু লৈনাং ওই কবি ওই মবক্তুদা খোঙগ্রাও অবাওবদু মখূংনা খবা খবা চিংখংলগা অকংবা মপা থিবা-থিবগা চোংবোই কানবোই মনুং চঙশিল্লি। মানা হেক পাম্বদুমক থোকই। ওম্লোক্রসু ফজখবে খূবাক খূবাকমুক হেক পাক্রদনা, হংঙুবি,

"ফেবকা অমংতা থমজদবনি, নূংসু অফাবনি ঐগীদি। কিলোদা লুপা চনীখক্তনি।"

হংলুবা তৌদনা মশানা ফেব লৈতবনি, অফাবা নূংনি হায়বকপদুদা জ্ঞানবুদি অদুম্মক তাববনি। অদুবু ফজমনগ্রদুনা অদু-অদা হায়কদবে, মমলসু তাউ হায়কদবে। কিলো অহুম, কিলো অমমম্ অহুম থোক্লা ওলহল্লি। পৈশা পীবমদাইদদি,

"নোয়সিবু খবা তা-খোংপদি তৌববোইদবা?"

"সে-সে খূলামখাংনি লুপা কুম্বা হেন্না হল্লবনি।"

যুম হেক য়ৌবগা মমৌনুপীদা পীশিল্লি। ময়োম অনীদুবুনা মচে অমদি মনাওদা

অমমম্ পীহল্লুবে। "খঙদে ঙসিদি খবা ঙন্নবু চাথোক্কে, ইমৌসিদি ঙন্তানা হেক থোংদোকউ।" মকূনা পামজবা ঙাগা ওইবে, মকূনা হায়বদুদা ঙন্তানা চাক থোংবা চঙখবে।

নুমিদাং ওইশিল্লক্কে, ময়াম ফম্মিন্নদুনা টিভি য়েংলিবা কাদুদা মশূনুপা চেনশিল্লকই, "ধৌ ধৌ, মমানা চাক লোইবে চাবা য়াবনি হায়বকএ।" "ধৌ লাকএ, ধৌ লাকএ।" হৌগংলগা চাক চাফম কাবোমদা চঙখি। মচানুপা য়ায়মদুনবু শোলহৌই, "ঙসিদি ওম্বোক্লা ঙন্না কৈদৌবজাংনো, চাকখূম অনীসু লোইবমখিবোই।"

বাই নীংথিজনা তৈথোক্লগা ফিদা থাদুনা লৈবম্মী। তোলহল, মখূৎ-মশা হামদোক্লগা ঙসিদি হেক্তা স্নান তানা লৌখৎলগে খন্না ফিদাদুদা ফমথৈ। মমৌনুপীনা চাক-এঙ্গাং পুথোক্লদুনা থেল্লবে। ওম্বোক্লসু চাউখবে। পীক্তক তৌবা তেঙ্গোৎতদি উকাবীদো তংখায় অমনা পীকপূ থনগনি। উকাবী মচেৎ খবগা উ মোবোক অমেৎপা অমদি ফোং ফোং শাবিবা নাকূপ্পী বোবাদুগনা সেম্পাক অমদা, মকূনা পামজবা মথেল ঙাক্তনি। উকাবী থোংবদুনা মবোল অমা, থাউ নমতক তৌবগা মহীকাদু নঙ-নঙ হেক লাউবদনা। অদুবুদি মৌ য়ায়মগী উকাবী থোংবা হায়নবিবনি। চাক ফোঙ-ফোঙ শাবদু খোত্থবগা মহী অনঙবদুনা নপ-নপ লাউনা তোৎলগা উকাবী মবেঙবানদু ফক্লগা তোলহল চাক চাবা হৌগংলি। উ মোবোক অমেৎপা অমদি নাকূপ্পী বোবাদুগনা অমুক্তসু হেন্না ময়াই কাহনখবে। হাউনা চাবা হেক হৌগংলকপদা মৈ খংমূৎ মূৎখি।

"উং তৌনি হাউনা চাখংলকানসিদা, ইনভর্টবদো শেম্বা লোইবম্মনিনে লৌশিল্লুগে লৈতে। মেম্মা, ঙসিবু মৈ পালী তাববনে?"

"পালীদি ঙবাংদা তাখিদা ঙায়বি কেন্দল চূখৎচবক্কে।"

মমৌনুপীনা অমম্বদুদা কেন্দল কোয়থি থি। মৈ শৎ লাকই। তোলহল, চাবা মখা চথৈ, চখোম অমা অনীদং ঙায়বি হূকপা, মৈদো অমুক মূৎখি। "নঙগী কেন্দলদুবু লৈত্রববা?" মৈ অমুক লাকই। চাকতু খোত্থবগা অমুক তোৎলি, অতোৎপদু হেক হূক্কৎপগা মৈদো অমুক্তসু মূৎখি। তোলহল মচিং কাংবা খরা খবা হৌবকই। ওম্বোকপনিদকো, চাক ঙাইহাক্তং চাবসিদা খল্লগা ফাথৈ। কুইদে মৈ অমুক লাকই। চাক লৌখৎতনা ঙাইহাক তূমিন্না লৈ, মৈ মূৎখিদবে। স্নান তানা মশীং কাববা উকাবীদো তেঙ্গোৎতগী লৌথৈ। লক্লবগা চপ মান্ননা থোকখবে, মৈদো অমুক্তসু মূৎখবে। চাফম-লাকফম খঙদে, কনাগী উকাবীগী মহাও। তোলহলগী শেৎ লাউবী মচিংদু শৎ হাইগংলকই। চাক চাবিবা মখূৎতুনা কোয়মা মাবগা কোয়থি থি। মৈদুনা

শাঙনা মূৎতবদুদা কেন্দলবু থিবগা চুখৎলুদবনি। অদুবু তৌবক্লিবা মৈগী মওং মতৌসিদা চাফম থকফম খঙলম্লবোই খন্দুনা মমৌনুশীনা কেন্দলদু কোয়থি থিবগা চুখৎলগা পুখোক্লকই। মতমদুদা চৈখলদু তাপ পায়রগা ইলেক্ট্রিক বল্বতুদা "নপা য়ানি মচা, সনা লৈবাক্কী মৈ" হায়বগা শাম্বে। পূমচাই চাই। "তস: ঙানখোদনা" হায়বগা মখূৎ হাম্লবা মপান্দা থোকখি।

(জুন, ২০০৬)

# মতম ঙাইবা হায়বদুনি

ঙন্নিথৈগী মতম ইং ১৯৩৫ দা ঙাংবম মোধুমঙোল কলকট্টা য়ুনিভর্সিটিদগী বি এ পাস তৌরক্লগা মণিপুর সদর পঞ্চায়ত কোর্টতা মেম্বর ওই। অদুনা মাবু মীয়াম্না ঙাংবম মেম্বর হায়না খঙনৈ। মশাগী পোঙবা চাউথোকপা হৈজবা মী নৎতে য়াম্না চীং লেম্মী; মীওই মীতৌসু ৱাং চাউবদনা মগুণ লৈবা লেমখ্রবা মীনি। কবি শোয়খিগদবা, ব্যবহার কায়খিগদবা খন্দুনা মতমদুদি ঙাংবমদা চঙবসি কিবা পোক্লবম্মী। হৌজিকসু মদুগী মনিল লৈতবা নৎতে। মাগী নুপী তোম্বীমচা য়াম্না চেকশিন-খোয়জিনবী, ইমুং পুবা হৈবী নুপীনি। মশানা লাইবিক হৈজদ্রবসু মচাশিংবুদি লাইবিককী মতাংদা মানা হোৎনবা য়াবা হোৎনৈ। মদুমক্তা মচা অহুম্মক লাইবিক ফনা হৌবকই।

মচানুপা অহল প্রকাশ মেডিকেল তম্বা লোইবদুনা গভর্নমেন্টকী হেল্থ সার্ভিসেসতা থবক চঙখরে। মনাওনুপা প্রমোদ বি ঈ তম্বা লোইশিল্লক্কদৌবে। মচননুপী নুংশিতোম্বী এম এস সি তম্লি। থায়নদগী চৎনবকপা যৌগল্লোন ব্যবহার, থক-খা, থকসি-খাসি হৌজিক ফাওবা অমৎতা হোংদ্রি। মসিমক্কসু ঙাংবমগী ইমুংবু ইকায়-হুঙোয়নবগী মচাক্নি।

তোম্বীমচানা মাগা চান্নগদবা মমৌনুপী অমা হায়না-শীংনদুনা মচানুপা অহল লুহোংবিবে। মশক-মতৌ নীংথিজে ইমুংগী থবক ইনখাংদা থৱায়সু য়াম্না য়াওই। লমচৎ ব্যবহারনা ফজবিবা, ঙাংবম ইমুংগী মৌনি হায়বদা ওহোক্লা চানখবে। অসিগীসু মথক্তা গভর্নমেন্টকী থবক মচা অমসু তৌই। অদুনবু তোম্বীমচানা খঙনা-চান্নবা কন্নাগা তান্নদুনা থিকবিবনি। হৌনা-লোনচৎ, যৌগল্লোন-ব্যবহার, ঈংবা-তম্বা, থবক ফবগী প্রমাণ তৌনবদা লৈকাইগী মীশিংনা মাবু হায়নবিবনি।

প্রমোদসু বি ঈ লোইবদুনা থবক চঙনবা কোয়চেন চেন্নদুনা পি এইচ ঈ দিদা চঙখবে। নুংশিতোম্বীসু এম এস সি লোইশিল্লগা এদেদ কোলেজ অমদা লেকচরর ওইনা থবক পুবা হৌবে। মপাবুংনা ঙাইহাক লৈতে হায়বিবা "ঙাংবম ইমুংগী মমায় ইচাশিংনা ঙাক্লে।" হৌজিক্লা হেন্নদুম ঙাংবম ইমুংবু লৈকাইনা ব্যবহার তৌবা হেল্লক্লি।

তোম্বীমচা মশুনুপা অমা ফংজবে। ইমুংদো হায়নীংঙাই লৈতনা হরাওনরে। নোংমা মচানুপা অতোনবদা,

"নণ্ডগীসু ইমানা ইমুংসিগা চান্নগদবা ইমৌ থিবা হৌববনি।"

"ইমা, ব্রাননবা তৌবিরুনুদা।"

"কৈনো, নণ্ড হায়রিসিবো, নণ্ড খণ্ডনজবকা লৈব্রাইম্মি?"

"খণ্ডদে খণ্ডদে, নুংশিতোম্বী লোই খণ্ডবনি।"

অসুম্না নুপী অমা পুশিল্লকুনা প্রমোদসু লুহোংলে। ইমুংগী মওং খণ্ডনা থিবকপা নুপীনিনা ঙাংবমগী মৌনি হায়বদা চোপ্লে। তৌবতবু মেমতোম্বী এম এস সি ওইজববসু থবক্তি তৌদে। প্রমোদনা মখোয় ইমুংগী হৌনা-লোনচং ঙাইহাক লৈতে মঙোন্দা তাক্লিবা। অদুগা মাদি লেঙদনা মাগী ওইদুনা পুন্সিগী লৈবগদবনি। ইমাহোয় পাবুংহোয়বু মনীং থুংহল্লু। অদুগা য়াম্না লুবা অমনা মতৈমা সাবিত্রীগা য়াম্না নকশিন্না লৈমিন্ননবা হোৎনগদবনি। নুপা মখোয়দি ইমা ইপা অমৎতগী মচানি, নখোয়দি তোঙান তোঙানবদগী লাকপনি। অদুনা য়াম্না লুবিবসি মৌ অমদগী হেন্না লৈবা ইমুংগী ব্রাথোক লানথোকসিনি। মমা-মপা অমৎতগী মচীন-মনাওবু মাগী মাগী নুপীগী ব্রাথোক্তগী ইমুংদো ময়ি চৎনখিবা ঙাক্তনি। মদুমদি য়াম্না পামদে, মদু খণ্ডনা চৎকদবনি। মতৈমবু মাগী হেক পোকমিন্নবী মচেনি হায়না খনগদবনি। হায়বিবা খুদিংমক মেমতোম্বীনা ঙাক্না চৎলি। মচেবেম্মদা লৈবিবা ব্রাখল্লোনসু মসিমক্তি। অদুনা মবানী অমৎতা ওইবা হায়বদো ওইখবে। মখোয়নীগী মতৌসিদা মমাইবেম্মদি পেঞ্জবনা লোইবে।

মচেনা ওফিস চৎপনিনা মেমতোমবীনা অয়ূক অয়ূক চাক থোংই, নুমিদাংনা সাবিত্রীনা থোংই। অদুবু নংবু নংনববদি অমনা হেক্তা থোংদোক্লে। থবক তৌবদা লৌতান্নবগী মমি তাদে। থবক অমা হেক লৈবদা তৌবা হানবা তান্নবগী মওংদা লৈ। মমাইবেম্মদি মখোঙদা ওপবেশন তৌকবদগী মশাদো শোন্দম নাদল্লে: চৈশূ অমা য়াওদ্রগদি চৎপদা ব্রানা থোক্লে। অদুনা সাবিত্রীনা ওফিস কাম্বগা মাগী মচানুপাদু মেমতোম্বীনা শেন্নহৌবিবনি। মমাইবেম্মনা শেন্নবা হায়বদুদি মমিংগীনি।

সাবিত্রীগী ওফিস কা নুপীনা নম্না লৈ। মণিপুব গভর্নমেন্টকী ওফিস ওইবনা অয়াম্বা মতমদা থবক শূবগী মহৎতা ব্রাবেম শূবনা কাসিগী থবক ওইনা তৌই। যামিনীনা,

"সাবিত্রীগী ইনাওনুপী অমা লাক্কুদি কবম তৌই?"

"ঐখোয়সু থবক ফবে হায়না লৈবিনি অদুবু মাগী মমাঙদা ইবু ইকায়জে। মবুক্ল মবোল অমা চন্নিবা, ফনা ফরিবা লৈমিন্নবদা ওম্বোক্লা নুংঙাইগদোইপোৎনি।"

ইন্দুনা মখা তারকই,

"ইবেম্মা অদুক হাক্লা থাজকখিনু, নৌবিঙৈগী হৌনবীনি। মীসিদিনে

অমোনবদনা শেঙ্গাও লাকপনিকো। তেশিন্নবগা নঙগী মওং-মতৌ খঙদোকঅগা মানা শান্নবক্কনিকো। ঐখোয়দি হায়বিবিসিনি, নঙগী ইচম চমজবদুগা চেকশিনজহৌ। নৎত্রদিনে নঙ লোংদা শেখজহৌজনি।"

"হৈ, কদায়দৈ অদুম্বা তৌদৌ মী নৎতে। ইমাইবেম হায়রা শোন্দুনা লৈবে, ঐনা ওফিসতা লৈবিঙেসিদা অঙাংকাদো মানা লোইনা শেন্নবিবিনি। ইবু ইকায়, মচাদুঙায় ঈকজথোকপিদুনা ওম্ভোক্লা নীংথিনা হোৎনবিবিনি।"

"হো ইবেম্মা অদু ঙাক্তনি, ঐখোয়দুদি নঙগীদেবু হেল্লি মানা তৌখিদো। অদুবু থা মবি/মঙাবু ফাখিদেদনা ইমুংদো অখাক-অবাও তাখিদো। অদুদৈদি মাগী মাগী তোখায়নখিদো, নঙসু খঙহৌবি নৎতবো?"

"মাবু হেক পোকমিন্নবী ইনাওনি হায়না খল্লি। মাগীদি মচে লৈজদে অদুনা ঐসে মাগী হেক পোকমিন্নবী মচেনি হায়না হায়বিপোৎনি। সিদবু নোই হায়বিসিবু খঙদবেদা।"

চান্দনিনা শৎ ওনশিল্লক্লগা,

"কৈনো, ঐখোয় হায়বিসে নঙগী পূক্লিং লৌশিং ওইনবা হায়বৈ ব্রানি। মাবু ফৈ ফৎতে হায়বগী ব্রা ঙাকসু নৎতে। নঙোন্দা ঐখোয়না পঙইন ইনশিনবা ওইনা লৌবমানে। হয়েং খোংঙগা লোই খঙজবক্কদবা ঙাক্তনি। খঙদে নঙ হৈনা শিংনা চৎচৌ। নখোয়নবু য়ানজবদি য়াম ফবৈ ব্রানি।"

য়ুম হল্লকপদা মনাওনুপীদুনা তৌবম্লিবা মওংদুগা মমান্নবীশিংনা হায়বক্লিবশিংদুগা, সাবিত্রী কবিসু খল্লুবা ঙমদে, ব্রাথীনি হায়না খন্দোক্তুনা নুংশি-চান্নবা লৈমিন্নৈ।

নুমিদাংগী কোল ফেংমিন ফেংমিন্ননা সাবিত্রীনা, "ইনাও হয়েংদি ওফিস ঙন্না চৎতা য়াদে, অদুনা চাকতো খরা ঙনসিকো।"

"য়ানি নংনবা হোৎনজগে।"

নোং ঙাল্লে, ব্রাইবম শীৎতোক্লগা ঙন্তানা ঈকজ-মায়থজবগা মচেবেম্মগী ঙন্না কাবা নংনবা চাক থোংদোক্লে। মচেবেম্মবু অব্রাৎ-অপা হাপ্তুনা চাক পীজবল্লে। সাবিত্রী মাগী কাদা মফি হোংবা চঙখবে। মেমতোম্বী, নুমিৎতুমদি মচেবেম্মনা ঙন্না চৎপা নংনবা চাক থোংলুবনা ব্রাই তৈবা ঙমহৌদে। অদুনা ব্রাইদু খবা থুবপ্পা তৈবা হৌবম্মী। সাবিত্রীনা ওফিস চৎনবা থোক্লকপদা ব্রাই তৈবা খরা হৌগৎলম্লগা নুবাদু থোঙজিন ময়ায়দা ফৈগাক ফৈনা থনম্মী। মদু উকবদা, কবিনো ঙসি ইনাওনা তৌরিবা মতৌসিদি। চৎকদৌবে হায়বসু মা খঙলিবনি। কবিগী খঙনা খঙনা চৎলমদাইসিদা

নুবাসিবু ফৈগাক ফৈনা হেক্তা খোঙ কাপ্লোকফমসিদা; কদায়দগী মঙ্গল ওইবনি, মপূক্রিং নুংঙাইতা নুংঙাইতনা থোক্লক্লে। লম্বীদা চৎনা-চৎনা খল্লুবদা কোকচাউবী কায়। অসুম্না তৌবক্লনি হায়বসি মীৎকূপ অমা ফাওবা খল্লুদবনি। মাগীসিবু হৌরক্লবা হায়বদুবা হায়না খনবা হৌবকই। হমাং অনপ্পী কাংনা ওফিস কাদা চঙলকই। মাগী মায়থোঙ উবদা কবি তৌবে, কবি তৌবে হায়দুনা ময়াম হূপচিল্লকই। মমাঙদা মানা পোঙনা মনাওনুপীগী মবমদা হায়খিবশিংদো খল্লুবগা হায়দোকপসু ইকায়বি। অদুবু ময়ামদুনা "হুং নঙ নহানগৈগা শুকমান মান্নদে য়ূমদা কৈনোমা শোয়দনা তৌনবম্মনি।"

"খঙদেদা, নোয় হায়খিশিংদো চুম্বু চুম্মক্তদৌবমানে, ঙসিদি থরায় য়াম নুংঙাইতে।"

শকফম হঙ্গিল্লগা য়ামিনীনা,

"অদুবু কৈদৌবগে হায়বা?"

"হায়দৌবু তল্লি, ঐ চৎতৌবে হায়সু মা খঙঙিনি অদুবু নংহৌরবোই মতাগুম ব্রাই তনতৈ তৈখৎলগা লোইশিল্লমদনা নুবাদো থোঙজাওগী ময়ায়দা ফৈগাক ফৈনা হেক্তা থনম্বনিসে।"

মবেংবানদা শৎ লাউনা থাবগা ইন্দুনা,

"ঐ হায়দবা শেঙ্গাওদি অমোনবা মীদনা লাকপনি হায়না। মতৌ মান্দবা মখোয়গুম্বদনা অদুম্বা মথোঙ চাদবা থবক্তো তৌদৌনি। অদুবু কবি লমচৎনোনে? নোয ইমুংগী মতৌদুগা? তৌ হৌবকঅবনিনা সিদৈদি থাজা থাজদা ঙাক্তনি থেংনদোইসে।"

চান্দনীনা শৎ লোকশিল্লকই,

"লাকপা নুমিৎ কুননিবু ফাদ্রি। কান্দে, ইবেম্মা নুপা নুপা হায়বা মতীক লোই চানবে। ব্রা য়াম্নদ্রিঙৈদা কোক তোখায়থোক্লবো, বোম পোকখায়বা অমুক ঙাইকবনু। হৌজিক্তি ঐখোয়সু মাগী মাগী অতাবী অমা তৌনখিদৈ কয়া নুংঙাইবে; থেঙনা হৌগৎনীংঙে য়াবে, কোলসু ফেঙনীংবা মতমদা ফেঙঙে। সিদগী হেন্না নুংঙাইবু কৈ লৈবিগে? পুবা ইণ্ডিপেন্দেন্ট হায়দুনি।"

"অদুদা ঐখোয় ইমুংগী লৈনবিবা মতৌসিদা, নোয় খঙঙিদুঙাই মদু পাক য়াদৌ মান্দেনে।"

"ইবেম্মা, অদু ঙাক্তনি। হৌজিক ফজনৈনি হায়দুনা জোইন্ট ফেমিলিনি হায়না লৈনৈসি মৈগী চীং ফুম ফুমদুনা লৈনৈ ঙাক্তনিসে। কান্দা ব্রানি মমা অমৎতগী মচীন-মনাওদো ইমুং অমদা পূল্লপ মৌ ওইবা য়াওনৈদনা। নখোয়দু তোকখিসিসে,

মখোয়বু কমদৌগে? ঐগী ঐগী অতাবী লৈনরা কান্দদা শান্তি হায়দো ফংদোইনি।"

"খঙদেনে, অদুমাই তৌবসিবা। অদুদা ইমাইবেম্মা হায়বা শোন্দুনা লৈরে, অঙাংদুদি মানা লৌবিবি। খঙদবেদা, মতম ঙাইবা হায়বদুনি।"

"কৈনো অঙাংগী ব্রাবো" অদুক লায়দুবু, নুপীমচা অমা কোক হেক থম্মগা লোইবপোৎতুবু। ইবেম্মা, মতম ঙাইবা কাইদুদি খল্লুরনু। নঙনগা মীঙমজদবে, হৌজিক মতমসিদি নোয়গুমসিদিনে শেৎ-শেৎতুনা চাখিদোইনি।"

"অদু ফাওদি মানা তৌবক্তৌ মান্দেদা।"

ইন্দুনা খোল খবা কল্লপ মখূৎও-মশাও,

"নঙগী অদুই ব্রাখলদুদৈনিনে মানা নথক কাখিদোইসে। নঙনা হান্না লৈবম্না মৌনি অদুইসু মথক্তা মৌ অহল হায়দো নঙনা ওইবিনি। ঐ হায়াবিসে নখোয় ইমুংবু থুগায়গে হায়বগী ব্রা নৎতে। মাই মওং মতৌবু য়েংশিল্লু, খঙজিল্লু হায়বৈ ব্রানি।"

সাবিত্রী ওফিসতগী হল্লকপদা ব্রাখল মফাং মফাংই। ইন্দুনা হায়খিবা, যামিনীনা হায়খিবা মথং মথং নীংশিংলকই। মাগীসিবু তশেংনা তৌবক্লবা হায়বদুবা খন্না-খন্না য়ূম য়ৌখিবা খঙহৌদে। য়ূমদা মেমতোম্বীনা মচাদো কয়াদা নুংশিনা পল্লগা লৈবম্মী। মদু উকবগা অমুক মমান্নবীশিংনা হায়বিসিবু হায়না অমুক খট্টে। মাগী ব্রাখল লৈতাফম খঙদে। নুবাদু নীংশিংলুবগদি মাপ্ত ব্রাখল খন্দবদি নৎতে। "আ! মমা লাকএ মমা লাকএ" হায়দুনা চেনশিল্লকই। মাগীসিবু তৌশিন্নবিবা হায়বদুবা হায়না খল্লি। মেমতোম্বী নোক্লগা, "য়া... তো, মমানে" হায়দুনা খূৎশিন্নবকপদা "য়াবে য়াবে মাঙ্গোলদা অদুম থম্মম্মো" হায়বগা ফৎ ইমুংদা চঙখি। শাগৎপা হৌগ্রবনিনা মেমতোম্বীনা তৌবিবা খূদিংমক, সাবিত্রী য়াম্না হৈনদবা ফাওবে। নুমিৎ খূদিংগী চাক পূন্না চামিন্নরম্বদুসু মেমতোম্বীনা হায়কবা খূদিং কোন্না চাগে হায়দুনা পূন্না অমুক্তা চামিন্নদবে। কোল-লীক ফেঙবসু তোখায় তোখায় ফেঙনখবে। হৌজিক্তি মেমতোম্বীনসু মচেবেম্মগী মওং-মতৌসিদা, মানা কবি অশোয়বা তৌখিদুনা সি য়ৌনা ওইখিবনো খনবদা ব্রাখলনা লাম্বা ঙমদে। মদুমক্তা মচেবেম্মদা হান্না লোয়নবম্না খূৎলোয়নদগী লাপথোক্লক্লি। মেমতোম্বীনা হোংলক্লিবা মওংশিংদু উকবগা ওফিসকী মমান্নবীশিংনা হায়খিবদো ওন্থোক্লসু চুমখরেদা খন্দুনা অখাবা মীৎয়েংনা য়েংবা হৌবক্লে। কৌনা ঙাঙনদবগী ফীভমদা লাক্লে।

মচননুপীনসু, ইনমবেম্মা অতোনবী লাকপদগী ইমুংসে করিনো অমা ইতৌ তৌখবে হায়না খল্লল্লিবনি। 'মতম ঙাইবা হায়বদুনি' খন্দুনা তূমিন্না লৈ। মমাইবেম্মা, লৌশিং লৈবী নুপীনি মমৌ অনীগী খোঙথাংগী মবোল কবিগী খঙলোই।

"নখোয়বু কবি কবি তৌনবগেনে?"

"ইমাইবেম, ঐদি নৌগা নৌবে ভাব-মেন অমৎতা তাদে তৌবিসিনি।"

"এ! ইমৌসিদি, মতম ঙাইবা হায়বদুনি। চঙঙো চঙঙো নঙ তৌদৌ নখৌ তৌজকবো।"

নোং ঙাল্লে, মাগী তৌগদবা থবক পূম্নমক লোইশিল্লে। অদুগা প্রমোদতা,

"হন্দক মবকসে ঐ থবায় য়াম নুংঙাইতে। ইচেবেমনা ঐঙোন্দা তৌবি মতৌসে য়াম থাজদে। ঐ জ্ঞান তাবা ঙমদে, কমদৌনা সি য়ৌনখিবনো, ঐবু কৈদৌ হায়বনো?"

"কৈসু নৎলম্মোইদা, থবক চিন্নবদুদা তৌনবা ওইবমগনি। মতম ঙাইবা হায়বদুনি।"

প্রমোদ ওফিস চৎখবে। ঙবাংসু মমাইবেম্মনা 'মতম ঙাইবা হায়বদুনি' ঙসিসু মানা। মতম সুম ঙাইবগা কবিবু তৌবক্কদৌবিবনো, হেঞ্জিল্লকপা নৎতনা। মেমতোম্বী হেন্না হেন্নদুম মমশিল্লক্লে।

সাবিত্রীগী ওফিসতদি লোইবে নুংঙাইবনা, মেমতোম্বীগী ৱাবীদা। সাবিত্রীনা নৌবিঙৈদা হায়খিবা ৱাশিংদুগী মায়োক্তা, সবিত্রী চাং তাবা হায়বদো ওইবে।

অসুম্না নোংমা নোংমা হৌজিনখিদুনা থাদুগী অবোইবা থাংজ হায়বদু য়ৌবক্লে। নুমিদাংগী পূং ৭ তাবক্কদৌবে ইমুংগী মী পূম্নমক ময়ায় কাগী চাউববা দ্রোইং কমদুদা মবী মবী চঙনবক্লগা ফম্নববে। মেমতোম্বীদি তৌবিবসি কবিসু খঙলুবা নৎতে। প্রমোদনা পুশিল্লক্লুনা ফমহনখবে। মোধুমঙ্গোলনা "মী সুবেকো।" মচানুপীনা "সুবে পাবুং।"

তোম্বীমচানা হৌদোক্লকই,

"হন্দক থাগীদি ইমৌ অনীগী মতাংদা হান্না খন্নবগা মতুং তাবগীনা তাবা। মেমতোম্বী, নঙনা অঙাং হায়দো থোকই, নচেবেমদা কবি তৌকবা, মানা কবি তৌবকপা? কিবা য়াদে লোৎশিনবা য়াদে, অশেং-অশেংবদো হায়গদবনি।"

"ইমাইবেম, ঐবু কবি হায়দোইনো, ঐনা ইচেবেমদা তৌখিবা কবিসু লৈজদে অদুগা ইচেবেমনসু ঐঙোন্দা তৌবকখিবা কবিসু লৈখিদে। হৌজিক লৈনম্রিবা মওংসি ঐদি য়াম ঙকচৈ।"

"সাবিত্রী, নঙনা করি হায়নীংবা ননাওনুপীনা হায়বিসিদা, নঙগীনা কবি?"

"ইমাইবেম, নুমিৎতো ইবাইনি তাংনা ১৯ নি, ওফিস ঙন্না চৎতবা য়াদবা অমা লৈবদগী ইনাওনা নংনবা চাক থোংঙি। ঐনা ওফিসকীদমক থোক্লকপদা ৱাই

তৈবা খরা হৌগৎলম্মগা থোঙজাওগী ময়ায়মক্তদা নুবাদো ফৈগাক ফৈনা থম্মমবনিসে। অদুগুম্না মথোঙ হূক্তবা লমচৎ-শাজৎতুদা মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনবদা হৌজিক্কী ফীভমসি য়ৌবকখিবনি।"

মেমতোম্বী জ্ঞান মাঙই, ঙাইহাক উংদুনা লৈ। প্রমোদনা মুন্না য়েংশিল্লকই, অতৈনসু মথং মথং য়েংশিল্লকই। ঙাইহাক লৈকরবা মতুং নোকফেৎ তৌবগা,

"ও, নুমিৎতো, চাক ঙন্না থোংবদুদা ঝাই তৈবা নংহৌদে। ঐনা খনখিবদি, ঝাই তৈববা শীৎ নানবা মথক্তুদা ইচেবেমনা চৎখিবদা ঝাখল নুংঙাইনবা হায়দুনা ঝাইদু প্রপ-প্রপ তৈবা হৌগৎলকই। থোঙজাও মপা য়ৌশিল্লকপদা মনীংলোমদগী ইমাইবেমনা, অঙাংসে ওন্থবে শি তাবেনে হায়না কন্না লাউবকপদুদা ঐসু পাখৎনা ঝাই তৈবম্বদে মনীংলোমদা চেল্লগা অঙাংদো লৌখৎলুবা মতাংদুদা ওইবমগনি। ইচেবেমদি ইচেবেমগী কাদা লৈখিবনা তাদবা ওইবম্বসু য়াই। অঙাংদুবুদি কৈসু থোইদোকপা শোকপা পনববুদি য়াওখিদে।"

"চুম্মী-চুম্মী, ঐনগা খোঙ য়াদবে চৈশৃদুগা সুম শান্নবম্বদে হেক নাম্থখিবনিদনা। পাখৎনা ঐনা খংলাউ লাউবদা ননাওনুপীনা চেল্লকঅগা নচানুপাদো লৌখৎলবিবনি।"

মোধুমঙোলনা হবাওনা নোক্লগা,

"ইমৌ অনীমক লান্নদে। ঐসু হন্দক নখোয়গী মওং-মতৌসে লোইনা খঙঙিবনি অদুবু ঐখোয় ইমুংগী থা খূদিংগী লাষ্ট সেটবডে ওফ দ মন্থতা ইমুংগী মেম্বব খূদিংনা মানা মানা ফোঙদোক্লীংবা ৰা ফোঙদোক্লবগা খন্না-নৈনবগী চৎনবী অমা লৈবনিনা ইকুনা লায়থোক্লা লৌকবনিদা, ঙসিদি কয়া নুংঙাইবে।"

সাবিত্রী হৌগৎলকই, মেমতোম্বীসু হৌগৎলকই অদুগা চেজেৎ কোনশিন্নবগা মখোলদি থোক্তনা হীক্লা হীক্লা মবানীমক মপী-মতুম মতুম তাবকই। মেমতোম্বী হৌজিক্তা জ্ঞান তাবকই, 'মতম ঙাইবা হায়বদুনি।'

(মার্চ, ২০০৬)

# মণি মমৌ

মনিকান্তগা নুংশিনজবা নুপীদু য়েকনি অমদি পামজদে হায়দুনা মমানা কোইহোৎ হোৎনদুনা থুগায়খি। ফনা কুইনা মমাগা বা ঙাঙনা শরুদে। নুপী কৌবদা খঙনজখ্রবোই খন্দুনা শাংলবা মতম অমা হৌখবে। হৌজিক্তি মনিকান্তা গভর্নমেন্টকী থবক তৌখবে, লোয়ননা লুহোং-খোংদোংবগী মতমসু চাশিল্লক্লে। মমানা ঙাইহাক লৈতে হায়বিবা লুহোংনবগী, মনাদা হাপ্তে। অদুবু মমানা চাবাকা হেনগৎলক্লুনা তৌখৎলকপদগীদি তঙায় ফদনা "হোয় হোয় ইমাহোয়না থোকপা তৌবো" হায়বকপদগী মমৌনুপী থিবা হৌখবে। গভর্নমেন্টকী অচৌবা থবক অমগা তৌশিল্লে, হৌজিক্কী মতমসিদা লমচৎ-শাজৎনগা ফজবে, মবী-মতা অমদি খঙনা চান্নবগী মতেং লৌবগা মচানুপী থাজগে হায়না চঙলকপসু কয়ানি। ফবা ফববা মতীক চারবী কয়াসু য়াওবক্তবা নৎতে। ধবল্লোনদি পামজবা য়াওরবনি অদুবু নকশীন্না লোয়নগদবদি নুপী মশেল ওইগদৌবিবনি হায়দুনা মাধবীনা শিখাং হেক্তমক খাঙই। মানা হেক পামজবদি অমৎতা থোক্তে। মানা পামজবিবদি খূৎকন-পাঙ্গলবা, অওং-অউন নীংথিজনা তৌবক্কদবা লোয়ননা গভর্নমেন্টকী থবক তৌবী নুপীনি। মমৈথংদা হেক পামজবদুমক থেংনদুনা হায়না শীংনবগা লুহোংলে।

পামজনা থিবকবা মমৌনি, কয়াদা লুনা তৌবে। মমৌনুপীগী মবমদা লৈকাইদা পোঙনা বাবী তৌজবিবনি। ময়ুমদা কেথোক মৌথোক্লা, তোনান্না থবক মচেৎ অমৎতা তৌদবমখৈ চাউবকপনিনা বানীবালা মশাদো তপ তাবে। য়ুম পাল্লবা মতুংদা কবি কবি তৌগনি হায়বসি মৈতৈ নুপী খূদিংমক্লা অমৎতা চীথদনা খঙনবিবা ঙাক্তনি। অদুবু থবক ওইনা পাঙথোকপা হায়বসিদদি হেক্তা অবায়বা ওইদ্রি। থা অনীমুক্কী মতুংদদি ইমুংগী থবক ইনখাংদা থবায় য়াওশিল্লুবা ঙল্লক্তরে। মচননুপী অনী লৈবনিনা ইমুংগী থবক্তা অহোবদি লৈতে। মাধবীসু য়াম্লমক অহল ওইদ্রিবনিনা ইমুংগী থবক্তা মতেং অদুম পাংশিল্লি। অসুম্না বানীবালা, ইমুংগী থবক্তগী খবা খবা নাম্লোকপা হৌবক্লে।

হোংলক্লিবা বানীবালাগী মওং-মতৌসিদা মনেম অমদি মচনশিংগী থম্মোয়দা নুংঙাইতবা কয়া লৈবগসু হায়কবা নৎতবনিনা রানীবালা নোংমা নোংমগী ইমুংগী থবক ইনখাংদগী লাপথোকপা হেনগৎলক্লে। অসুম্না মাগীতা ওইবা লম্বী শেম্বা হৌবকই। ফরা ফববা নুপী কয়া মমৌ ওইনবা পুশিল্লকখিবা ময়ামদুবু হন্না য়েংলমদনা মানা মখূৎ

চাবা মমৌনি হায়না থিজখিবনি। মদুমক্তা বানীবালানা তৌথোক্লক্লিবা মওং-মতৌ কয়াবু উংনা-বাইনা খুমদুনা থম্বগুম ফনা কন্না হোৎনজবম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি পনখে লানখিদুনা ওমদুনা লৈরম্বা পূম্নমক মৈবী থোক্লা চাকপা হৌবক্লে।

চা থকপগী কপশিংদু চান্নগা পুশিল্লকপদা অমদি তাদুনা কায়। মদুদা মাধবীনা তৌথবকপা শব্দদুদি—

"অং তৌনি, থবক অমতং তৌথোবকপদা হেক থবেক থবেকঅদনা কায়খিদৌবিশোৎনি, সিদৈদি মথং-মথং য়াম বাৎলি, যুমফাও কায়নবকখিদৌবিনি। খণ্ডদে অণ্ডাং মচামকসু মনৎতবে।"

"কৈনো..., ইমাইবেমগী বাতাদুদি? সিবু ঐনা কায়হন্নীংদুনা কায়হল্লিবো? কায়খ্রদি কায়খবে, তবাদুম লৈবিবক্কে। যুম কায়বকাইদুদি ইমাইবেমনা কায়হঞ্জদৌগাইবে, ঐনদি কবি ইতীক লৈদুনা।"

"য়েংঙুনে মচীনসে, থকসি-খাসি নাইদবী বাবক্তবীসিদি। নণ্ড লাক্লিণ্ডৈদা ঈংনা-চীক্লা লৈজবম্বা ইমুংনিনে, হৌজিক্তি লোইবেদনা।"

"কৈনো, বাগী বাপা লাকচবনি। বাবক্তবীকা হায়বিবিদুবু ইমাবুবা? অদুম্নকা হায়জিনবিগনু, লৈকাইদা মাগী মতৌ তমজো হায়নবিনি, ইমাইবেমগুম্বা নৎতে।"

"কয়াদনোনে, হে তৌণ্ডম্বী চীম্বীবী, ননেম্বোকতা অদুম্না খুম্মু হায়না তম্বিবকপবা?"

"কৈনো..., ইমাইবেমনা পাম্বীবিসিবো?"

"মসি ঙসিনে লোইনিসে।"

মতাং চানা ধবল্লো মাঙ্গোলদা থোক্লকই,

"য়াবে য়াবে খবা তৌনবদি ঙসিগী; হয়েংগী অমৎতা লৈহৌববোই খবসু খাকসি। চণ্ডঙো চণ্ডঙো ইমৌইবেম্মা।"

"হৈ ঙাইখো ঙাইখো...।"

"য়াবেদা, য়াবেদা মাধবী। চণ্ডজবো চণ্ডজরো। ...নুংঙাইতবা, শাউনীংবা লক্ষা লৈবসু নণ্ডোম্দেদি মপান থোকহল্লক্কনুনে।"

মপূম থীৎনা শাউববসু অসুম্না ফাগি তাথোকপনি খণ্ডদে, অমা অমা তৌবগা ধবল্লোনা ঈশিং চাইশিন্দুনা পূম্মৃৎমক মৃথৎপা ঙমদ্রবসু হেক হেক পাথহল্লি।

হৌজিক্তি বানীবালাগী খোঙথাং খূদিং য়েংশিনবনা মাধবীগী মথৌ ওইবে। মনেম্বোককী মওংদুদা বানীবালাদি হেন্না হৈনদবা হেনগৎলক্লি। লোয়ননা মচননুপীশিংগা চীন্দা-পৌদানবসু নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লে। মসিগী তাক্কসি

য়ৌরক্লবদি মনেপ্নোকনি হায়বা খণ্ডলক্তে, মচননি হায়না লৌবক্তে।

মনিকান্তগা পূন্না চৎমিন্নবা, কোয়বা, অমা অমগীদা চাকচা-হৈজান্নবনচিংবনি বানীবালানা খ্বাইদগী পামজবিবসি। মনিকান্তনা য়ূম পানমিন্নবিবী নুপী অমদা থমগদবা খূদিংমক চপ চানা থম্মী। অদুবু মা লাকপদগী ইমুংদা হোংলক্লিবা মওং-মতৌসিবুদি য়াম্না পেঙ্গদে। মাবু জ্ঞান তানবা তৎতনা হায়বিবনি। নোংমা-নীনীখক্কী ব্রানি, মতুং তাবকপদা হামু হামুনি। অয়াম্বা মতমদা টিভি থেঙথা থেঙথনা য়েংবনা য়াহৌবসু গুন্না হৌগৎপদা ব্রানা থোকই। মদুমক্লা মৈবী থোক্লা চাকখৎলক্লিবা ইমুংদুদা শীং য়াঙশিনবা ওইনা থোক্লিবনি। অসিগুম্বা মাগী মতৌসিবু খম্বকবগা নীংঙমদবগী নীংঙমদবমক্তনি। হন্দোকপা য়াদবা খোঙথাং ওইখিবনা য়ানা য়ানবা চৎমিন্নবা হায়বদুনি খন্দোক্লনা মনিকান্তা পেম্ফোকপদা তাবকখি।

ছুটিবু ওইববদি অয়ূক গুন্তানা মপামদা হেক হেক থিলহল্লি। অদুগা নুমিদাংগী চাক চাথোক্লগা মনিকান্তবু লৌহনবা হৌবকই। অকোনবদা অয়ূক্লা অয়ূক ওইখবে, মনিকান্তসু নুমিদাংগী চাক চাব চাবগা লাকমিন্নবা হৌবক্লে। মমাদি সোমদা লোইবে অমুক্তোইবা খূ-খূ কাম্বা হায়বদু য়ৌবে।

ড্রামা ফেষ্টিবেলদা উৎলুনবা ড্রামা অমা বিলীজ তৌবগী ইনভিটেশন কার্দ পুদুনা মনিকান্তগী মরুপ বিনোদ লাকই। চা থকখিসি হায়দুনা ইমুংদা চঙমিন্নবকই।

"ব্রা' নোয় ইমুংগী আই ডি সিদি ওম্ফোক্লা ফজখবে, ওম্ফোক্লসু নানখবে, মীৎপু নাম্বুগে তৌইনে।"

"এ. বানীবালানা তৌবি ঙাক্তনি। মাদি ইন্টবনেল ডিজাইনিংদা থব্রায় য়াম য়াওজৈ।"

"অদো, মাসু পুবিবকউকো।"

"নঙগী ড্রামা খূৎপুথোকসে মাবুসু য়েংহন্নীংদুনা লৈবিনি, তান য়াম চান্নবে। নঙগী ড্রামাসিদি হায়দুনা কান্দে, অদুবুদি এন এস ডিগী ডাইবেক্শনদা ফার্ষ্ট ক্লাস ফাষ্টনিদনা।"

বানীবালাদি ড্রামাদদি থোইনা খোয়জঙদবীনি। অদুবু কেশিল্লগা চৎপনিবু হায়রবদি চীলহাও থিদে। মাধবী মশা ঙমদদুনা লৈ, মচননুপী অমদি মপান্দা লাইবিক তম্বগী লৈখি। মতমদু মচননুপী অমা লৈববসু বানীবালানা চাক থোংদবা ইয়ামক য়াদবা মতাংনি। অদুবু তপ তানা কেশিল্লগা নুমিদাংব্রাইবম মনিকান্তগা ড্রামা য়েংবা চৎমিন্নখবে। য়ূমদদি লোইহৌবে, মনিকান্তবুসু য়াওনা খোয়দৌ থীৎপমখৈ শাউনহৌই। মচননুপী অতোনবীদুনা "হন্দা হল্লকখিসনু ঙসিদি খঙগনিদনা" হায়দুনা শীংদুনা

লৈহৌই। অদুবু মনিকাম্তদি চাক থোংবগী মতাংদদি কবিসু খঙজদবনি।

ড্রামাদু ময়ায় ওইবপ তৌবা ইমুং অমগী ৱারীদা যুম্ফম ওইবগা শান্নবা ড্রামানি। হৌজিক মতমগী চৎনবী, মৌ লাক্লবদি ৱাংখৎখিনি, উশিংখিবোই, মথক্তা কাবক্লনি হায়বগী ৱাখল্লোনদা মনেম্বোক্লা কৃক-কৃক লাকশিনবদগী হৌই। মনেম্বোকতুসু লৈকাইদুদা পৱাবি মেম্মা হায়না মমিং চৎপীনি। মীগী অশোয়-অঙামদা য়েংশিনবা, থিগৎকনবী মদুমক্তা লুহোংবগী চহী লাম্বোকখ্রবী মনম্মা অমসু লৈ। মখোয় অনী চঙদুনা য়েংশিনবদা মৌ অনৌবীদো মখোঙ ফাওবা নীংথিনা থাংবা ঙমজদে। অদুবু মানা ঙম্বা মতীক ঙম্না ঙম্নবা হোৎনজৈ। নোংমা ফাদোক কবিসু নৎতবা এঙ্গাং হাউতবগীসু মনেম্বোক্লা,

"ইস' অসিগুম্বা এঙ্গাংসিদি ইমানহেক পোক্কে চাজবক্লি। সুম হায়না থোংউ হায়দি কনানা তাকপিবকই? ঙসিদি ঙসি ওইখবে, মতুং মনাওকা তৌবকঅদি নথক্তা হৈজিন্দৌনি।"

"ইমা, ঙসিদি শোয়খবে হয়েংগোইদি তৌহঞ্জববোই।"

"হো ইবেম্মা, শোয়বদগীনিনে মীনা শিনবিসে।"

সোমদা বানীবালাদি লোইবে, মুকম মুকম "উং ঐ ওইবম্মদি খঙদৌনি নঙ।"

অসুম্না হেক হৌবগা ভাবোকক্কী পূক্লিং চিংশিন্নবা হোৎনবা ড্রামানি। মনম্মননি খঙদে মনেম্বোক্লনি খঙদে কবিসু লৈতবা ইচম চম্বা অমগীসু ৱাথোক ওইনবা হেক্তমক হোৎনবকই। অদুবু মৌদুগী যোঙ হাদবা, হংগৎনা খুন্নুদবা কয়াদুনা ৱাথোক ওইনবগী মচাক ওইহন্দে। মনেম্বোক অমদা, মনম্মা অমদা চৎকদবা মচৎ, থমগদবা ব্যবহার, থকসি-খাসি ঙাক্লা চৎতুনা অমদি মানা হেক ঙম্বা থাক্তা ইমুংগী থবক-ইনখাং তৌশিন্দুনা মখোয় অনীবু মাগী ওইনবা হোৎনরকই। মখল মখলগী প্লোট কয়া তৌদুনসু মাবু মায়থীবা পীবা ঙমদে। অকোনবদদি মনম্মা অমদি মনেম্বোকতা নীংঙমদবগী মমি তাবা হৌবক্তুনা মনাওগুম মচাগুম্না লোয়ননীংবগী ৱাখল চেনবা হৌবকপদু উথোকপা হৌবকই। ইমুংগী থবক-ইনখাংদা মনম্মনসু পাংশিনবা য়াবা পাংশিনবা হৌবকই। থবক খবা লৈবদা অঙম অঙম্বা তৌনবক্লে।

মথংগী সিননি। মমৌনুপীদুনা ফম্ফম কাদু শেংদোক্লি। শোয়খিবদগী টেবল মথক্তা থল্লিবা, মনেম্বোক্লা মেলাদগী পাম্না লৈজবকপা লীক্লিগী লৈগী গল্লাদু মখাদা তাদুনা অহৌবা মখোল অমগা লোয়ননা কায়।

কপ কায়খিবদু নীংশিংলক্তুনা রানীবালাগী থম্মোয়দা দং পাল্লি।

মনেম্বোক থোক্লকপদুদা মমৌনুপীদু মমীৎ-মনা ইথক থক্লংলি, "ইমা, ঐসু

ফনা চেকশিন্না হোৎনবনি কমাইনা তাখিনো খঙহৌদে।"

"এ ইমৌসিদি, শোয়বা হায়সিদি মীদি লায়বদনা লাইফাও শোয়বিনি। অমা কোক হেক লৈথোকঅগা লোইবে। ঙাইখো ঙাইখো নখোঙদো শোক্তনি, ইমা শুমজিৎ লৌথোকউবগা শীৎচিনবিগে।"

অসুম্না ইমুং অমদা নুপীশিংগী মবক্তা চেন্নবিবা ঈচেলশিংবু উখোকপা ড্রামানি।

ড্রামা লোইখবে। বিনোদ উনবল্লগা মনিকান্তা অমসুং রানীবালা জ্ঞান তানা কাবদো লিবি লিবি থৌবগা হল্লকই। মনিকান্তনা "ড্রামাদু কমদৌই, নুংঙাইববা?" বানীবালা ব্রা মচেং অমৎতা ঙাঙদে, স্বব শাংনা হোম্বুম্বগা হীক্লা হীক্লা মতৎ মতৎ "তামো, ঐসিবু য়ূম অমগী মৌকাইদুবু ওইবা ঙম্মকখিগদবা?"

(মার্চ, ২০০৬)

# চৎনবীগী ৱাংমনা

য়াম্না শোৎখবা ইমুংদা পোক্লবনা মনোরঞ্জন মহে-মশিং তম্বদা মনীং থুংবা গুমদে। অদুবু লাইবিক ফনা হৌবকপা অমদি কন্না হোৎনবনা পরীক্ষাদদি মকোক মথং তাদুনতা লাকই। মপাগা পোকমিন্নবা মনে মুহিনীনা মনোরঞ্জনসিমদি মানা থোকপা শেমজবগে হায়দুনা হোৎনবা য়াবা হোৎনখবে। মুহিনীগী নুপা লল্লোন-ঈতিকতা মমিং লৈবা মীশক্তি; অদুগীসু মথক্তা দুকানশিংদগী ভাড়াদতা থা অমদা লুপা লিশিং য়াঙ্খ্রেগী মথক্তা লাক্লিবনি। অসুক্তি নুংঙাইবগা মখোয়গী থম্মোয় শোক্লীংঙাই ওইবিবদি মমীংতা মচা অমফাওবা উবা ফংদবা অসিনি। মুহিনীদি য়াম্না হায়জবনি অঙাং অমা য়োক্লবা অদুবু কুপ্লনা ঈশ্ববনা তম্বিবক্লবনি হায়দুনা শিখাঙ খাঙদুনা য়াখিদবনি।

মনেগী হোৎনজমন্না মনোরঞ্জন, মেট্রিক অমসুং টুয়েলব কানা মথং মথং লাপ্তোকখবে। মবায়বক্তা ফবিবসু অহানবা মেডিকেল এন্ট্রান্স থাবদা মায় পাক্লক্লে। মনোরঞ্জনগী ইমুং অমদি মনে মুহিনীগী ইমুংদি হবাওবনা লোইবে। মনোরঞ্জন মণিপুরগী ৱাংমদা মনেনা মেডিকেল তম্বা চৎহনখবে। মুহিনীনা তৌবিবা মতৌসিদা মপা-মমাদি মমীংতগী মপি তাবমখৈ কপ্লিবনি।

লৈকাইসিমক্তদা লৈবা স্পেশ্যাল কনট্রেক্টর মনিবোতোন, লৈবাকসিদা শেল পায়বদা মমিং চৎলিবা মীশক্তি। মাগী মচানুপা অমখক্তনি। সুভাস, ওম্ভোক্লা তোনান্না য়োক্লকপা অঙাংনি। মদুমক্লা লাইবিক-লাইশুদগী খবা নাম্ভোকই। মনোরঞ্জননা মেডিকেল তম্লবা খল্লকপদা মনিবোতোনদি য়াম্না কল্লকচব্রিপোংনি। মনোরঞ্জনগা মাগী মচাগা কুম অমৎতদা পোকখিবনি। অদুবু সুভাসতি হৌজিক ফাওবা মেট্রিক লাম্ভোকপা গুমদদুনা লৈবি। ফেশনদি লোইবে, য়ক লাউবীনি বোম্লিৰুদকী ফিল্ম ষ্টাবদুমগায়। হৌজিক মতমগী 'য়ো'দগী মৈবৌ খবা হেঞ্জিল্লিবনি। ইম্ফালদগী লাপ্পা মফমদা পরীক্ষা থাবগা মেট্রিক, টুয়েলব মথং মথং লাম্ভোক্লনা দেলিদা বি এ তম্বা চঙখবে। টুয়েলবকী মার্কতুনা অফবা কোলেজদা মিং চনবা য়াদবনিনা হম্বুবা থাককী কোলেজ অমদা মিং চনশিল্লে। লৈফমগীদি ভাড়াগী কা অমদা লৈ।

কুইদে, মৈতৈ মচা অমগা অমগা লোইনা খঙনবকই। ভাড়া কাদা লৈবিবা মখোয় মশেল অমদা অমদা চাদুনা থক্লনা কয়াদা নুংঙাইনা লেল্লিবা। হৌজিক্তি, সুভাস যোটোব বাইক অমা লৈবগা মনীং থুংনা মানা চৎনীং চৎনীংবা মফমদা কোয়চৎ চৎতুনা

লাণ্ডবা ণ্ডাওবা হৌগংলক্লে। নোংমনা অমগীদা নোংমনা অমগীদা পার্টি মথং-মথং তৌনদুনা নুংণ্ডাইববা পুন্সি মবেলদা লেপ্লি; লাইবিককীদি ঘোইনা খন্নকদে। মপানদি দেলিদা মচা লাইবিক তন্নিবনি হায়দুনা হায়বক হায়বকপা শেল থাজিল্লি। মানা চানীংবা মানা থক্লীংবা, চাদবা থক্কবা লৈবক্কবে। মানা পাণ্ডথোক্লীংবা কয়াসু পাণ্ডথোক্কবা লৈবক্কবে। তশেণ্ডনা হায়ববদা ময়াম্মা হায়নবা 'মহাবাজ ট্রেনিং' হায়বদুমক মণ্ডোন্দা থোক্লে।

চহী অনীগী মতুংদা মানা তৌবিবা খূদিংমক খণ্ডলক্লুনা মপানা অমুক হন্না চণ্ডহনখিদবে। মাগী নিংণ্ডাইনা য়াদদুনা হোন্দা সিটি কাব অমা লৈবে। মশক মতৌনগা নীংথিজবনে সনাগী লীক মবী অচৌবদুমগা দেলিদগী চহী অনীগী মহাবাজ ট্রেনিংগী এক্সপিবিয়েন্সতুগা হোন্দা সিটি কাবদুমগা হৌজিক্কী মণিপুবগী য়ক লাউবী হায়নবী নোংলৈ-নুংশিৎ মবক্তা ইবাই লায়না তিনবা ণ্ডমখবে। মপাগী থবক্তা মতেং পাংদুনা তুংদা মাসু মপাগী লম্বীসিদা চৎচবা ণ্ডমহৌনবা ফনা কন্না মপানা হোৎনৈ। পূম্নমক অবেম্বা তাদুনা তোকই।

মনোবঞ্জন মেডিকেল তম্বা লোইবগা ইন্টর্নশিপ তৌবা লোইদুনা থোক্লক্লে। হাওসসু লোইশিনখবে। মনোবঞ্জনগী একাদেমিক কেবীয়বদা অপনবা অমৎতা পীদনা মায় পাক্লা-পাক্লা লাকখিবা মীশক্লি। থবক চণ্ডবগী মতাংদসু অদুমণ্ডায়। হাওস হেক লোইবগা অব্রাৎপা ডোক্টব খবা কৌবকপদগী মদুদা চণ্ডগদবা শেলফম পূম্নমক মনেনা পুথোক্লুনা মনোবঞ্জন থবক চণ্ডখবে। মনোবঞ্জননা মনে মুহিনীবু মাগীদমক ঈশ্ববনা থাবিবকপা লাইবেম্বীনি হায়না লৌজবিবনি।

মনোবঞ্জনগী মাম্মা কুল্লা থ্রোট কেন্সবনা মতম খবা নাবম্নগা ঈশ্ববগী খুয়া তানখবে। মনে মুহিনীদি হায়ফম খণ্ডদবমখৈ ওম্বোক্লা ব্রানা লেনখিবনি মতমদো। অদুবু অশিবনা নোংমা নোংমগী খূজোক খূজোক লৌথোকখিবা, লৈহৌবদনা খূজোক খূজোক হাপচিল্লকই হায়বদুনি।

মনোবঞ্জনগী লুহোং-খোংদোংবগী মতম ওইশিল্লক্লুনা মমাগা মনেগা ণ্ডাইহাক লৈতনা তানৈ। নোংমা, মমা অমদি মনেনা মনোবঞ্জনদা মাগী লুহোংবগী মতাংদা হৌদোকই,

"নেনে কৈসু কায়দেকো, অশেংবদো হেক্তা হায়দোকচবগে। ঐগীদি আদা তম্মিন্নবকপা খণ্ডনজবা অমা লৈ। মাসু হন্দক থবক চণ্ডবদা য়াওবনি। নেনেহোয় মমাহোয়না অমা অমা তৌবিকদ্রবসু য়াবনিদা।"

"অদুদি কনানো, কদায়দা লৈবা? অহল-লমন উনকনিদনা।"

"মমা, হায়না-খোৎনবদো তোকসিদা, শমজিনবনা ফনিদা। মখোয়দি য়াম ইনাক-কৈবাক খুনবা ইমুংনি অদুনা ঐখোয়গী য়ূন্নে-কৈবৈসিদা মখোয় অহল-লমননা য়াবক্তুদি কমদৌনি?"

"আ! নখোয় চেনবা কাইদো তৌ লাকপা য়াদেকো, মদু নেনেগী হাক্তক্তা খণ্ডত্রবনি। নখোয় বোবোকহোয়না চেন্নবনি হায়দুনা নেনেসে লুহোংবিবকখিদে। লৌখৎপসু আ কায়নখৎদা। ইস! ইকায়বা য়াম নংত্রিপোৎনি। য়ূমবু নেনেনা অমা কোক শাদোকঅগা লোইবে। ইয়াগীবু চোপ্লা য়াববা?"

অসুম্না মতম খবা লৈবগা হায়না-শীংনদুনা মনোবঞ্জন লুহোংবগী মতম লেপ্লখবে।

অসোমদসু স্পেশ্যাল কনটেক্টব মনিবোতোন অমদি কেতুকীনা মচানুপা সুভাসপু নুপী থিজিনবিবগা খবা ফগদবা খন্দুনা হৌদোকই,

"নুপীগী ৱাদি খঙনবগী খঙনবা ঙাক্তনি, ধমাদম লৈসে। মমা-মপাহোয়না হায়বিদুনা কনানো?"

"এস ঈ বনজিৎকী মচানুপী অতোন ."

"ও! আশ্যালতাবা?"

"এ! নঙদি কস্মাই খঙঙিবা? মাগী মশক্তুদি ইমাদুম ঙাওবিবনি। ইনাক-কৈরাক খুল্লেকাইদুনা চাউথোক-খোৎতোকপা মশাদা অমৎতা য়াওদে, চমজত্রবা।"

"খঙদেদা, মমা-পপাহোয়না সিনা ফনি হায়দো অদুম তৌবিবো; মমা-মপানা হায়বা ইনবা মচানিদনা।"

"উং, হন্দক্কী মতাংসিদবুদি ইন্দদিকো।"

সুভাসকীসু লুহোংবগী মতম লেপ্লবে। মনোবঞ্জন অমদি সুভাসকী লুহোংবা চপ মান্ননা নোংমতদা তাবে। সুভাসকী মমা কেতুকীনা সনাতোম্বীবু যাত্রা পুহন্নবা হায়নকবে। সনাতোম্বী মশক্লে-মতৌনে ৱাং চাউবদনা ফীভম মূর্তি, চূং-ফীবাল চাত্রপোৎনি। সনানি, হায়না-শীংনবগা হোংখিবনি। অহানবা ফংবা মচাসু নুপানি। অদুনা লুহোং-পাম্বাদদি যাত্রা পুবগী চিনজত্রবীনি, ক্যুনি।

অফববু পামদবা কনা লৈবগে? মনোবঞ্জনগী মমানসু সনাতোম্বীবু মচাগী লুহোংবদা যাত্রা পুহন্নীংবনি, মীনা হানত্রবনিনা কবিদি তৌরুনি। সুম খন্নবকপদা মনীংগী ইবেতোম্বীবু পুহনবদা তাবে। মতাং চানা মনোবঞ্জন চঙলকই।

"মমা ঐনা কাউবা অমা লৈবে, কবি লুহোংবগী চৎপদা শ্বাইগী মমাঙ থানা

চৎপা কৈনোমা... পুবী হায়দায়নে?"

"অদো কৈদৌববা?"

"খ্বাই মমাঙ থানা চৎপদো ঐগীদিনে নেনেনা চৎহনগদৌনিকো।"

"হে অঙাওবসিদি, যাত্রা পুবী হায়দুদি ছিত্র অমৎতা লৈতবা মীনা পুগদৌনি, অমনা হেক্তা পুবা য়াবা নৎতে।"

"অদুনদি ঙসিফাওদা লুহোংনবিসি ছিত্র লৈত্রবী নুপীখক্তনা যাত্রা পুনশ্লিনিনে।"

"হোয়নে অদুনিনে, মমানা হায়বিসে।"

"অদুবু মমীৎতা মচা উদবা, ঙন্না কায়নবনচিংবা কয়া য়াওবিশিংসিনা কমাই তৌবিবা?"

"অদুদি মাগী মাগী মবায়বক্তা তম্মক্নুনা ওইখ্রিনিদনা।"

"অদুনবু ঐগীসু ইবায়বক্তা নেনেনা যাত্রা পুবদো তম্মকএ।"

"অফ-নুংঙাই তানখৎলকপদা মদু হৌনদেনে কনানসু য়াবকওই। লৈবাক্কী চৎনবী হায়বা অমসু লৈবিনি। নঙ নেনে তাশ্রদি ব্রাসে আ য়ৌখিদোইনি। মমা ব্রা হায়গেসে, নঙ নেনেসে চেল্লি হায়দুনা লুহোংবিখিদে, কোন্না লৌখৎপনি অদুগা মমীৎতা মচা হায়দো উদ্রবনি অদুইসু মথক্তা হৌজিক্তি লুপ্পবী হায়দুসু ওইববনি।"

"ঐসু লোই খঙগে, কৈদৌবগে অদুবো? মী ওইনা পোকঅদি পুক্সিদা মখল-মথেল থেংনবা তাবনি। মমা, চৎনবী হায়সে ঐখোয়না শেমজবা ঙাক্তনিনে। মদো থায়না চৎনবম্মসু হৌজিক চাওখৎপগী থাক্লা মালেমসিদা কয়াগী মতীক অহোংবা লাকঅবা মতমসিদদি, থায়নগী চৎনবীদো চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না শেমদোকপা হায়বসি মথৌ তাবিবনি। ঐদি খঙদে হায়বিসিনি, নেনেনা যাত্রা পুহন্দ্রদি লুহোংবা তোকপা তাবনি। ইবানী কোর্ট মেবিএজ ওইনা তৌবগা লোইবে।"

মচানুপাগী খোঙথাং মমানা মুন্না খঙই, নুং অতেকপা শম্বা য়াদে হায়বদুমক্লি। বুদ্ধি-লৌশিং থোক্তে। হয়েং মনে লাক্লগা তান্নবা হায়বদুনি খন্না নুমিৎতুমা হৌখি।

অয়ুক্তি, মুহিনী লাকই।

"কমাই-কমাই তৌববা, কনানা পুবা তাববা? সনাতোম্বীদুনা হেক পুহল্লদি পৃকপেন হেক পেল্লদবা অদুবু মীনা হেক হান্দোকখিদো।"

"ইনম্বেম্মা, খঙদে কবি হায়দোইনো ঐখোয় মনীংগী ইবেতোম্বীবু পুহল্লসি হায়না লেপ্লরবনি, অদুদা...।"

"অদুদা কৈদৌববা? ফৈ মাসু য়াইনা কৈনো।"

"নয়া নুপানা ব্রাতা অমা তৌবিনে।"

"কৈনো, মাবু যাত্রা পুবা কাইদুবু খঙবরনে?"

"নেনেনা পুহন্দ্রদি লুহোংবা তোক্কনি হায়বিনিনে।"

"এ! কদায়দে কদায়দে, মদু য়াপোংতে। মানা খঙদদুনা তৌরিনি, ঐ ভাব তাহল্লুগে।"

"অস, হায়বিপোংনিনে মাগী শিখাং খাঙবিদুনিদনা।"

"মাবু লৈবা নংত্রো?" হায়দুনা মনোবঞ্জনগী কাদা চঙখি।

"এ! নেনে লাকপা য়াম ফবে, ব্রাবী খবা নেনেগা শানীংদুনা লৈবিনি।"

"খঙঙেনে নমানা হায়দুনা, অদুগীনি চঙঙকইসি।"

"অদো কৈদৌববা কয়াম কায়গেনে, নেনেনা তনবগী ব্রাবো?"

"হে... অঙাওবা, নেনেনা তনবা তন্দবগী ব্রা নংতেনে। মদু মীনা নোক্নগদবা, মীনা তৌনদবা থবক্তুবু কমাইনা তৌদোইনো? লুহোংবা হায়বসিদি অফবা তানখৎ...।"

নেনে হায়না কৌরগা মপী চদুম-চদুম তাবগা হীক্লা হীক্লা, "নেনেদি ঐগী মীংনা উবা ঈশ্ববনি। নেনেনা মাঙ থানা চংতুনা নয়াবু লমজিংবিয়ু। নংত্রগদি..." হায়দুনা কপথোক্লকই। মাগী মতৌদুদা মনেসু মপী ঈবা চেল্লি। হায়ফম খঙদে, তৌফম খঙদে। মঙোন্দা মৈ ঈশিং চঙখিদবে।

মনেনা যাত্রা পুবা তাবে। লুহোংবগী মনেনা যাত্রা পুদুনা থোক্লকপদা মী পুম্নমক ঙক্লখবে। "নুংশিবিবনি হায়দুনবু হাকমল্লে, নুপা লৈখিদববু চহী ফাদ্রি। অখঙ অহৈকা অমংতা তান্নদ্রবাইমি, ওহ্লোকপা ইমুং হায়দুনি। পুববুদি মপুবে হয়েং মখোয়দনি শোক্কদবসি।" অসুম্না মুকম মুরুম শোন্নে। মুহিনীদি মমায় ঙাংশং ঙাংলে, হুমাং অনল্পী কায়, মখোঙ থাংই হায়বফাওবা মশানা খঙজদে। তবং-মালঙ অমদা মশাদো ইতাউ তাউনা চংলি। লুহোংবা লোইরগা লৈকাইগী অমদি মুন্না খঙনা চান্নবশিংনা তুংদা করম থোক্লগবা তৌবি মতৌসিবু, খল্ল খল্লগা হন্নখিবা ঙাক্তনি।

অসোমদনা, লৈকাই অমংতদা লুহোংবা অনী থোক্লবদি যাত্রা অহানবনা ফৈ হায়দুনা মনোবঞ্জনদগী হান্না সনাতোম্বীনা যাত্রা পুদুনা অঙকপা মওংদা চাউনা সুভাসসু লুহোংখরে।

লুহোংখিবা থা মঙা হৌজিনখবে। সুভাস হৌজিক মতমগী হায়নবী লায়নাদু কনফার্ম তৌবে। অদুবু অতাঙ-অতাঙবা এ আব টিনচিংবা মতম শাংথনা হিংনবগী হীদাক কয়া থোক্লবনিনা খবদি শাফে। অদুবু মাগী লীচং অমদি হোন্দা সিটি কার

পার্টিদগী লাপথোকপা ইঙম ঙমদে। হীদাক অতাওবা ফবা ফববা চায় হায়দুনসু মশানা চেকশিনবা য়াৎপদগী লুহোংবা মতুং চহী অমগা থা মঙাবোম শুবকপদা সুভাস তাইবংপান থাদোকখি।

মনোরঞ্জনগী ইমুংদনা, মচানুপা অমা ফংজদুনা ইমুংদো হেন্না নুংঙাইবগী মৈবী চুখৎপা হৌই। মখোয়বু খঙবা খূদিংনা মখোয়গী ইমুংদা কবি থোক্লকপা য়েংশিন্দুনা লৈনৈ। অদুবু মতৈ-মনাও অনীমক ডোক্টব ওইদুনা থবক তৌবনা নোংমা নোংমগী চাওখৎপা, নুংঙাইবা হেনগৎলক্লি। মচাসু মথং-মথং নুপা অমগা নুপী অমগা ফংজদুনা মচা অহুম শুখবে। হৌজিক্তি লোইনা চাউবে, পাখঙ ফাবা য়াওবে। মপা-মমাগী মবুদ্ধি-মবৌসিং লৌদুনা মখোয় লোইনা লাইবিক হৈবশিংগী খূৎ থেকপা মবক্তা য়াওবা ঙম্মী। লুহোংলবা মতুং, মনোরঞ্জনগী ইমুং নুংঙাই য়াইফবা ইমুং ওইখি।

(ফেব্রুবারি, ২০০৬)

# থম্মোয়নুংগী মফজা

ডোক্টব সনাজাওবা ময়াং ইম্ফাল প্রাইমাবি হেল্থ সেন্টবদা পোষ্টিং তাই। সনাজাওবগী পুন্সি ঈংনা-চীক্লা, য়াম্না চম্না হিংবা পামজবা লোয়ননা মীগী অৱা-অনা উকবা শুমদবা মীদানি। মপুন্সিদা নুপী কোয়বা-খোৎপা তৌবক্তে। মানা পামজবা কয়া লৈববসু নুপা থোকউবা শুমদবনা মদুদা খোঙ থাংজিল্লুবা শুমদে। হৌজিক্তি চহী খবা লৈশিল্লকপগা লোয়ননা থবক তৌববনিনা অহল-লমননা হায়না-শীংনবা নৎত্রগা খঙনা চান্নবশিংনা শীনবিবকপা নৎতনা অতোপ্পা পাম্বে লৈতবদৌনা তৌবে।

সনাজাওবা ক্বা য়াম্না পান্মী অদুনা ওফিস ময়াগী ক্বা দুকান ফম্বী নুপীদুগদি নীংথিজনা খঙনবে। নুপীদুগী নুপাদি নহাবোল মশেল কাপ্নবদগী হাইদোক্লকপা মৱনা পান্দুনা লৈখিদরে। পীক্লিবা মচা অমা লৈহৌই। নুপীদু মশক-মতৌ চঙখোল্লি। হেক উকবদা নুংশি-নুংওনগী তৃংনফমনি। চহীসু সনাজাওবগী মখানি। লৈকাইনবু হায়নবিবনি, "মশক মতৌসিগা নহা ওইবি খৃৎওইসিগা কবম থোক্লবা" হায়না, মচাসিগী খল্লুবদা নুংঙাইনদ্রিবনি। ঙাইহাক লৈতনা ৱাবী-ৱাতাই শানমিন্নবনিনা নোনিনা ডোক্টব সনাজাওবা নুপী থিদ্রি হায়বসির্মদি খঙলে। মপুন্সিদা নুপী কোয়নবক্তবা, ইচম-চমজবা, ইঙাও-ঙাওজবা মাগী মওং মতৌবু উকবগা নোনিনা য়াম্না কল্লকচৈ। অদুনসু ওইবা য়াই নোনিনা সনাজাওববু য়াম্না লুনা-চান্না তৌবিবসি। অতৈ মী চঙলকপগা সনাজাওবা চঙলকপগা নোনিগী মায়থোঙদা খেন্নবগী মমি তাবগুম উবি। সনাজাওবনসু নৌনা লুপ্রা ওইহৌবদুদা মাগী খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইজদে। মাগী অৱাবা ৱাবীদা মাসু হেক হেক শৱক য়াকবি। কবিনো অঙন্বা মতেং খবদি পাংনীংবনি। মতেং পাংনীংই হায়দুনা মতাঙ চাদ্রবদি অমা-অমনা ৱাখল অমদা হেক্তা পুখিগদৌবিবনি। অদুনা মখোয়গী ইমুংদা অনা-অয়েক অমৎতং য়াওবক্লবদি খন্দুনা লৈবিবা সনাজাওবনি। ক্বা নৎতনা অতৈ পোৎ লৈগন্দে। মমান্নবশিংনা সি চাসি হায়রবা মতমদনি লৈবিবা।

য়ুমদগী তপথোক্লগা ইশম-শম্নবা ক্বা-দুকানদু শাবনি। কবিগুম্বা নোনিনা মচাগী অচীনবা নৎত্রগা চৎতবা য়াদবা থবক লৈদুনা চৎখিবা তাববদি মাগী মচননুপী ইবেথোইনা দুকানদু হেক-হেক শিলহৌই। ইবেথোই মশক-মতৌ চঙখোন্দে; তশেংনা মশক থীবী হায়বদুনি। অদুবু নুপীমচা অমা ওইবগী লৈখোল নীংথিজনা চেল্লি।

মাগী ইচম-চমজবা, নুপীমচা অমা ওইবগী থোৎ-নৌবা অমদি তৌদবা যাদবনিনা মখৃৎ মচাদুনা ইকায় ইকায় ক্না তপ্লদু উকবগা সনাজাওবদি য়াম্না নুংঙাইবা অমা যাওনা য়েংলুবি। নোনি, অয়ুক্তা পুবা হৈজিংপোৎ চৎলুবদগী হল্লকপদা ঙায়বি।

"তামোদি ক্না অচপ্লদু চাদবনি, অপাবদু হাপ্পু।"

"তামোনা হায়দুনা হাপখবে।"

হৈজিংপোৎ চৎলুবগী খবা কেবদুনবা নোনি য়েংবগী পেনবা নাইদবা হায়বদুমক থোকই।

"নোনিসে ঙসিদি ব্রাখলকাসে য়াম নুংঙাইবা মাল্লি, মায়থোঙকাসে ওম্বোক্রা মকা লাম্না উখবে।"

ইথা থাজদনা সনাজাওবনা অসুম্না হায়দোক্লকপসিদা ইঙক-ঙকই, ইকায়বোই, "তামোগী ব্রাতাসিদি" হায়বগা "ফি-বোল অমুক্তা হোংদোকচকখিগে" হায়বন্নগা চঙখবে।

লৈখিদ্রবা মপুবোইবগী ময়ূমসিদগী খোঙফম অমফাওবা থাংদোকখ্রবোই হায়না চপ যুংনা লেপখ্রবী নোনিনি। অদুবু মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না, মশা নহা ওইবিবনিনা কবি-কবিগুম্বা মতমদা সনাজাওবগী মওং-মতৌসিদা নোংমা ফাদোকসু ককঙাওনকখি। থংনবা মীৎকৃপতা ওইবা য়াবা নৎতে খন্দুনা মনীং তন্নক্লিবা ব্রাখলবু ফাথজে। অদুবু নুপীগী পুক্সি কনানা তম্বা ঙমগনি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি সনাজাওবনা শোয়দনা ব্রা খবা হায়বক্কনি হায়বসিমদি মাগী অচেৎপা থাজবনি।

মোল্লি-মোল্লি শক ফজৈকা খবা হায়কব্বদুগা মপা চান্ননা, সনাজাওবা হন্দক মবক্তি হান্নগা ইমান মান্নদে। থবক খিৎতং শংবগা নোনিগী মনাক্তা হেক্তা চৎখি। মাগী ক্না-দুকানদুদগী ইহেন হেন্দোক্লীংদবগী মমি তাই। ষ্টাফকী মীশিংনবু হায়নবিবনি, "মশক্রে মতৌনে নোনিসে, ব্রাঙাঙ-শাঙাঙনা নুংশিবিবা, ঐখোয় ডোক্টবসিনা মবোল অমা চমজবনে, হন্দক্তি হৈজিংপোৎকী অথুম-অহাও চাবা শোয়দে।" ষ্টাফকী মীশিংনা ঙাঙনা-শক্লবিবা খৃদিংমক সনাজাওবনা খঙদবা নৎতে, তাদবা নৎতে। হৌজিক্লা হান্নদগীদুম নোনিগী ক্না-দুকানদা লৈবা হেনগৎলক্লি। মমান্নবা ডোক্টব জাদুমনিনা নোংমা,

"অসুক কুইনা নুপী থিদনা লাকঅগা মৌ অসি লৌদোইসিবু নঙবু ঙাওববা? নচীন-ননাও অনী শুবসু নৎতে, ইমাগীসু খবা খল্লু।"

"কৈনো হায়ইদুবো, নোনিগা ঐগা কৈদৌনবগে?"

"তো, হৌজিক্তি ময়েক শেংঙকএসে, ময়াম্না ঙাঙনৈইসে নঙ কৈইমতা

খঙদে।"

"ঐ লোইনা খঙঙিনা তায়না, হায়জসনু অদুগুম্বদুবুনি ৱাথী-ৱাবেম হায়নৈইদো। মাগা ঐগা কৈইসু হায়নখিবা, ঙাঙনখিবা লৈতে, ক্বা খবা চাবখক্কী ৱানি।"

"নঙগী ক্বা খুচাদুদনে ময়াম্না হায়নৈইসে। দুকানদুদা শুক-শুক হেক নৈদুনা, কৈ ৱাবীবু শান্নৈইনো খঙদে। সোমদা নঙ হেক থিবকপদা হেক্তা লৈবমদে। তাতোম্বসু ক্বা অমা অমদা থি-খোৎপা তৌদে, নোনিগী ক্বা-দুকানদা হেক্তা চৎখি, লোইনা খঙনববনি। নুংশিবা হায়বসিদি নুংশি হায়বগা হেক্তা নুংশিগদবা নৎতে। নঙনা মাই মনাক্তা লৈনীংঙিদো, মবম হায়বু অদুদা লোই লৈবে। ঐখোয় কনাসু মনাক্তা নৈদুনা লৈতেদনা।"

"য়াবে-য়ারে, ঐ অঙাওবমক্তি নৎতেদনা লোই খঙঙি।"

অদুবু সনাজাওবগী থম্মোয়নুংগী ৱাদুবুদি হায়দোক্তনা থম্মী।

"নুংশি হায়নদনা নুংশিবসিনিনে খিংবা য়াম ৱাবিসিসু, মদুদি থম্মোয়নুংগী হায়দুনি। খঙ্গৌ খঙ্গৌ মতম লৈবিঙৈসিদা। কৈগুম্বা ইমানা তাখি লাকখি থোকঅদি ৱায়াম্নিকো।"

দং পাল্লি, ওম্থোক্লসু চুম্না হায়বকইদা খন্না সনাজাওবনা, "কান্দে, চাদুম থকউসি, মসি ৱাসি তৌকসি।"

নুমিৎতু নোনি লৈবমদে, মচননুপী ইবেথোই লৈবম্মী। মশানা খঙনা ক্বা অপাবদু হাপ্লগা মখূৎ মচাদুনা শৎ-শৎ তাশিল্লগা সনাজাওবদা ক্বাদু পীবকই। সনাজাওবদি ঙসাইমখৈ মাগী মওং-মতৌদু য়েংদুনা লৈবম্বদগী ক্বাদু হেক পীবকপদুদা খংবোই-লাকপোই "এ! য়াইনে" হায়বগা ক্বাদু লৌখি। ইবেথোই ইঙক ঙক্লা "তামো কৈবুনো?"

সনাজাওবা জ্ঞান খংতা তাবকই, "কৈসু নৎতেদা।" মনম্মা চঙলকই। ইবেথোই চঙখবে। অসোমদা, তোম্বা ক্বা-দুকানলোমদা হাথু-হাথু লাকই। সনাজাওবনা "লাকহৌবে হায়বম্মো।" নোনিবু ভাব তানা ক্বা অমমুক তপহল্লগা পুবগা চঙখবে।

নোংমা ইকায়-ইকি লোইনা থাদোক্লগা নোনিদা সনাজাওবনা য়াম্না শোম্থাংনবা খোম্থোক্তা "নোনি ঙসিদি ৱা অমৎতা হায়গেনা।" নোনি খংপ্রেক খংই, মানা খঞ্জরম্বদুমক ওইরকপসিদা লৌগদবা ফিরেপসি কবিনো, ঙাইহাক্তংদুদি হুমাং অনম্মী কাংই। স্বব শাংনা হোম্বগা মাগী খোঙফম চেৎনা লেপ্লগা মশাদু ফাথে।

ঙাইহাক তূমিন-তূমিন লৈনকব্বা মতুংদা তহীক্লবা খোঞ্জেলদা,

"তামো, কৈ লৈগে?"

মাগী মওং-মতৌদুদা সনাজাওবসু পাক হেক হায়দোকপা ঙমদে।

"আ... নখোয় ইবেথোইসে ঐঙোন্দা পীবোনা।"

নোনি স্বায় লাউই। মমীৎ অনীমক পিনা থূমহৎলি, লৈথোকখি, মপি মতুম-মতুম তাবকই। ঙাইহাক্তি ব্রা ঙাঙথোকপা ঙমদে।

"তামো, ঐ জ্ঞান তাবা ঙমজদবে, হায়বিসিবু ফাগিবা, অশেংববা?"

"কৈনো, সিবু ফাগি তৌবা য়াবা ব্রাবা?"

"মশক মতাসিগা, মাবু ইম্ফালদা চন্নফম লৈগদবনে?"

"নুমিৎ কয়ানি খনবা য়াবা খল্লগা য়াবে হায়না হায়বকইনি, কৈইগী চৎনবোইদোইবা?"

মশামক ডোক্টবনি অমদি মচননুপীগী শক্তা-পুদাসিগা, লাইবিক-লাইশু আ য়ৌবসু নৎতা, লমদাসিগা। নোনি ব্রাখল মুন্না খল্লি। অদুবু সনাজাওবগী মপূকচেল, মওং-মতৌ মুন্না খঙবনিনা কবিসু চিংনকব্দি তৌদে।

"অদো, ঐনা হেক্তা তূপথোকপদি ঙমদবনিনা ইমাহোয়-ববাহোয়গা অমুক্তা খন্নজখিগে।"

ক্না মতপ অমা চাবগা সনাজাওবা থোক্লক্লে। মহাক য়াম্না চমজববসু অপঙবা মীদি নৎতে। তশেঙনা মানা ঙাওজবিবসু ইবেথোইগী ইচম চমজবা, নুপীমচা অমা ওইবগী নৌজবীদুদনি। ঙাইহাক লৈতনা মাগী চমজবী মতৌদু উক-উকবগা মাগী ব্রাখলদা হেন্না হেন্না লৈতাফম খঙদনা লাকপনি।

হায়না-শীংনবগী ব্রা হৌদোক্লবদা মমানা য়াবক্লদবা লৈতবনা নোনিগী মায়কৈদগী অহল-লমননা য়াবগী ইঙ্গিৎ হেক ফংবগা, ইবেথোই সনাজাওবনা পুবগা চৎখবে। নোংঙাল্লগা, ষ্টাফকী মীওই খূদিংমক ঙকপদা মপাল শাৎপা হায়বদো ওইখবে।

ইথা থাজদনা সনাজাওবগা ইবেথোইগা লুহোংলে। লুহোংফমদা ময়াম্না "মনম্মা নোনিনা ক্নাদা শেমজিল্লগা ফাবনি" হায়দুনা মচী মচীদা ঙাঙনৈ। মসিমক সনাজাওবগী মমানসু হায়বিবনি। মহে ফংই টুয়েলব খক্তা, মশক্তা লৌখৎপা য়াববা হায়বসু নৎতা, লমনা মবোল অমা লাপ্লিবা। মমানদি ওঙ্খোক্লা পেঞ্জখিদবে, কাববা হায়বদুনি। মচানা পামজকববনিনা কবিদি তৌকনি।

মানা নহানমখৈ নুপী থিরমম্রিবসিদি, অসিগুম্বা শক্তাসি ফংদদুনা খিদবা

ওইবন্নেদনা হায়না লৈকাইগী অমা অমনা হায়নবিবনি। অদুবু নোংমা-নোংমগী মাগী লীচৎ-শাজৎ, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, মওং-মতৌদুদা মমাদো পূমতে তেথখিদুনা মচাদৌনা লোয়নখবে। মাগী মওং-মতৌসিমক্তা মচানা মাবু লৌবা ঙন্নক্লিবনি হায়বসি হৌজিক্তা খঙলক্লি।

ময়াম্না মাগী নুপীগী মশক-মতৌদা ঙাঙনা শক্লবিবা পূম্নমক তায়, খঙই। মমান্নবশিংনসু, "মা নৎত্রদি নুপীসিবু লৈত্রববা?" তৎতনা হায়বিবনি। সনাজাওবা নোংমা ফাদোক পার্টিগুম্বদা নৎতনা হীদাক-লাংথক থক্কন্দে। নুমিৎতু মমান্নবা অমা প্রমোশন ফংবগী পার্টিদা পেক অনীদং পায়শিল্লি, মদুনা মঙোন্দা অহোংবা লৈগদবা নৎতে, নোর্মেলনি। য়াম্না মোন্দা নুংঙাইনা হঙ্জিল্লকই, পুংথেঙ থেঙদ্রি। ইবেথোই চাক থোংদুনা লৈবম্মী। ইবেথোইগী মনাক্তা চঙশিল্লগা ঙাইহাক লেপ্লি অদুগা ওয়দা অমুক য়েৎতা অমুক চেপথ-চেপথ কোইয়েং কোইয়েং য়েংই। অমুক্তা তৌথোবক্তনা তৌবকপদুদা ইবেথোইদি ইঙক-ঙকপমখৈ পাখৎনা, "কৈ তৌবগে?"

"হুং, ময়াম্না নঙবু নশক থী-থী হায়নৈইসে, কদৱাইদবু থীবিনো হায়দুনা য়েংঙম্মীনি।"

(দিসেম্বর, ২০০৬)

# মীনোক্তো

সুনিল টুয়েলব লোইবগা মণিপুরগী ব্রাংমদা টেক্নিকেল তম্নবা হোৎনবা য়াবা হোৎনৈ। শেল লৈজদবনা ডোনেশন তৌবগা তম্নবগী পাম্বেসু লৈতে। ডম ডম্মদা লৈবা টেক্নিকেল কোলেজ অমদা থাকবা এন্ট্রান্স টেষ্টকী রেটিং লিষ্টতগী লৌখৎলগা অহাওবা সীট অমদা মাবু এদমিসন তৌবনবগী চে লাকই। খবা থেঙথনা চঙলবনিনা হোষ্টেলদা লৈবদি ফংখিদে। কোলেজনা শীল্লগা কাজিপড়াগী কবি নবিন সেন বোডতা লৈবা ভাড়াগী কা অমদা লৈবা তাখি। হোষ্টেল ফংহৌদবা মহৈরোয় অহুম, সুনিল থাবগা মখোয় মবি কা অনীদা অনী-অনী লৈমিন্নে। বাঙ্কুরাদগী গৌতম চেটর্জী সুনিলগী রুম মেটনি। মখোয় অনীনা তম্লিবা কোর্সতুদি মান্নদে, চহীবুদি অহুম অহুমগীনি। গৌতমনা ওটোমোবিল এঞ্জিনীয়রবিংদা অদুগা সুনিলনা এয়রক্রাফ্‌ট মেন্টেনেন্স এঞ্জিনীয়রবিংদনি। কোর্স মান্নদবনিনা কোলেজ কামিন্নববসু হল্লকপদদি মতম অয়াম্বদা সুনিল মথন্তা হল্লকই। মানা লৈবিবা মফমদুগা কোলেজগা পঙলাপ লাপ্লদে, খোঙনা চৎপা য়াবা মফমনি। কোলেজ চৎপগী লম্বীদা নুপীগী কোলেজ অমা লৈ, মমিংনা সোরোজিনী নাইডু রিমেন্স কোলেজ কৌই। মমিং চৎপা কোলেজদি নৎতে।

নৌবিবনিনা কোলকতাগী চনপ-খোয়নপ্পা অমদি অশাবা খাঙবা ঙমদ্রি। অঈং-অশা ওন্নবনা নাকল্বদগী অহানবা কোলেজ কাবকপা নুমিৎনি। নুংথিলগী পুং ৩ মুক তাবন্নগনি, মশা ইপৎ পখনা বঙ-বঙ শাগৎলবা নুংশাগী মৈশা মবক্তুদা য়াম্না হৈনীংদনা কোলেজদগী হল্লকপদনি সোরোজিনী নাইডু রিমেন্স কোলেজ ময়াদা থেংনখিবদু। লাপ্তক্না মায়োক্লনা লাক্লিবী মখোয় অহুমদুগী য়েৎ থংবীদুবু উকবদা সুনিলগী থম্মোয়দা করিনো হায়ফম খঙদবা চাউববা নুংশিবগী ঈথক-ইপোম অমা হৌখিবনি। মানা পামজবা হায়বদুমক থোকই। সুনিলনা মমীৎ কৃপ্তবমখৈ য়েংবদুদা মমান্নবীশিংদুগা কবি কবিনো ঈঙ্গিৎ তৌনখিবগুম তৌই। মপা য়ৌশিল্লক্লবা মতমদদি মশাদা শৌবীং-শৌবীং লাউবা অমদি ইকায়বা ফাওদুনা য়েংশিল্লুবা ঙম্মুদ্রি। তুং হন্না মানা য়েংলকপদুগা মপা চপ চাননা সুনিলসু য়েংথোক্লুই। মাগী তুং হন্না য়েংলকপা মীনোক্তুদনি তশেঙনা সুনিলবু অঙাওবা মীশক ওইহনখিবসু। ইম্ফালদা লৈবিঙৈদা নুংশি-নুংওনগী ব্রাখল অমদি পামজবা কয়া লৈদুনসু সিগী লমসিদা থোইনা

হৈনকদবনা মাগীনি হায়দুনা কনাগুপ্পী অমতংগসু নকশিন্নকদে। অদুবু অসিগুম্বা মীৎকৃপ্তুদগীদি মাবু নুংশি-নুংওনগী কল্লবা ঈবৈলক্তা তিলহনবা হৌখি। মথংগী নুমিৎতা ক্লাস লোইবা লোইদবা থিদনা ঙবাংগী পূংফমদুমক্তদা কোলেজদগী হল্লকই, থেংনদে। মথং নুমিৎ হুপ্পি-মবিনিদুদসু হল্লকই, উনদে।

নোংমাইজিংনি, কাক্সিপড়া বস ষ্টেন্দদগী মনীংদা বস ষ্টেন্দ অনী চৎলগা লৈবা 'মৃনালিনি' সিনেমা হোলদা মেটিনে শো য়েংনবা মখোঙনা ঙাহৌ ঙাহৌ থোক্লকই। নহানগী মখোয়শিংদো লাইবিক খাউ য়াল্লি, সোবোজিনী নাইডু ব্রিমিন্স কোলেজগী মহৈবোয় ওইগনিদা খন্না-খন্না হোল য়ৌখি। মমাঙগী মোর্নিং শো লোইদুনা ময়াম ব্রা লাউনা থোক্লবকপদা নহানগী য়েৎ থংবীদুসু য়াওবকই। সুনিল মশাদা স্বায় লাউবা ফাওই। হাইফেৎ য়েংশিল্লুই। য়াম্না হৈনদনা খঙহন্নীংদবা মওংদা লৃকথবগা নুপা খবগা মমান্নবী খবগা থোক্লকই। হন্না য়েংনীংলুবা পোকখিদবে, মপূক্লিংদা মওল-মওল খল্লি। য়েংনীংনা ঙাইবকপা ফিল্মনি ইন্টবভেলদা অদুম থোক্লক্লে। মপূক্লিংদা কবিনো হায়ফম তৌফম খঙদবা, মপূক্লিং ইনুং-নুংশিবা, ইহাম হামচংনা লৈকববা মতুংদা মানা খোঙথাং হেন্না থাংজিল্লুবে খন্দুনা মশা মথন্তা ফাথজে।

মথং নুমিৎকী কোলেজ হল্লকপদা মতাং অমা চান্নকদুনা ভাড়াগী মমাঙ কাদা লৈবা অমিতকা হল্লকমিন্নে। হান্নগুম্মা মখোয়দো লাকমিন্নবা উই। কবিসু ঙাঙনা শক্লকব্বা, কবিসু তৌনকব্বা নংতে অদুবু সুনিলদা ইকায়বগুম্বা হৈনদবগুম্বা ফাওবি। হাইফেৎসু য়েংলুবি, মানসু ফৎলপ ফৎলপ য়েংলকই, খেন্নবা মীৎয়েংগী ব্রাদনি। সুনিলগী মপা য়ৌবকপদা মমান্নবীশিংদুদা "কালকে সিনেমা হল থেকে বাব হবাব সময় কয়েকটা ছেলে বাঁদবামি কবছিল ওতে মেয়েটিব ভালো লাগেনি, আমাবও লজ্জা কবছিল।" হায়না মখোল খবা হৌবপ্পা হায়খি। অতৈ খঙলুদ্রবসু "ঙবাংগী সিনেমা হোল" হায়বসিমদি খঙলে, মপা হেন্দোকখবে। হৌজিক হায়ব্রিবসি মাগা মবী লৈনবা ব্রা ওইগনি খন্না তুং হন্না য়েংথোক্লবদা, মাসু নোকমি-নোকমি য়েংলকই। ঙবাংগীগা মবী লৈনবা হৌবগ ঙাঙখিবা মাগী ব্রাহৈশিংদুগা নোকফেৎপা মাগী তুং হন্না য়েংবা মীয়েংদুগনা সুনিলগী ব্রাখলদা কবিগুম্বা খবদি খলহল্লি। হল্লকমিন্নবিবা অমিততা খৌবাংনা নুপীদুনা হায়খিবা ব্রাহৈশিংদুগী অর্থ হংলুবি,

"নুপীসে ঙবাং সিনেমা য়েংবা চৎলুবগী ব্রাবীনিদা।"

"কবি ব্রাবীনো, কবি হায়বিনো?"

"ঙবাং সিনেমা হোলদগী থোক্লকপদা নুপা খরনা ফবক তাশিল্লকপদা নুপীসে য়াম হৈনদে, য়াম্না ইকায়জে হায়জবনিদা।"

*ও, হায়বগা অমিততা কবিসু হায়কদে ৱাখলদি আ য়ৌখবে। ৱাহৈশিংদুনা সুনিলগী থম্মোয়বু লায়না খুদুম চনশিনখিবগুম তৌখি।*

*সুনিলগী ৱাখল নোংমা নোংমগী মশা-মবেঙ ফম্দোবক্লি। মাগী কম মেট গৌতমগা তান্নবগে খন্দুনা ৱাবীশিংদো চীখদনা লীথোক্নে। ইহান হান্না নুপীগা ৱাবী* শানবদা শীজিন্নগদবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়াবু বাংলা লোনদা কবি-কবি হায়গদবনো তম্বিনবা হৌদোক্লুই। গৌতমসু মুন্না তায় অদুবু মদুদা থৱায় য়াওশিল্লুবা তৌদনা ষ্টদিবোমদা ওইনা ৱাবীদো থৈদোকখি। মফমসিদা লাক্লিবসি মহৈ-মশিং তম্বখক্লীনি মতাং চাদে হায়বিববা নৎত্ৰগা মখোয় জাতিগী নুপীশিংগা মৰী লৈনহনবা পামদে হায়বিববা খঙদে।

সুনিলগা য়াম্না নকশিন্ননা তিন্নবা বাংলা মমূৎ তানা খঙবা বিহাবী মচা প্রতাপতা ৱাবী খুদিংমক লীথোক্নে। ঙাইহাক লৈতনা তম্বিরক্লিবা বাংলাগী লোন্দা-পুদাদুবু চীনফা পুদুনা অশোয়বা অমৎতা য়াওদনা ঙাঙবা হৈবক্নে। ফনা কুইনা থেংনখিদে। সুনিল লৈতাফম খঙদে। দুর্গা পূজাগী ছুটি য়ৌশিল্লক্নে। বেঙ্গলদদি দুর্গা পূজাগী ছুটিসি থা অমগী ময়াদা থানৈ। দুর্গা পূজা থোক্লমদাইদা নোংমখক্তংদি বসতা চৎখিবদা উখি, মানদি খঙখিবা নৎতে। পূক্লিং লাঙতক লাঙতক্লা ইম্ফাল থোক্লক্নে।

মৰমদম ইম্ফালদা থোক্লক্নুনা কুইনা উনকদ্রবা মমান্নবা কয়া উনদুনসু নুংঙাইফম খঙদবা পোত্থাফম খঙদবা হায়বদো ওইবে। ইম্ফালদা কুইনা লৈথনীংলক্তবা কোলকতাদা ঙনখৎনা চৎনীংবা মাগী অপাম্বনি। মমান্নবশিংদা কোলকতাগী ৱাবীশিংদো হেক হেক লীথোক্লগা মঙোন্দা নুংঙাইজবা অমদি ৱাখল খবা য়াংবগুম্না থোক্লি। মমান্নবা অয়াম্বনসু "অদুদি য়াম ফবে কোয়শিল্লো, তম্বা লোইবগী *থোক্লকপদা মাগা হেক থোকমিন্নবকও, সিদা হোংদোকঅগা লোইবে।*" সি ঙাক্তনি মখোয়না। চঙনীংবনা লাঙতক্লববা সুনিল ছুটি নুমিৎ তব্বক্লি ঙনখৎনা পাইশিনখবে। ছুটি মনুং ওইবনা কনাসু লাক্লবমদ্রি। ইচীক চীক্লদুনা মদুনদুম হেন্না ৱাহল্লে। মাগা থেংনখিবা মফমদুদসু ঙাইহাক লৈতে চৎলুবিবা, কান্নবা ফংববা হায়বসু মফংদে।

নুংথিলদনি, ঙবাং বক্স চাকখিদুনা নগড় বাজাবদগী বক্স লৈবা থোক্লকই। কাঞ্জিপড়া বস ষ্টেন্দগা হেক থংনবা মমাঙগী বস ষ্টেন্দদনি নগড় বাজাবনা লৈবিবা। লাহেবি ইলেক্ট্রিকেল হাওসতগী বক্স লৈবগা লৈথোক্লকপদা কোলকতা সিটিবোমদা চৎখিনবা বস ষ্টেন্দগী মপাদনি মমান্নবী অমগা। হান্নগী মীৎয়েংদুনি, মীনোক্নুনি। খেন্নবিবা হায়ববু সুনিলবু উবদা নুংঙাইজবা, হবাওজবা পোকপগী মমি হেনগৎলক্লিবা মমি তাবদুনি। নুংশিবনা ময়েক শেংলক্লবদা ঙাওবোইদবা কনা লৈ। নুংশিবা হায়বদো

অসুম তৌবমানে খন্না ঙাইহাক্তংদুদি তৌফম খঙদে। দুকানদুদা অমুক হন্না চঙশিল্লগা মবম ইবৈ লৈতেনা ৱায়ব মতৎ অমা লৈবগা মফম অদুৱাইদগী হেন্দোক্তনবা হোৎনবি। '৩০-বি' নচিংবা বস মবি-মঙা লাকখবে, মবী-মশী কাখৎনখি, মাসু কাখৎখিববা হায়না কৃপ্না শেন্নদুনা য়েংলুরি। মাসু নোকমি-নোকমি হেক্তমক তৌবকই। '৩০-বি' বস অমমুক লাকই, মমান্নবীদু কাখৎখি। সুনিলদা নুংঙাইতবা ফাওই। বসতুনা থৌবমদাইদা কাখৎ-কাখৎনা মানা য়েংলগ্না মীৎয়েংদুগী পাউখোংদনি সুনিলগী পুক্সিগী লেঙলবোইদবা খোঙফম থাংজিল্লুরিবসু। ৱাহৈনা ফোঙদোক্লকদ্রবসু থম্মোয় থম্মোয়দি নুংশিগী ঈবৈলক্তা অমৎতা ওইনা পূনশিন্নখিদুনা নুংশিবগী ঈপাক্তা তাউথমিন্নবগুমখি। বসতুদা কোক কাখৎচবমগদবনি খন্না নীংঙমহৌদবা অমা য়াওনা হন্নকখি।

থেংনবা খূদিংদা সুনিললনা তৌবিবা মওং-মতৌ, অতৈনা য়েংলকপগা মান্নদবা মীৎয়েং অমদি চমজবা মাগী মায়থোঙবু উকবগা নুপীদুসু মাগী থম্মোয়দা সুনিলগী মফম অমা কন্দুনা থম্মী। কবিগুপ্না সুনিললনা ফোঙদোরক্লবদি মাগীসু নীংবা থুংবা ওইজগে হায়না খঞ্জে। অদুবু থংনবা মীৎকৃপ্তা পুক্সিসিদা ওইথোকপা য়াববোই খল্লুবদা কপচবতনা মশিঙ্খাং ওইবি।

নোংমা নোংমা হৌজিনখিদুনা সুনিলগী অহানবা চহী লোইশিনখবে। ডম ডম ক্যান্টোমন্টকী গোড়া বাজাবদা লৈবা কোলেজগী হোষ্টেলদা ফংদুনা কজিপডাগী ভাডা কা থাদোকপা তাবে। লৈফম হোংলবনিনা সোবোজিনী নাইডু ৱিমেন্স কোলেজবোমদা নুমিৎ খূদিংগী কোলেজ কাথোক-কাশিন তৌবদুসু তোকখবে। মবক মরক্তা চৎলুই, থেংনবক্তে। চিংনবা অমা য়াওনা সোবোজিনী নাইডু ৱিমেন্স কোলেজদা তম্ববা তমদববা খঙদোক্লবা থা অমা হেন্না মতম মাঙদুনা হোৎনকবে, নোংমতসু থেংনবক্তে। তশেংবমক খঙলুদ্রবসু কোলেজসিদা মা তমদবে হায়না লৌবে। থেংননবা, উননবা অকক্লবা মফম খঙদবনা সুনিলদা অৱাবা পোৎলূম অমা থাংগৎপা হৌবকখি। অদু ওইদুনসু মপান নাইদ্রবা নুংশিবগী ঈবোন্নুংদা লূপখিদুনা, মাবু ইম্ফালদা পুথোকখ্রগা লুহোংলুনবগী লেঙদ্রবা অবেপ্পা ৱাখলনা থম্মোয়দা পূনশিন্দুনা থমখবে। ৱাহৈগা ৱাহৈগা চিল্লোক্লদ্রিঙৈ, থম্মোয়গা থম্মোয়গা শকখঙনদ্রিঙৈ নুংশিগী ঈপাক্তা তাউথবিঙৈদা শাবী-শানৌ খূদিংনা ওইহন্নীংবতা ওইহনবা, নৎতববু খক পুশিল্লুদবা নুংশি-নুংওনগী হৌনশানি।

হন্দক মবক্তি প্রতাপকা তোয়না চৎমিন্নে, থেংনবদি য়াওদে। অদুবু মানদি বসতগী হেক হেক উই। অদুনা সুনিলদা খঙবদা নৎতনা প্রতাপপুসু মুন্না মশক খঙলে।

ইথা থাজদনা নোংমদি বসতা প্রতাপকা চৎমিন্নবিগৈদা লম্বীদা মাবু উদুনা প্রতাপতা তাকই। প্রতাপসু 'ইস! য়াইহে অসিদি।' অদুবু মফমদু বসকী ষ্টোপেজ ওইদবনা কূমথবগী তাঞ্জাদি ওইখিদে।

নোংমা, নগড় বাজবগী মোগলাই পবথাদা মমিং চৎপা 'মা দুর্গা হোটেল'দা মমান্নবগীগা কেবিনদা কবিনো খবা চামিন্নরিগৈদা, প্রতাপসু মমান্নবা অনীগা হোটেলদুদা চগুলকপা মানা উখি। প্রতাপনা ওর্দব তৌথ্রগা ঙাইহাক ঙাইনা ঙাইনা মখোয় অহুম তূমিন তূমিন কবিনো খবা ঙাঙনা-শরুবি। কেবিন মনুংদা মমান্নবীদুদা মতাং ইচা চাদনা হৌরপ্লা প্রতাপ তাবসনু হায়বগী মতাগুম,

"হন্দকসে ঐ হায়ফম খণ্ডদে, য়াম ৱায়। নোর্থ-ইষ্টলোমদগী মাল্লি, সিদা লাইবিক তম্বালাকপা ওইবমানে। মাগা থেংনকব্বদগী তশেংনা ঐ পূমণ্ডাও ঙাওবে। য়াম পেন্দে, পূক্লিংসে য়াম নুংশি, খল্লুকবদা য়াম ৱায়।"

"হোয়নে, হন্দক মবকসে নগু কৈনোমা ইতৌ তৌই হায়নবল্লিবনি। মদুবু ওইথোকপা য়াবসু নৎতবদা, কান্নদবদা মতম মাঙনবা।"

"অদুদনি ঐনা পোখাফম খণ্ডদগৈ ৱাবিসে।"

মপান্দা প্রতাপসু মখোয়না শানবিবা ৱাবীদু মুন্না তায়। চিংনবা অমদি খণ্ডনীংবা অমগা লোয়ননা মখোয থোক্লকপা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈ। মমান্নবীদুগা থোক্লকপদা প্রতাপতা হাইফেৎ য়েংশিল্লম্মী। মাবু উকব্বদা জ্ঞান পোপ তাই। সুনিলদা তম্নীংবনা চাদবমখৈ হোষ্টেলদা হন্নীংবা হায়বদু য়ৌই। হল্লক্লগা হোটেলগী ৱাবীদু চীথদনা তম্নুবদা সুনিলনা মগুজবম্বা মগুলান মগুফাওনবে খন্না নুমিৎতুমদি হবাও-নুংঙাই মপান থোক্লক্তুনা তূমফম-চাফম খণ্ডবমখৈ পূমণ্ডাও ঙাওনা লেনখিবনি।

অনীগুবা চহীদদি মৈতৈ মচা খবসু কোলেজদুদা মিং চল্লবে। মখোয়দুগী মবক্তা অমদি সুনিলগা খণ্ডনখিবা জয়চন্দ্রনি। হৌজিক্তি সুনিলগী ফজববা খুদোংচাবা তাঞ্জা অমা লাক্লে। জয়চন্দ্র নুপী-নহা কোয়বা-খোৎপা, শেম্বা-শাবদ য়াম্না হৈ-শিংবা, য়াম্না পোবম খগুবা মীশক্লি। মগুোন্দা ৱাবী পূম্বা তমথোক্লে। কবি কবি তৌবা, পোবম খূদিংমক য়াথোক্লবে। জয়চন্দ্রনা শীল্লিবা প্লানশিংদুবু নীংশিং নীংশিংলুবগা সুনিলগী খম থেংনা নুংঙাইজবী হায়বদো ওইখবে। মবানী তোয়না চৎমিন্নৈ অদুবু নোংমতসু মাগদি থেংনদে।

নোংমা নুমিদাং পুং ৭ মুক তাবল্লনি, ইসপ্লানেদতগী ডম ডম ক্যান্টোমেন্ট য়ৌগদবা বস কোয়থি থিবগা মমাঙ ওইবপ্লা ফল্লগা হল্লকই। নগড় বাজাব বস ষ্টেন্দদা

খান্মী। মথং মথং কূমথনখি, মনীং ওইবপ্পা নুপীগী ফম্ফমদগী সুনিলগী মমাঙলোমদা লাক্লগা য়াম্না অমেণ্ডবা খোম্বোক্তা "দাদা আমি এখানে নেমে যাব"[১] হায়বগা নোকফেৎ তৌবা মীনোক্তুনা হাইফেৎ য়েংলম্লগা কূমথখি। মহাক্তুনি, সুনিল খায় লাউখি। গুকপা, হবাওবা, নুংঙাইবা পূম্নমক তিল্লখি। মনীংলোমদগী নুপীগী খোঞ্জেলদা "রিতা তুমি নেমে যাও"[২] হায়বকখি। নগড় বাজাব খায়দা লৈবে হায়বসিমদি খঙলে, মমিংনা বিতা। বসতগী চোংথহৌনীংবা হায়বদো য়ৌখি।

নোংঙাল্লগা জয়চন্দ্রগী মনাক্তা চৎতুনা ঙবাংগী বসকী ব্রাবীদো তম্লুবদা জয়চন্দ্রসু হবাওবে। "সি য়ৌবদি শুকশোয় শোয়দনা মায় পাক্লনি, নও ব্রানীংঙাই লৈত্রে, মমিং-মথা খঙলবনিনা।" বিতাগী ব্রাখলদা অসুম অসুম চঙশিনখিদুনা তূম্ফম-চাফম খঙদবা কঙাওনবা পুক্নি মবেল হায়বদো সুনিল ওইবক্লি। ঙাইহাক লৈতে নগড় বাজাবদা জয়চন্দ্রগা মবানী চৎলিবা। থেংনবকপদি নোংমতসু য়াওদে। অসুম তৌ তৌদুনা অনীশুবা চহীদুসু হৌজিনখিবা খঙহৌখিদে।

সুনিলনা ঙাইহাক লৈতনা চৎলিবা অয়াম্বা মাগী খোঙ্গুল লীবা ওইগনি খঙই, ইতৎ তৎতনা বসতগী উবা ঙাক্তনি। থেংনকবা খূদিং মাগী মওং-মতৌবু উকবগা পোখাফম খঙদবা, পুবা গুমদবা অব্রা পোৎলূমখক্তা মাগী শক্লক ওইহৌগদবনা মাবু হকথেংননা উনবা পাম্লুদে। ঈবা চেনবমখৈ পেন্না য়েংজবদুনা মাগী নুংশি লম্বীগী ঈশ্ববনা পীবিবকপা খূদোলনি হায়না লৌজে। মাবু নীংশিংলুবগা পেন্না পেন্না কপথোকচবখক্তনা মাগী পোখাবা হায়বদো ওইবি।

মতমদি লেপ্পা লৈতে ঙসি হয়েং হৌজিনখিদুনা অবোইবা পরীক্ষাসু থা মবিমুক্তা ঙায়শিল্লক্লে। কদি তৌগদবনো হায়বা খঙজিল্লক্তবে। তাইবংসিদা মামুক পাঙদবা মীশক অমা লৈরম্লবোই খঞ্জে। নীংঙমদবগী পোৎলূমনা অসুম হেঞ্জিল্লকপনা পূক্লিং লৈতানা লৈবা ঙল্লক্তবে। মপুক্সিদা অসুম্মা নুপী-নহাগী ব্রাখলদা অমুক্তসু চঙলুদবনা মঙোন্দদি পুবা থাংবা ঙমদবা হায়বদো ওইববি। মহে পাম্লবা আশাগী পামেলনা অশেংবা ময়োলবু থুদেকপিবক্লবদা কবম্বা থম্মোয়না লৈতানা লৈবা ঙমগদগে? থোকপগী মতম নকশিল্লকপগী মতীক নুংশিবগী চাং অমদি ব্রাখলগী পোৎলূমসু অহোয়নদুম হেনগৎলক্লি। হৌজিক্তি ওইববোই খঙলবসু নোকমি নোকমিবা মাগী মীনোক্তো মীৎকূপ অমৎতা ওইববসু উনীংলুবি। চৎলুবি নগড বাজাব থেংনবগী আশাদা, অহোংবা লৈতে। মমাঙতে বম্ব লৈফমগী বস ষ্টেন্দবু উকরগা,

---

[১] দাদা ঐ সিদা কূমহৌবগে।
[২] বিতা নও কূমথহৌরোকো।

মতমদুদা মাগী হরাওনা মকা লাম্বা মীনোক্তো নীংশিংলুরি। অমুকসু নুমিদাংদা নগড় বাজাবগী বস ষ্টেন্দদা কুমথখিবদা মানা হায়খিবা বাহৈ, য়েংলম্বা মীংয়েং; তশেংনা মীংমাওদা মথং মথং চোংথোক্লকপগুম তৌবি। অসিনা হেন্না মডোন্দা মৈচাক্তা মৈচাক হাপকংপা ওইনা থোক্লি। পুন্সিদা মৃৎপা নাইববোইদবা নীংঙমদবা মৈচাক্কী চাউববা মফম অমা থম্মোয়দা কন্দুনা লৈহৌবা তাবে। চাউববা পোংলুমসিবু পুদুনা থোকখিবা তাবনি।

টিকেট কক্লুবে, নুমিৎ মবিনিদা ঙায়বে অবোইবা ওইনা থোক্লদবা। জয়চন্দ্রগা ইসপ্লানেদতা পোৎ-চৈ খরা লৈকনবা থোকমিন্নবকই, বস লাকপা ঙাইদুনা লৈ। সড়ক বাংমগী বস ষ্টেন্দদুদা য়েংশিল্লুবদনি সুনিলনা মপূক্লিং লাওতক্লা মীংলু ঈবা চেনখিবদো। হান্নগী মীনোক্তুনি, অমুক লৃকথা অমুক য়েংঙক, অমুক নোকফেৎ। চৎলমদাইগী মতমসিদা কবিগুম্বা খরদং হায়বম্বনা মাগী অব্রা পোংলুমদগী খবমখৈদি ময়েং তাগদবা খল্লি। অদুবু মডোন্দা মদুগী থৌনা লৈখিদে। নুমিৎতুদদি মাগী মীনোক্তুনা সুনিলগী থম্মোয়বু মশীং থীঙমদনা চেকখায়হল্লরি। কবিগীনো খঙদে হৌজিক্তি অদুগুম্বা মীনোক্তো পান্নক্তবে, মদুনা থম্মোয়দা বক্স তাবগুম থোক্লবে। পাম্বৈ লৈববোইদ্রবা অবোইবা মীংকৃপসিদা জয়চন্দ্রদা ইঙ্গিৎ তৌদুনা নহানমখৈ হায়বা নুপীদো অসিনি হায়না তাক্লুবি।

"এ! অসিবো!"

"অং! মানে।'

"হেবা অসিদি হায় ক্লাসকী পোৎনি।"

মীংকৃপুমক্তদনি পুবা থাংবা ঙম্লবোইদবা চাউববা পোংলূম অমা থাংথখিবদু। সুনিল মশা পূময়াং য়াংখবে। থম্মোয়সু মকা লামজবে। জয়চন্দ্রনা কবি হায়না লৌবমগদবনো খঙদে, মানসু কবিসু হায়বকপা তৌদে। বস লাকই মবানীমক কাখৎলি, কাখৎ কাখৎনা খজিক্তং য়েংথোক্লুই। মকা লাম্বা মায়থোঙনি নোকফেৎ তৌবকই। অহাঙবা মতাইদা লৈবিবা ফমফমদা মবানীমক ফমথৈ। কবি রাখলদগীনো বস মনুংদগী অমুকসু য়েংথোক্লুবি, হোংদবা মাগী মীনোক্তুনি। কবিবু খল্লমগদবা.. । অহানবা থেংনবগী মীনোক্তা থম্মোয়বু লাংগোই চলহনখিদুনা কয়াগী মতীক রাহনখিবা। অবোইবা থেংনবগী খেন্নদবা মীনোক্তুনা থম্মোয়বু নুংঙাইবগী ঈপাক্তা থম্বিরল্লি। বসতুনা চৎখিবা মায়কৈদুদা য়েংদুনা লৈহৌই।

(জানুৱারি, ২০০৬)

# লোৎতুনা লৈরম্মী

নুমিদাং মৈ লাক্কবা মতমদা হার্মোনিয়ম পুথোক্লগা থায়নগী লতা মঙ্গেশকরগী আবি-অবিবা ঈশৈ কয়াবু খোং খোংদুনা মতম লেনবনা সুবজিৎকী নুংঙাইজবী ওইবি। মমাংগৈ লৈকাই লৈকাইদা ঈশৈ তৌনবগী মতমদা, ফনা লাপ্পা মফমদা ওইদুনসু সুবজিৎতি খক চীথগন্দে। মবোল নীংথিনা খঙলুদ্রবসু মপুং ওইনা লতা মঙ্গেশকরগী নুংশিববা বাংলাগী ঈশৈ কয়াবুসু থবায় তানা তাজে। হিন্দী ফিল্মগী লতা মঙ্গেশকরগী অবিবা ঈশৈশিংদনি মানা হেন্না পূক্লিং লুপ্লিবা। গজললনচিংবা কয়াদসু থবায় লূপশিন্না তায়। অকোনবদদি অসিনা কবক্সা বাগনো হায়না মশক তাকপমক ঙমজদ্রবসু শাস্ত্রীয় সঙ্গীততাতপ্পা তপ্পা ঙাওবা মীশক ওইবকখি।

লীশাং শীংনা মখল মখা কায়গী ঈশৈ তাদুনা লাকপনা কনাগুম্বা মীওই অমনা নৌনা ঈশৈ পুথোক্লকপদা ঈশৈগী সুব, তাল-মেনগী অশোয়বা পুথোকপা ঙন্নক্তুনা, অসিবায়দা অসুম তৌববদি ফজগনি অসিনচিংবগী আইদিয়া কয়া লৈবক্রে। মমৈথংদদি শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী লমদা খঙ হৈববা কয়াগা খঙনবক্রে। অচৌ অচৌবা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী কন্সর্টনচিংবদা মাবুসু হেক হেক তারক্তুনা মপান্দগী লাকপা কলাকার কয়ানা পাঙথোকপা কন্সর্টশিংদা চংলুবা ফংজদুনা মানা মঙজখিবা মঙলান মহে য়ানবা হৌবকখি।

সঙ্গীততা লূপখিবা মীনা মতমগী ওন্না-তৈনবা নোংলৈদগী লাপথোক্না লৈদুনা, ইচম-চম্না কনাদসু য়েংশিন খোৎচিল্লুবা তৌদনা ঈংনা চীক্লা মবা তপ্পা, পুন্সিবু মহাও খঙনা লেনবা পুন্সি মবেলদা লেন্নবি। অঙকপনি সঙ্গীতকী পূমতোপ তোপ্পা গুণসিসু। মদুমক্লি, সুবজিৎকী পুন্সিসু। অদুবু নোংমা নিংথম থাগী মতমদনি, মাগী প্রমোশনগী মতাংদা অয়েংপা অমা য়াওবকপদগী, রাখল নুংঙাইতনা ওফিসতগী হল্লকই। মাগী কাগী টেবলদা বার্তন অমা লৈবম্মী মদুদা থোইনা রাখল চঙলুদে। মচননুপীদা কোফী অশাবা কপ অমৎতা থকসি হায়বন্নগা মমায়-মমীৎ তাথোকপা চঙখি। মফি-মবোল হোংদোকপগী রাখল চঙদে। মখুৎ অনীনা লূকখমদা লোনশিল্লগা ঙাথদুনা মখোঙ শাংনা তিংথোক্লগা সোফাদা ফমলগা ফল তাবোইদবা রাখলদা ঙাইহাক উংলুবি। ফুম্বংনৈ, কবিনো তৌগদবা, রাখল লৌশিং থোক্তে, মীঙোন্দা হায়জা নোঙ্গবা হৈনবা মীসু নৎতে। মচননুপীনা পুশিল্লক্লিবা কোফীদু লৌবগা অমুক অনীবক চিংলগা টেবলদুদা থম্মী। ঙসাইগী বার্তনদু থাংগৎলগা

য়েংলুই। এনভেলপতুদা টাইপনা ফৃবা মাগী মমিংদু উবকই। অদুগুম্না মখলগী বার্তনদুদি মমাণ্ডদা তোয়না থেংনশ্রবনি। মাগী ৱাখল নাথেবকখিবগুম তৌই হাংদোক্লবদা মানা খল্লম্না অদুমক ওইবম্মী। নিখিল বেনর্জী অমসুং স্যামোল বোস অনীগী সঙ্গৎ, ওল ইণ্ডিয়া রেডিও, ইম্ফালনা শীনবা হয়েংগী থৌরম য়াওরনবা পীরকপা বার্তননি। মশাদা তুজুংবা পোকচৈ, ৱাখল ঈবাং লাণ্ডবগুম তৌবকখি। মফি হোংদোক্লবে। হয়েংসিদি কনাগা চৎমিন্ননি, হেক হেক চৎমিন্নবা বতনসু কোলকতাদা চৎখি। লৈকাইগী মমান্নবা অম হৌবগা চৎমিন্নবা হায়বদুনি খন্না খন্না কোফীদু লোইশিল্লি। মৈ লাকপবা হায়দুনা স্বিচতু কাপ্পি, নুংঙাইবা ফাওই। সোনিগী হাই-ফাইগী ম্যুজিক সিষ্টেমদুদা পণ্ডিত রবী শঙ্করগী কম্পেক্ট ডিস্ক অমা হাপচিল্লগা ঙাইহাক তায়। তানা তানা উপু মথক্তগী তবলাদু থাংথবগা খোংলিবা সিতারদুগা হাইবপ চাননা সুব শেল্লগা রবী শঙ্করনা খোংলিবা সিতারগী মতুং ইল্লগা তপ্না তপ্না তবলাদু য়ৈবা হৌবকই। ঙাইহাক্কী মতুংদা সুবজিৎ পূমতোপ তোপ্পা তাইবং অমদা তাউখরে।

মথংগী নুমিৎতু ওফিসতগী খরা ঙন্না হল্লকই। অমা অমদা হংনকরদা মতম ঈশৈগী থৌরম নৎতবনা লৈকাইগী মমান্নবা অমৎতনসু হোয় হায়বক্তে। নিংথম থাগা ওইবনে, অথেঙবদা মথন্তা হল্লকপা নুংঙাইতদুনা খোঙরু ওইনবা থিকরনি। মথন্তা চৎপা হায়বদুনি খন্না লাইবেম্বী মনীংগী লৈবক অখূবীবোমদা হল্লকপদা বোইনাও থেংনৈ। বোইনাও, সুবজিৎকী মনাওনুপাগী লৈকাইগী মমান্নবনি। সুবজিৎপু ব্যবহার অমদা লোয়নজবা মীশক্লি। মাবু হেক্তা হায়রসিবা খল্লি। শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ৱাদি লায়বদনা মতম ঈশৈনচিংবা ঈশৈ নোংমাই খুদিংমক্তগী লাপথোক্লা লৈজবা বোইনাওনি। লাইবিক্তা থৱায় য়াওজবা অঙাংনি হায়বসিসু সুবজিৎনা নীংথিনা খণ্ডই।

"এ: তামো, কদোম চৎপিকরনো?"

"মমাণ্ডগী দোবেনহোয়দা চৎলুবনি, ...অদো, নণ্ড কৈনোমতা হায়গেনে।"

"কৈনো, তাকপিয়ু।"

"ঙসি সিতার তামিন্নকসিদনা।"

"সিতার!"

"এ: মপান্দগী লাকপা অফাওবা কলাকারশিংনি, ইণ্ডিয়াগী ৱাংমদা পর্ফোমেন্স কয়া পীকররা ঙাক্তনি।"

"অদুদা..."

"তনরবনে?"

"হুং তন্দেদা, য়াইনে চৎলুসি, মফমদি?"

"জে এন ডান্স একাডেমি হোলদা। অদোইদি চাক চাথোক্লগা হোরেল পুং তরুক অদুৱাইদা ঐখোয়দা লাকওকো।"

"ফনি তামো, লাকচগে।"

মানা তৌরিসিবু, বোইনাওনা করিবু খল্লমগদবনো খন্না সুবজিৎ য়ুমদা হুল্লকই।

সুরজিৎ চাক চাথোক্লে, মফি শেৎচিল্লগা মাঙ্গোলদা ঙাইদুনা লৈ। ঘড়ি য়েংলুবদা পুং তরেৎ হেল্লন্নে। "অস: পুংসিদি য়াদরেনা, মাগীসিবু লাকঅবোইদবা জাৎলা" হায়না হেক খনবগা বোইনাও তফিং তফিং চঙলকই।

"তামো, থেঙঙববো?"

"এ: য়ারিদা, চৎলসি।"

গাড়ী মচাদু খাল্লগা কৈথেলদগী কোমলা খবা লৈশিল্লগা মফমদু তান্না লাক্লে। হৌগদবগী তৌরন্নে, ফম্পাকথক্তা কলাকাব সুনা ফমদুনা লৈরন্নে। মীদি কা হেন্না তিল্লমদে, চঙশিল্লগা খবা চখৎনা ফন্নে। মশা নানবা কন্দক্ট তৌগদবা নুপাদু থোক্লকই, মাইক্রোফোনময়া হেক য়ৌবকপদা মৈ খংমুৎ মুৎখিদুনা হোলদু পুম্মম মম্মী। থোইনা লাউ-খোংদুনা লাঙনরক্তে, ঙুং-ঙুং খবখক ঙংনকপা নৎতনা। ইমর্জেন্সি লেম্প ওইরমাল্লে মৈ মচা অমখক কাপ্লকই। ফম্পাকথক্তা মখোয় মশেল নোক্লখিবগুম তৌই, করি হায়নবু খল্লমগদবনো। ফনা কুইনা মৈ লাক্তে।

"মৈসিবু সুম লাকঅরোইদোইবো?"

"লাকনিদা, নঙ তল্লববনে?"

"অদুই নৎতেদা।"

জেনবেটর থাগৎলকপদগী মৈ লাকখিদুনা কলাকাবশিংগী মরমদা অমদি তাল-পুবা পায়রিবশিংগী মমিং লাউথোকপা লোইখবে। নিখীল বেনর্জী মহৈগা মান্ননা মশক মতৌসু নীংথিজৈ, আনোকতুনা অমুক্তা হেন্না মগুণ হেনগৎহল্লি। সিতাবগী অলাপ খৎপা হৌখবে। স্যামোল বোস সাল অমা ইল্লি, মাগী মী উশিৎতবগী মওং-মতৌ য়েংবদা য়াম্না ৱায়, কবিনো অমসু উমশায় শায়বগুমসু তৌই। শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী লম্‌দা খঙ-হৈরবা ইবমদমগী মীওই কয়া অমসু মমাঙ পবেংদা ফল্লিবনি খল্লুবদা মাবু হৈনদবগী চাং হেনগৎলি। অলাপ, মিনিট কুনমুক ফাজিল্লক্লে।

"তামো, তবলাসিদি য়ৈররোইদরা?"

"হৌজিক খৎলিবা অলাপসি লোইরগা তবলাগা লোয়ননা তৌথরকপদুদনি নুংঙাইরক্তদোইসি।"

সিতাবগী অলাপসু লোইশিল্লক্লে। স্যামোল বোস সালদু তপ্না হাইদোক্লগা

মমাঙদা প্লেটতা লৈবিবা পাউদবদূদগী খুবী অমদি খুনীংথৌনা খজীক্তং লৌবগা তবলাদুদা হাইরপ নানখি। অদুদগী মানা তৌথোরকপদুদি লেন তাবগা পাংখক্লি। ঙসাই মঙোন্দা থন্নন্বা হৈনদবা মীৎ নাবা পুন্নমক লোইনা মাঙখরে। হৌজিক্তি মদু পুন্নমক মাগী মগুণ ওইনা ওন্থোক্লক্লে। বোইনাওদা য়েংখি, মাদি ইশি শিনা তূমদুনা লৈবি। পাপ পুবদরা খন্না সুবজিৎনা বোইনাও হৌদোকই,

"বোইনাও... বোইনাও... সে নুংঙাইবা হৌবে, নমীৎ শিংনবা কোমলাসি চাশিল্লুসে।"

তবলা য়াওজবক্লবসু বিলম্বিৎ এক তাল ওইবনা বোইনাওগী বাখল ফাজিনবা ঙমদে। মথং মথং চখবক্লবা মতুং খমাজ থাটতগী পোকপা বাগ গৌর মলহাব, দ্রুত তিন তালদা তপ্লা তপ্লা মখোয় অনীগী নুংঙাইরবা সঙ্গৎ অমুক হৌগৎলকই। অসুম চখবকপনা মখোয় অনীগী অবোইবা তাক্কক য়ৌরক্তুনা নুংঙাইরবা মূড শাগৎপা হৌবক্লে। তপ্লা তপ্লা ক্লাইমেক্স শাগৎলক্তুনা তিন তালগী অয়ৌবী মতম য়ৌশিল্লক্লে। মখূৎ খৎপগী চাং হেনগৎলকই, তবলাসু মান্ননা তুং ইল্লক্লি। অমুক্তা হেন্না খৎচিল্লক্তুনা থোক্লক্লিবা তারগী মখোল অমগা অমগা ইশম শম্নবগুন্নক্লে লোয়ননা অসুম অসুম খৎপা হেঞ্জিল্লক্তুনা মখূৎতসু মথক্কী পর্দাদগী মখাদা পুথবক্লি। তবলাসু তাদে, থোক্লক্লিবা মনাউগী মখোলদু থুমনখিবনা সিতারদগী থোক্লক্লিবা মখোলগা ইশম শম্নবগুন্নক্লি। সিতাবগী পর্দাবশিংদুদা মখূৎতনা পুথবকপা য়াবা পুথবগা অকোনবদা মালঙদা মখূৎতু থন্নগা খৎলুবি। সোমদসু অদুমক্লি চপ মান্ননা মখূৎতু তবলাদগী লৌথোক্লগা মালঙদা য়ৈকবি। সেকেণ্ড ৯/১০ মুক যন্ত্র অনীমক মখোল অমৎতা থোকখিদবে। হোল মনুংদু পূমচীক চীকখি। তশেংনা 'পিন ড্রোপ সাইলেন্ট' হায়বদুমক ওইখি। নোকমি নোকমি য়েংনবগা মখূৎশিংদো শৎ শৎ পুশিন্নখি। অয়ৌবী সিতাবগী খূৎখৎনি মদুদগী হেন্না য়াঙশিনবা সিতাবগী খূৎখৎ লৈবমগদবা মান্দে। তবলাসু তাদে চপ মান্নে। লৈজবী থাদুনা খৎলিবা সিতারগী মখোলদুগা তবলা মনাউগী মখোলদুগা চপ মান্নখবে। অমুক নেমথনৈ, অমুক বাংখৎনৈ। সিতার অমসুং তবলা অনীগী অপূনবা পূমতোপ তোপ্পা মখোল অমা থোক্লকই। শাগৎলক্লিবা মূডতুদা বোইনাওসু য়াওকবি। নুংঙাইবগী, পেনবগী, ইনোৎ তপ্লা তপ্লা হাপকৎলক্লি। হাপকৎলক্লিবা ইনোৎকী মফম লৈবক্তুদুনা ফূক হৌগৎলগা অবৈবী থাদুনা বোইনাওনা খূবাক খূরকই। রাগদা তাউদুনা লৈকবা সুবজিৎ বোইনাওগী খূবাক মখোলদুদা অঙকপা অমগা লোয়ননা য়েংখৎলি।

(এপ্রিল, ২০০৬)

# মিনুংশি

মমাঙঙৈ পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাও মমাঙগী মতমদনি। বোবাজাউ মশা-মঊ ফৈ, ৱাং-চাউই, শবীৎ-শবাৎ য়াম্না হৈ লোয়ননা খূদক-খূদক্কী পাইবক-লৌশিংসু মশাগা শাগোল্লে। মপুং ওইবা মাগী শিনফমদি হূবানবনি। মানা লৈবিবা লৈকাই অমদি নক্লবা লৈকাইশিংগী পোৎমাঙ-চৈমাঙগী ৱাবী নোংমা কাংদে। পোৎ-চৈ মাঙখিবগী মতাংদা নক্লবা লৈকাইশিংদুগী মীয়াম পূনশিল্লগা খন্না নৈনবদা, খবা ঙল্লিঙৈ মতমদদি মাসু অদুম য়াওশিল্লি। মদুদা মাগী মাগী ফোঙদোক্লবক্কি ৱাখল্লোনদুনা মঙোন্দদি পূক্লিং লৌশিং ওইবিবনি। অদুবু খবা কুইশিল্লক্লগা, মমি-শামি উনহৌবা, ৱাং-চাউবা অমদি খুৎচৎ-লাকচৎনচিংবদা বোবাজাউগী মওং-মতৌ মাল্লি হায়না মচী মচীদা চিবোন চিবোন ঙাঙনবা মশাসু তাবক্লে। হৈনদবা অমা ফাওবকপদগী হূবান-চীঙ্খীগী খন্না নৈনবশিংদা অকোনবদদি বোবাজাউ য়াউকদবে। হৌজিক্তি মীয়াম্না চিংনবম্বা পূম্নমক ইখঙ খঙনবক্লে। অদুবু পোৎকা কোন্ননা ফাবা ঙম্নদবনা খঙনা খঙনা বোবাজাউগী মথক্তা কবিসু তৌবা ঙম্নদ্রি।

কোন্দুমহোয়গী কোৎখাদা ওঙ্খোক্লসু চেকশিন্না থম্বা ঙানু, পূন্না মাপলনি। খোখোম্না তক্লুনা পুখি। নোং ঙাল্লগা বা বা লাউনৈ। মতাং অমা চান্নকন্দনা কোন্দুমনা কৈথেলদগী হূল্লকপদা বোবাজাউগা হেক থেংনৈ। কবিদি হায়কবা ঙমগনি অদুবু বোবাজাউদা য়েংলম্বা মীৎয়েংদুদি অয়ৌবীনি। বোরাজাউসু খোয়দৌ থীৎপমখে শাউনীংখিবনি, মাসু করিদি হায়রুনি। বোবাজাউনা মাঙখিবা ঙানুগী লীখুন তূমিন্না থিগৎলি। মমৈথংদা অঙাংদো থেংনবে, পাখৎপনা মশাদো নীকই। "অদুম তৌবদি কমাইনা থবক মখা চথবা য়াননি? কনামতদা হায়দোকপিরোই" হায়দুনা মংলেমবু ফাথবিরে। অদুগা কূপ্না ৱাবী শানদুনা মবান্নীগী তুংগী লম্বীগীদমক থৌওং কয়া শীন্দোকপা হৌখরে। অসুম্না বোরাজাউগী শিনফমদা খুমাঙ চাওশিল্লক্লুনা হেন্না মশা-মরেং ফনবা হেনগৎলক্কি। নোংমতা মীনা উগদবা মফমদা মখোয় অনী উনদে। অয়ূক নুংথিলগী তাল্লক্তা মীবৎ-নাবৎ য়েংনরগা ইমুং চঙদুনা পোৎ লৌবা হৌগৎলক্লে। মমল তাঙলা তাঙলবা পোৎ মথং মথং মাঙনবক্লে। লৈকাই অহুম,

মবিদুদা লৈরিবা পুন্নমক্না বোবাজাউবু "নওদকো, নওদা শিথ্রদি পেল্লনিদকো" হায়দুনা প্রোক প্রোক চাক্লবা হায়বদু য়ৌরে। অকোনবদদি লৈকাইশিংদুগী মরু ওইবা মীওইশিংনা লোন্না খন্না নৈনরবা মতুংদা, কবিগুম্বা বোবাজাউ পোংকা কোন্ননবু ফাববদি খূদক্তা ময়াম চওদুনা হাংতোকপা হায়না ৱাবেপ লৌখবে। বোবাজাউসু মখোয়না লেপ্লখিবা ৱাবেপতু তপ্না তপ্না অদুম্মক তাবকই অদুনা হেক চেকশিনবা য়াবা চেকশিন্না মাগী থবক পাওথোকপদি লেপ্তে।

নোংমা নুমিদাংৱাইবম মন্নি মন্নিবকপা মীশক্নাদি খওনবক্তবা মতম্নি। বোয়াইহোয়দা হূবানবা চওলে হায়দুনা ৱা লাউই। পাউ মথং মথং য়ৌনখিদুনা মখূংতা লোওনি খওদে থাওনি খওদে মী শিবা য়াবা খূংলায় অমমম্ পায়নবগা বোয়াইহোয়বোমদা মবী মবী চেনশিন্নবকই। হূবানবদু মনীংলোমদা চোংথোক্লগা মানা ওমজবী থাদুনা চেল্লি। ময়ামসু মতুং ইন্নদুনা তান্নে। লম্বী অচৌবা তাববদি শোয়বা তাবে খন্দুনা মানা হেক হেক ফাওনবা, চাউববা অওৌহোয়গী ইখোললোমদা চেনশিল্লি। মায়কৈ মায়কৈদগী মীয়ামসু উচান মৈবাগা মৈবাগা অওৌগী ইখোললোমদা থোমজিল্লকই। হূবানবদু ৱাখল মাওগে মাওগে তৌই। হূবানবগী তবানি মপূগী নোংমা হায়বদু ওইদৌবববা খন্না কন্না পূম্ব্রিবোমদা লৈবা মোংশোংলোমদা চেনশিল্লি। পূম্ব্রিদা জবুং লাউই, মখোলদো ফনা হৌই। পূম্ব্রিদা তাখবে, পূম্ব্রিদা তাখবে হায়দুনা মীয়ামদো পূম্ব্রিদা ইকোয় কোয়শিনখবে। মৈবাশিংগী মওালনা পূম্ব্রিগী ঈশিংদো নীংথিজনা উবে। "কয়াম কুইনা ঈশিং মনুংদা লৈবা ওমগদোইনো, ওসিদি মাগী মতম শুববা হায়বদুনি।" হায়না অমনা অমনা পূম্নিন নিল্লি। ফনা কুইশিল্লক্লে, মনা-মনিল অমংতা নাইদে। লোওনা চক-চক থিনবা হৌগংলকই। অমনা পোলাংখোক লৌকবগা কোয়থিন হেক্তা থিনগংলকই। অতৈ খবনসু কোম্ভোও চৈশিংদু লৌথোক্লবগা মখোয়সু থিনবা য়াওশিল্লকই। ময়ামদো পূম্নাং লাওই। প্রপ প্রপ লাক্লগা তুংলোমদগী অমনা বোবাজাউদি লমজাও মতোনগী দুকানদুদা নুংঙাইনা ফম্লগা বিড়ি চিংদুনা লৈহৌইনা" হায়বকই। "কৈনোনে হায়বিসিবু" হায়দুনা ময়ামদো ইওক ওক্লে। অদুবু পূম্ব্রিদা হূবানবা অমা তাখি হায়দুনা ফংনবা হোংনবা য়াবা হোংনৈ। খবনা অশেংবা খওদোক্লবা লমজাও মতোনগী দুকান তম্না থোক্লখি। মখোয় ওকপদা খম থেংখি। লোইনা তূমিন তূমিন হন্নবক্লে। সোমদসু পূম্ব্রিদা ওংপা য়াবা ওংলবা মতুং, কান্নদ্রদুনা ময়ামদো থোক্লবক্লে। লাইবেম্বী মপাদা কাওবু অনীমক থেংনৈ; অমগা অমগা হায়নবল্লগা ময়ূম ময়ূমদা হন্নখবে।

হৌজিক থোক্লক্লন্নিবা মীয়ামদু কবিগীনো হায়বা বোবাজাউসু মুন্না খওই। মাগী

চেঙ লৈবা হায়বদুনি। অঙৌগী ইম্বোলদা তোয়না ফাওদুনা চংপনিনা পৃম্রি মপানগী চাউম্রবা নুংদু পৃম্রিদা ইম্বরম্লগা মোংশোংলোমদা চেনশিনম্লগা বারক্রোমদা ফাওদোক্লুনা থোক্লক্লগা থংননা লৈবিবা তুবেলদু লাম্থোক্লগা ময়ূমদগী টুপী অমা উপশিল্লগা লমজাওগী দুকানদুদা থোক্লকপনি।

নোংমা থংনবা লৈকাইগী লুহোংফমদগী ইবেমহল হোবে হোবে থোক্লকই, নুমিদাংগী চাক থোংলুগদৌরিবনি। মল্লি মল্লিসু তৌশিল্লক্লে, ইগা পাখংনা প্রপ প্রপ মখোয় লৈকাইগী লম্বীদুদা হাইজিল্লকই। মী-পোং ইতাক তাকপগী খুদোংচাবা লৌবগা খুনীংথেক মপাদগী তুং ওইবপ্পা মী অমা থোক্লক্লগা ইবেমহলগী মচীন মেল্লগা মঙকশম অমদি মনাদগী সনাগী লৈতেংশিংদো থংলি। সনাশিংদু থংলগা চেনগে হেক তৌবগা ইবেমহলনা "বোবাজাউনি, বোরাজাউ" হায়বা হৌবদা ঙায়বি, খোঙলৈ থুনা শং লৈশিল্লক্লগা ইবেমহলগী মখৌবী চবমদু চাউববা মখূৎ অনীদুনা মেংখায়বগা হাংতোক্লগা থনল্লে।

নোং ঙাল্লগা ইবেমহলগী মীশিগী মতাংদা ব্রা ব্রা লাউনরক্লে। বোরাজাউ নংতনা কনানসু ওইবোই, অমনসু অমনসু পূম্নমক্লা হায়নৈ। মানা পাল্লিবা সনাদো থংলগা পুজখো, কবিগী অসুক মিনুংশি য়াওদনা হাংতোকপিবল্লিবনো? মীপূম খূদিংগী থম্মোয় কায়বা হায়বদু ওইবে। বোবাজাউ হাংত্রিবমখৈ মখোয়গী থম্মোয় ঈংথবা ওইথোক্লোই। মাবু তাঞ্জা ফংবদা ময়াম চঙদুনা হাংতোকপা হায়বসি মাগী মাগী থম্মোয়দা ফুমদুনা, পুদুনা চংনৈ। পুলিস তাক্লুববনিনা, পুলিস লাক্লুনা মীশিসিদা কনা কনানো চিংনবা লৈববদি মমিং-মথানচিংবা খঙদোক্লবা হংলকই? বোবাজাউ নংতনা মখোয়না চিংনবা কনাসু লৈতে হায়না অমনসু অমনসু চীনখুম মান্নৈ। লোয়ননা হূবান চীম্থীগী মতাংদসু মাগী মথক্তা শীবা য়াবা মবাল কয়া অমসু শীবক্লি।

পুলিসনা বোবাজাউবু হংবা য়াবা ব্রাহং পাউহং চখবে। মখা তানা থিজিন হূমজিন্নবগী পুলিসকী মীৎয়েং মখাদা ফাজিন্দুনা থমখবে। কেস মথং মথং চখবক্লুনা ইকোন কোনবা হিয়াবিংগী জজমেন্টতা আই পি সি সেক্সন ৩৭৮, ৩৯০ অমসুং ৩০২ গী মতুং ইন্না বোবাজাউবু ফাঁসি তৌদুনা হাংনবগী হুকুম থোকখবে।

বোবাজাউগী ইমুং নংতনা লৈকাই মবি মঙাদুগী মীপূম খূদিং হূবাওবদা খম থেংবা হায়বদু ওইনবে। ফাঁসি তৌগদবা নুমিৎনি; লৈকাইশিংদুগী মী অয়াম্বা চাকঙন চানবগা বোরাজাউবু ফাঁসি তৌবদু কল্লক পেন্না য়েংনবা মফমদু তান্না লাক্রে। অমগা অমগা য়েংনবগা ময়ামদো নুংঙাইবা ফোঙদোক্রে। মতমদু য়ৌবদুনা মখূৎ তুংবুন্নবগা ফাঁসিগী শগায় মথক তান্না বোবাজাউ পুখৎখবে। মীয়ামদু পূম্নিন নিল্লি। "তস: হেক

পেল্লিদা"; "কমদৌই হৌজিক্তি, তৌখোদনা" সি মক্তনি, অমসু অমসু। খবা অমনা ফাঁসি তৌবগী হুকুম পীবক্লিবা জজদুগী মমিং পল্লদুনা থাগৎনবক্লি। পূম্লিন নিল্লি, পূল্লাং লাঙই। তশেংনা মীয়ামদুনা হেক পেনবা হায়বদুমক থোকই। কোইয়েং কোইয়েং য়েংলগা মীয়াম মবক্তা পীক্লিবা মচাদু পল্লগা পুন্সিগী অবোইবা ওইনা মাবু অমুক্তং উজহৌনবা লেপ্লিবী চাউবীদা অবোইবা মীৎকুপতু ঙাইনা য়েংলকই। চাউবী কপ্তে, মাসু মুন্না য়েংই, মপী ইবা চেল্লি, স্বব শাংনা হোম্বুবগা মচীনবান অনীদু ফাজিল্লগা মখয়াৎ চীক্নুনা খাঙই। জ্ঞান তাফাৎত্রিবা মচানুপাদুনা কুইনা উনকদ্রবা মপাবু উবদা "বাবা" হায়না চেনশিল্লুই। অদুবু ঙাক শেল্লিবা সিফাইশিংদুনা পুথোক্লকই। বোবাজাউ, মচানা তৌবিবা পূম্নমক মমীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈ। মচানুপা অমদি মাগী নুপীগী মতৌদু উকবগা তিল্লিবা মীয়ামদু তূমিন তূমিন লৈনখি। পিনা থূমহৎলবা মমীৎতুনা তিল্লিবা মীয়ামদুবু মক্ক লূকথনা অমমম্তা ওইনা য়েংলকই। থূক লাউবা মীৎয়েংনি, অমুক্তা উখিদ্রিবা বোবাজাউগী শক্লোননি। পুন্সিগী অবোইবা মতমদু লাক্লে, অমুবা ফিগী মায়খুম্না মমায়-মমীৎ খুমজিন্নবা শেম শাবা হৌবকই। অবোইবা ওইনা মাগী নুপী অমদি মচা অনীদুদা মুন্না য়েংলগা মমীৎ অনীদগী খাম্বা ঙমদবমখৈ চেম্বুবক্লিবা পিদুবু উকবগা তিল্লিবা মীয়ামসু পিগী ঈবা চেন্নবকই, অমগা অমগা য়েংনৈ। শগাই শৎখি। পুন্সি লোমখি।

(এপ্রিল, ২০০৬)

# কংলৈ ইনাৎ ফিল্মসকী 'কখোকপা'

**করি মরমগী কখোক্লিবা, কনাগীদমক কখোক্লিবা, মতৌ কবায় কখোক্লিবা, কবন্বা মখলগী খুকখোক্লো, থম্মোয় শেংনা কখোক্লিববা? পূম্নমক ফিল্ম অসিবু মীৎয়েং তাবিবগা খণ্ডবিগনি।**

অয়ূক অঙনবনি, মুনিন্দ্রো বাখল নুংঙাইনা মমাঙওঁ স্কুলগী মমান্নবা কুমাবগী য়ূমদা লাকই। মুনিন্দ্রোনা চঙলকপদু থোঙনাওদগী উই। অয়ূক অঙনবদুদা কুইনা উনকদ্রবা মমান্নবা লাকপদুদা বাখল মওল মওল খল্লি। কুইনা উনরুদ্রবা মরূপ লাক্লগা হৌজিক মতমগী চৎনবীদুগীবা হায়না খিৎতং বৌতকসু চায়। মুনিন্দ্রোনা থাজদনা লাকপদুদা মাঙ্গোলদা থোক্লকই,

"এ: কদোমদগীনো ওন্থোক্লা থাজদনা, কুইবেদা ঐখোয় উনখিদ্রিসি, কবি লৈগে?"

"মরূপ লায়না শেল তানসি, অদুগীনে লাকচবিসে।"

কুমাবনা হান্না খল্লম্বদুমক চপ চানা থোকই খন্না লৈথোক্লবা হায়বা য়াবা বাতা কয়া মথং মথং হায়বকই। মুনিন্দ্রো, মমীৎ-মনা ইথক থক্কৎপমখৈ তাবগা মাসু অদুগুম্বদগী থৈ থৈদুনা চেল্লিবনি হায়বকপদুদদি মবানিমক মুন্না য়েংনবগা ফাক-ফাক নোকমিন্নে। অদুদি কবন্বা শেল খূৎতান্নো হায়না কুমারনা মখা চথবকই। মমাঙওঁ স্কুল মেগাজিনদা কুমাবনা বাবীমচা অমা হাপখিবদু ফিল্ম নমথোক্লগা লায়না শেল তানসি, মিংসু লৈহৌবা হায়না মুনিন্দ্রোনা হৌদোক্লকই। মদুদা কুমাব পূমণ্ডক ঙকপমখৈ,

"কৈনো, অদুবু ফিল্ম কমাইনা নমদোইনোদা?"

"মালেমসিদা ঈশৈ শকপা য়াদবা ঈশৈ ময়েক লৈতে হায়নবদৌনা, ফিল্ম নন্বা য়াদবা বাবী লৈতে হায়দুনা হৌজিক মণিপুরদা মথোং মবম খণ্ডবা ফিল্মনা বাই চায়ব কানসিদবু।"

"ফিল্মবুদি ফিল্ম ওইবা অদুদা য়েংবা য়াদবা ফিল্মদুদি কৈদৌকনি।"

"হেবা, মণিপুরদবু ফিল্ম নন্বদা অদুক লুনা খল্লুবা হৌনদেদা।"

হোয়দা, হায়দুনা কুমারনা নোকফেৎ তৌবগা, অদুদি ডাইরেক্শনদি নঙনা

পীবা তাবনি হায়রগা মনঙ্গনদা পোপ থাই।

"কৈনোনে হায়বিদুবু, ঐনা কমাইনা পীদোইবা?"

"ইস! কৈনোনে, মণিপুবদবু আর্টিষ্ট মশীংদগী ডাইরেক্টরগী মশীংনা হেন্দুনা ফিল্মগী ডাইবেক্টরনা ৱাই চাইব মতমসিদবো। অমনসু অমনসু পণ্ডওই ওইনবি। অদুগী মথক্তা মব্দপতি স্কুলগী ফঙ্কশনদা ড্রামা অমসু য়াওখিদাইনে। মব্দপপু মৈতে মচা নৎত্রো?"

"হোয়দা, ঐ মৈতে মচানি কৈগী ঙম্মোইদোইনো। অদুগা স্ক্রীনপ্লেদি মীঙোন্দা তৌহন য়াদে। অহৈবনি হায়দুনা মখোয়না ফিল্ম হায়দুদি অসুম তৌদৌনি হায়দুনা তৌবক্কনি। অদৈদি ময়ামগা চপ মান্নবা লদ্বীদুদা চৎমিন্নখিবা তাবা। কৈ কান্নো, মব্দপনা হেক্তা তৌবদৌনি।"

"চুম্মী, অদুবুদি, ৱাবী কয়া ফিল্ম ওইনা য়েংবা য়াওবে, অদুদৈ মওং-মতৌ য়েংঙগা স্ক্রীনপ্লেদো তৌ তাবেদনা।"

স্ক্রপ্টকী লিশিং তবা, স্ক্রীনপ্লেগী লিশিং তবা, অদুগা ডাইবেক্টবগীনা লিশিং নিফু। অদুনদি পূন্না লুপা লিশিং হুম্ফুদি সেভ তৌদৌবিনি। শম্মা হায়ববদা লুপা লিশিং হুম্ফু কান্নবা হৌববনি হায়দুনা মবান্নী হিসাব পানৈ। মতাং চানা মচননুপীনা চা পুথোক্লকই। চাদু থক্লা থক্লা কুমাবনা,

"ইবান্নীগী ৱাবীসিফাওদি য়াইহে।"

"চুম্নু চুমদ্রো।"

"অদুদা য়াম লুবক্কদবা অমা লৈনৈ। ঐখোয়গী খূৎপুথোকসিদি মণিপুবদা মমিং চৎলিবা আর্টিষ্ট ময়াম্মা য়াওদনদি মায় পাকপা ঙম্মোই। মখোয়বু কন্টেক্ট তৌনকবদা কনাগী স্ক্রপ্টনো, কনানা ডাইবেক্শন পীদোইনো ময়ামসি শোয়দনা হংঙক্কনি। মখোয়সু হ্বায়বিশিংসি য়েংলগা য়েস ওব নো হায়দোইনি। অদুদা ঐখোয়নীগী মিং পল্লুবদা কম্মানসু য়াবিবকওই।"

"অদুগীদি থোইনা ৱানীংঙাই লৈতে। ঐখোয় লৈকাইগী তা হাইমোগা চৎমিন্নখিবদা ঐখোয়না অপাম্বা আর্টিষ্ট লোইনা য়াওহনবা য়াগনি। মাদি ফিল্মশিংদা য়াম্না চাউনা ইনভোল্ভ তৌবা মীনি। হন্দকসে মাগা খবা পূনমিন্নে, অদুদৈনি ফিল্ম পুথোকপগী ৱাখল লাকইসে।"

ফাগি ফাগিদগী ম.খোয়না খন্নবিবদু মওং তাগদৌবা মানশিল্লক্লে হায়দুনা অমুকসু নোকমিন্নে। ডাইবে্শনগী মতাংদা মুনিন্দ্রোনা নীংজিং মাংজিং তৌবকপদুদা কুমাবনা মদুদা মুন্না খঞ্জিল্লুবদি নৈ তাদে ইতোপ তোপ্পা লাযগদৌবা অমা লৈবে,

"স্ক্রিপ্টতো হান্না আর্টিষ্টশিংদা পীথোকঅবা অদুগা নীংথিজনা দাইরেক্টর তৌহন্নগা কোন্না ঈংনা তপ্না নম্মদি লায়না ডাইরেক্শন পীবা ওম্মেদনা। হৈ-হৈতবা হৌজিক মমিং চংলিবা আর্টিষ্টশিংসিদবু অমুক তারুকপ্রবসু য়ানি। ৱারীদুগী মতুং ইন্না মোয়না থোকপা ওম্না ওম্নবা অদুম তৌজরকঅদৌনি।"

"হোয়নে চুম্মীনে, খংলাই হেক লায়থোবকইদা। চহী মরি/মঙা চঙনা তম্নবিবা ডাইরেক্শনবু শূপ্নগী মিনিট মবি/মঙাদা। য়াইকো, হে মৈতৈ মচা।"

নুংশা শাগংলক্তুনা ইমুংদা চঙলসি হায়দুনা চঙখবে। অদুগা তান্নবা য়াবা পুন্নমক তান্নবগা লোইশিল্লসি হায়দুনা চাকসু হাপহনখরে। কেমেরামেনগী মতাংদা খন্নবা হৌরকই। মণিপুরদদি কেমেরামেননা ডাইরেক্টরদগী হেন্না খঙজীনবা মতাং য়াওবিবনি অদুনা মখোয়দা মতেং ওইনবা নীংথিজনা হৈববা খূংলোয়ববা কেমেরামেন অমনা পায়হনবদা লেপ্লে। মুনিন্দ্রোনা ফিল্ম কম্পেনিগী মমিংসি কবি হায়না থোনসিগে হায়না হৌদোক্লকই।

"মতমসিগা চুননবা 'কংলৈ ইনাৎ ফিল্মস' হায়না থোনজিল্লসিবা?"

"য়াববনিনে, মরুপ কুমারগী কোকসি হল্লমদ্রিনে, ওম্থোক্লা ফজখবে, মতমসিগা চপ চান্নববনি।"

শেল পুথোক্লবগী মতাংদা খন্নবা হৌবকই। শেলদি পায়নদবনিনা কুমারদি য়াম্না পাখংচৈ। মুনিন্দ্রোনদি শেলগীদমক্তদি থোইনা খল্লুদ্রবসু য়ানি হায়দুনা ইকোম কোমথোকই। অরৈবা খবা খায়জিন্নবগা আর্টিষ্টশিং অমদি অতৈদসু মমিংগী ওইনা এদভান্সনি হায়দুনা খরা খবা পীবগা অৱাংপনা ফিল্ম নম্বা লোইশিল্লকপদা পীগে হায়না ওাঙনবা য়াবনি, সি ওাক্তনি হৌজিক চংনবিসে হায়না হৌদোক্লকই।

"ফিল্ম নম্বা লোইশিল্লকঅগনা কদায়দৈ পৈশা?"

"লোইবু লোইহৌবদি য়াবে কৈনো। পৈশাগীদি য়ূমদা ওইনা লাকচবগে হায়ব্রগা লোইবে। মসি অয়াম্বনা হৌজিক তৌনবিনি। কোন্না চংলুদ্রসু অদুম য়াবনি। নংত্রসু হোলদা ফিল্মদো উংলগা মদুদগী ফংলকপা শেলদুনা পীবা য়াদ্রো? মসিসু অদুম চংনবিনি। কৈগুম্বা ফিল্মদু চংত্র চংত্রগনা পীদ্রগা লোইবে। সিবু ঐখোয়না নৌনা হৌদোক্লদৌসু নংতদুবু।"

"হেবা অদুক চোপ্লা থার্ড ক্লাসকী থবক্তুবু প্রোড্যুসবনা তৌবা হৌনদেদো। অদুগা ফিল্ম চংতবা কায়দুনা তৌবকইদুনা কদোমদগীনো? বেকোর্দ থুগাইহনগদোইসিবো।"

"হুম ৱাবু হায়বা, মণিপুরগী ফিল্ম প্রোড্যুসর খবনা অসুম্না তৌনবা য়াওদুদা

সুম হায়বগী ৱানিদা। তশেংবদি ফিল্ম প্রোড্যুসব হায়বসিমক্তবু শেল মতীক চানা পায়গদবনি লোয়ননা হীরমসিদা কাচিন কোয়া য়ৌনা খুদিংমক খণ্ডফম থোকইবনি। অদুবু মণিপুবদদি তৌনবিসিনি, ইবান্নীসু মখোয় মতুং ইন্দোইসিনিদনা।"

ফিল্ম মমিংদি মেগাজিনদা থোনখিবা 'কখোকপা' হায়বদুনা অদুম্মক থোনবদা য়ানবে। আর্টিষ্টকী মতাংদনা স্ক্রীনপ্লে তৌবদা শেমদোক শেমজিন তৌবগা য়াওহনবা য়াবা মমিং চংপা আর্টিষ্টশিং য়াওহনবা হায়নসু লেপ্পবে। মমিং চংপা আর্টিষ্ট মথং মথং হায়থবকই। হৌজিক মমিং চংলিবা হীবোদি—বোকুল, তাইকু, সমানন্দা, ফুলেন, রেনিনচিংবা। হেবোইনদনা ---সায়া চৌধুরি, মালা, বেবিনাও, সমলা, জোসনিয়ানচিংবা। মুনিন্দ্রোনসু অতোপ্পা আর্টিষ্টশিংগী মমিং মখা শমথবকই। মমা শাবীদা হায়রগনা—বেমাবতি, লনিতাবী, বিন্দুনচিংবা। অদুগা তৌওব্বী শাবীদা হায়গনা বেম্মা, রেনু, বনামঞ্জুবিনচিংবা। মপা শাবদনা—সোকেন, বোলিত, বামধনিনচিংবা। অদুগা ফাগি জুগাই য়াওহনসি হায়বগনা—গুনো, বোসেব, সন্থিলাল অসিনচিংবা। নুপীদা হায়বগা বোই থোই হোয়।

"অদুদি স্ক্রীনপ্লেসি মকপ মুনিন্দ্রোগা তান্নবগা য়াওহনবা য়াবা মমিং লৈবা আর্টিষ্ট মখৈ য়াওহন্নবা হোৎনবসি। অদগী সমানন্দসি নুপী শাবগা সীন খবা য়াওহনসিবা, খবা চৎনবা?"

"হেবা অদুগুম্বদুদি ফিল্ম চৎলক্ত মতমদা শীজিন্নগদবা পাম্বেনি, তৌগুমসিদা। শুকশোয় শোয়দনা ঐখোয় ফিল্মসিদি হিট ওইগনি। মসিমদি শোয়দ্রবনি। হায়দি মণিপুরদদি দাউবু য়াববা, লাইবকপু ফববা পুখোক্লিবা ফিল্মদো হিট হেক্তা ওইবনি। ঐগী কুঠিকা য়েংলুববনি, হন্দক চহীদা ঐনা তৌক-তৌক খুদিংমক্তা মায় পাকনি হায়না ইবকইপোৎনি।"

তাকব্বগা কুমাবসু নুংঙাইবা ফাওজে। মানা ৱাফম অমা হৌদোক্লকই—মখোয় মখোয়গী নুপীবুদি পুখোক্লুমসি হায়না। হায়বদি, মাগীদা হায়বগা ষ্টোবি এন্দ স্ক্রীনপ্লে : কুমাব এন্দ জমুনা। অদুগা মুনিন্দ্রোগীদা হায়কবগনা ডাইবেক্টর এন্দ এসিষ্টেন্ট ডাইবেক্টব : মুনিন্দ্রো এন্দ থোইবী। মখোয়দি কবিসু খণ্ডজবা নৎতে চাক থোংদুনা, ইমুংগী থবক-ইনখাং শ্-নোমদুনা লৈজবিবনি। মানা খ্বাইদগী পামজদবসু মদুনি হায়না মুনিন্দ্রোনসু মখা শমথবকই। অদুগা ফিল্মনি পঙতৌ তৌশিনবা য়াই হায়দুনা মখোয়গীদদি তৌশিনগুমসি। মদুশিংদো ভাবকপু উশিৎতবা ওইনা থোক্লিবনি, লোইনসু খণ্ডনবা ঙাক্তনি। মওং-মরীল তাদনা হৌবকপা অমবু আই এ এস, আই পি এস হেক্তা ওইহল্লকপা, ফুল য়ুনিফোর্ম পুলিস ওফিসব অমবু মথন্তা চৎহনবগুম্বা,

অদগী ব্রবীদনা নংবনা নং-নং লাউববা অদুগা ফজনবনি হায়দুনা য়ূম্লে কৈবেদনা মওং-মবীল হেক তাহনবা। মচানুপাদুনা লেদব জেকেটও, কোটও লীংখৎলকপা অসিনচিংবা।

"হোয়নে, ওফিসনি হায়দুনা কা মচা অমদা টেবল, চৌক্রি অমা অনী থাজিল্লগা গান্ধীগী ফোটো অমা হেক থেৎচিল্লগা ইখঙ হেক খঙনবদো। অদগী পৈশা চঙদনবনি হায়দুনা ফিল্ম নম্ফম অদব্রাইদগী মী খরা অমা অমদা হেক্তা য়াওহনবদুদি তৌগুমসি। চোংথোক্তুনা মোয়খৈ তোখাইনা তাদুনা অদুম লৈবনি।"

"হোয়নে, শঙ্গোয় মচী অমদা টেবল চৌক্রি খবা থাজিল্লগা, টেবলদুদা লৈ য়াওবা ফুল গ্লাস অমা হেক থমজিল্লগা বেষ্টোবেস্টনি হায়দুনা অদুগা অমনা সেন্ট্রেল বোর্ড ওভ ফিল্ম সর্টিফিকেটনা ঐখোয়গী হৌজিক মতমগী ফিল্মশিংসি ভিদিও ফিল্ম হায়না সর্টিফিকেট পীবকইদনা অদুনা ঐখোয়গীদি অশেংবা ভিদিও ফিল্ম হায়না অদুম ইসিকো, দিজিটেল ফিল্ম কাইনা ইগুমসি। দিজিটেল ফিল্ম কাইদুদি ঐখোয় স্বায়গী মীনা মপোক মপোক্তসু নম্বা ওমগদবা নৎতে, শেল চঙশ্রপোৎনি।"

"ভিদিও ফিল্ম হায়বদি ইকায়জদ্রো, অদুইসু মথক্তা মীনা য়েংবিদৌসু মান্দে।"

"কৈনো, অশেং অশেংবা হায়বদুবু ইকায়ফম থোকপবনে? হৌজিক্কী ফিল্মশিংসিবু হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংনা দিজিটেল ফিল্মনি হায়না লৌনখ্রদি তুংদা অকায়বা য়াম লাকওইদ্রনে? মক্তপকী মিংবু তোম্বা হায়না ইবা য়াগদবা? ভিদিও ফিল্ম ওইজবসু হোলদদি উৎকদৌবিদনা, অদোইদি য়াবে কৈনো।"

"হোয়নে ই তাবেদনা। অদুগনে দব্বিংগী মতমদা চেকশিলহৌগদবা খবা লৈকো, দাইলোগ দেলিভবিদা অনেম অব্রাংগী মতাংদা স্ক্রিপবিং সাওন্দদা ঙাঙগদবা কয়া য়াওনা লেভেল অমদা পুন্না থম্বগী চৎনবী অমা লৈহনবগুম তৌই। মসিমদি শেন্নহৌদা য়াদবনি। অদগী অমনা ফজহল্লিবনি হায়দুনা হেবোইননা য়াহৌবকপদা মমায়দা মেক-অপনা হাবগা থোক্লকহনবদুমদি তৌগুমসিকো।"

"কৃপ্পা য়েংশিনগদবা য়াম্লা লৈবিদা। কন্টিন্যুটিগী মতাংদা. .।"

"মক্তপ য়াহল্লসি, সিদগী অতৈদি থোইনা য়েংশিল্লগুমসিদা, ঐখোয়সু পঙব্রা মব্রাবা হেঞ্জিনগ্রগদি মৈতৈলোনগী ফিল্ম অমুক মানখিরোই।"

ব্রা-ব্রা মব্রান্নী নোকমিন্নে। চাক চাথোকমিন্নবগা ফেনদো লিবি-লিবি থাবগা আই এস টি ভি চেন্নেল থাদুনা মৈতৈলোন ফিল্মগী ঈশৈ থাবক্লিবদু য়েংনা য়েংনা মখোয়গী ফিল্ম ঈশৈগী মতাংদা চখবকই। মতাং চা চাদবা থোইদোক হেন্দোকপা সোং পিকচবাইজেশন অমদি যাওহন্দবা য়াদবনি। ফজবা ঈশৈ অমবু য়াওবব্রদি ফিল্মদো

হেক্তা চৎলি হায়না কুমারনা হৌদোক্লকই।

"হেবা ঐখোয়দি মতাং চাহনগনিনা। য়াম ফজ্জগদবা অমা লৈবে, মপ্টতা খবা শেমদোকঅগা য়ানি, অনৌবা ওইনসু থোক্লি। থায়নগী কপ বাগগী বোবিন্দ্রো শর্মগী ময়েক 'নুজা শক্তম উরবদি পাখণ্ড থম্মোয় হুখবে' হায়বা কব্বালিদো নীংথিজনা মওং তানা পিকচবাইজেশন তৌবদি, শোয়দবে থোম্বা।"

মগুদৌনা তৌশিন্নক্লে, মখোয়গীসে মওং শোয়দনা তাবনি খন্না নোক্লম্বদগী শকফম শৎ হুপ্পিল্লগা কুমারনা,

"অদুদা ইচননুপীনা বা অমা কন্না হায়বিনে।"

"কৈনো, মাসু ফিল্মসিদা য়াওগে হায়বিবো?"

"হোয়নে, মাসু য়াওহন্দা য়াবোই সিনি।"

"য়াওহল্লগা লোইবে কৈনো অদুবো, কবম্বনো?"

"ওসাই চা পুথোকঅম্বদো।"

"য়াইনে কৈসু কায়দে, হেবোইনগী মমান্নবীবা কৈনো অমা কোক শাহল্লগা লোইবে।"

"অদু নৎতেনে, মাগী ওইনা সোং পিকচবাইজেশন অমা য়াওহল্লু সিনিনে, ঐ জ্ঞান তাদে।"

"মীনা তৌনৈ হায়দুনা অদুগুম্বদুদি তৌদবনা ফবোইদ্রনে? ঐখোয়বোমদসু অমুক্তোইবা লোইহৌববনি। মোয়না হায়বিবু অসিগুম্বসিদা য়াওহৌদনা কনানা মখোয়বু ফিল্মগী হায়বিবক্কদোইনো। কান্দে, অহানবদা ঐখোয় ফিল্ম কম্পেনিসি মমিং অমুক্তা হান্না লৈহনখিসি, চুমদ্রনে? শাউদনবা নীংথিজনা হায়বো, সিনসু লোইগদবা নৎতে। অদো অহানবদা স্ক্রীনপ্লে তৌবনা মরুনি, ওসিদগী হেক্তা হৌগৎলো নুমিৎসু য়াম ফৈ। ঐসু লাইবিক খবা থিকগে, কেমেবা লেংখ্বজনচিংবদো খবা য়েংশিল্লুনবা, চৎলগে।"

"ফবেনে, সুম লৈহৌবে।"

থা অনী চগুনা মখোয় অনীনা মমিং চৎপা আর্টিষ্ট অয়াম্বা য়াওবা য়ানবা শেমদুনা স্ক্রীনপ্লে তৌবা লোইবে। তাহাইমোদা য়েংহল্লে, মাসু নোকফেৎ তৌই। আর্টিষ্টশিং কন্টেক্ট তৌবা তাহাইমোগা কোয়চৎ চৎমিন্নবে। মমিং চৎপা আর্টিষ্টনা মেক্সিমম য়াওগদবা মবম্না সেদ্যুলগী মতাংদা ফবক তাবা লৈবদগী আর্টিষ্টশিংদগী অয়াবা লৌনবগা খবা থেগুথবগা নম্বদা লেপ্লবে।

থা মাপলগী মতুংদা য়াইফ থৌনিজদুনা ফিল্ম নম্বা হৌখবে। মথং মথং

খঙনবকপদগী মীথীৎসিনা মওং তাখিবনা অবাপ অবাগ্না হোলদগী এদভান্স পীশিন্নবকপা হৌবে। ফিল্ম নম্বগী প্রোগ্রেসতি তপ্লা য়াবা তপ্লে। অদুবু ও কে তাববসু মুনিন্দ্রোনা টেক হেন্না লৌহল্লি। এদিট তৌবদা খ্বাইদগী ফজবা খনগৎলগা শেম্লবনি। এদিটবদসু মচাক য়াম্লা পীবি মতীক এদিট তৌবদা নুংঙাইবা হেনগদৌবিবনি। অসুম তৌনা নোংমা নোংমগী খবা খবা নমশিনখিদুনা লোইবা হায়বদো ওইখবে। দব্বিং অমদি এদিটিং তৌবা পূল্লোই লোইবদুনা কাপথোক্কুনা য়েংবদা তশেংনা ফিল্ম হায়বদো ওইবে। অশেংবনি ব্দপ বাগগী কব্বালিসিনা অয়েংবা খুদিংমকপু শুকশোয় শোয়দনা শুমহৎলনি।

বোটতা বিলীজ তৌখবে। লুপা লাখ অনীগী ময়াদা লেম্মী। আর্টিষ্টশিং অমদি অতৈদা পীগদবা ব্বাৎহৌবা শেল খুদিংমক হায়নখিবা শেলফমদগী লুপা লিশিং অমমম্ হেনগৎনা মথংগী বার্তননি হায়দুনা পীথোক্লুবে। হোলদা উৎপা হৌখবে। মীথীৎতুগা ব্দপ বাগগী ঈশৈদুগা পাশিন্নখিদুনা অয়াম্বা মতমদা হোল মমাঙদো মীনা চীক্লা চায়নবা ঙমদে। হৌজিক্তি অমনা অমনসু ডাইবেক্টব মুনিন্দ্রোবু থিবা হৌবক্লে, মখোয় মখোয়গী ফিল্মবু ডাইবেক্শান পীহন্নবা। মাদা নৎতে, কুমাবগী য়ুমদসু লাকপা লেপ্তে, ম্বপ্ট পীয়ু, স্ক্রীনপ্লে তৌবিয়ু। নুমিৎ ১০০ শুবগী থৌবম চাউনা পাঙথোকখবে। লমদমসিগী ফিল্ম কম্পেনি পূম্নমক্কী মীওইশিংনা অঙকপা ফাওনবে। কংলৈ ইনাৎ ফিল্মসকী অনীশুবা ফিল্ম পুথোক্লবা মুনিন্দ্রো, কুমাব অমদি তাহাইমো কোক চুংশিন্নবা হৌখবে।

(এপ্রিল, ২০০৬)

# মঙ-লাই

মতমদু নিংথম থানি, নুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা তোক্লদুনা ইবেচাউবী কোল-লীক ফেগুলি। জীবননা তূম্লিংলে হায়দুনা মমাদা নিংঙাই তৌবদুদা মমানা ফমুংদা চঙলগ্লো হায়দুনসু জীবনদি শুৎ-শুৎ মমাগী মনাক্তা নিংঙাই তৌদুনা অদুম্মক লৈবি। "কবি অঙাংনো, তূম্মুবো হায়বদি কোক হেক তূম্মুবোদনা" হায়না কল্লপ মমানা হায়বকপদা, থাবানগী মতুং ইন্না লাইনা কদায় কদায়দা লৈ হায়না মমানা লীবিখিবা ৱাবীদুনা, "ঙসি হূমনি পানবনিনা কাঙখদা লাই লৈবমগনি কিজেনে" হায়না হায়বকপদা ইবেচাউবী নোক্লীংবোই কবিবোই ৱা মখা তাখিদে। পূংকক চাউবক্লবা মতমদদি লাই খুকম্বা, অজা-পূজা, প্রতিকাবনচিংবা খূদিংমক্কী মানা শীন-লাঙবা ঙাক্তেনি। শণি খুকম্বা, কনাগী গ্রহ শান্তি তৌনবগী পোৎলম চৈবম মানা খঙনা অমৎতা চীথদনা লৈকনি। সিদা নৎতনা থৌ তৌবনচিংবদসু চপ চানা থৱায় য়াওই। মানা ইখঙদা খঙই। কৃষ্ণ জম্মা, থৌরানী জম্ম চীথদে চবা হেল্লিবা। ইবুংঙো-ইবেম্মা পোক্লবা মতমদতা চাক চাবিবনি। বামন জম্মবুদি চবা হেনবগী মতম শাংবনিনা তোয়না হেল্লুদ্রি। মমানা মেবা থা ঙা হেনবদা মাসু ইয়াওদা য়াওই। গোবর্দ্ধন পূজাদা ষন শাবগা মখা লৈকাইগী বামোন লাইশঙদা হেক্তা কৎলুই। লাই তীনগী মবমদা মানা খঙদবা লৈতে, মতৌ কবম্মা ৱেষ্ট বেঙ্গলগী কালি ঘাটকী কালি মন্দিব, গুৱাহাটিগী কামখ্যা মন্দিবনচিংবা লৈখিবা। ইবুংঙো শ্রী কৃষ্ণগী শাদোং গকড্না সংসাবসিদা মামুক য়াঙবা লৈতে হায়না পোঙজবম্বা নাপলবু মবুংঙোনা হনুমানগা চাংদম্নহনবদা মায়থীখিবগী ৱাবী। জগৎকী মপূ শ্রী জগত বোঙ্দুনা মতৌ কবম্মা হৌজিক্কী ফীভমসিদা লৈখিবনো অসিনচিংবা কয়া কয়া। কনাগী যমুনা তুবেলনা মবুং যমবাজবু চাক্লৌবগী ৱাবী খঙদবা লৈতে।

ইমুংগী মীওইশিং তুবৈ-ঈবৈ চন্দনবা মতাং চানা কুঠি য়েংথোক্লগা শণিনা, বাহুনা চাবগী, মঙ্গল গ্রহনা চোংলমদাইনচিংবা কয়াগী শগোল হৱাই, চিনি অঙাংবা, ষন অমুবী শঙ্গোমগী ক্ষীব অসিনচিংবা কয়া কোয়চেন চেন্দুনা শ্রী বিষ্ণুদা কৎলুবিবনি। মখোয় ইমুংগী অজা-পূজা হেক হেক তৌবা ঐজ্ঞা লালকাহাইনবু হায়বিবনি "হৌজিক্কী মতমদা মামুক লাইদা ভক্তি লৈবসি থেংনদ্রি।" অনা অয়েক্কী মতাংদসু

অদুমগুায়, তোমাল মাইবগা তান্নদুনা লাইশোন তীনশোন, থৌনচিংবা হেক্তা তৌই। জীবননা লাইগী মায়কৈদা থব্রায় য়াওবসিদা মমা-মপানা কয়াগী মতীক পেঙ্গবিবা। ইশম শন্না হায়রবদা লাইবু থাজবা, লাইগীনিবু হায়রবদি থব্রায় য়াওবা মীশক অমা ওইরকখি।

ক্লাস নাইন কাবকপা অদুবাইদগীদি জীবনদা অহোংবা অমা উবা ফংই। মতম খরা শংলকপদা তন্নিবা লাইরিক নংতনা অতোপ্পা রীডব ডাইজেষ্ট এদিশনগী লাইবিকশিংদা থব্রায় য়াওনা পাই। সাইন্সনা থোকহনবা অঙক অঙকপা থৌওং থৌদোক অমদি সোলব সিষ্টেমগী মতাংদনা হেন্না পূক্লিং চঙই। লাই-তীনগী থবক-ইনথাংগী মতাংদা মমানা হায়কববসু ক্লাস য়ামখৎলক্লবনিনা লাইবিকলোমদা হেন্না মায় ওনশিন্নবা বাবী হেক হেক তৌদুনা লাপথোকই। ওন্না মচে বিনাশখী থমূম পানখিবনা ক্লাস টুয়েলব তন্নকপা অদুবাইদদি ইমুংগী চাক থোং-থাকপদা জীবনসু মবক মবক্তা পাংশিল্লি। নোংমা এল্লাং থোংবা লোইশিল্লক্তুনা সম্প্যান মথূম হাংদোক্লগা ফদিগোমদু শং-শং শোইজিল্লি। মমানা খংলাউ লাউবকই,

"হে তৌহৈদেনে, থোং-থাক্লিবা মথক্তা অমা অমা খক শোইজিনগনু।"

"ইমা, ফজনা মন্থোক্লগা নীংথিজনা চামথোকঅবনে।"

"অদুবুনে, তৌহেদে হায়বিসিনি।"

"তৌহৈদে হায়বিসে করিসু নংতে, পোংতু পূল্লপ তাখিবা য়াই নংত্রগা ফংত-হৌদি, শম-না য়াওবদি মতং-মতং তাখিনি। অদগী শোয়দুনা খূৎ শোকঅদি ঈদো তাখিদোইনি, অদুনা মখাদা শোয়বগা হান্নু হায়বগী বানি। শম-না য়াওবম্মসু লৌথোকহৌবা য়াবেদনা।"

কবি খনবনো মমাদো তূমিন লৈখি।

কাওন্সিলগী পরীক্ষা নকশিল্লক্তুনা লাইবিক পাবদা লেবব খবা হেন্না থাধখিবনবা জীবনগী মশাদু নাবি-শাবি তৌবদুদা মমানা ইপা পাখংলি,

"নঙবো ইমানা হায়বা যন্ত্রদো অমুক্তা শিজিনসি, য়েংবা য়াম নুংঙাইতবে, কান্নবা শোয়দনা ফংগনিনে। পরীক্ষাদসু মঙ্গল ওইদৌবিনি।"

"যন্ত্রবো? মনীংগী ইনে ইবেচাগী যন্ত্রগী লল্লোন ঈতিকসে ইমাদি খঙঙম্মোইনে।"

"কৈদৌবিবা?"

"কৈথেলদগী লুপা অমা, অনী পীবা যন্ত্রদু লৈরুরগা, আ থাংজ তরেৎ চঙনা শাবা যন্ত্রনি হায়দুনা উনা-বানাদা করি কবিনো খবা খোংচিল্লগা যন্ত্র মনুংদা হাপচিল্লগা

লুপা চামবি, চামঙাদা য়োল্লিসে। খঙজদবশিংনবুদি মদু শিরগা বাখল ফাওবদি নুংঙাইজরমগনি। থাংমৈবন্দদা নহান যন্ত্র চবোং শিবী লৈশাবী অমা গাড়ী মনুংদা বাম্বরক্তুনা লাইকন্নবা ঙমদনা অদুম শিখি। হকচাংগীদিনে যন্ত্র লৈদৌ পৈশাদুনা শঙ্গোম, ভিটামিননচিংবা চাবনা হেন্না কান্নবা পীগনি।"

"হেক হায়কঅদি নঙগীদি অদু ঙাক্তনি।"

"ইমাবু শাউরুবগী বা নৎতে, সিনা চুম্মোইদ্রনে?"

"হোয়-হোয়, ইমাহোয়গী যুগ লোইরবা হায়দুনি।"

লাইনীং-লাইশোন, যন্ত্র-মন্ত্র অমদি লাইবু থাজবা খুদিংমক জীবনগী বাখলদগী তপ্না তপ্না লাপথোকপা হৌবক্লি। ধর্ম অমদি ঈশ্বরবু চেৎনা থাজবা মীওইশিংদি অরান-অহুই, নৎতবা থবক্লচিংবা অমৎতা তৌহনবা ঙমদ্রি লোয়ননা মশানা মশাবু খুদুম চনশিনবা ঙম্লক্রবা মতম ফাওবদা অচুম্বা লম্বীদা পুবিবি। অমবু ওইবে অমবু ওইবে মীওইবা খুদিংমক লাইনীং লীচৎতগীদি খক লাপথোকপা য়াদে হায়না মথম্মোয়দা লৈজে। অদুবু মীঙোন্দা অরানবা তৌকদ্রবা, নৎতবা বাখল চেন্দ্রবা, খুদিংমক্তা অচুম্বা লম্বীদা চৎপা ঙম্লবা অমদি কনা লৈত্রবা মতম পুম্বদা অচুম্বা তৌববা মীদুদি লাই নীংলুবগী থোইনা মথৌ তাদবে খঙ্গবা জীবননি।

জীবন টুয়েলব লোইশিনখবে, য়াম্না কানসু ঙমখি। মমিংগী ওইনা দি এম সি সাইন্সতা মিং চনশিল্লে অদুগা মথং চহীগী মেডিকেল এন্ট্রান্সকীদমক কোচিং কন্না চত্থবি। ঝুলোন হৌবা নুমিৎনি। মফি-মরোল শেৎচিন শেৎচিন্না মমাঙঙৈ মানা থরায় য়াওনা দোলদা বাধা-কৃষ্ণ থম্লগা মোটব মচা অমনা হায়হনবা, ঈশিং পেবে কাপহনবা, হৈ-বাকা কৎতুনা হোৎনখিবা ময়ামদো মথং-মথং নীংশিংই।

"কদায়দনো?"

"লাইবিক অমতা থিকগে।"

"ঝুলোন ঙসিদগীনি, সে লুপা য়াঙ্খেসি নমা থৌবানীদা খরা পীবম্মু, লাইদা কৎনবা।"

"হোয় পীববুদি পীবমগে, অদুদা...।"

"অদুদা কৈদৌববা?"

"সাধু-সন্যাসী কয়ানা মৈ চঙবা পোৎ চাদগৈ উহৈ-বাহৈদং চাদুনা ধ্যান তৌনরি, অদুফাওবদা ঈশ্বরবুদি ফংবা ঙমদ্রি। অদুগা ইমানা লাইদা কৎপিয়ু হায়দুনা লুপা য়াঙ্খোখক ইমা থৌবানীদা পীদুনা নেকঅগা লাই নীংদৌরি, সিদবু ফংবা ঙমগদ্রনে? লাইগী নকশিন্নগদবসু নৎতে, কানদা বানি। লাইদা কৎপা হায়বসে

লাইবুদুগবুদি মরী ফগৎনহল্লি, সিমগুায়বে। ঈশ্বরদি মফম খূদিংদা লৈ হায়দাইনে, য়ুমদা সুম কৎপনবু হেন্না ফববনি, হকথেংননা প্রসাদীদো ঐখোয়না খূল্লেদনা।"

"হায়হেদেনে নঙবো।"

অসুম্না ঙৈহাক লৈতে মমাগা লাই-তীনগী মরমদা অবাই-অথুম তৌনবিবা, শাউনকবদি নৎতে। নোংমসু নুমিদাংনি জীবননা বার্থ কমদা ফি শূবিঙৈদা মমানা গুাহৌ গুাহৌ লাক্লগা,

"অতোম্ববা ফি শূবিদো? নঙবুনে নুংদাংদা নৎত্রদি য়াদ্রববো, নুংদাংদা ফি শূবা তৌহৈদে হায়মি।"

"হয়েংগীনে, নংঙবোই অদুননে।"

"হয়েং-হবাংগী বা নৎতে মীনা তৌহৈদে হায়বদি কোক হেক তোকউ।"

"ইমা নুংদাংদা ফি শূবা তৌহৈদে হায়বিদো থায়নগী বানি। চুম্মী মতমদুদদি অঙানবা মৈ লৈনবমদে অদুনা কদায়দগী ফিদু শূবদা মচু তাবা গুম্মনি? হৌজিক্তি মৈ পূমগুান গুান্না থাল্লগা শূবদি য়াবেদনা। অদৈ বাশিং মেছিনদা শূবদা কৈগী য়াবোই। চপ মান্নে, নহানবাই ইমানা হায়খিবা, নুংদাংদা শীং খায়বা তৌহৈদে, অশি-অনাগীদি য়াই, অদুসুনি। অশি-অনা থোকঅবনিনা মৈ-নুং শীল লাংনৈ অদুনা অতৈ মতমদদি অমম্বদুদা শীং খায়বদি লায়বদনা খোঙ-খূৎকা শোক্কদৌবিবনি। অশি-অনা পল্লবনিনা পংকিদা কিনবগী বানি।"

"নঙসু গুম্নবা হেক্তা, হায়বিসে কবি লৈগে হায়না খম্থদেনে। য়াবে য়াবে হায়ববোই ইমা হায়ববোই, খঙনা খঙনা তাক্তদি দোষ পুনি হায়দুনা তৌবনি।"

জীবননা হোৎনজবা অমদি মমানা কোয়চেন চেন্দুনা লাই-নুং খুকম্বদুগা মপা-মপা চান্নবা মেডিকেল তম্নবা খল্লক্লে। বাজস্থানগী জয়পুব মেডিকেল কোলেজদা তম্নবা তাবে। মনাওনুপা থিনবা ওইনা মপাবুংগী ফুলদুসু বাধাকুন্দ-শ্যামকুন্দদা মচীন-মনাওনা সেবা ফংজকনবা ইবেচাউবীনা মচানুপা অহল জুগিন্দ্রগা তাথোক-তাশিন তৌনবগা চঙহনখবে।

ছুটিগী অহানবা থোক্লকপনি, জীবন ময়াং ইকং কংনা উবদুদা মমানা ইপা পাখৎচৈ। হান্নগী মতৌসু নৎত্রে, লাই-তীনগী বা অমতং পল্লুবদা হেক্তা কম্থোকপা। কবিনো অমা তৌহৌদ্রগদি মশাসে সুম শোকচিনখিবা তাবে খল্লি।

নোংঙাল্লগা নীংথিজনা জ্ঞান তানা বাবী শানৈ,

"ঐ হায়বা কোয়চৎ চৎপা ঙমদবে নঙগী কুঠিদো নঙ ঐগুা লালকাহ্নাইদা অমুক্তা য়েংথোকউচো। দষা পংপাং পাংঙমদৌ মান্দে, কবিনো প্রতিকাবকাদো খবা

তৌথোক্লবা।"

"এ: কুঠি য়েংঙুচো হায়বা। কৈসু তৌদেয়ে ইমা, য়েংদসু য়ানিদা।"

তপ্না তপ্না হোংলক্লিবা জীবনগী মওং-মতৌদুগা মমা ইবেচাউবী য়াম্না বাজে। ঙমদসু ঙমদনা কুঠিদো য়েংথোকপিরুবা হায়বদুনি খন্না মাঙ্গোলদা থোক্লকপদা মচানুপীদো কাইনেটিক হোন্দাদা শং থৌজিল্লকই।

"জীবন থোক্লআ নৎত্রা?"

"থোক্লকএ থোক্লকএ, নঙ লাকপা ফবেদা তানবু য়াম চাবে।"

"কৈ লৈগে?"

"আ লৈরুদগী নৌপ্পাসে ময়াংকা কংত্রিক কংশিনখবে, মাগী কুঠিদো নঙ অমুক্তা য়েংথোকপিবকউ, অদুগীনিদা।"

মচে ল্যাকপগী মখোল তাবদুদা জীবন মপান্দা থোক্লকই।

"এ: নঙবু আদা কৈদৌবা য়াওবগে? নশাদো লোইবে।"

"কৈসু তৌদেদা, কুঠিগী হায়বিদো কৈকান্দা, থোক্লিকো।"

"মাগীদি তৌবকঅনি, হো ইবুংঙো শোন্দম-নাদন্লিবা নশাদো দষা শোয়দনা পাংঙম্মোই, লাইদা কৈ-কৈনো কখেল্লবনে।"

"শাগা শাবে চাবা থকপদসু খেন্নবা লৈবে, হয়েং কোন্না হৈনবকঅগা অদুম ফজবক্কনিদা। হৌজিকপু চেষীবু প্রতিকাবকাইদুবু থাজবিবো? সাইন্সকী ওঝানেইয়ে অদুসু ফিজিক্সকী। এষ্ট্রোলোজবশিংনা নবগ্রহ হায়দুনা খঙনবিবা গ্রহ মাপলদুদি—সন, মূন, মার্করি, মার্স, জুপিটব, ভেনস, সেটর্ন, বাহু অমসুং কেতুনি। অকোনবগী বাহু, কেতুদি ভাবনা শাগৎপনি অদগী নুমিৎ অমসুং থাবু গ্রহ ওইহল্লি অদুগা পৃথিবীবুদি গ্রহ মাপলসিদা য়াওহন্দ্রি, নোক্লীংবা জাৎনিদা। অদুগা এষ্ট্রোনোমবশিংনা হায়রি—লৈরিবা গ্রহ, থা, খরানমিচাকশিংগা পৃথিবীদা লৈবিবা মীওইবা ঐখোয়গা কবিগুম্বা অমৎতদা মবী লৈনদে। এষ্ট্রোলোজবশিংনা হায়বদা কবিগুম্বা চুম্বা য়াওবক্লবসু মদুদি তশেংনা কোইন্সিদেন্টনি হায়বি।"

"মী লোইনা য়েংনবিসিনি, চুমদ্রগবো য়েংনখিদবা?"

"হোয়নে প্লানেটশিংনা মাগী মাগী মফমদুদগী মশা মশাগী গ্রেভিটেশ্লেল ফোর্সতুগী ইনফ্লুয়েন্সনা পৃথিবীদা লৈবিবা ঐখোয়গা মবী লৈনৈ হায়নসু লৌবসি। অদুবু চীংজাউ অমগী মনাক্তা লেপ্লুবদা চীংজাউদুগী চিংশিনবগী শক্তিগী ইনফ্লুয়েন্সনা ঐখোয়দা কবিসু তৌহনবা ঙমদ্রি। অদোইদি কিলোমিটব বিলিয়ন বিলিয়ন লাপ্পদা লৈবিবা প্লানেটনা ঐখোয়দা কবি তৌহল্লক্কদোইবা? ফবেনে, তৌহল্লে হায়নসু

লৌবসি, প্লানেটতুদা সিদগী লৈনচিংবা কৎলগা প্লানেটতুনা করি অহোংবা পীরক্কদোইবা? থোক-থাক্কী বানি। মসিদা থাজবা কাঙবুদদি প্রতিকাব তৌখবে হায়দুনা বাখলদা নুংঙাইবা ফংগনি, অদুখক্কী বানি। কান্দেসে, থাবু চন্দ্রদেব হায়না শক-শোন্দুনা লাই ওইনা খুকয়বম্মী, হৌজিক্তি থাদা মীওইবনা খোঙদাম্রবনি।"

"ইস, পণ্ডিতনিনে।"

"চুমবু চুমদ্রো, পাৎলগবু লাইদা প্রতিকার, অজা-পূজা তৌবগা ফগদ্রো? মদুদি ফার্মাসিগী হীদাক্তা ফহনগদবা।"

"ফবেনে ফবে য়াম খঙঙে, অদুদি নাবা ফৎমল্লক্কদৈগী গ্রহ-শান্তি তৌদুনা, অদগী শ্রী বিষ্ণুকা লেঙঙক্তুনা পূজা তৌবদগী ইমা ফগৎলকখিদুনা কমাই তৌবিবা?"

"এ: ঐদি য়াম হায়খিনা তৌকনু পৈশা তিংনবনি, তপ্না তপ্না ফগৎলক্কদবা লায়নানি, হায়না। ইমানা চাখিবা হীদাক ময়ামদুনা ফগৎলকপনি। অদুদি হীদাক্কা অমৎতা পীজবমদনা গ্রহ-শান্তি নুংতিগী তৌবম্মু, ফবকঅমগদ্রনে?"

"য়াবে য়াবে, য়াম হৈবে।"

"অদুগী বা নৎতেদা।"

মচীন-মৌপ্পানা শানবিবা ৱাবীদুদা তিংঙক মায়ঙক "লোইশিল্লো লোইশিল্লো নঙসু হনবা থেঙঙ্গ্রনি, কুঠিদো কাউনিকো" হায়বন্নগা ইমুংদা চঙখি।

হৌজিক অয়াম্বনা, য়ূমথোং খূদিংগী লাইগী মন্দিব অমমম্ লৈতবা য়াদবগী ফীভমদা লাক্লিবা অমদি মন্দিব লৈত্রগসু মখল মখলগী লাই লাৎখৎনরক্লিবসি য়েংলুবগা মানা অঙাং ওইবিঙৈগী মতমদগী হৌজিক্তা লাই নীংবগী চাং য়াম্না ৱাংখৎলক্লে হায়না লৌই। লাই নীংবগী মশীং য়ামদ্রিঙৈ মমাঙঙৈদদি লমদমসি য়াম্ন। ঈংনা চীক্তা অমগা অমগা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নরম্মী। অদুবু হৌজিক পাক-শন্না ঈশ্বরবোমদা মায় ওনশিন্নবক্লবা মতম অসিদদি অচুম্বা হায়বদো লৈবক্তবগী মমি তাবক্লে, অবানবা তৌদ্রগদি হিংবা য়াদবগী ফীভমদা লাক্লে। অদুনা হৌজিক্কী লাই খূৎনীংদা অশোয়বা খবা লৈববা হায়না জীবননা খঞ্জে। লাইদুবু লাৎচবা মফম খবদদা পূজা তৌনবম্মী। হৌজিক্তা লাই লাৎপা লাৎতবা, য়ূমথোং অয়াম্বদা পূজা তৌনখৎনবক্তুনা নীংনবিবা লাই খূৎনীংসিমদি জীবননা য়াম্না নুংঙাইজদে। নুমিৎতুদদি লাইগী নুমিৎনি হায়দুনা নূপী অঙাং খাক্তনা নিশাদুবু শীজিন্নবদা কবিসু হায়নরক্রি। নীংলিবদুবু লাইদুবুবা করিবুনো হায়নসু খঞ্জবি। নিশা শীজিন্নবা তমখৎলক্লবগী নীংলিবা লাই খূৎনীংসিনা হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংদা করি ওইরক্কনি খল্লুবদা পাখৎচৈ।

মখারোমগী শান্তিরানীগী মমানা শান্তিরানীদা লাইদা কৎনবা লৈ খরা হেক্লক্লবা

হায়রুবদা তল্লি হায়দুনা নোংমতা য়াদে। নোংমা নুমিদাংবাইবমগী ধূপ-থাউমৈ থান্নবা হায়রুবদসু, ননাওদা হায়দুনা হেক্তা লৈথোকই। লাইদা ভক্তি লৈত্রিবা, লাইদগী লাপথোক্লিবা। অদুবু ঋুলোন খুকম্বা, দুর্গা পূজাগী বব খুকম্বনচিংবদদি নোংমা বাংলিঙৈদগী হৌনা মশম মনাকাদো শাম্পুনা পুল্লং। অদুদগী য়াওশঙ মনুংগী মীং নাববা লম্বীগী ঈবাং কূম্মৈ, কাং, কৃষ্ণ জন্মনচিংবদা উরিবা দৃশ্যসিনা লাইদগী ইরাপ লাপথোকপগুম উবি। লনগী মবেম্মনি হায়না লৌনবিবা, মাগী পূজা 'দ্বিপানিতা' নুমিৎকী কৈথেল মনুংগী নুমিদাংগী কল্লবা ঈহৌদুনা লাইদুগা কবি মরী লৈনবিবা? লাইগী মিংদা ঈবাং থিবা, ঈবাং হাবা মানবদুদা জীবনদি য়াম্না ঙকচে। অদুনা হায়বিবশিংসিবু খল্লুরগা হৌজিক মতমগী লাইনীং লাইশোনসি ফেশনগী লাইনীং লাইশোনলা হায়না মথন্তা হংজবি।

জীবননা য়াম্না নোক্লীংলিবদি, মনেগী মচানুপীদু মেত্রিক পাস তৌনবনি হায়দুনা মনেনা লাইফম শুনা খুকল্লুবা। অদুদগী হেন্দোক্লুনা পূজাকা তৌবিবনি অদুগা ফেল ওইববকপদুনি। অমনা লৈকাই লৈকাইদা মোমবর্তি শানবিঙৈ মতমদদি আ অদুনা ফাওবে, অদানা ফাওবে—য়ুম য়ুমগী মী মশীংগী থোঙ্গালদা মোমবর্তি কংলু। অদুবু হৌজিক মণিপুবদা শানদ্রবা, মোবেবোমদগী পুশিন্নবক্লবা মতমসিদদি নোংমতসু মোমবর্তি কংনবগী লাইফাও তানখিদবে, নুংঙাইখ্রবা মণিপুবনি।

নোংমা ইবেচাউবীনা থাউনম মরুগী লীকতু শেংদোক্লগা ধাবি মপান্দা যৌদুনা থনম্বদগী থিবা খণ্ডদনা অদুম মাঙখি। লীক মাঙখিবগী বারীদু মচানুপা জীবনদা নুংঙাইতনা তশ্মী,

"শান্তিবানীগী মচে ইবেমু নংতনা কনানসু ওইবোই, ঐনা শেংদোকইঙৈদা ঙাইহাক লৈতে মোয় য়েন্নখাদা হনগৎ-হন্দা চংলিবা। হৌজিক্তি ঐ হেক উবগা মমীং মনাদো হান্নগা মান্নদে, ঙাইহাক লৈতনা লাকঅম্বদুসু হৌজিক্তি লাকখিদবেদনা।"

"অস: ইমাসিমা ওম্বোক্লা হৈনখিদবে, মফম মবাং হেক খণ্ডদগে অদুগুম্বা মী শিবা য়াবা বাদুবু। ইমানা অতৈ অতৈদা মাবু চিংনৈ চিংনৈ হায়না বাবী শারিদো, মাসু তাবম্মনি অদুনা ইমাবু উবদা হৈনবম্মোই, ইমাগী মওংদুদা ঐখোয়দা লাকপসু তাল্লমগনি। বাফঙনবসু য়াদা মানদুম হেন্না ঈ কাবমগনি।"

"অদু অদা খণ্ডদে, থাংমৈবন্দগী সনামচাহোয়দা চংলুসি গাড়ী অমুক্তা থৌবোলাও, লুপ্লবা লাইনি লাইফাওসু চুমম্লবা। মাগীদা চংলগা লোইনা জ্ঞান তাগদবনি।"

"কান্নদবদা মতম মাঙনবা, পৈশা তিংনবনি। সনাতোম্বীগী মীশিদা নুমিৎ

কুননি হেন্না কর্ফিয়ু মতেক মতেক থমদুনা লৈবাক বাখোক ওইদুনসু মীহাৎপদুদি পুথোকপা ওমখিদে। কেসতু সি বি আইদা শিন্নবদগী মীহাৎতুগী লংলা-লংজিন পুথোকপা ওম্না মীদা লুপা লাখ অমগী মনা পীনি হায়না লাউথোকখিদনা।"

"অদু কৈদৌরবা?"

"হৌজিক ইমানা হায়রিবা থাংমৈবন্দগী সনামচা, মাদা নৎতে মণিপুবদা লৈবিবা লাইগা শাগোন্নবনি হায়জবা ময়াম অমা লৈবিদনা, মখোয়গী লাইফাও অমতংনা মীহাৎপদো লায়না পুথোকপা ওমফম থোক্রা? লুপা লাখতুসু ফংওনি, অদগীদি নোং ওানবদা ময়ুমদুসু মীনা ক্যদা চীক্লা চায়নবা ওম্মোইদবনি। মখোয় অমতৎনসু পুথোকপা ওমখিদে। মসিগী শিনফমসিদি, অপওবা মী থিবগা পৈশা তানবগী বানি।"

"নওগী অমুক হৌবকঅববা?"

"সিদা নৎতে, কদায়দনো তুবেলদুদবু লূপ্লুবদি কনাগী তীনথুং-লাইথুং, অনা-অয়েক লোইনা কোকএ, চাওখৎলবা মেডিকেল সাইন্সনা লায়েংবা ওমদ্রিবা কেন্সবফাওবা ফহল্লি হায়দাইনে। অদু ওইবদি নাবকপদা পৈশা চওনা ডোক্টবদ' য়েংনদ্রসু, ফার্মাসিগী হীদাক শীজিন্নদ্রসু তুবেলদুদা লূপ্লুবগা লোইনা ফবনি। অদগী ডোক্টবনা লায়েংবা ওমদ্রবা মালেমসিগী অনাবশিংদো লাকহল্লসিনে, মোয়সু লোইনা অৱাবা কোকঅনি। অদগী মোয় ময়াম চওওকপদৈদি মণিপুবসে পূন্নং লংদোইনি। কন্দিশন অমসু থমদাইনে, মফমদুবু কোল্লিবা ঈশ্বরদুবু থাজদ্রদি কান্নবা ফংওোই হায়দাই। ঈকপ্লুবগা অনাবদু ফবক্ত্রগদি, মফমদুগী ঈশ্বরদু থাজবম্মবোই হায়বা য়াবেদনা, ফজদ্রো প্লানদো। কান্দে ইমা, হৌজিকী মতমসিদিনে হে-শিংলবা, মগুণবু লৈবদি মেজিক্সিয়ান ফাওবা লাই ওনখিবা য়াওনবে হায়নবিসে ইমাদি তাবম্মোইনে।"

"য়াবে য়াবে, নচেগা চৎলুবা হায়দুনি।"

"থোক্লিকো, চৎলুনু।"

ইকুই কুইদনা নালা শেংদোকপদা সনা মবীদু ফংখি। ফৌবদা ধাবিবান্দগী তাখিবা ওইবমগনি।

নোংমা মচে বিনাশখীগা মমাগা য়াম্না চীকথনা বাবী শানদুনা লৈবিওদা জীবন চওলুই। মমাও ইখোলদা য়েন্দেম মপান শাৎপগী মতাংদা শোয়দনা ওইবমগনি খল্লি, ওইসু ওইবম্মী,

"ফজনা অজা-পূজা তৌহৌদ্রদি ইমুংদো তুবৈ-ইবৈ চল্লি, নীংখিজনা তৌহৌবগনা অফ-নুংঙাই পী হায়দাই।"

"এ, নঙদি কনানা হায়দুনা খঙঙিবা।"

"য়াম নোক্লীংবগী ৱানি, পান্বী অমা হৌরদি মপান শাংপা হৌনশানি। অয়াম্বনা য়েন্দেমদি চহী খুদিংগী লিংথোক্লবা ঙাক্তনি মপান শাংপা নংনদে, হায়দি য়েন্দেমগী মপুন্সিদি চহী অমগী মথক্কি। অদুনা নীংথিজনা হৌহন্দুনা থম্মদি চহী হেল্লগা মপান শাংপা তাবনি। অদুগী ৱাদি স্বায়দগী উনা অমা খুল্লগা মাইবা/মাইবীদুদা—ৱানাসি পৈবপ্পা মখা ওল্লগা সনামহীগী কাচিনদা লৈবশ্মী, য়ুম ময়াদা ৱা হৌবসু নংতে, সিবু কৈসু তৌবোইদবা? হায়না হংলুবদা, মখোয়না মদুদা তৌবক্তদৌদুদি—আ অদু খুকমসি, অদা থাদোকসি। ঐদি ইমাগা চেখীগবু য়াম ঙকইনে, মাইবা/মাইবীদবু হংঙুবদি কবি করিনো হায়জিল্লকপা তাবনি। অসুম্বা ময়ামসিনা ঐখোয়দা য়োমশিন্দুনা সুম লৈবদি খোঙ থাংবফাও ঙম্মকওই। সিদবু মতমগী চাওখৎপগী ঈচেলদা তিনবা ঙমখিদরা?"

"নঙ য়াম চাওখৎলে সিনিনে।"

"চেখী, অদুগী নংতেদা তোকঅসিসে, টিকেটতুম অমুক্তা লৌকখিগে।"

অসুম্না মতম খবা লৈবল্লগা ছুটি লোইশিল্লক্তুনা, জীবন অমুক চঙখবে।

মেডিকেল তম্বা পূম্লোই লোইবদুনা জীবন থোক্লক্লে। হাওস তৌবা লোইশিল্লে। গভর্নমেন্টকী চঙবা য়াবা অহাঙবা পোষ্ট লৈতবনা লম্নাইগী হোস্পিটাল অমদা য়াওখবে। নৌনা লাক্লিবা মতৈমা যামিনী লাই-তীনদা ৱাখল চঙবা মী ওইনা তৌবনা মমাগসু মোং চান্নজে। মতাং চাবা যেংলা-য়েংলগা মতৈমা অমদি মমানা পূল্লিঙৈদা জীবননা লাই-তীনগী মবমদা অমদি থাজনবিবা কয়াগী মতাংদা ফাগি ওই কবি ওই হেক হেক তৌই। মতমদো ইঙেন থানি, থা লোইশিল্লক্লফাওবা নোং তাদে। মমানা হায়খিবা—শ্রী গোবীন্দদা ষনবী ১০৮ পুখৎলগা শঙ্গোম শুম্বদা নোং তাদা লাক্তা য়াপোৎতে" হায়বদু নীংশিংলক্তুনা মমাদা ওনশিল্লগা "হৌজিক নোং চুদ্রিসে ষনবী ১০৮ দো য়েংঙসি হায়বা, চুবদি মালেমসিদা মণিপুবসে শেগাক কায়দোইনি।" মমা ঙাঙদে, তুমিন্না লৈ।

লাংবন থা লোইশিল্লক্লে, 'মেবা থা কনা কনা ঙা হেনগনি' হায়না মমানা হৌদোক্লকই। ইবেচাউবী কুম অমৎতসু মেবা থা ঙা হেন্দবা য়াওখিদ্রি। ময়াম্বা, মতৈমা শুনা লৈ, মেবা থা ঙা হেনবগী মরম খঙনা খঙনা মমাদা জীবননা হংলুরি,

"নঙবু কাউবব্রনে, ইবুংঙো কৃষ্ণনা মেরা থা মনুংসিদা ঙাগী শাইওন লৌদুনা নোংমখক ঈশিংদা লৈ, অকক্লবা নুমিৎতু খঙনদবনিনা থাদুযা পূবা ঙা হেন্নবিবনিনে।"

"অদু ওইরদি মমাঙ থাগী ঙা অয়াইবা অদগী ঙরীসু চাবদা কৈসু কায়দবে,

য়াদ্রনে।"

ময়াম্বা, মতৈমা ৱা-ৱা নোকই, মমাসু তপ্না য়াওশিল্লকই। থাজনবী, চৎনবীগী মতাংদা জীবননা হায়দোক্লকপা ৱাদা ককউবা ওন্বা নৎতে।

বিনাশখীবু চাক শীজনবা ইবেচাউবীনা শীন-লাওলি। জীবন শবেঙ অশেম্বদু পুশিল্লকই।

"চেম্বীদো তৌকনু হায়উকো, কান্দা ৱানি পৈশা তিংনবা।"

"কৈনো নঙ হায়বিদুবো, নচেনা কৈ তৌবগেনে?"

"খঙঙোইদবোই নীংববো, মচানুপা ফংনবনি হায়দুনা ঙাইহাক লৈতনা ইমাগা তান্না-তান্নবগা চমেল্লে মাইবীদা শেল হৈথরি ময়ামদো। মাগী নুংঙাই নুংঙাইবা ৱাবী য়াম লৈবনি, ইমাহোয়দি খঙঙম্মোইদো—এঞ্জিনীয়র অমগী নুপীনি হায়, মনেম্বোকতুগা হৌজিক্কী মাইবীদুগী মনাক্তা তোয়না চৎমান্নে, লুপাসু লিশিং মবি/মঙা শুপ্রমানে। অদুগা নুপী পোক্লকপদুদদি মনেম্বোক্তুনা পৈশা হন্দোকহন্নি, মশম-মনা অমা'নী হৌবিদুসু ফোয়কনি হায়না শাউনা চৎখিবদো, মথম্মোয়দো নুংঙাইনা হল্লকএ হায়এ, পৈশাসু লৌবক্তমানে।"

"এ: কমাইনা অদুদি?"

"মাইবীদুনা কৈ নুমিৎতা, কবম্বা পূংফমদা পোকপনো হংঙগা থায়নগী কোবীগী পৈশা চৎতবা অনী/অহুমদু লংঙা লংঙগা পূংফমসে, পূং অমৎতং চোম্বম্মবদি নুপা শোয়দনা পোক্তদবনি অদুবু ইমাইবেম্মহোয় লাইবক য়াম ফবনিকো, কৈগুম্বা হায়বি পূংফমদুদা নুপা পোকঅম্বা থোকঅদি মমাদি শোয়দে চৎখিবা। অকোনবগীসিদা মনেম্বোকতো লোইনা ঈংখি তাবনি।"

বিনাশখী য়ৌবক্লে, খবা ৱাংলম্বা উবদুদা মফি-মবোল হোংদোক্লবগা মাসু শেম্বা শাবা য়াওশিন য়াওশিন্না মমাগা মৌপ্পাগা শান্নবল্লিবা ৱাবীদা মতাং চানা করি ৱাবীনো হায়না হংলুবি। মচানুপা ফংনবগী ৱাবীনি হায়না মৌপ্পানা হায়বকপদুদা, মাদি ডোক্টবনিনা অমুক্কা হেন্না খঙনীংবা য়াওনা মখা চথবক্লবা মৌপ্পাদা হায়কবি,

"ঐখোয় ইমান্নবা দোবেনগী মচেদো নুপী ঙাক্তা মবি শুজিল্লকঅদুদদি মচানুপা ফংনবা হায়দুনা অখঙ-অহৈ তান্নকদৈগী থম্বাল চাম্মনিপালগী মখোকতু থুদেকঅগা চিংথোকপদা লং মানবা থোবকইদনা, মদুনা বর্তি চাম্মনিপাল তারগা বিষ্ণুদা কৎলে হায়এ, কয়াদা ৱানা হোৎনবিবনো?"

"অদুক ৱানা হোৎনবদি ফং তাবনিনে কৈনো।"

"কদায়দৈনোদা।"

"অস: ঐদি কয়াদা নুংঙাইকএ।"

"কৈকান্দবদা, লোইনা থোক মোক্কী বানি। হকচাং ৱাই শংখিদবা মতমদুদগী নুপা/নুপী ওইগ্রবনি। তাইবংপানবসিদা লৈরিসে নুপা,নুপী মখল অনীসিখক্তনি, অদুনা পংহায় হায়জিনবদা ফিফ্‌টি পর্সেন্টদি চুম্মবনি। অদে নুপা অমৎতা য়াওদে হায়দুনা নুপীদা দোষ তৌবিবা, অদুদে হেন্দোক্নুনা অতোপ্পা নুপী অমা লৌনবকা য়াম লৈদাইনে।"

"হোয়নে, অদো কৈদৌরবা?"

"মচানুপা, মচানুপী ফংবা হায়বসে পূম্নমক নুপাদা লৈবে। ইকায় হঙ্গোইনা হায়ববদা নুপীদা ক্রোমোজোম 'এক্স'-'এক্স' তমক লৈ অদুগা নুপাদনা ক্রোমোজোম 'এক্স' অমসুং 'ৱাই' অনীমক লৈ। ক্রোমোজোম এক্স এক্স অনীসি পূল্লগা নুপী ওই, অদুগা এক্স ৱাই ক্রোমোজোম অনীসনা পূল্লগা নুপা ওইদোইনি। নুপীদগী ফংদোইসি মতম লৈবা খিবিক্তা শূপ্লগী এক্স ক্রোমোজোমখক্তনি। নুপাদগীদি 'এক্স' নৎত্রগা 'ৱাই' ক্রোমোজোম ফংদোইনি। অদুনা নুপাদগী এক্স ফংঙদি নুপীদগী এক্সতুগা এক্স এক্স, নুপী ওইদোইবা। অদুগা নুপাদগী 'ৱাই' ফংঙগনা নুপীদুদগী এক্স তুগা এক্স ৱাই নুপা ওইগদবা। অদুনা নুপাদগী 'ৱাই' ফংদ্রিমখৈদি মচানুপা ফংঙোইদোইনি। অদোইদি নুপা ফংদবগী দোষতি নুপী নৎতে নুপানা ওইবা তাবনি। হায়দি নুপাদগী 'ৱাই' ক্রোমোজোম থোক্ত্রিগৈ নুপা শুকপোক পোকওইদবনা। য়াম ৱাৎলিকো, মৈতৈ ঐখোয়সে কান্নদবদা শেল য়াম চৎখিনিবু।"

অসুম্না হায়বা হায়বগা মপানলোমদা থোকখি।

মমাঙগী কৈন্যাহনবী যূম্লে-কৈরৈ অমদি শক্তা-পুদা কয়া মথোং চাদে। অদুবু হায়না শীংনবগা লুহোংবনি, অহানবা মচাদুসু নুপা ওইবনা লুহোংবা পাম্বাদদি যাত্রা পুবিনবগী ক্যদা লৈনবিবনি। মদুগীদমক ইবেচাউবীনা মাবু য়াম্না কল্লকচৈ, মগুণ লৈবীনি হায়না লৌবিবনি। লুহোংবগী যাত্রা পুবদা ঙসি ফাওবদা ফৎতবা মীওই অমৎতনসু পুনদ্রি অদুবু লুহোংবা কুইদ্রিঙৈদা মখোয় অনীগী মবক্তা অশি-অনা থোকপা য়াওনরি, মপুন্সিদা মমীৎতা মচা উদবা কয়া অমসুনি। অদুনা লুহোংবগী যাত্রা পুবিগা অফ-ফৎতগা মবী লৈনফম থোক্তে যাত্রাদি অমনা হেক্তা পুবা য়াই হায়না খঞ্জে জীবনদি।

তীল সংক্রান্তিগী অয়ুকনি, মমাঙ ইখোল মচাদুদা জীবননা অকংবা উনা-ৱানম্শিংদু খোমজীল্লগা মৈ থানবা হোংনরিঙৈদা মখা লৈকাইগী ইমা থৌরানী চঙখি। মাদু হেক উবদা, ঙবাং কৈথেলদা কাংশুবী মন্ত্রিক্লহৌবদু খংনীং নীংশিংই।

মমানা মতৈমদা "নমা থৌবানীদা লুপা ১০ দা কৎখো" হায়খি। মদুবু তারবগা, "অস: কয়াদা কানববা লুপা ৫০ না ৩০০ ফংবা য়ারবা বিজিনেস।" জীবন মৈ চুখৎলম্লগা চঙলকই। মাঙ্গোলদা ময়াম কাংশুবী চান্নদুনা লৈরম্মী। মঙোন্দদি চাও খোৎলু কনানসু হায়দে। চঙশিল্লগা অমা লৌবগা চায়। অদুগা মাগী হৌনবীদু হৌবকই,

"ঙসিগী নুমিৎসিদা কাংশুবী চাহৌদ্রদি মথংগী মপোক্তা হুই ওইনা পোকএ হায়দাইনে, অদুবু চাওখৎলবা লম আ অমেরিকা, জাপানচিংবদদি অসিগুম্বসি খঙনদবনিনা চানদে, অদুনা মোয়দদি হুইগী মশীংসি অসুক্কী মতীক য়াম্মমগনিকো।"

হায়বগা নোকমি নোকমি ইমুংদা চঙখি। ময়ামসু তিংঙক তিংঙক লৈহৌই।

হেল্থ সর্ভিসেসতা ডোক্টরগী ফম খবা হাঙলকপদুদা চঙহৌনবা হায়দুনা অমা অমগা তাথোক-তাশিন তৌই। অদুক কন্না শঙ্ক-পঙ্ক লৈজদবনা মপূক্লিংদা শোঙ্খবা অমদি মফাওই অদুবু লুপা লাখ অহুমবু পীক্ববদি শোয়দবে। মমানসু হুন্দক্কী মতাংসিদা নাম্বোকহনবা য়াবা নৎতে খন্না শেলফমদু শুনবা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনজৈ। লোয়ননা মঙ্গল ওইনবা,

"নঙগী বাশিগা চান্নবা নুং অমৎতা খুদোপতুদা হাপচিনসিদনা।"

"ইমাগী থোক অমুক হৌবকঅববা?"

"তৌনু তৌনু হুন্দক্কী মতাংসিদিনে থাজদা তৌনু। নঙ মাম্মগী মচা বাবুধোনদু, মাগা চান্নবা নুংদু মশাদা পকপদগীদি দুকানদুনা শিনফম ওইদুনা হৌজিক্তি অমুক্তোইবা নুংঙাইবনা লোইবিসিনি।"

"ইবাইদো, শূ-নোম্বা লেপত্রিদনা দুকান ফম্মী, মতাং চানকবা হায়দুনি। মাগা চান্নবা নুংদু মবি-মঙা মশাদা পকশিল্লগা থবক্কা অমৎতা শূদগৈ নুমিৎ চূপ্পা য়ূমদা ফম্মগা লৈহল্লু, নুংঙাইবনা ময়ুমকাদো মথোল মথোল শাবক্কনি। অদুই শকক পৈশাদো শুনবা থিবিয়ু।"

"হো থিজবে থিজবে, ইমানা হায়বিসিবু হায়নদি খম্বদেনে।"

"হোয়নে, মণিপুরদা লৈবি মী খুদিংমক মাগী মাগী বাশিগা চান্নবা নুং অমমম্ মশাদা পকহল্লসি, অদোইদি লোই নুংঙাইবগদবা? হোয়, লুপা লিশিং কুল্লা নিফুগী মথক্তা পীবা মশাগা চান্নবা নুংদুবুদি মঙোন্দা ফাওবগা চঙঙকপা মঙালনা হকচাংদা য়েবদা কান্নবা পীরম্বসু য়াই। মদুনা নুংঙাই য়াইফহনবদি ঙমগদবা নৎতে। লুপা লিশিং অদুক য়াম্বদো পুথোক্তুনা নুং লৈবা ঙম্মবা ইমুংদা পৈশা পায়ববনি, নুংদু শীজিন্নদ্রসু অদুম নুংঙাই য়াইফবদৌনি।"

জুগিন্দ্রোগী নৌনা ফংজা মচানুপাদু সুবমঙ্গোলগী থৱায়না হল্লকপনি হায়দুনা

ইবেচাউবীনা হেন্না নুংশিনা লুনা চান্না তৌজে। ইতং তংতে হায়বিবা "মমীংতগী, কনাগী খুনোক্তগী নপাবুং পূবা হৈজিন্দুনা লৈবে।" কনাগী খূচং লাকচং, চাকচা ইথক খূদিংমক মপাবুং সুরমঙ্গলগা খেন্নবা লৈতে, মানা পামজরম্বা এঞ্লাং ফাওবা হেক মান্ননা পাম্মী। ইমুংগী মী পূন্না লৈবা মতমনি, জীবননা,

"চহী খূদিংগী পাবুংনা লৈখিদবা নুমিৎতা পাবুংনা পামজবম্বা মথেল লূক্লোই লাইদা কংতুনা উৎসব হেক হেক কংলি। অদো ইমানদি, তামোগী মচানুপাসে পাবুংগী থবায়না হুঞ্জিল্লকপনি হায়বি। অদুনদি উৎসবনচিংবা তৌদ্রসু য়াবে, মঙোন্দা ওইনা পাবুংনা পামজবম্বশিংদো পীজবগা অদুম য়াবেনা। মদুনসু হেন্নদুম চাউনা মহে ফংনি, ফংঙোইদ্রনে?"

মমাসু কবিসু হোয়-হোয় হায়না বা বা নোকমিন্নৈ।

নোংমা দ্বিপানিতা নোংঙানবগী অয়ূক্তি, বাকিং হুঞ্জিল্লকপদা জীবননা নুংঙাইববা বাবী অমা পুদুনা লাকই। চা থক্লা থক্লা মমাদা বাবীদো লীবা হৌবকই, মতৈমসু তাবা থোক্লকই।

"ঙবাংদি অবাং লৈকাই ধবল্লোহোয়গী ইমুংদি দ্বিপানিতা মপূং ফাগ্রমাল্লে। দ্বিপানিতানি হায়দুনা ইনে তোম্বীমচানা লক্ষ্মী পূজাদো অথুম-অহাউকা থেন্দুনা য়াম্না চাউনা তৌমানে। মবূক ফংতবা অমসু য়াওবিনে, লক্ষ্মীদো মখোয়দদা চঙনবা হায়দুনা অহীংদো গ্রিল য়াওদবা থোঙনাওদো হাংদোকঅগা থনম্মেয়ে, অদৈদি কোম্না নুংঙাইনা পুম্রমানে কৈনো অবৈবমখৈ।"

নুংঙাই-য়াইফবা মৈতে মচা কয়াদি শেল হেন্না পায়নবা মপূং ওইনা নুপীশিংনা শগোলশেল নমিৎপু লক্ষ্মীগী মপোক নুমিৎনি খন্না চাবা হেন্নরিবসিবু য়েংলুবগা , জীবননা বাবী মখা শমথবকই,

"নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী, মপূং ওইনা মৌশিংসি অয়াম্বনা মবূক ফংনদেনে।"

"এ: নঙদি কমাই খঙগ্রিবা?"

"মোয়না শেল হেন্না পায়নবনি হায়দুনা লক্ষ্মীগী মপোক নুমিৎনি হায়না লৌনবিবা শগোলশেলবু চবা হেন্নবি। অদো নোংমগী বানা চাবা তাল্লগা হিংলিবশিংসিদা খবা তাকপিগে হায়দেনে। অদুমাই তৌবদি পূল্লপ নুংঙাইমিন্নবেদনা। মখোয়দদি চাবা হেনবা হায়বসি কৈসু নংতে মনাংকুম্বনি। অদগী অমননে, হৌজিক মণিপুবদা সনাখোংনাংগী লাইচং অমসু লাকঅদাই। য়ূম খূদিংগী সনা খোংনাং অমমম্ থাদুনা, অকোনবদদি মণিপুরসে পূল্লং লংবা শোয়রোই।"

মতাং চাবিঙৈদা মতৈমদা বাবী মথং মথং লীথবকই,

"লীলা ফলা, দেব-কর্মগী নোং খাম্বদা ঐত্তা গোপাল মমিং চৎলিদনা, মবাইবক্লা থীবিসু মাগী মচানুপী লুহোংবদা নোং হৈথখিবদৈদি নোং খাম্বগী বিজিনেস লোইনা থূপচিনখি। অমনা ঐখোয় লৈকাইগী ধনঞ্জয় খণ্ডইদনা।"

"হোয়নে খণ্ডইনে।"

"মন্দিবকা শাদুনা লাই নীংবদা মমিং চৎলিদনা, ও মানা লুপা ৩৫০ পীবা ফুরিৎতো পণ্ডতক শুতকপা অমদা লুপা ৫০০ দা য়োল্লুজাৎনি। অদগী অকোনবদা পাখৎলক্লুনা লুপা মণ্ডাগী কবোক লৈকরগা, কবিসু তৌহনবিগনু হায়দুনা লাইদা খুকম্মে হায়এ। লাই খুনীংদো। মশাগী মমলদুদা য়োল্লম্মগদি নীংখিগদবা?"

জীবন গভর্নমেন্টকী থবক চণ্ডবা চহী অনী ফাজিল্লক্রে, পোষ্টিংদি লিলোং প্রাইমাবি হেল্থ সেন্টবদনি। য়ুমদগী কাথোক কাশিন তৌই। নোংমা মফমদুদগী মুতক তৌবা পাতকপা নূং মচা অমা পুদুনা লাকই। য়ুম হেক য়ৌবগা মফি মবোল হোংদোক্তবমখৈ মমা কোয়থি থিবগা—"মণ্ডনি খন্দুনা নহানগোয় ইমাদা হায়দবনি, চহী অনীমুকসি নূংসিগী মওংনি, মণ্ডদা ঙৈহাক লৈতে উবিবা, নূংদুনা ঐগী নাক্তা লৈরদৌনি হায়দুনা কোয়তান তান্নবসু য়াওবিপোৎনি। ঙসি নূংসে হেক উবদা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা মওংদা হকচাংদা কৈনোমা ফাওখি।" অণ্ডকপনি হায়দুনা নূংদু পুথোক্লগা মমাদা য়েংহল্লি। মচানা তৌবক্লিবা মওং মতৌদুদা মমাদো ইণ্ডকসু ঙকই হবাওসু হবাওই, হায়ফম তৌফম খণ্ডদে।

উপু মচা অমা চলহল্লগা বেশমগী সিংহাসন থাবগা লাইদো লেণ্ডশিল্লগা লাৎপা হৌখবে। য়াহৌ ঙন্না হৌগৎতুনা ইকজ-মায়থবগা ধূপ-থাউমৈ থাদুনা লাইদুগী সেবা তৌবনা জীবনগী তৌদবা য়াদবা মথৌ হায়বদো ওইবক্রে। ঙা পামজগুবা মানা ঙা হেনখবে। থবক কাবমদাই, অমা অমদা চৎথোক্লমদাই খূদিংগী লাইদুদা খুকম্মমদনা চৎপা য়াওদে। চাউখৎলবা মতুং মানা লাইদা য়েংলম্বা মীৎয়েংদুগা হৌজিক তৌথোক্লক্লিবসিগা মমা অমদি মতৈমগী মমাণ্ডদা ইকায়জবগী মমি অদুম্মক তাই। নৌনা হোংলক্লিবা জীবনগী পুন্সিদা মমানা নুংঙাইজবগা লোয়নননা মমাণ্ডঙৈগী জীবনদু অমুক হঞ্জিল্লক্রে খন্দুনা কয়াদা পেঞ্জবিবা।

হায়না শীংনদুনা জীবন লুহোংলে। গভর্নমেন্ট কোলেজগী লেকচববনি, লাই-তীনদগী খবা লাগুক লৈবী নুপীনি। অদু ওইদুনসু অয়ূক্তী নুমিদাংগী লাইদা জীবননা তৌবিবা সেবা খূৎতৌসিদা মাসু ব্রাখল খবদি খঙ্ঘে। জীবননা শংদবা মতমদা তৌদবা য়াদবনিনা মানা সেবা হেক হেক তৌই। লাইদুবু লাৎপা হৌখিবা নুমিৎতুমদি চহী খূদিংগী পূজানচিংবা তৌদুনা য়াম্না চাউরবা থৌরম পাণ্ডথোকই। হান্নদগী থৱায়

য়াওবা হেন্না্রিক্লকুনা ইমুংদা লাংলম্নদগী মফম চাবা অমা য়েংলগা মপান্দা মন্দিব মচা অমা শাদুনা নৌনা লাংপা হৌখবে। ইমুংদুসু নোংমা নোংমগী নুংঙাইখংলক্লি। মাগী নুপী রোমিলাদসু অহোংবা লাক্নুনা হায়নকবা তৌদনা লাইগী সেবা তৌবা হৌবক্লে। জীবনগুম্না থবক ইনখাং চখোক্লমদাইদা লাইদুদা খুকল্লম্বা মাগী হৈনবী ওইবক্লি। অসুম্না তপ্না তপ্না মাগী নুপীসু লাইদুদা অচেৎপা থাজবা লৈখবে। জীবননা অঙাং ওইবিঙেদা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈখিবদুনা হৌজিক্তি মনাক্তা লাক্নুনা লৈববদগী অফ-নুংঙাই হায়বদো ওইরবে হায়না মমানা খল্লিবনি।

কৈবোই লৈকাইনা, জীবনখোয়গী ইমুংসে লাই লাংখিবদগী খংনুং নুংঙাইখৎখবে হায়না লৌনৈ। হান্নগা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবনে মতৈমদি থবায় হকচাং য়াওনা সেবা তৌই। মচে বিনাশখীদি তোয়না লাক্নুনা কবি কবিনো হেক হেক কৎলৈ। রাখল হেক নুংঙাইবক্তবদা লাইদুদা প্রার্থনা তৌদুনা খুকমজবনা মখোয় খুদিংমক্তা শান্তি ফংবা হায়বদো ওইবক্লি। ইমুংদগী হেন্দোক্তনা যুম্লোন কৈবোন্নবা, অদুদগী লৈকাইগী মীওইশিংনফাওবা লাক্নুনা খুকম্লবক্লি। চহী খবা লৈবগদি লৈকাইদগী থংনবা লৈকাই, মথং মথং পাকখোক চাউথোক্লক্লে। স্কুলদা ফার্স্ট তাদুনা লাকপী থংনবা লৈকাইগী মোনোবমানা মেত্রিক পরীক্ষাদা মকোক ওইজগে হায়না লফোয় লফাং চঙ থোকপা অমা কৎলৈ। অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা লাইবিকসু কন্না পাবা হৌখি। পরীক্ষা হায়দোক্লকপদা মোনোবমানা টোপ্পর ওইবকপদগী হান্না নিংফুং নিংফুং ঙাওনবম্নদগী অমুক্তা হেন্না মীপুম খুদিংনা লাইদুগী মতীক মগুণ খঙনবা হৌবক্তুনা মথং মথং শন্দোকখি। পরীক্ষাগী, থবক চঙবগী, নীংবা থুংনবগী কয়া কয়াগীনি খুকল্লা লাক্লবিবা। মেত্রিক, টুয়েলব পরীক্ষাদদি মন্দিব মমাঙদা মোমবর্তিনা পীক থল্লি। কবিগুম্না মতমদদি মোমবর্তি য়ুংনবা মফম লৈতবফাওবা য়াওবিবনি। পূর্ণিমা নুমিৎশিংদি মীনা চীক্লা চায়নবা গুম্না নৎতে। মথৈথংদা মন্দিব মচাদুনা য়াবক্তদুনা মওং তানা, মপাল লমগী ফজ-ফজববা মন্দিবদগী নোমুনা লৌবগা চাউববা নীংথিজগ্ববা মন্দিব অমা, মদুগা চান্নবা মান্দব অমগা শাবে। লোয়ননা মন্দিবদুবু পান্নবা অমদি য়েংশিন্নবা মী অনীমসু থমখবে।

জীবনগী মচা অনীমক পুংকক চাউবে। মচেনা ক্লাস সিক্স, মৌপ্পাদুনা ক্লাস ফোব তল্লি। মমা-মপা লৌদুনা মবুদ্ধি মবৌশিংসু নীংথিজনা চঙখোল্লি। ক্লাসতসু মকোক মথং তাদুনা অমুক্তসু ইমুংদুবু পূক্লিং লৈতাহল্লি। য়ুমদা মতীক চাবা ওঝা কৌদুনা হেন্না মমূৎ তানা খঙহন্নবা হোৎনবি। মখোয়সু স্কুল চৎলমদাইদা লাইদুদা খুকল্লম্বা নোংমতা তোক্তে। পরীক্ষাদা চাউনা মায় পাক্লক্লিবা অমদি খুদিংমক্তা অফবদা ওইবক্লিবা পূম্নমক লাইদুবু নীংজবদগীনি খন্দুনা অঙাং অনী অদুসু লাইদুদা থাজবা থম্লক্লি। অসুক

মগুণ লৈশ্রবা লাইসি জীবননা ফাওবা কবি লাইনো হায়বদু খঙজদে। অদুবু মঙদা ফাওরকপা লাইনি হায়দুনা মীয়াম্না 'মঙ-লাই' হায়না খঙনৈ।

মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না ইবেচাউবী খূয়া তুশিংনা ঈশ্বরগী খূয়া তানখবে। জীবনসু তপ্না তপ্না অহল ওইশিল্লক্লে। অদুবু মঙ-লাই অমদি মন্দিবগী মগুণদি নোংমা নোংমগী পাক শন্দোক্লক্লি। টুবিষ্টকী মক ওইবা মফমশিংগী লিষ্টতা য়াওদুনা হৌজিক্তি মপান্দগী লাকপা লমকোয়মীশিংনা মঙ-লাই মন্দিব য়ৌবমদবা য়াওদে। মন্দিব মনুংদুসু ইচম চমদ্রি, মওং তানা শেম শাদুনা চঙলক্লিবা মীপূম খূদিংমকপু শুমহৎনীংঙাইগী মশক ওইবি। অশেংবা ঘীগী কেগাম কয়া থান্দুনা মন্দিব মনুংদুবু ঘীগী মনম্না শেংলবা ঈশ্ববগী মফম অমা ওইহল্লি। কয়াৎ চুম্না শাখিবনা মন্দিব মনুংদা মৈথু লৈবগী মমি তাহন্দ্রি। তশেংনা মওং তানা চঙখোল্লবা য়েংবদা মীৎফম হোংবা ঙমদ্রবা মন্দিরসিগী মনুং চঙলুবগনা অমুক্তা হেন্না অঙকপা পোক্লরিবনি। মপানগী লমকোয়মীশিংনা "ইস! মঙ-লাই খুকমদনা চৎলম্বা তাববদি..." হায়নরিবনি। অদুনা অকোনবদদি লমকোয়মী খূদিংমক মঙ-লাই মন্দিবদা মীৎয়েং থল্লগা লাক্লবনা অয়াম্বা ওইবক্লি।

নুমিদাংবাইবমনি, ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎতুনা মন্দিবদবু নুংশিনা য়েংজবি। নূংঙৌদা হক্লনা ইবিবা, মতৌ কবম্না মানা ঈশ্ববসিবু ফংজবকখিবনচিংববু পাকবি, খীৎতং নোকফেৎসু তৌকবি। অহলগা ওইশিল্লকপনে মশানগা শোনজিল্লকপনে মঙ-লাইগী অশেংবা ৱাবী পূম্বা মাগী নুপী বোমিলা ফাওবদদি লীথোক্লল্লগে খন্না খন্না মন্দিবগী অৱাংথংবা লৈকোললোমদা থোক্লকই। নূংঙৌগী ফম্নবা থাবিবদুদা চঙশিন্দুনা ফমথবগা মন্দিবদা মীৎয়েং থল্লগা মঙ-লাইগী পুন্সি ৱারী তপ্না তপ্না নীংশিংই। মমাঙঙৈ মাগী মঙদা মঙ-লাইসিগা মবী লৈননা মঙ অমৎতসু মঙখিবা লৈখিদে। পুবকখিবা নূংদুসু মাগী ওফিসতা থাবিবা টেবলগী মখোঙ অনেম-অৱাং মান্নদদুনা ঙৈহাক লৈতনা অনেম-অৱাং শেমখিবা নূংদুমক্লি। মানা চাংয়েং অমগীদমক য়ূমদা পুবকখিবনি। মপূং ফানা মায় পাক্লবা চাংয়েংসিগীদমক্তদি পেনবগী ঙমখৈ লৈতে। অদুবু চাংয়েংদুগীদমক ওইদবা কয়া হায়জিনখিবা, তৌখিবা অদুগীদমক্তদি তৎতনা মাগী থম্মোয়না মমাদা অমদি মীয়ামদা ঙাকপিনবা হায়জদুনা লাক্লিবনি। পূম্নমকসিবু মাগী নুপীদা লীথোক্লবদা, হৌজিক ওইবিবা মঙ-লাইগী ফীভমসিদা মা ফাগি তাগনি, অঙাওবা তাদুনা তোক্লনি খন্দুনা কনাদসু লীথোক্লবোই লেপখবে। মমশিল্লক্লনা মন্দিব অকোয়বগী লৈকোলগী মৈ মথং মথং থানগৎলকই।

নোংমা নোংমগী শোনজিল্লক্লনা জীবন পুন্সিগী অরোইবা য়াহীপ তানখরে। জীবননা নুংশিনা নীংজরম্বা ঈশ্বর ওইবনা, মা লৈখিদ্রবা মতুংসিদদি মাগী নুপী অমসুং

মচাশিংনা মণ্ড-লাইবু হান্নদগী অমুক্কসু হেন্না নুংশিজবা, নীংজবা হেনগৎলকুনা মন্দিববু শেমগৎ শাগৎপদা থবায় য়াওবা হেনগৎলক্লি। লোয়ননা মণ্ড-লাইশু হান্নদগী মগুণ লৈবা হেনগৎলক্লি। অসুম্না চারোন শুবোন মথং মথং হৌখিদুনা মণ্ড-লাইগী মশেক মণ্ডালসু তোমখিন থোকপা অবংবা থবানমিচাক্কুম ঙান্দুনা লৈবি।

(জানুৱাবি, ২০০৬)

# করিনো হৌজিক ঐখোয়না তৌগদৌরিসিবু?

হৌজিক্তগী চহী নিফুবোমগী মমাঙনি। নিতা পুনাদা পোলিটিকেল সাইন্সতা মাষ্টব তম্বা চঙখরে। লৈকাইদুগী ওইনদি নুপীনা মণিপুবগী বাংমদা লাইবিক তম্বা চংপা, মানা অহানবা ওইগনি। মপৃং ওইনা ফিল্ম ষ্টার সধনাগী হেয়ব ষ্টাইল, সাড়ি খৃৎশেং-লাকশেংতা ঙাওজবী নিতানি। অদুদা নৎতনা হিন্দী ফিল্মদা হেবোইনশিং অমদি নুপীশিংনা য়ুমদা লৈবদা শেং চাবিবশিংদুবুসু য়াম্না পামজনা কৃপ্না য়েংশিনজবী অমসুনি। মাগী কম-মেট মৈতৈ মচা পূর্ণিমাসু শেৎপা-চাবগী মতাংদা মাগা ৱাখল চপ মান্নে। অদুনা ফিবোল লৈমিন্নবদা য়াম্না নুংঙাই। অহানবা ছুটি থোক্লকপদা শেল য়াম্না থাহল্লক্লুনা মখল মখলগী ফিবোল লৈবগা থোক্লককই। শাবান-মূর্তি, চূং-ফিবাল চাবনিনা মানা সাড়ি-ফুল শেৎলগা প্লেনদগী কৃমথবগা থোক্লকপদা, মফমদুদা তিল্লন্লিবা মীওই খৃদিংমক্লা মাবু য়েংদবা য়াওখিদে। য়ুম য়ৌরক্লবা মতমদসু হিঙ্গোলনুংগী লৈশাবী মচাশিংনা 'চেনিতাসে সিনেমাগী মী মান্নে, য়াম ফজেকো" হায়নবিবনি। নোংমসু মখোয় ময়াম সিনেমা য়েংবা চৎপদা সলবাব শেৎলি। ফনেক ময়ামদুগী মবক্তা ওদ তাগদরা হায়ববু মশকনে মতৌনে লম্বীদা কৃষ্মেদুম ওইনখি।

মথংগী থোক্লকপদদি হিঙ্গোলনুংগী লৈশাবী মচা ময়াম অমদি লৈকাইগী মমান্নবীশিংনা তপ্লকপা ফিবোলতনা চাউরবা স্যুইট কেস অমা পীক থল্লি। লৈকাইগী লৈশাবীশিং সাড়ি ফৃলমক্তি শেৎপা ঙম্নদ্রি অদুবু সলবাবনচিংবদি নিতাগী মতৌ তমদুনা খবা খবা শেৎনবা হৌরক্লে। থাবল চোংবদা নিতানা সাডি-ফুল শেৎলগা চোংবদা লৈকাই শাৎলিবনি। মসি পূম্নমকসি পূর্ণিমাগী হিঙ্গোলনুং অমদি লৈকাইদুদসু থোক্লিবনি। অকোনবদা, নিতাগুম্বী, পূর্ণিমাগুম্বী নুপীশিংদগী ফনেক হায়বসি তপ্না তপ্না লাপথোকপা হৌবক্লে। লাইরিক-লাইশু হৈবা, ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচা-মশূশিংদি সাড়ি-ফুল খবা খবা শেৎপা য়াওনরক্লে।

শাংলবা চহী নিফুরোমসিগী মনুংদা মণিপুরগী বাংমদা মৈতৈ নুপী কয়া অমা মহৈ-মশিং তমদুনা লাক্লি। হৌজিক্তি মপৃং ওইনা মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎ চাকচাদা চাউনা অহোংবা অমা লাকখরে। য়ুম্লে কৈরৈ যুগোৎ চাখিদ্রবা ইমুংদুগী নুপীনা সাড়ি-ফুল শেৎলকপদা হায়নরি "য়ুমদাসিগা তৌজা শাবিসে।" অদুনা থাক ৱাংবা, থবক-ইনখাং

চাউনা তৌবা, লাইবিক-লাইশু নীংথিনা হৈবী, শেল পায়বা ইমুংগী নুপীশিংনা সাড়ি-ফুল শেংকদবনি হায়বগী চংনবী অমা লৈখিবগুম্লা তৌরক্লে। নিতা, গবর্নমেন্ট কোলেজদা সেনিয়র লেকচবব ওইনা থবক পুবি, থবক্তগী পোত্থাগদবা চহীসু য়ামশিল্লক্তবে।

সেন্ট্রেল লাইব্রেরিদা এসিষ্টেন্ট লাইব্রেবিয়ান ওইরিবা মৌপ্বানুপা তোম্বা, লাইবিক য়াম্লা পাবা মী ওইবনা মাগা ব্রাবী-ব্রাতাই শান্নবা নুংঙাই হায়দুনা ছুটিদা, মবক-মবক্তা ময়ুমদা লাকই। তোম্বনসু মচে নিতাদা মণিপুবগী মব্দ ওইবা টৌপিক অমগী মবমদা ব্রাবী শাননীংদুনা লৈবকপা কুইববনি, মতাং অমা চাদদুনা গুল্লুদ্রি।

ছুটি নুমিৎনি অয়ূক গুন্তা নিতা ময়ুমদা মমাগা ব্রা অমা খন্নবগী লাকই।

"চেনিতা, গুন্তানা কৈ লৈগে?"

"ইমাগা কৈনোমতা খন্নগে তৌবনি।"

"অদোইদি চাক চাখবো, ব্রাবী তৌনদা কুইবে।"

"ফৈনে, ঐসু খল্লম্মীনি।"

মমাগা খন্নবা য়াবা ব্রা খন্নবা লোইবদুনা চাক চাববা মতুং মমাগু কাদা ফেন লিবি-লিবি থাবগা পোত্থাদুনা লৈ। মৌপ্বানুপা চগুলকপদুদা "কবি ব্রাবী তৌসি হায়বনো" হায়না হৌদোকই। মৌপ্বাদু চগুশিল্লক্লগা সোফাদুদা ফমথবগা য়াম্লা মক ওইবা টৌপিকনি খঞ্জবগা "মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎ-চাকচাগী মতাংদনি" হেক হায়বকপগা।

"আ, ফনেককী ব্রা ওইবিনিনে? কৈ কান্নবনোদা, চাওখৎলকপদৈ অহোংবা কয়া লাকখবে; মদুই মতুং ইন্না ঐখোয় ফিজেৎ-চাকচাদসু অহোংবা লাকপা হায়বসিদি মশানা তাজববনি।"

"হোয়, অহোংববুদি লাকপা তাবনি। অদুদা ঐখোয় শক্তম মাঙখিবা য়াবা য়ৌনা হোংহনখিবদি লানগনি।"

"কমাইনা শক্তম মাঙদোইনো? লুহোং-খোংদোং, দেব-কর্মদা অসুক ফজনা ঙাকইসিদি। অদগী কোলেজ ফাওসু ফনেক শেংতুনা ইনাৎপু য়োকখৎলি।"

"চেনিতানবুদি হায়জবিবা, হৌজিকপু ষষ্ঠী পূজা, হৈজিংপোৎনচিংবদা নুপী অয়াম্বনা কৈ দ্রেস শেংনবক্লেনে? নহানদি, লম্বীদা ক্রিম মচুগী সলব্রার শেংগী মোয় নিপাল মাপলমুক্লি, ময়াং নুপী খরসু য়াওই, মখূৎতা শ্রার্দ্ধ থাবা পোলিথিন খাউ অমমমসু পায়। অদুনা চহী কয়াগী মতুংদদি মখোয়গুম্বা ঙাক্তা ঙায়খিদুনা ঐখোয় শক্তম ঙাক্লিবা নুপীগী ফিজেৎ চাকচাশিং মাঙখিবা য়ানা লৈবকঅবনি। অদুগা কোলেজ

ফাওবুদি ফনেক শেৎতুনা ইনাৎ য়োকখৎলি। অদুবু ফনেকতা এলারজিক ওইবা নুপীশিংদি কোলেজ লোইখিদুনা থবক ইনখাং তৌদুনা ওফিসতদি সলবার, সাড়ি-ফুল মরুনি। অদুনা সিগী খৃৎয়োকখৎসিদি ব্রাশকপা য়ানবগী হায়দুনি, মতুং তাথনা তুং কোইনা য়োকখৎপৈ মথৌ তাদ্রনে?"

ছুটি ওইবদুদা ময়ুমদা লৈবমগদবনা ফোন তৌকদনা ঙাইহাক উনকগে হায়দুনা নিতাহোয়দা চৎলুবনি। মপামদা চৎখি হায়রকপদগী লাক্কুনা চঙলকই। মৌপ্পাগা শানবল্লিবা ব্রাবীদু সেবিয়স ওইবা ব্রাবী মাল্লি খন্দুনা, কবি মতাংগী ব্রাবীনো হায়না পূর্ণিমানা হংলুবদা, "হো ইবেম্মা, মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎ চাকচা অমদি শক্তম ঙাকপগী মতাংদনি।" এ· অদুদি মাসু হায়নীংবা য়াম্না লৈ হায়দুনা তোল্বদা শৎ ওনশিল্লগা,

"খিৎতং তৌবা নুপী-নুপী, নুপীদদা নুপা নোয়সু খরা ঙাকউদনা।"

"হৌজিকপু ঐখোয়না কৈ শেৎ-চাদুনা কমাইনা শক্তম ঙাক্তোইনো?"

"কৈনো, ফৈজোম পুময়াৎ শেৎ চাতাবেদনা। হৌজিক দেব-কর্ম, লুহোং-খোংদোংবনচিংবদা নুপাশিংনা পাইজমা-কুর্টা শেৎকৎনবকইসি তোক তাবে, অদুগা ফৈজোম-পুময়াৎ শেৎতুনা ঐখোয় শক্তম ঙাক্লবা নুপা নোইসু হোৎনৌদনা।"

"ফৈজোম পুময়াৎতুদি ঐখোয়সু নৎতনা, অদুদি খাঙতপ্পা বেঙ্গোললোমদগী চঙঙকখিবনি। ঐখোয় ওইবা শেৎ চাতাবদি ঙবোং শেৎ তাবে। অদুবু মণিপুরগী ব্রাংমদা মদু শেৎলগা চৎলুবদি লায়বদনা ঐখোয় শ্বায়দা ঙবোংদু শেৎলগা চেচেহোয়গা চৎমিন্নববু ঙমজগদ্রনে? ঐখোয়না তৌবা য়াবা হায়বু লুংগি শেৎপগী চৎনবীগুম্বা অমা লাকইসিদা ঐখোয় ওইবা খূদে নামৈ তাখৎলগা শেৎতুনা মফম মচা অমতংদা শক্তম ঙাকপগী য়াম মথৌবুদি তাবি।"

"মী সাওথলোমগীদি, পব্লিক ফঙ্কশননচিংবদা মিনষ্টবফাও লুংগি শেৎতুনা মখোয় শক্তম ঙাক্লি।"

"চে-পূর্ণিমা, মদুদি মালেমসিদা লৈবিবা ময়ামসিগা পার্সেন্টেজলোমদা হোৎতোকউবদা পোইন্ট মচেৎ অমফাও য়ৌবোই। মাগী মাগী মরমদমবু য়ু এস এ, জর্মন, জাপাননচিংবা খবসি নৎতনা অতৈদি ইমা লৈবাক হায়নবি। নুপীদা য়াম্না মক ওইবদু থল্লিবনি। অদগী ফজবা লৈ অমগা প্রমাণ হেক তৌবকপদা নুপীগা। অকে-অমৌগী, সনা-লুপাগী লৈতেং, অখন্নবা ফিজেৎনচিংবা হ্যাবকপদা নুপীদগীনি। নুপাগীবু কৈ লৈবিগেনে? অদুনা নুপীদনা লম লমদুগী শক্তম ঙাকইবনি।"

"ইমা লৈবাক হায় হায়দুনা ঐখোয় শক্তম ঙাকদৌনি সিনিনে। হৌজিকপু কবন্বা লৈবাক্তা নুপীনা শক্তম ঙাক্কুনা, খাঙদুনা লৈবা য়াওনবিগে? জাপান,

কোরিয়ানচিংবা খরনা মখোয় ওইবা কৃশ্মে-ফিয়োংদা নুপীশিং খবনা শেং চায় অসি মঙায়রে।"

"অদুই বাদি, মৈতৈ মচা প্রকাশ কৌবা অমনা ঈফিল-টব্বাবগী মনাক্তা মণিপুবদগী য়াওনা ইন্দিয়াগী কলচবেল ট্রুপ অমা পুবগা মণিপুবগী লাই-হ্বাওবা উৎলুবগী বাবী অমা বেডিওদা তাখি। মদুদা ফ্রান্সকী হনুবী অমা মপী তাবমখৈ কল্লি হায়। প্রকাশনা চঙশিন্দুনা হংলুবদা, লাই হরাওবদুদা নুপীশিংনা ইল্লিবা অপাবা ফিশিং অদুগুম্বা মখোয়সু লৈজবম্মী, অদুবু নখোয়দি হৌজিক ফাওবা য়োকখৎতুনা মাঙহন্দনা থল্লি হায়না য়াম কল্লক্লা হায়বকখি হায়।"

টেবলদা লৈবিবা ঈশিং বোটলদগী গ্লাসতা হৈ, জ্ঞান তানা থক্লগা নিতানা,

"কান্দা বানিসে, হৌজিক কম্প্যুটব-এজগী খম খেংনা চাওখৎপা মতমনি। কা অমদা ফম্মগা পৃথিবীসে লোইনা অমগা অমগা বারী শানদুনা ইমুং অমগুম লৈনববা মতমসিদবু চাওখৎপসু খবা তমসি।"

"সাডি-ফুল, সলবাব শেৎলগা চাওখৎলে হায়না লৌবদি, মখোয়দগী হেল্লা চাওখৎখ্রবা ৱেষ্টর্ন কল্টিৱজলোমগী ফিজেৎ ফিগাইগী ফিজেৎ-চাকচাদু ওইনা শেৎলসিদনা। সাড়ি-ফুলবু ওইবো, হায়বিশিংসে শেৎ-চাবগা হেক্তা চাওখৎকদৌ নৎতে। মদুদি মীতৌ তম্বনি, চাওখৎপা শাবনি, মপাম্ভোংখক্কীনি। ইশা ইশাগী বাইট, ফ্লুটিবু মুন্না খঙলবা অদুগা নিযম চুম্না পাঙথোকপা ঙল্লবা লোয়ননা ইশানা ইশাবু তশেংনা মশক খঙজববা মতমদতা চাওখৎপা পুবকপা ঙমগনি। কম্প্যুটব এজগী থককুবা, তোখায়বা দ্রেসনি হায়বা লৈতবনিদা।"

"খঙদে, খিতং তৌবে নাৎ নাৎ, শক্তম ঙাকসি, আ ফনেক ফনেক, সোসাইটিসিনা ঐখোযবু তৌবিবিসে লোইববনি।"

"ঐখোয়না নাৎ হাযবগা আ ষ্টোন এজগী মতমদা কৃমথসি হায়বা নৎতে; হোংলকপদুদা ঐখোয় শক্তমবুদি মমি তাহনসি হায়বনি। থায়নদগী হৌজিক ফাওসিদা মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎ চাকচাদা অসুক মতীক অহোংবা লাকখবে। মখল মখলগী ফৃবিৎ, জসী, কোটনচিংবশিংসি ঐখোয় হান্নগী লৈজবম্বা অমতা নৎতে, অসিগুম্বসি থায়নদি শিসু শীজিন্নবমদে। অদুবু হৌজিক ফনেক শেৎলগা হায়বি ময়ামসে শীজিন্নবদা মৈতৈগী শক্তমদি অদুম মাঙদ্রি। ফনেক শেৎতুনা মণিপুব অমদি বাংমদা চৎলুবদা ওদ ওইদ্রি, কনানসু হন্থুনা য়েংদ্রি, ইশানা খঞ্জবগী বাদনি। ইন্দিয়াগী মফম অমদা বিতা কৌবী মৈতৈ মচা অমনা ফনেক মপান নাইবা শেৎতুনা মোইবাং ফিনা সাড়ি মতেক শেৎলগা সেমিনাব য়াওকবদা, ঐখোয় ফিজেৎতুবু মখোয়না য়াম পামজনা থাগৎলকই

হায়না রেডিওদা পাউদমখি। হৌজিক চাওখৎশ্রবা লৈবাক কয়াদি তুং হন্না য়েংলগা মখোয় মখোয়গী ওরিজিন খিগৎনবক্লিবনি।"

পূর্ণিমাসু টেবলদগী ঈশিংদু থক্লগা, নোকফেৎ তৌবগা "ওইরোইদা বানিসে, নাৎনি হায়দুনা ফনেক শেৎলগা লমজেল চেল্লুবা য়াগদবা নৎতে।"

"অদুদি লাল্লিদা চে-পূর্ণিমা, স্বিমিং য়াও তারদি স্বিম-স্যুট, জিমনাষ্টিক য়াও তাবগসু জিমনাষ্টিককী ড্রেস শেৎ তাবনি। অদগী মপান লমগী স্কুল, কোলেজদা তম্মুবদা মখোয় য়ুনিফোর্ম সলবারবু ওইরো, সাড়ি ফুলবু ওইবো শেৎলু তাবনি। মফম মতমগী হায়দুনি।"

"নঙ হায়বিসিদি, নোয় চে-চে ইবানিনা শেৎলিবা সাড়ি-ফুলসি য়ানীংদে হায়বে বানিনে।"

"অদুই বা ঙাকসু নৎতেদা। ডিমোক্রেসিগী লৈবাকনি মীনা পামজনা শেৎ চারিদুদা অথীংবা থম্মুবা য়াবা নৎতে। অদুবু তঙায়ফদ্রদি থম্মকপা তাবনি। ঐখোয় তোকখিসিনে, মীশীং য়ামগ্রবা বেষ্ট বেঙ্গলগী ফাও মখোয়গী সাড়ি মাঙখিদনবা গভর্নমেন্টকী থবক তৌবীশিংবু ওফিসতা সাড়ি ফুল নৎতনা মখোয়গী নৎতবা সলবাবনচিংবা শেৎপা য়াহন্দ্রি। অদুগা ঐখোয় নুপী খূজোকমুকসিনা ফিজেৎকী মতেংনা ঐখোয় শক্তম ঙাক্লিবসিদা হৌজিক হোংঙকইবা ফিজেৎ চাকচাগী লন্বীসিদা অদুম চৎনখি তাবদি ঐখোয় শক্তম মাঙখিবা হায়বসি লায়না ওইথোকপা য়াবিনি।"

মশা ইফুন ফুনগৎপগুম নিতানা শাউবপ্লা,

"কৈথেল ফম্মী নুপী, য়ূমগী থবক ইনখাং ফংঙি নুপী, লৈঙোয় পেকই নুপী, নুংদাং ফংঙি মৈবা পায়বী, শিনফম খূদিংমক্তসু নুপী য়াওদা লৈতে। কনাগী শক্তম শক্তম পু-থাং ঙমপোৎতে।"

"চে-নিতাসে অমরোমদা চৎখিদৌবে। ঐখোয়সু ঐখোয় ওইবা ফিজেৎনা ইরমদমবু শক্তাক্লীংঙিবনি, অদুবু ঐখোয় পাম্বে লৈতে। চে-নিতাহোয়দি মদু ঙম্মীবনি, মদুগীদমক য়াম চাউথোকচনীংঙাইনি লোয়ননা য়াম লেমজনীংঙাই ওইবা থৌদাংনি। নুপা ঐখোয়না কল্লকচশ্রপোৎনি। ঐ অমনা ইবমদমবু শক্তাকপা কাইদো পামজত্রজাৎনি, ঐখোয়নদি কৈদৌনুংদা ওইববোই।"

"নঙসিদি, থাগৎলগা তিকি পীজে হায়দু মানশিল্লকএ।"

"চে-চেহোয়গী বাখলসে লান্নদা সুম লৌদুন লৈবে। ইন্দিরা গান্ধীনা প্রাইম মিনিষ্টব ওইবিঙে মতমগী বানি। ইন্দিয়াগী বাংমদা প্রাইম মিনিষ্টবশিংগী কন্‌ফবেন্স অমখক্তা, মানা মানা ফম্নরিবদুদগী হৌগৎলগা মাগী মাগী লমদু হায়নৈ। ইন্দিবা গান্ধীগী

মপা য়ৌরকপদা, মাদি হৌগৎলগতা তোকই করিসু হায়দনা ফমথখি হায়। হায়দি, মাগী ড্রেসতুনা ইন্দিয়ানি হায়না অদুম তাকচবে। অদো শাউদি শাউবক্কনুকো, চে চেহোয়না হৌজিক শেৎলিবা সাড়ি-ফুলদু সুম শেৎলগা মণিপুরগী বাংমদা চৎখিবদা চেচেহোয়বু কনানসু মৈতৈনি হায়বোই, নেপালীনি হায়না শোয়দনা হায়খিনি হায়বৈ বানিদা।"

"ইস: নঙ হায়সিদি, ঐখোয়বু লোইবেনে।"

"চুম্বু চুমদ্রো? কৈগুম্বা খবদৈ ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা মণিপুবসি নীংতম্বা পীথোবকএ হায়না খল্লসি। অদৈদি মতমগী মতুং ইন্না নুপীনা প্রেসিডেন্ট, প্রাইম মিনিষ্টবনচিংবা ওইবক্কনা মণিপুবগী বাংমদা কনফবেন্সনচিংবা চৎপদা মৈতৈ নুপীদু সাড়ি ফুল নৎত্রগা সলবাব শেৎলগা চৎকদবা নৎত্রগা কৈ শেৎ-চানি?"

"হেরা অদুবু, মতম মতমদুগী থোকপা, নৎত্রনে পূর্ণিমা?"

"মতমদুদা কবম্বা ড্রেস থোবকখিগদগে? ওইবোইদা ওইবোইদা, বাখল খবদি খঙ্গুবা য়াববনি।"

স্বব শাংনা হোম্বুবগা, ঙসি ইপ্পাগা বাবী শানবসি য়াম্না নুংঙাই, মখা চথবা য়াবিবনি, য়ূমদা অনাবনা চাগদবা নুংথিলগী হীদাক লৈহৌদ্রি, লৈকদৌবিবনি। চে চে চৎখ্রগে, কোন্না অমুক শানসি হায়দুনা পূর্ণিমা হৌগৎলকই। নিতাদি ঙাইহাক লৈহৌখিগদবনিনা পূর্ণিমা থিন্দোক্লকই। "মুন্না খঙ্গুকঅগদি, ঙসি নঙগী নৌপ্পানা হায়বিশিংসি অচুম্বা য়াম য়াওব্রজাৎনি।"

"খঙঙিনে ঐসু, অদুবু কবিনো হৌজিক ঐখোয়না তৌগদৌবিসিবু?"

(নভেম্বর, ২০০৬)

# অওনবা

ফাইরেন থানবু য়ৌবক্রবদি প্রেমজিৎ অমসুং বোমাবতি ওাইহাক লৈতে উংখৎনবিবা। শেল য়াম্না কৌবগী বা ওাকসু নৎতে; শেল মবাঙ কায়বা ওইবন্নবসু উংখৎনবদি তোক্কদবা লৈতে। হৌজিক চাওখৎপা মতৌ তন্নগী শীংলিবা অকনবা নুংশিৎ অমদি ইজ্জৎকী নোংলৈদগী বোমাবতি নাম্বোকপা ইঙম ঙমদে। ইজ্জৎকীনিবু হায়ববদি, পূক থাক্লিবা লৌ য়োম্বোক্লগা কার তোংই হায়নবা মীদাদুগুম্নীনি। অদুবু প্রেমজিৎতি মতম মতমগী য়েংনা অসি ফওবা তৌবা য়াবা, অসিফাওবনা তৌবোইদবা হায়দুনা কাখল খাবা মীনি। অঙাং অহুমদুগী লাইবিক তম্নবগী হোৎনবদা খা-বাই খঙদে। অদুনা মবান্নীগী শেম্বোক মতাদুনা ইমুংদো পুবা বানা থোকই।

মমাঙঙৈদদি নাহুৎ-নাবেং, লুগুণ থাংবনচিংবদা পোৎয়েং লৌনবমদে, চাউনসু তৌনবমদে। অদুবু হৌজিক্তি খঙনা চান্নবা চীখদনা বার্তন তৌদুনা পোৎয়েং লৌবগী চৎনবী অমা লৈবক্লিবসিমদি, প্রেমজিৎতি কন্না য়ানীংলুদ্রি। অদুবু মাসু খুন্নাইসিদা তিল্লুববনিনা পামদা পামদা মানা অঙল্বা খবা পোৎয়েংদুনা অদুম্মক য়াওবি। মানা য়াম্না ওক্লিবদি, হৌজিক্তি অখন্নবা অহল খবা নৎতনা লুগুণ শীজিন্নবক্রবা মতমসিদা পাখঙ মচা কয়াদি লুগুণ থাংবগী থৌবম চাউনা চাউনা পাঙথোক্লবক্লিবা অসিনি। নুমিৎ কয়নিবু মখোয়না শিবমগনি খল্লুবদা মাদি মমজবিবনি। অমনা, অঙাং চউম্ববু মী ৪০০-৫০০গী চাক লাঙদুনা পোৎয়েং লৌবগী মওংগুম অমা তৌখৎনবক্লিবসিমদি প্রেমজিৎতি ওম্বোক্লা ইকায়বিবমখৈ পেঞ্জদে। সিদা নৎতনা য়ূম শঙ্গাবদসু অদুমঙায়, মীয়াম অমা বার্তন তৌদুনা পোৎয়েং লৌবগুম্না লৌনবক্লিবসিবুসু মঙোল্দদি য়াম্না হৈনদবা ফাওবিবনি। হায়বিবা ময়ামসি পোৎয়েং চায়েংগী পোৎলমদা নৌনা হাপচিন্নক্লিবনি লোয়ননা পোৎয়েংনবদা লমজেল তান্নবগুম মথোল মথোল বাংখৎনবক্লিবা অসিগী মতাংদসু বোমাবতিদা তৎতনা হায়বিবনি। অদুবু বোমাবতিনা ঐখোয়দগীবা লৈবাক্কী চৎনবীবু তৌদবা য়াবিবরা হায়দুনা মনাদা হাপ্তে। ইজ্জৎকী খন্দুনা মীঙোন্দগী পূশিল পূশিল্লগা মায় পাক্লা হেক হেক পোৎয়েংলিবনি। অদুনা থাবান ফবা নুমিৎতদি ইমুংদো মমৈ মকোক ওনবমখৈ ক্রু ক্রু হাইবিবনি।

মমাঙঙৈ মতমদদি থৌবম পাঙথোক্লিবা ইমুংদুগা হেন্না নকশিন্নবা মবী-মতা,

কা হেন্না খঙনা চান্নবা খবনা নৎতনা দেব-কর্মনচিংবদা ময়াম চঙনবমদে। অদুবু হৌজিক্তি তৌদবা য়াদবা অমগুম, মপূং ওইনা নুপানা ময়াম চঙবগী চৎনবী অমা লৈবক্লি। পোৎয়েং শেলবু হোৎনগদবা ময়াম চঙবগীবু শেন্নগদবা অৱাবা হায়বদু ওইনবিবনি। অদুবু প্রেমজিৎতি মসিবু পামজদবা হায়গদবা, য়ানীংদবা হায়গদবা চঙদবা য়াদবা খবা নৎতনা অয়াম্বা মতমদা মসিদগী লাপথোক্লা লৈগল্লি।

বোমাবতিগী অপোকপা লৈতবগী শ্রার্দ্ধ নকশিল্লক্লে। মতাং অমা য়েংলগা খোঞ্জেলদু খবা পুথবগা,

"ববাগী শোবাৎকী দক্ষীনাদা ষ্টিল-প্লেট অমমম্সু হাপকদৌরি; মদুনা ঐনা গুন্বা তাবে। কমাই তৌসিগে?"

"কৈনো, অপায়বা মীনা অদুম তৌজসনু কৈদৌবৈ মখোয় মতৌ তম্মুদোইনো। মোয়সুনে তৌজনীংবা হায়দুনি। অগুম্বা লুপা মঙাবা কৈনো খবা তৌবগা লোইবপোৎতুদা।"

"মোয়দি হায়জপোৎতেদা, ঐনা হাপসি হায়না হৌদোকউবদুদা...।"

"ইস: শেল লৈখ্রবোইদা, থোক্লিকো থোক্লিকো, মদু থোক্লি। কৈকান্দবদা ময়াং হবাওনবনি। ফবেনে, য়াম পীক্লা ষ্টীল-প্লেট অমদা লুপা কুন হায়না পাবসি; অদোইদি মী ৫০০ গীদি লুপা লিশিং তবা। ইস! অসুক য়াম্বা শেলফমসিদি... ফজেনে।"

"কদায়দৈ মী ৫০০ নোদা, বার্তন লিশিংগী মথক্তা চৎলিবনি।"

"অদোয়দি, অসুক য়াম্বা শেলসিদি কদায়দৈ। খঙদে তৌদোইসে, অকোনবদদি ষ্টিল বালটিনকা হাপ্লবক্কদৌবিপোৎনি, নুংঙাইদকো হে মৈতৈ।"

"অদুনবু তান্নসি হায়দুনা হৌদোকইসিনি।"

"ঐখোয় ইতীক ইপা নৎতে, কান্দা ৱানি ওইবোইদবদা তোকসি।"

"কৈনো, ইপাগীবু সিনা অবোইবা হায়বদো ওইববনি।"

"অদুবুনে কদায়দৈনো হায়বা? মখা তাবগুমসিকো।"

অসুম্না মতমগী ঈচেল্লক্তা বোমাবতি ঈবাক্লে।

ছুটি নুমিৎ ওইবনবা কৈনাহনবীগী হোটেলদু অয়ূক্কী তলগীদমক মীনা পীক থল্লি। লুহোংবা য়েথোকপগী পাউচেদা হাপ্লক্লিবদু উনকবদগী অমসু অমসু নুমিৎতুগী লুহোংবা ফাংনবগী ৱাবী মথং মথং তৌনবকই। মখা লৈকাইগী ইবোহলনা,

"ঙসিসি থাবান ফগ্রমানে, কৈনো লুহোংবৈ বার্তনদদা মবিনি, পোৎহাপতা য়ূম শঙ্গাবৈ অমগা। খঙদে তৌদোইসে শেলনা শেল লৈতবনে, য়ূম চঙদৌদুম তল্লে।"

চা থক্রম্বদগী গ্লাসতু শং থল্লগা ইবোবীনা,

"তামো, মৈল্লামগী শঙ্গাবদুরা? ঐসু বার্তন উরম্মী। তামোইদি লুহোংবৈ বার্তন মবিশক্তনি; ননাওগীদি তরুক্তুম শুহৌই; মনা হূৎপা অনী অমসু য়াওহৌরি। চহুম চহুম, চামগ্তা চামগ্তা য়ামদ্রবদা লিশিং মবি মগ্তানি। গুসিনা লোইদৌসু নৎতে, কমাই তৌদোইনো খগুদে। সুম্মাইনা অমুক অমুক লাকপসিদা পূক্ষমবু লৈশিল্লক্তবে।"

মশম অখোয়বদু নানবোই লাকপোই তৌরগা ওঝা খোইবীসু নোকখি নোকখি,

"এ: ঐসু লুহোংবদা তককনি, অনী অমদি বম্পবনি লিশিং লিশিংদৈদি তাবা য়াদৌ মান্দে। ইচানুপাগী গাড়ী পাংগদৌবা অমসু য়াওই। হৌজিকপু কদোমদগীনা লুপ্তন থাংবৈ অমসু উবম্মী; মতমসিদবু।"

ময়াম্মা হায়নবকপদুদা খোইবসু য়াওশিল্লকই, "ময়াম্মা হায়নৈদো ঐসু চীখদে। ঐদি মেগা বম্পববু য়াওহৌইদা। অদৈ থাবান ফবা মবকসিদা বোনস ওইনা শোবাৎ অমসু থেৎচিল্লকইবনি। পোৎয়েং শেলনা লোইবা নৎতে, অদগী মবক চগুবী হায়দুনা কনাগী পু-থাং গুম্পোৎতেদা।"

অমনসু অমনসু হোয়নে মবক চগুবী হায়না তৌখৎলকইসিনা কদোমদগীনো। খগুনা চান্নবা গ্তাক্তনিনা অমনা হেক চগুখিবদা ফজদবা লৈবনিনা, পূবা দন্দীনি। পোৎয়েং থা য়ৌবক্লনি খনবদা লাইমন কাগুনববনি। পোৎয়েং শেলনা খবা খবা পীক্লববদি খবসু ফগদবা। লোৎতুনা, চেন্দুনা য়াবসু নৎতা, কবিনো লৈবাকসে তৌগদৌবিবসে লুখবে। অসুম্মা হোটেলদো পূল্লাং লাংই। ময়াম্মা হায়নবিবশিং তূমিন্না তাবম্বদগী প্রেমজিৎনা,

"ময়ামসু হায়বিবি, মসিগী পোৎলুমসিদি ইমুং খূদিংদা নংইবনি। লুপা য়াম্বে য়েংনবম্বদৈ চাম্মদা হেক্তা চোংখি। হুম্ফু, হুম্ফুতবা, মবিফু হায়না লাক্তে। চাম্মদগী চনি-চহুম, অদৈগী চমগ্তা। ঐখোয়দি শেল পায়বা কাগুলূপসু নৎতে। অগুম অগুম্বা য়েংনবা য়াবিবনি। চাকখূমনা মিবাং থুবগা ইজ্জৎ তৌবদুদি পাম্লরম্মোইদা।"

প্রেমজিৎকী ৱাতাদুদা হোটেলদু পূমচীক চীকই। অমগা অমগা য়েংনদুনা লৈ। ওঝা খোইবীনা তলদু চাবা লোইশিল্লগা চা অশাবদু অমুক্তং চিংলগা,

"সিনিদা ইবুংগো প্রেমজিৎ, ইবুংগোনা হায়বীরিদো চুম্মীবনি; অদুদা সোসাইটিসিগী চৎনবী হায়বা অমা লৈবনিনা মদুসু হেক য়াদ্রি।"

"ওঝাবু, চৎনবী হায়বসে ঐখোয়না ওইহনখিবা গ্তাক্তনি; শেমদোকপদা কৈবু কায়গেনে?"

"অদুবুনে, নঙ ঐনা হেক্তা শেমদোকউ য়াবা নংতে।"

"ব্রাখল মান্নবা ঐখোয় খরনা তৌবা হেক্তা হৌখিবদা তপ্না তপ্না অদুম পাকথোক চাউথোকচবক্কনিদা। ঐদি কুইবে, ইশাগী ফীভমগী মতুং ইন্না তৌবকইবা।"

কবেম্নবনি খণ্ডদে, অশেংবনি খণ্ডদে ময়ামদো "ফৈনে, ফৈনে অদুম্নদুম তৌনগ্নদি পোৎয়েৎ-পাম্থাগী মথা শানবিসে খবমখৈদি শাফরনি" হায়রা হায়বগা হৌগৎনখি।

হোটেলদগী হুঞ্জিল্লকপদা, অয়ূক্কী থবক-ইনখাং লোইশিল্লগা ব্রাখলগী মীহৎলদু খবা কাংলপ মতু-মমান ইশোন শোন্না বোমাবতি মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈবম্মী।

"কৈদৌবে, নশা ঙমদ্রবরা?"

"হুং কৈসু তৌদে, হোবেনগী ময়ামসিগী খল্লুবদা সুম...।"

"কৈনোনে অদুবু, ইবানিনা থুংনবা চেন্না তাবেদনা।"

"ঐদি খববু তোকথোকঅসিবা খল্লম্মিনি।"

"এ: পৃফম লৈত্রববা? অদুবু হেক্তা য়াব্রনে? চহুম চহুম, চামঙা চামঙা য়েংদৌ শক্ক চামা চামা য়েংঙগা থুংনা চৎপনা ফৎত্রো? পূবগা য়েংবা হায়দো ঐদি সুকয়া য়ানীংদে। পূশিল্লুবিবা শেলদু শিংনবা অহেনবা শেল লাক্তৌসু নংতে; অদুনা হেন্না হেন্না পৃখবৈ শক্ক ওইবিসিনি। ঐদি কুইবেনা, ঐখোয়গী শেঙ্থোকসিগা চান্নদে খবা হন্থৌ হন্থৌ হায়বিবা।"

"হৌজিকপুদি ঐসু খন্দববুদি নংতেদা।"

প্রেমজিৎ মতম খবা কনবা ঙমদবা লায়নানা নাবন্নগা নহা ইওই ওইনা তাইবংপান থাদোকখি। মাগী শ্রাদ্ধ নুমিৎনি। লাকইবা মীওই খুদিংনা উগদবা মফম য়েংলা য়েংলগা 'লৈখিদ্রবগী থব্রায়না পামজবম্বগী মতুং ইন্না পোৎয়েং শেল লুপা ১০০ গী মথক লৌজদে, লোয়ননা সঙ্কীর্তনদা শেল থাবিদনবা নোল্লুকচবি, পুন্নমকপু থাগৎচবি" হায়বা ব্রাহৈশিংসি ইবা চেবাংশিং থেৎ থেৎতুনা থল্লি।

(ওগষ্ট, ২০০৬)

# রাইট ওফ ৱে

**কোন্সম কোল্লূপ** য়াম্না চাউবা কোল্লূপনি। পবেং শানা কোন্সম শাগৈগী ইমুং মবি লৈ, মতাই অৱাং থংবরোমদা য়ুম্নাক অনী তাবি। ইমুং মরিগী মীওইশিং মীয়াম্না মশক খঙবা ইকায়খুম্নবা জজ, পুলিস ওফিসব, এঞ্জিনীয়ব, ডোক্টবনচিংবা থবক লোইনা তৌনৈ। অৱাংথংবা ইমুং অনীদুগীসু গভর্নমেন্টকী থবক মচা অমমম্ তৌই, মখোয়গা য়েংনবদা খবা নোপ্লা হায়বদু থোকই। কোল্লূপকী ওইবা কবিনো অমা অমা তৌনবকপদা অঙাংশিংগী মপূক্লিং হন্থখিদবা খন্দুনা ৱাববসু ৱানা ঙম্না ঙম্নবা হোৎনৈ। ইমুং তৰূক তাবিবা কোল্লূপসি য়াম্না পূকচেল খোইজেল তিন্নবা লৈমিন্নে।

কোন্সম ইমুং মবিগী য়ুম মবিমক অহলশিংনা শাবিবম্বা মমাঙৈঙগী জিন্তঘনা কূপ্পা য়ূমজাওনি। অঙাংসু য়াম্নদবনিনা নৌনা শাগৎপগী ৱা থোইদোক্লদে। শাফমগীদি শাফম্মক্তনি, মনীংদা চাউনা লম লৈনবি। অহলশিংনা শাবিবম্বা ওইবদুদা নুংশিনা চহী খূদিংগী শেমজিন শাজিন তৌবনিনা মশেক মঙাল থোক্লা লৈ। হৌজিক মতমগী শানবিবা পক্কাগী য়ূমদগী মখোয়গী য়ূমশিংনবু য়েংবদা হেন্না মীৎ লূম্মী। পবেং শানা লৈবিবা য়ূমজাওশিংসি হেক উকবদা পূক্লিংদা কবিগুম্বা খবদি ফাওদবা ঙল্লোই। ওম্মোক্লা নীংথিজখবে, মদুমক্লা মখোয়দা য়ূম নৌনা শাবগী ৱাখল চঙনদ্রিবনি। ইমুং তকক্কী পবেং শানা লূনা নান্না লৈবিবা শুমাঙশিংদুনা য়ূমশিংদুগী মগুণ অমুক্তসু হেনগৎহল্লি। লম্বীদি মখাথংবদা লৈবনিনা অৱাং থংবদা লৈবিবা ইমুংশিংদি শুমাঙশিংসি ফাওবগা চৎনৈ।

অঙাংগী হাক্কনদগী জজ বাবুধোনগা অৱাংদা হেক থংননা শাইজিন শাইজিন লোন্নদুনা লৈবিবা মাইবমগী ইমুংগা হন্দক মবক খৌতক খৌতক তৌনৈ। বাবুধোনগী অমৎতং য়াওবা মচানুপাদু খরা থীনা শোকই, তৌগে হায়না তৌখিবদি নৎতে শান্নমিন্নবদা শোকখিবনি। অশোকপসু ফখবে অঙাংশিংসু করিসু খন্নদে, হান্না হান্নগুম শান্নমিন্নখবে। অদুবু বাবুধোনগী নুপী মেমিনা অৱাংলোমগী অঙাংশিংগা পূনবা ম্নাদে হায়দুনা মচাশিংদা অথিংবা থন্নকপদগী উংখৎনবদা হেন্না মতেং পাংশিনবা ওইনা ইমুং অনীদো হেন্না লাপথোক্লবক্লি। নোংমা অয়ূক অমা বাবুধোনগা হেক য়ূমথংনবদা লৈবিবী নুপী বিনানা শুমাঙগী ফৎত-হৌদি পূল্লপ তাশিল্লগা শুমাঙ মতোনদা মৈ

থাদোকই। নুংশিং মবম থোকউদনা থংনবা কোন্সমগী মাঙ্গোললোমদা মৈখৃদু খবা চঙখি। মদুদা মেমিনা অমুক্তোইবা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা তৌবিবনি হায়দুনা চেহ্নোক্লক্লগা ঈশিং হৈজিন্দুনা মৈদু মৃখৎলুবদগী অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোকই। অসুম্না নোংমা নোংমগী ব্রা চাউথোকপা হেনগৎনবক্তুনা মখোয়গী শুমাঙ ফাওদুনা চৎহন্নীংদবগী মওং মতৌ উৎপা হৌবক্লে। মখা ইথং থংবদা লৈবিবা ডোক্টব যুগিননা বাবুধোনগী ইমুংদা ফনা কন্না থেমজিনবনি। মদুনা অহোয়নদুম মেমিদা মৈ য়াওশিনবা ওইনা থোকখবে। ফীভম্না য়াবক্তদুনা মাইবমগী ইমুংনা হৌনবী মতুং ইন্না 'বাইট ওফ ৱে' মখোয়গী ফংফম থোকপা লম্বী পীনবা হায়বক্লে।

কোন্সমগী ইমুং মবি পূন্না ব্রা তান্নমিন্নৈ। শুমাঙগী মমাঙদা লম্বীদু পীবসি হায়না মথং মথং হৌদোক্লরকই। মখোয়গী মশক উনীংদে হায়দুনা বাবুধোন অমদি মেমিনা শীখাং খাঙদুনা লৈখবে। মখোয়না তশেংনা চপ লেপ্তুনা লৈখিবদগী য়াদদুনা য়ুমগী মনীংলোমদা পীবদা তাখবে। অব্রাং ইথং থংবদা লৈবা ওঝা মনিনদি কন্না হায়জৈ, "মনীংলোমদা থোকখিবা তাবদি অমগা অমগা লোইনা লাপথোক্লখ্রগনি লোয়ননা লম্বীসু য়াম্না কোইথোকপা লম্বীদা তাকদুইনি, য়াবগদি মমাঙদা পীবিয়ু" হায়না। হায়নবা য়াবা, খন্নবা য়াবা হায়নবে, খন্নবে, অকোনবদা মনীংদা পীবদা লেপখরে।

বাইট ওফ ৱে হায়না চৎনবিবা, য়ানবিবা অসি লম্বীদু ফুট অসুক অসুক পাক্লদবনি হায়বা থোইদোকপা অকক্লবা লৈতে। মী শিবদা পুথোকপা য়াবা লম্বী অমা ওইগদবনি হায়বগী মওংদা লৈ। অদুনা অব্রাংগী লম্বী পীবসি চাউনা পাববদা ফুট মঙা পাকপা লম্বী অমা মনীং থংবা খোংবানগা তায়ননা পীবদা তাবে। অব্রাংগী ইমুং অনীদুনা "য়াবগদি গাড়ী অচৌবা চৎপা য়ানবা ফাওবদংদি পাকহনবিয়ু, ফুট মঙাদুদগী অহেনবা শরুক্তুগী শেল ওইনা হঞ্জিনজগে" হায়দুনা য়াম্না কন্না হঞ্জিন হঞ্জিন হায়জবনি। য়াম্না ফজখ্রবা ব্রাফমনি, লম হায়বা মনীংদা পাক চাউনা লৈবিবনি। অদুবু জজ বাবুধোন অমদি পুলিস ওফিসাব জোতিন মখোয় অনীনা য়াদবদগী লম্বীদু ফুট মঙাদগী হেন্না পাকহনখিদবে। পান্থৈ লৈতবনা অব্রাংগী ইমুং অনী মনীংলোমদা ফুট মঙা পাকপা লম্বীদা চখোক চৎশিন তৌবা তাখবে। লম্বীদু নুমিদাংদদি অব্রাবগী মশক্তি, ওহ্নোক্লসু শাংখ্রবা শম্নবিবা লম্বীদুনগা মবোল অমা যুগোৎ চাদ্রিবা।

কুইদে মনীংগী খোংবানদগী ফুট মঙা খাক্লন্নগা মখা খম থেংবফাওবা চেকপলনা খাগৎখবে। অদুগা বাবুধোনগী শুমাঙগী অব্রাংথংবা মতাইদুদনা শন্বৈন্নেনা শাংনা থাজিনখবে। হৌজিক্তি অব্রাংগী ইমুং অনীদুগা কোন্সমগী ইমুং মবিদুগা তশেংনা

তোখাই তানখবে।

এসেমব্লি কন্সটিট্যুয়ন্সিগী ভোট নকশিল্লকপনা লৈকাই লৈকাইগী লম্বী শেমগৎ শাগৎপদা মীৎয়েং চঙনবক্তুনা থবক খংকন কনশিল্লকই। কোন্সম কোল্লূপকী থোক্লক্লিবা লম্বীগী মমাঙ পাংবদা লৈবিবা খুটি পোষ্ট মবিশুবা ময়াগী উকৃদুসু নৌনা শানবগী ব্রার্ক প্রোগ্রামদা য়াওবক্তুনা থবক পায়খৎপা হৌজিল্লকই। কোন্সমগী কাবশিং চৎপা য়ানবা য়াম্না ব্রানা উপাক থাদুনা শেম্মী।

ইমোইনু ইবাৎ থৌনিবা নুমিৎনি। মাইবমগী ইমুংদি নুমিৎসি য়াম্না লুনা লৌজে লোয়ননা মৈনচিংবসু য়াম্না মবাঙ কায়না থাল্লি। অঙাংশিংনা মোমবর্তিনা য়ুমদো পূময়োম য়োম্না থানবদুদি কয়াদি ফজবে। মীহুৎখোঙগী পর্দাদা ব্রাইখিদুনা চাকখৎলক্লিবা মৈদুনা মথং-মথং শন্দোকখিদুনা য়ুমদো চাকখৎপা হৌবকই। কোয়চেন চেন্নে, ফায়ব বৃগেদ ওফিসতা ফোন তৌদুনা খঙহল্লি। থীম্ভদনা ফায়ব বৃগেদকী গাড়ী থুংলখি। অদুবু মাইবমগী য়ুম তান্না চঙনবা লম্বী লৈতবনা তিংঙক মায়ঙক্লে। কোন্সমগী মমাঙ লম্বীবোমদা লাক্লবগী পাম্বেসু লৈতে, উকু চনখৎলিবনিনা। সোমদদি মাইবমগী য়ুমগা শাইজিন শাইজিন লোন্নবিবা জজ বাবুধোনগী য়ুমদা ব্রায়দুনা চাকপা হৌগৎলক্লে। ফায়ব এঞ্জিননা অবাপ্পা মফমদুদগী ঈশিং খবা কাপ্পকপদুনদি কৈদৌকনি। অকোনবদদি কোন্সমগী য়ুম অতৈসু মথং মথং ব্রায়নখিদুনা মৈনা তুম্না চাকখি।

(ওগষ্ট, ২০০৬)

# অচূম্বা লম্বী

প্রাইভেট স্কুলদা ওঝা মচা অমা ওই, মদুনা ইমুং পুবদি গুমদবনিনা মুহিন্দ্রো ওঝা ওইবা তোকথোক্লে। অদুগা প্রাইভেট বেঙ্ক অমদগী লোন লৌবগা মখোয়গী থোঙ্গালদা পাকখন ওই কবিওই দুকান মচা অমা শাবগা পোৎ-চৈ য়োনবা হৌখবে। পোৎলম শুনদি থম্বা গুমদে, খবা খবা মব্দ ওইবা পোৎলম অনী অহুম, অনী অহুমদমক থম্মী। হেক লোইখিবগা মাগী নুপীবু দুকানদু য়েংহল্লন্নগা তনচৎ চৎলগা কৈথেলদগী অমুক লৈকই। অসুম্না হোৎনবক্তুনা দুকানদো খবা খবা মওং তাবা হৌবক্লে।

লৈকাইগী ময়ায়বাইদা লৈবা য়ূম ওইখিবা অমদি লৈকাইগী মী পুম্নমক্না মাবু য়াবনে দুকানদো নোংমা নোংমগী চাওখৎলক্লি। হৌজিক্তি দুকানদো শেমদোক শাদোক্তবা য়াবক্তদুনা য়াম্না মওং তাবে। লোয়ননা মাগী দুকানদা ফংদবা পোৎ য়াওশিল্লক্তবে হায়বা য়াবে। বন্দ, জেনবেল ষ্ট্রাইক, কর্ফিয়ু অমদি নেশনেল হায়বেশিংদা ইকোনোমিক ব্লোকেদনচিংবা তৌজববসু পোৎলমশিংদি হান্নগী মমলদগী হেনগৎনা অমুক্তা য়োনবা য়াওদে। মণিপুবগী ঈবাং, ঈ-পাউ পুম্নমক বেডিওগী পাউ অমদি পাউচেশিংদগী মুন্না খণ্ডবনিনা ষ্টোকতা নোংমগী চণ্ডবা য়াদবা পোৎলম মবাঙ কায়না থমজিল্লি। অদুনা ইকোনোমিক ব্লোকেদনচিংবা নুমিৎ ১০/২০ নি তৌজববসু মীয়ামগী নীংবা থুংহনবা গুম্মী। হৌজিক্তি হায়নকদ্রবসু হোলসেল্লবগী কাণ্ডবুনা শেল য়াও য়াওদবা মাগী দুকানদা পোৎলম কয়া কয়া থাববি।

অকনবা চীংগী ঈবাং অমদগী নেসনেল হায়বে অনীমক্তা মতম কক্তবা ইকোনোমিক ব্লোকেদ থমখবে। কৈথেলদা ফংলিবা মমল থাদবা পোৎলমগী হোলসেল্লবশিংনা মমল হাইগৎলকপা হৌবে। মীয়ামসু ইকোনোমিক ব্লোকেদ তৌববদি পোৎ-চৈগী মমল হেনগৎলকপদা কবিসু হায়নকদে। হেনগৎফম থোকপনি খন্দুনা চৎনবী অমা ওইনা লৈনৈ। ফংহৌববোই হায়দুনা অতাণ্ডবা মমলদুদা মাগী লৈগদবা চাংদগী হেন্নদুম লৈশিন্নবিবনি; মথন্তা শীজিন্নগে হায়বগী পূকচেল পীকপা অমসু য়াওরি। মদুদা দুকান্দাবগীনা পোইনু, মতোন থোক্লিবা।

মতম শাংনা ইকোনোমিক ব্লোকেদ তৌশিনখিবদগী মুহিন্দ্রোগী ষ্টোকতা লৈবা পোৎলমশিং য়ামশিল্লক্তবে, নৌনা লৌকন্দবা য়াদবে। মাগী হেক হেক লৌফম সুন্দবদা

আলু, তিলহৌ, চিনিনচিংবা থাবক্লবা ফোন তৌই। "বাবু হৌজিক্তি ইকোনোমিক ব্লোকেদ মতম শাংনা তৌখিবনা পোৎ-চৈগী মমলদা হান্নগা য়াম্না খেন্নবা লৈবে। অদুনা ফোনদা রাবী শানবসে নুংঙাইরবোই বাবু অমুক্তা লাকপিয়ু।" মুহিন্দ্রোনা চৎখিবদা অতৈ দুকানশিং মহেশকী, সুনিলগী, জোতিন অগ্রাবালনচিংবদা চঙ চঙদুনা আলু, তিলহৌনচিংবগী মমল হংবদা চপ মান্ননা অহেনবা মমলদু হায়বকই। অদুবু মুহিন্দ্রো কবিসু হায়বম্বা তৌদে। সুন্দবগী দুকান য়ৌবে, মাসু চপ মান্ননা হায়বকই।

"কৈগীনো হান্নগী মমলদগী অসুক য়াম্না হেনগৎলিসে?"

"বাবুদি বেডিওদা পাউ তাদবে, খববসু পাদ্রমানে। ইকোনোমিক ব্লোকেদ তৌখিবা কুইবেনে। আলুগী মমল হেনগৎলকইবা অনীবক শুবে। তিলহৌদি ঙবাংদগী অমুক্কসু হেনগৎলে। বাবু অতৈ দুকানদসু হংবিয়ুনে, ঐ ইথন্তনা হেনগৎপা নৎতে।"

"ইকোনোমিক ব্লোকেদকা পোৎকী মমলগা করি মরী লৈনফম থোকপবা? ঐ লোইনা চঙলুববনি, হৌজিক নখোয় নখোয়গী ষ্টোকতা লৈবিবা পোৎশিংসে ব্লোকেদ মমাঙগী পোৎনি। হৌজিক্তি ব্লোকেদ তৌখিবদুনা পোৎ অমৎতা পুশিল্লক্তবে। অদুনা নখোয়না মান্নবগা লেপ্পা মমলনি, নৎত্রা? গভর্নমেন্টসিসু অঙকপনি, লৈতবগা চপ মান্নে। মমল থাবা পোৎশিংদদি কবিগী মমল হেনগৎতে? অদুগা মমল থাবা পোৎনা য়াম্মক্লগা মমল হেনগৎনা য়োনববা?"

"বাবু, মমল থাবা পোৎতুদি মমল ইবিবনিনা হেনগৎপা য়াবোই অদুননি।"

"অদুদনি খূবাক চাদৌবিসি। মমল থাদবা পোৎকী মমল হেনগৎলিবনা কবিগী?"

"বাবুনা দুকান ফম্মকপসি য়াম কুইবে অদুগা কবিসু খঙঙমদবে। হান্না বাবুহোয়দা পীবম্বা আলু বেগ অমগী মমলদুদা বাবুহোয়না তোংঙিবসি লুপা ৪০ নি। অদুগা ব্লোকেদ তৌবদগী হৌজিক তোংঙিবসিনা লুপা ১২০ নি, তিলহৌদনা অমুক্কা হেন্না তোংঙবনি। ঐখোয়দগী বাবুহোয়না য়াম হেন্না কান্নবিবনি।"

"হে: অদুগুম্বা পাম্বা মীশক্তো ঐদি নৎতে। নখোয় ঐখোয়গীদা য়েংবা য়াববা? অদুদি মীয়ামদি কবি ওইগনি? অদুগুম্বা যুগোৎ চাদবা থার্দ ক্লাসকী থবক্তু তৌগনু, নখোয় নুংঙাইবোইকো।"

"কবিনো, বাবু য়াম শাউবেনে।"

মী অতৈসু চঙলকই, আলু বেগ অমা পীয়ু, অনী পীয়ু। তিলহৌ বেগ অমা, বেগ অনী পীয়ু মথং মথং য়ামখবে। মুহিন্দ্রোনা ময়ামদা 'আলু, তিলহৌগী মমল য়ানদ্রি ময়াম ঙাইহাক্তা ঙাইবিখো।" অমনা "কবিনো ঙসিদগী মমল অমুক হেনগৎলববনে,

কয়া কয়া হায়বিনো?” মুহিন্দ্রোনা “আলুনা লুপা ৭০০, অদুগা তিলহৌনা লুপা ৭৬০ নি হায়য়ে।” “কৈনো অদুদি হান্নগী মমলনিনা, কৈসু হেনগৎতেনা।” দুকান অতৈদগী সুন্দবগী দুকাননা খ্বাইদগী ষ্টোক তৌশিনবা হেল্লি অদুগীসু মথক্তা পোৎ লৌথোক লৌশিনদা য়াম্না নুংঙাইবনিনা মাগী দুকানদা অমা চগুলক, অনী চগুলক মীনা পীক থনখবে। নৌনা চগুলকপা খূদিংনা “কবি তৌনবে, কবি তৌনবে” সি ঙাক্তনি হায়নবিবা। অমনা অমা হায়, অমনা অমা হায় পুন্নাঙ লাঙই। অমনা হায়বকই, “কবম্বা গথানোনে, ব্লোকেদ মনুংসিদা শেল খবা শাহৌগেদি হায়দ্রদনা মীগী হান্নগী মমলদুদা কদায়দৈ য়াদোইনো? ব্লোকেদ মনুংসিদবো।” খোয়শাওনববা অমনা “হে, নঙ কনানো, হীবমসিগী নঙনা ওথোবিটিরা? দুকান মচা অমা ফম্মগা অফাও শাগনু, মমলদুদা লৌবা ঙমদ্রগা অদুম চৎখো, ময়ামদা দিষ্টর্ব তৌগনু অঙব্বা ঐখোয় লৌগে।”

মুহিন্দ্রোনা শাউগৎলুবা তৌদনা তপথনা, “ময়াম শাউবিগনু, অমুক্তা তপথবিখো। চুম্মী হীবমসিদা ঐ ওথোবিটি নৎতে। অদুবু পোৎ লৈদৌবিবা ঐখোয় খূদিংগী বাইটতি য়াম চাউনা লৈবিবনি। কৈগুম্বা খবা হায়জগে—ইকোনোমিক ব্লোকেদ তৌখিবদগী পোৎলম অমৎতা পুশিল্লক্ত্রবনি। হৌজিক লৈবিবা পোৎলমশিংসিদি ব্লোকেদ মমাঙগী ঙাক্তনি। অদুনা মমলসু হান্নগী মমলদা অদুম য়োনফম থোক্তরা? হোয়, এয়ব ট্রান্সপোর্টতা লাকপা ওইবদি মমল খবা ব্বাংবা তাবনি, মদুমক্তি নৎতেদনা।”

জ্ঞান তাবা খবনদি চুম্মী চুম্মী হান্নগী মমলদা য়োনফম থোকই, মখোয়না ব্লোকেদকী মিংদা লৌনীংবা মমল লৌদুনা লৈরবনি। খবনা মুরুম মুকম শোন্নে “কদায়দগী ফৈজেদা কাবল ফৃজিল্লকইনো অফাও হেক শাবদনা। আলু বেগ অমা নুমিৎ নীনী/হুম্নি চঙনা য়োল্লম্বদুনা ব্লোকেদ মনুংসিদদি মমলসু হেনগৎনা য়োল্লিবা, নোংমদা বেগ অনী লায়না লোইশিল্লিবনি।” অমনা অমুক “কনানোনে ফবক তারিদুবো?” ময়াম মবক্তগী অমনা “হেবা নোংমা অগ্রবালগীদা ষীম পীফম থোকই-থোক্তে হায়দুনা ঙংখৎনখিবা কবি মমিংদো মনিন্দ্রো হায়ববা মুহিন্দ্রো হায়ববদুনি।”

“এ: মা ওইবদি মখোয়না হেঞ্জিনবা ঙম্মোই, মীদা অমনি, লাইবিক্লাসু য়াম হৈবনি, য়াম খঙবনি।” মনুংদা মুহিন্দ্রোগা সুন্দবগা খোল কনখৎনবকই।

“দুকান হেক ফম্মকপদগী নঙোন্দগীদা লৌদুনা খঙনবকপনিনা নঙোন্দা এক্সন হেক লৌখৎপদুদি পামদে অদুনা অমুক্তসু হায়বিসিনি হান্নগী মমলদুদা য়োল্লু, য়াদ্রদি থবক তৌবকপা তাবনি।”

“বাবুনা তৌবিনীংবা থবক তৌরকপদা কবিসু কায়দে। হৌজিক মমল হেন্না

য়োল্লিসি ইথল্লা নংতে। ঐখোয়গীসু এসোসিয়েশন লৈবিবনি।"

"হে নগুক কনগনু, সিগী মবমসিদা নখোয়গী এসোসিয়েশনদুনা কবিসু তৌবা গুম্মোইনে। নোয় লুপা লিশিং লিশিং ফাইন থীহল্লু হায়বরা? দিল্লিন্তা বিদ্রেসল ফোবমদা তাকঅদি পূমচাই চাইনিদো। খবা খগুনকদুদা নুংঙাইতদুনা তৌবনি, ফজনা হায়রিঙাইসিদা য়াওনে।"

ময়াম শাউনবস্বদু নেমথরক্লে, অদুগা মমিংতগী ওইনা হীবমসিগা মবী লৈননা মুহিন্দ্রোনা কনভীনর ওইরগা জে এ সি এমা শেন্নে।

"ময়াম হান্নগী মমলদা নংতনা পোং অমংতা লৌবিনু। ঐখোয় অমংতনা লৈদ্রগদি আলু, তিলহৌদো পংতুনা পুমদুনা মাগুজখিনি। আলু, তিলহৌনচিংবা চাদ্রগা ঐখোয় শিগদবা নংতে। মতাং চাবিঙেসিদা পাড়া অমা তম্বিহৌবা মখৌ তাববনি। মখোয়না ইকোনোমিক ব্লোকেদ, কর্ফিয়ু, নেসনেল হায়ৱেদা লেন্দ স্লাইদনচিংবা হেক তাখিবগা লৌনীংবা মমলদা য়োন্দুনা লাক্লিবনি।"

মমল থাদবা পোংলমশিংগী হোলসেল্লবশিংগী দুকান খূদিংদা, "পোংলম খূদিংমক হান্নগী মমলদগী হেনগৎনা য়োনবা অমদি লৈববদি মদুদা থোক্লকপা খুদোংথীবা পুন্নমক মশা মশানা পুজগদবনি" হায়না ইবা চে অমমম্ থেৎখবে।

দুকান্দাবশিংগী মবক্তা লাইবিক-লাইশু নীংথিনা হৈবা য়াওবিবা মখোয় খবনদি মুহিন্দ্রোনা তৌবিবা থৌওংসিবু য়াম্লা থাগৎলি। অদুবু অয়াম্বনদি শাউনৈ। মখোয়দি ইকোনোমিক ব্লোকেদ, কর্ফিয়ুনচিংবা তৌবকপা ঙাইদুনা লৈনরিবনি। খূদক্তা আই এস টিভি, মক ওইবা পাউচেশিং মপূং ওইনা ইংলিশ ইদিশননচিংবদা পাউসে পীকবে।

নোং ঙাল্লে, পাউচেশিংদা হাপ্পকপদো থেংনবদগী সুন্দবগী দুকানদ' এসোসিয়েশনগী মখোয় অয়াম্বা পুল্লবে। অদুগা সুন্দবনা মুহিন্দ্রোবু অমুক্তা লাকপিয়ু, ময়ামসু লৈবে ৱা খবা খন্নসি হায়ুদনা ফোন তৌবকই। "কবিগী অদুদা লাক্তৌবিবা, খন্ননীংবা লৈবগা সিদ লাকউ, অদুবু কবিগী খন্নগদৌবিনো, খন্ননবগী মচাক লৈতেনা, ঙবাং হায়বস্বদুনি মদুদা য়াদ্রগনা নখোয়গী আলু, তিলহৌশিংদো পংতুনা, পুমদুনা মাগুজখিবা তাবনি" হায়বগা ফোনদো থমজিনখি।

মথং নুমিৎকী পাউচেশিংদা মখোয়গী এসোসিয়েশননা মমল থাদবা পোংলম খূদিংমক ইকোনোমিক ব্লোকেদ মমাঙগী মমলদা য়োল্লনি হায়না হাপ্পকখি।

(সেপ্টেম্বর, ২০০৬)

# মঙাল

মোহেন বি ঈ তম্বা লোইশিল্লে। শেল লৈজদবা, সঙ্গ-পঙ্গ ন্নাৎপনা হৌজিক ওইবিবা মণিপুবগী ফীভমসিদা গভর্নমেন্টকী থবক ফংবা হায়বসি ওইথোক্কে। অদুনা ঙম্না ঙম্নবা লন্নাইগী ওইবা থবক মচা-মশু খবা শূদুনা পাং শানবা হোৎনবি। য়ুম পাল্লবা মতুংদা মাগী থবক মচা-মশূদুনা য়াবক্তুনা মমান্নবশিংগী তুং ইন্দুনা গভর্নমেন্টগী স্পালয়ব ওইখবে।

মাগী মমান্নবা জোয় বিষেনপুবগী পি ঐচ ঈ দিদা এসিষ্টেন্ট এঞ্জিনীয়ব ওইনা লৈ। ফেন্সিংগী এঙ্গল-আইরন অমদি ন্নায়ব নেটিং সপ্লায় তৌনবগীদমক য়াম্না তোয়না বিষেনপুবদা চৎলি। জোয়গা খবা কুইথনা ন্নাবী অমা অমা শাখিবদগী নুমিৎতুমদি খবা থেঙখবে। মাগী মোটোব বাইকতু খবা কল্লপ্না থৌগৎলকই। উংলৌ য়ৌশিল্লকপদা গাড়ীগী মনীং চাকা পঙ্কচব ওইবে, মমসু মমশিল্লক্লে। “অস: সিদি কমদৌনি” মনাক্তুদা ন্নাগী দুকান অমা লৈ। ফম্লল্লিবদু নুপীনি, মীয়ায় ওইবে।

“ইতৈমা নেভিকট উপু অমতা পীবিয়ু, ওম্বোকপা দাউ হায়দুনি।”

“কবি তৌবগেনে?”

“গাড়ীগী মনীং চকাসে পঙ্কচব ওইবে। মোটোব বাইকনিনা স্পেয়বসু য়াওদে। স্নায়সিবু ফোৎফমকা লৈগদবা?”

“ইহে, লৈবোইনে। ইবুংঙোদি কদায় য়ৌগদবা?”

“ইস্ফাল য়ৌজগদবনি।”

মবাম্নী ঙাইহাক খন্নে, ন্নাখল থোক্কে। মোহেন চুকটতু শাংনা চিংলগ মকোক হোৎলি। তাঞ্জাদুদা নুপামচা অমা স্কুটব থৌবগা হঞ্জিল্লকই। নুপীদুগা কৌনৈ, ঙাঙনৈ অদুগা থৌজিনখবে।

“হৌজিক্কীদু ইতৈমগী ইচানুপাবা?”

“মানিনে।”

“মাগী স্কুটরসে...।”

“উং, ইতৈমসু হৌজিক্তা স্তান লাকই, নঙ হায়বক্তুদা। হোয়নে, মাগী স্কুটরসে হেক পুখবো অদুগা হয়েং লাকআ লোইবে। ঐসু নুংঙাইতদুনা লৈরম্মীনি।”

মোহেন ঙকচায়ে, হৌজিক মণিপুরদবু অসিগুম্বা ৰাখল চেনবা মী লৈবিবোইবে খল্লগা ফুটরদু থৌবগা ময়ুম য়ৌবকই।

মতুংদগীদি বিষেনপুরদবু হাইথববদি উৎলৌগী মতৈমগী কা দুকানদা চঙলমদবা য়াওদে। হন্দক্তি খবা তোয়নসু চৎলি, বিল শাবনচিংবগী। ৰাবী সুম শাদোক্লবকপদগী হৌজিক্তি মুন্না খঙনবে। মতৈমদু ইম্ফাল নিঙোল ওইবল্লে। মোহেননা লৌরিবা নুপীদুগী থংনবা লৈকাইদগীনি।

নুমিৎতো পঙথেং থেংদবি। ফন্দ হেক থাদোক্লকপগা চ্যেক লৌহৌবা য়ানবা শেম-শাদুনা লোইশিল্লম্লগা বিষেনপুবদগী হাইগৎলকই। মতৈমগী কা দুকানদা ঙাইহাক পন্দুনা লৈ। য়াম্নমক নানবা নৎত্রবসু কাবক কাবক চংনবা য়াববা ফিবোল শেৎপা পাখঙ মচা অমা দুকানদা চঙলকই, কাগী ইঙ্গিৎ তৌখি অদুগা,

"তামোসে ঐখোয় স্বায়গী মান্দে কদাবাইদেনো?"

"ইম্ফালদগীনি।"

"অদো স্বায়দা য়াম তোয়না উই, কৈ-কৈ থবক পায়খৎপিরিবগে?"

"বিষেনপুবগী পি ঐচ ঈ দিদা সপ্লায় খবা তৌবি, লম্বী থোকপদুদা উবা ওইবমগনি। ইতৈমসু ইম্ফালদগী ওইবদুদা ঙাইহাক ৰাবী ৰাতাই তৌবম্মীনি। ইবুংঙোদি কবি কবি হোৎনবিবি?"

"কৈদৌনি তামো, বি এ লোইবে অদুসু ফার্ষ্ট ক্লাসতা কানা ঙমব্রপোৎনি। অদুবু গভর্নমেন্টনি হায়দুনা তৌইসিনা অঙকপনি থবক অমা ফাওবা পীবা ঙমদে। অদুনা কৈদৌকনি স্বায়দা সুম তাদুনা লৈবিসিনি।"

"অদো ইবুংঙোদি মমাঙঙৈ ইস্কোল কোইবা, অদগী লবৃক কৃমদুনা থবক কাদি শূবিবক্তবা?"

"অস: তামো মতমদুদদি অমুক্তোইবা লৌবূকতা কূমদুনা, অদগী ইস্কোলকাসে কোইদুনা য়াম হোৎনবকখ্রজাৎনিদা।"

"অদো, হৌজিক্তি?"

"কদায়দৈনোদা, হৌজিক ঐগী ফীভমসিদা লবৃক কৃম্মুবা কাইদো। ঐখোয়না ওইবা য়াবা থবক্কা লৈবদি তামোহোয়নসু খবা তাবিবকউ।"

"হায়সিনদি ইনাওদি লাইবিক হৈকবদৈ পূম্মাঙ হেক মাঙবা হায়দো ওইরেনে।"

মতৈমদো ঙকচান্নগা য়েংথোক্লকই। নুপামচাদুনা শাউবপ্লা,

"এ: তামোনা হায়বিবিসিবু! অদুদি অসুক ৰানা মতম চঙনা বি এ তম্মুইসি

মাণ্ডনবা ওইবদি হৌজিক লাইবিক তম্নবি ময়ামসিসু লোইনা মাণ্ডবা তাবিববা? তামোগী বাতাসিদি ননাওবু হেক্তা...।"

"নৎতে নৎতে শাউবিখিনু, ঐ ভাব তানবা হায়জগে। হান্নদি ইবুংঙোনা লবুক কূমদুনা ইখোল কোইদুনা পোখোক খবা মখৈদি পুথোকঅম্মিবনি। অদুবু হৌজিক লাইবিক হৈক্ববদে হায়বিবা খূদিংমক তোকখবে। হায়দি হৌজিক ইবুংঙোগী ইনকমসি জীবোনি। অদুদা হায়জবনি।"

খিৎতং ফাথখিবগুম তৌই। মতৈমদুনসু "চুম্মু চুমদবো, নঙ তামোনা হায়বিসে।"

"হৌজিক এমপ্লোয়মেন্ট একচেঞ্জদা থবক থিরিবা মীগী মশীংসি লাখ তকককী মথক য়ৌখবে। অদুগী মথক্তা মণিপুব গভর্নমেন্টকী মখাদা হৌজিক থবক তৌবিবা মীগী মশীংনা চাউবাক্লা লিশিং হুম্ফুগা খবখক্তনি। মখোয় লোইনা থবক্তে লৌথোকঅসু হায়বিবা থবক খিবিবা ময়ামসে থবক পীবা ঙমগদবা নৎতে। অদুনা গভর্নমেন্টদা তাইনবদি চুম্মোই। ঐখোয়না তল্লিবা লাইবিকসি গভর্নমেন্টকী থবক চঙনবগী তম্বিনি হায়না লৌনবগদি য়াম লানগনি। মসিদি ঐগী ঐগী নোলেজগীদমক তম্নবিবনি।"

"তামোগীসিবু . ।"

"ঙাইখোনে, হৌজিক বাবাহোয়না লৌবূক কূমদুনা অমদি ইখোল কোই-খোৎতুনা তৌবমগনি, তৌবিবনি। অদুবু মখোয়দি হাব খঙদে তীলহাৎ হীদাক খঙদে, এগ্রিকলচবগা মবী নৈনবা খূদিংমক্তা লম-সমদা লোইনা তৌবিবনি। অদুবু লাইবিক লাইশু হৈববা ইবুংঙোহোয়না হীবমসোমদা মায় ওনশিনবিবদি পীবিবা ইন্সট্রাক্শনগী মতুং ইন্না তৌফম থোকপা, হাপফম থোকপা চাংদুদং হাপকদোইনি। লোয়ননা এগ্রিকলচব দিপার্টমেন্টতা ঙাইহাক নৈতনা চৎতুনা তাথোক তাশিন তৌবদি হেন্না চাথোক হেল্লকওইদ্রনে?"

মতাংদুদা লাপুক্লা খূদৈ শেৎপা পাখঙ মচা অমা লাকই। "ঐ কৈনোমতা হায়গেনে, আদা লাকইসি ইবুংঙোহোয়গী লেঙ্গা ওইগনি, মাদি লাইবিক লাইশুদি কমদৌই?"

"কদায়দে এ বি সি মশক খঙগোৎতেদা।"

"ফরেনে, হৌজিক গভর্নমেন্টনা নখোয় অনীদা পুন্সি হৌদোক্লবনি হায়দুনা লুপা লিশিং য়াখ্খে য়াখ্খে পীবকএ হায়না খল্লসি। নবান্নীগী মবক্তা কনানা হান্না দিভেলপ তৌবা হানগনি?"

"অদুবুদি ঐনা হান্নিনা।"

"মদু ঐসু খঙডি। কৈনো হায়দা নঙদি লাইবিক-লাইশু নীংথিজনা হৈরবনিনা নঙোন্দা মতীক চাবা নোলেজ লৈবে; অদুনা বিজিনেসতা মায় পাকপা নঙনা হানবা তাবনি নৎত্রা?"

"চুম্মী, অদুদা...।"

"মসিদা মখা তানীংঙাইগী মবম লৈবমগদবা মান্দে। খুদিংমক ইচুম চুন্নবসু নঙোন্দা ইনুং নুংঙাইতে হায়বসি খঙডিনে।"

মতৈমনা পাখঙ মচাদুদা ক্বাদু পী। ক্বাদু লৌরগা "তামো ঙাইহাক লৈবিহৌখো" হায়বগা চৎখবে।

"ইতৈমা কনানো অসিবো?"

"মৈনো কৌবনি, এঃ লৈকাইসিদা লাইবিক হৈবা মা মঙায়বে হায়না লৈবিবনি। মবৈসু কনখ্রবা, মচিংসু ফৎখিদ্রবা, কনামতগা ঙাঙনা শক্লা ঙমপোৎতে। ইতৈমদি ঙসি নঙনা মঙোন্দা তৌবি মতৌদুদি মঙগা চপ মান্নখবে।"

মাদি মচিং ফৎতে হায়বদু খঙলুবদগী মোহেন খিৎতং ৰৌতক চাবকই। "অদুবু ইতৈমা, মরম্বু চাবদি মী খুদিংমকসে লোইনা ঙাঙনা শক্লা য়াবনিদা।"

অসুম্না ৱারী ঙাইহাক শান্নবন্নগা মোহেন হাইগৎখবে।

অতোপ্পা মফম অমদা সপ্লায় তৌনবগী চেপ্লোক-চেনশিনদা থবক চিল্লি, ফন্দ থাদোক্তবনা বিষেনপুরলোমদদি নোংমতসু চৎলুদে।

থা তবামুক্কী মতুংদা পি ঐচ ঈ দিগী ফন্দ থাদোক্লে হায়বদগী মোহেন বিষেনপুব হাইধকবে। হাইগৎলকপদা কুইনা উনকদ্রবা মতৈমগী ক্বা দুকানদা চঙলুই।

"কুইবেদা...।"

"ইতৈমা, বিষেনপুবগী থবক লোইবদুনা লমশাংবোমদা অমুক তাবে। সোমগীসে ফন্দ থাদোকএ হায়দুনা চৎলুবনি।"

"নোংমা সিদা নঙগা ৱাবী তৌনখিবা পাখঙ মচাদুনা ঙাইহাক লৈতে নঙবু লাকপরা হায়না হংঙিবা। তু, লাকপু লাকএ।"

মোহেন পাখৎলপ তৌনা করিগীবু ওইবমগদৌবিবনো খঞ্জান্নে। মচিং ফৎতেকা হায়দুনা মতৈমনা পনখিবদুদা কবিগুম্বা অমা অমা তৌবক্লবসু খন্দুনা খিৎতং চেকশিন্না লৈ।

"তামো, তামো চঙখিবা উদুনা ননাও থোকচরকইনি। ঐখোয়গী য়ুম আগী খোংনাং অনীশুবসিগী মনাক্তনি। চা অমতা থকমিন্নকসি।"

মোহেন তিংঙক মায়ঙক্লদুনা লৈ।

"চঙঙুচো, চঙঙুচো, ননাওনা হায়বিদো।"

মতৈমনা হায়বক্লবনিনা ফৎতবা ৱাখল খল্লুদবে। মাগী মোটোব বাইকতু ইল্লগা মৈনোগী য়ূমদা চৎমিন্নখবে। য়ূম হেক য়ৌবগা,

"ইমা, ইমা ঐনা ইম্ফালগী তামো হায়দো লাকইসিনে।"

"ইবুংঙোবা, ননাওনা নঙদা শোন্দুনা লৈববনি। চা থককিসি, ইমা চা লোল্লুগে।"

"ইমা তৌবিকনু ৱানবা।"

"কৈগী ৱাবা ইচাগীবো।"

তামো সোমদা অমুক্তা কূমথবিবকউনে মমাঙলোমদা চঙঙুসি হায়দুনা মৈনোনা মাঙ থাবগা চঙখবে। মোহেন পূমঙক ঙকই। চাউবা চাউববা কোবী থমচেৎকী ফৈদোম ফৈদোম, কোবী ফূলগী ফৈদোম ফৈদোমনচিংবা। ওল্লোক্লা ফজখবে, চাউখবে য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা হায়বদুমক থোকই ইখোলদো। মৈনোনা নোকফেৎ তৌবগা,

"তামোনা নোংমা ননাওদা পাউতাক পীবিবম্বা নুমিৎতুমদি ৱাখলনা তূম্বা য়াখিদে। অদুদৈ মসিগী থবকসি পায়খৎচবা হৌজখিবনি। তশেংনা তামোনা 'মঙাল' অমা পীবিদুনা ননাওগী মপোক অমা নৌনা পোকপিবে।"

"এ. কদায়দৈ অদুম্না হায়বিনুদা। মীওইবা ঐখোয়সে অমগা অমগা তাথোক তাশিন তৌনদুনা জ্ঞান লৌথোক লৌশিন তৌনবা অমদি অমগা অমগা মতেং পাংনবা হায়বসিদি মহৌশানি। মদুতদা চাওখৎপা হায়দো ওইবকপা ঙমদোইনি।'

মৈনো মমা মচানা হাপ্লকপা কোবি বোড়াদু মোটোব বাইকতুগী মনীংদা পুনশিল্লগা ৱাখল মকা লাম্না মোহেন ময়ূম পাংনা থৌগৎলকই।

(জুলাই, ২০০৬)

# মমি শাল্লক্কবা লম্বী

**বসন্ত মখুৎ**-মশা য়াম্না হৈ-শিংই, মানা চনবা উপু কাংথোনচিংবা অতৈনা চনবগা মান্নদে, কদায়দনোমা বাশি অমা হেক্তা লৈ। তৌবতবু থবক শূবদদি খরা নাঞ্জওনৈ অদুবু শূবা হৌগ্রবদি মঙোন্দা কবিগুন্না অমৎতা চঙলোই; থবক্কু লোইবা তানবা মীদানি। থবক শূবা হৌবসিনি মাগী খ্বাইদগী ৱাবিবসি। অদুনা মতম অয়াম্বদা লাইরেম্বীগী লুডো পার্টিগা লুডোদা উংথনদুনা লৈগল্লি। মানবু মাগী শিনফমদুদা নীংথিনা মায় ওনশিল্লবদি নহান্না ইমুংদো য়াম্নমক নুংঙাই য়াইফবা ওইদ্রবসু চবা থকপা ফাওবদি কোম্না পুবা ওন্নগদবনি।

মমাঙগী ইন্দ্রকুমাব ওন্তানা বসন্ত উনবা লাকই, মাগী মমাঙ কাদো বসন্তবু সিলিং থাহন্নবা। কালেন থাগা ওইবে অমুক্তোইবা শ্যাবনা, জিন্তগা ওইশিল্লে চঙবা ঙমদ্রবনি কাদো। বসন্ত থোক্লকই, ইন্দ্রকুমাবনা মখোয়দা ঙাইহাক্তা চৎলুসি কা অমৎতা নঙনা সিলিং থাবিদবা য়াদবে। কাদু য়েংলুসি হায়দুনা ইন্দ্রকুমাবগী য়ূমদা মখোয় অনী লাকমিন্নবে। কাদো য়েংহল্লে অদুগা চঙগদবা মচাকশিংদো মখোয় অনী চৎমিন্নবগা লৈমিন্নকৈ। "তামো থবক্তি হয়েংদগী পায়বা হৌজবগে, উদি তামো লৌথোকপিবন্মো" হায়বন্নগা বসন্ত হনখবে। ইন্দ্রকুমাবনা খূদক্তা চৎলগা উশিংদো লৌকবে।

নোং ঙাল্লে। ইন্দ্রকুমাব চৎকদবা থবক তোকথোক্লগা বসন্ত লাকপা ঙাইদুনা লৈবকপনা পূং মাপল তাশিল্লম্লে, ওফিস চৎনবগী মতমসু য়ৌশিল্লক্লে। ওফিসতগী হল্লকপদা শঙ্গোয়দা য়েংশিল্লি, উশিংদো মচী লেঙঙমদনা লৈবম্মী। বসন্তগীময়ূমদা চৎলুই, লৈবমদে। মপা লৈবম্মী,

"খঙদেনে, ননাওদুবু নোয়বোমদা থবক শূবা চৎকনি কাইনা হায়খিবনিনে, কদোমদা চৎগ্রবনো ইপাসু জ্ঞান তাদবে।"

"য়ৌজগ্রগে বাজি" হায়বন্নগা ইন্দ্রকুমাব ময়ূমদা হল্লক্লে। ওফিসতগী হল্লকপদা লাইবেম্বীদা য়েংশিল্লম্বদা মখোয়গী মবক্তা য়াওবা উরমদে, মাদি লাগ্নসু চখোক্কদবনি খঞ্জান্নন ময়ূম য়ৌবকই।

মথংগী নুমিৎতা ওন্না হৌগৎলগা বসন্ত উনবা চৎলি। বসন্ত হৌগৎলমগ্রি।

মমানা "নঙ তামো ইন্দ্রকুমার লাকহৌবনি" হায়দুনা হৌদোক্লবদগী বসন্ত মাঙোলদা থোক্লকই,

"অস: তামো ঙবাংদো তামোগীদা থবক শূকবগে হায়না থোবকপনি অদুদা ইমান্নবা থেংনদুনা মাগী ৱাংহৌবা থবক মচীৎ অমগী চৎতা য়াদদুনা মোয়দা অদুম চৎলে, ঙসি শোয়দনা লাকচরগে।"

"ফবে ফরে ঙসিদি শোয়বনু, ওফিস কাদ্রিঙৈ মমাঙদা লাকউকো।"

পূং মাপল তাশিনখবে, ওফিস কানবগী শেমজিন শাজিনবা হৌই। সুম্মক লাক্তে, মতম্না য়াবক্তদুনা ইন্দ্রকুমাব ওফিস চৎখরে। থবক খবা শূবগা পূং ১১ মুক তারল্লনি, ময়ূমদা ফোন তৌদুনা বসন্ত লাকপবা হংই। ওফ্লোকপগী অঙাংনিদকো ঙসাই অদুক নীংথিজনা হায়নবল্লবদুবু; মাগীসিবু এদভান্সনি হায়দুনা পৈশাকা পীদবদুদা লাক্লিববা খন্দুনা অশাওবদু ফাথবে। ওফিস হল্লকপদা ময়ূমদা চঙলমদনা বসন্তগী ময়ূমদা হান্না চৎলগা বসন্ত লৈববা হংলুই, লৈবমদে। মমাদো কৈথেলদা ৱাকৎ মীফম ফল্লুবদগী ঙন্না হল্লক্তুনা লৈবস্মী।

"ইমা, বসন্তদো নহানবুদি মমান্নবগী ৱাংহৌবা থবক মচীৎ লোইশিনবা চৎলুই হায়দুনা লাক্তবে। ঙবাংসু ঙসিসু লাক্তে, মঙোন্দ লুপা ২০০ সিদং খরা পীবিয়ু এদভান্সনি হায়বা তাবে। হয়েংদি নোংসু নোংমাইজিংনি অদুনা মাগী মতেং পাংথোক পাংশিন্দা য়াওবা য়াবে, খবা ঙন্না লাকহনবিয়ু।"

বসন্ত হঞ্জিল্লকপদা মমানা "নঙগী মমাঙ তামোনা লুপা ২০০ খক শিন্নবস্মী, এদভান্সনি হায় নঙগী। অদুগা হয়েংদি ঙন্তানা মোয়দা চৎকদবনি, নোংমাইজিংনিনা মাসু নঙগী মতেং পাংশিনগে হায়বস্মনি। কৈনো নঙ তৌবিসিবো? নহান নুমিৎ চূপ্পমা লাইবেন্নীদা অদুম লৈ অদুগা নঙগী তামোদা অদুক চাউনা মীনম্মিবনা কবিগী? ইমান্নবগীদা থবক শূবা চৎলিকাইদনা, ঙবাংসু ঙসিসু লাইবেন্নীদা লুডোদা উংদুনা অদুম লৈ। লাইবেন্নীদা হাপু চুদুনা লৈদোই শকক থবক্তো অয়াম্বসু নৎতে, কোক চৎলগা তৌথোকউ য়াদবা" হায়না বসন্তদা ঙাঙই। বসন্তনা মমাদগী পৈশাদু লৌবগা "হোয় হোয় হয়েং ঙন্তা চৎলগে" হায়বল্লগা চঙখি।

অয়ূক পূং তবেৎমুক তাবল্লনি বসন্তনা লাকপদো। তামো কাদা লৈবিবা পোৎ-চৈশিংসে থাংদোকপিবস্মো মা অসি ফাওবদা, কৈনোমতা লৈকগে হায়বল্লগা থোকখবে। খৈনি য়োনফমদুদা মমান্নবা অনী থেংনবদগী য়াদদুনা ঙন্তানা খুললোমদা অদুম হাইজিনখবে। বসন্তনা নীংশিংদবদি নৎতে অদুবু নুমিৎতুমদি ফীডম পুরা তাবে। অসুম তৌদুনা নুমিৎতুমসু ইন্দ্রকুমাবগী য়ূমদা অমুক হন্না চঙলুবা ঙমদবে। সোমদনা

নুমিৎতুমা খোয়দৌ শাউগৎ শাউগৎনা বসন্ত হল্লকপা ঙাইবদা নুমিদাং য়ৌশিনখি। মখোয়গী ইমুংগী ফীভমদুদা খুৎশূমল খরদু ফংহন্নীংদুনা বসন্তবু হায়নরুবনি।

মথং নিংথৌকাবা নুমিৎতসু লাক্তে, ইন্দ্রকুমার ময়ূমদা চৎলুদে। ওফিসতসু থবক শূফম লাকফম খঙদে। লৈবাকপোকপগী অয়ুক্তি, ইন্দ্রকুমারগী হায়ফম তৌফম খঙদবী পিং লাউবী মচিংদো লাক্তুনা বসন্তগী ময়ূমদা চৎলি। লৈরমদে, মমা থোক্লকই,

"ননাওদুবু হৌজিক ফাওবা থবক্তু হৌদ্রিববনে?"

"কদায়দৈনোদা ইমা।"

"কৈনো মানা তৌহ মতৌসিবো, ইমাবু কৈ হায়দোইনো খঙদবে; ঐদি নহান্দে নঙগীদা থবক শূবা চৎলিবনি হায়দুনা লৈবনি। হোবেন হল্লকঅগা ননাওদো জোন চঙনা ইমা বাবী শারগে।"

"হায়বিকবনু, মাগী মওং-মতৌসিদি তূক্কৎচৈ, য়াম হৈনদে, হৈনদে হায়বিসিনি. মপুন্সিদা মী ওইবসু ঙম্মোই। শূবিনবা মীগী মীমক্তনি; ঐনা থোকপা অমবু শূহল্লগে, য়ৌজহল্লগে।"

ইন্দ্রকুমাব ময়ূমদগী মফি-মবোল শেৎচিল্লগা থোক্লকই। ইন্দ্রকুমবনা হাথু-হাথু থোক্লকপদুদা মাগী নুপীনা,

"অমুক কদোমদা চৎপিদোইনো? বসন্তবু থেংনবিবক্তবা?"

ইন্দ্রকুমাবনা শাউবগ্না খোল খবা কল্লগ্না

"কদায়দৈ বসন্তনোদা, মা য়াম চিনহ্রমানে কৈথেলদৈ ময়াং মিস্ত্রী লৌকগে।"

"ঐদি নহান্না হায়জবনি, মথোঙ-মবম খঙদবা অঙাংনি। হৌজিকসিদি ময়াং মিস্ত্রীদনা মফরবনি, ময়াং মিস্ত্রী নেকসি নেকসি হায়না। অঙাংশিংনবু হায়দি নহানখে মাদি লাইরেন্বীদা অদুম লৈ হায়।"

"য়াবে য়াবে তোকও, খোয়দৌনা খোয়দৌ শাউগৎপনে।"

ইন্দ্রকুমাব কৈথেল চৎখবে। ময়াং মিস্ত্রী অনীগা লাকমিন্নে। থবক শূবা হৌখবে। মাসু ওফিস চৎখবে।

নুমিদাং পূং ১০ মুক তাবল্লনি বসন্তনা হল্লকপদো,

"ইকায়জখবেদা, ইকায়জখবেদকো কৈনো নঙনা খল্লিবসিবো। নঙ মমাঙ তামোদো ঙসাই অয়ূক লাকঅম্মী। ইমাদি মায়কাসে থম্ফম লৈখিদ্রবনি, নঙ মঙায়বেনে কদব হৈবিসে।"

খোঙকাপ অমা অনী ফৈবেং তুবেং থাংলগা লৈয়েং ফাইবপ বসন্তনা "কৈনো অদুবু, কয়াম চাউবা থবক্লো হয়েং চৎলগা কোক লোইশিনবিবগা লোইব পোৎতুবু।"

"চৎলুবনু কৈসু, কনানো অমবু শূহল্লনি হায়রম্বনি। লৌশিল্লুবা মীগী পৈশাকাদো পীথোকউচো, ইকায়জে।"

"এ: নহানগী লুপা ২০০ দুদি কদায়দগী, লোইখিবা কুইরেনা। ইমানা লৌহৌবনি ইমা খবা পীথোকপিখো।"

"কবি, ঐদি কদায়দে নখীবোং থকপদা লোইশিনখি ওইবিনিনে।"

য়াবে ইমা তোকঅসি মানা থোকপা তৌথ্রগে হায়বগা কাদা চঙখরে।

মথং নুমিৎ য়ুমশকৈশাদা ইন্দ্রকুমাবগী মীমান্নদ্রবা মখোল হৌবা স্কুটবদু য়াদদুনা মাগী ওফিস ময়াগী ব্রার্কশোপতুদা ইনশিল্লগা থনম্লে। অদুগা বিক্সো তোংদুনা ওফিসতগী হল্লকই। নহানমখৈদি ওফিস হল্লকপদা ইন্দ্রকুমাবগী স্কুটব মখোল হেক তাবগা লূকথবনি খঙদে মানা থোকপা ইন্দ্রকুমাবনা উদনবা হোৎনবনি। অদুবু নুমিৎতুমদি বিক্সোদা লাকপদুদা বসন্তগী পাম্বে লৈখিদে। বিক্সোদগী লাইবেম্বী লুডো পার্টি মবক্তুদা বসন্ত য়াওববা হায়না য়েংশিল্লকপগা মানা য়েংথোক্লকপগা চপ মান্নে। বসন্ত ফৃক হৌগৎলগা বিক্সো মনাক্তা চেনশিল্লকই,

"তামো নহানগোই লুহোংবা অমগী অথুবা তৌদা য়াদবা খবা লৈদুনা মাঙজুবে। হয়েংদৈ শূকশোয় শোয়দনা ননাও পায়বা হৌজবগে, মতাং অমা চাখিদদুনা তৌবনি।"

"য়াবে য়াবে, হান্না খঙহৌদবে, ইনাওদি অসুম্না থবক চিল্লম্লি হায়সে। ঐনা লানবা তাবে অদুনা অতৈবু শূহনখবে।"

সি হায়বম্লগা হন্না য়েংলমদনা ইন্দ্রকুমাব ময়ূমলোমদা বিক্সোদো থৌজিনহনখবে। য়ূম হেক য়ৌবগা মমাঙ কাদা চঙলগা য়েংই। অয়াম্বা শরুক লোইশিল্লম্লে। প্লাই অমা অনী থাজিনগদবদা মঙায়বে।

মথং নুমিৎকী অয়ূক অঙনবদা মখোয় লাক্লগা ব্রাৎলম্লিবা থবক মচেৎতু লোইশিল্লে। অদুগা হোৎতোক হোৎচিন তৌবগা খবা তাথোক তাশিন তৌনদুনা খূৎশূমল লুপা লিশিং অনী চামঙা পুবগা চৎখবে।

নুমিদাংগী চাক চাবগা মমাঙ কাদুদা ফ্লোর ফেনদু তপ্না থাবগা টিভি য়েংনা য়েংনা ইন্দ্রকুমাব ব্রাখল খনবা হৌবকই—"ওস্তোকপনিদা মৈতৈ মচা ঐখোয়গী মেন্টালিটিসে। ঐখোয়না ফংজগদবা পৈশাশিংসে মপান লমগী মীয়ানচাশিংনা অসুম্না অসুম লৌখিবা তাববা। অসুম তৌদুনা থবক খূদিংদা, হীবম খূদিংদা মখোয়গী খোঙদাফম ঐখোয় ইশা ইশানা পীবিবনিকো। মশাগী শিল্প্না পাঙথোক্লিবা নোংমগী চাবা তাঞ্জবিবা বিক্সো থৌবিবা মৈতৈ ইচীন ইনাওশিংনা কবিগী মায়খূম ফি

শীজিন্নগদৌরিবা? মতমবু মখূৎনা মেৎ মেৎতুনা পায়দুনা শান্নরিবা লমহাঙ তুমহাঙদা লুডো, ছত্রং, ক্যারনচিংবা শান্নদুনা ব্রাথী কাপ্পরিবা মখোয়না ওইনা মায়খূম ফি শীজিন্নফম থোক্লিববা? অহোংবা হায়বদু লৈত্রবদি মতম খবগী মতুংদা মৈতৈ চেক শূবা, উ শূবা, ইলেক্ট্রিক ফিট তৌবনচিংবা অমা থিবদা ব্রানা থোক্লগনি। খূদিংমক মপান্দগী লাকপা মীয়ান মচাশিংনা লোইনা পায়শিনখিবা তাবনি।"

স্বর শাংনা হোন্থবগা মখূৎ অনীনা লূখমদা লাকশিল্লগা মথক্তা ঙাইহাক য়েংখৎতুনা লৈকববা মতুং অমুক মখা তানা খন্থবা হৌবকই—"মণিপুবগী অপূনবা মীশীংগী চাউরাক্লা শরূক অহূম থোকপগী শকক অমা ওইখ্রবা মপান্দগী চঙলকপা মীয়ানচাশিং, হৌজিকসু নোংযা কাংদনা নৌনা চঙশিল্লকপা লেপত্রি। চহী কয়াগী মতুংদা মখোয়গী মীশীংনা কয়া ওইবক্লদবা ঐখোয়গীনা কয়াদা লৈবক্লদবা? পূম্নমকসিগী মথক্তা মণিপুবগী শেম্মীৎলোনসু মখোয়দা ঐখোয়না পীথোকখিবগুম মখোয়গী মখূৎতা লৈখ্রবনি। শূবা নোম্বতনা মখোয়গী মথৌদাং ওইরি। চেল্লিবা ঈচেলসিনা অহোংবা লৈতনা অসুম্মক চেন্থখিবা তাববদি পূকফবী ইমা লৈবাক নুংশিবী খঙনা খঙনা, তানা তানা, উনা উনা মতমগী ঈবোন্নুংদা নহাকপু অদুম্মক লূপখিবা তাববা? পেন্দি পেনখিদবেদকো?" অদুবু ক্লার্ক মচা মানা কবিদি তৌকবা ঙম্লগনি? হায়না মশা মথন্তদা হংজবি। টিভিদা কবি লাকই খঙদনা ইন্দ্রকুমাব ব্রাখলনা লূমথখিদুনা লৈতাফম খঙদে। অমুক খন্থকবি—"মশাগীতা খনবা গভর্নমেন্টকী ফম্লাইবা অমদি মীওই কয়ানা অবানবা লম্বীদা হালেঙবা লৈতনা মবল-মথুম কয়া তানশিল্লি, পৈশিল্লি। ফূবা-দলান মথোল মথোল শাবিবা, নুপী-অঙাংগী লূন্ন-লূন্নবা সনাগী লৈতেংনা চবোং চবোং থোল্লিবা, চাওখৎপা মশক খঙদনা চাওখৎপগী থাক য়ৌবে খঙ্জবিবা নখোয় পূম্নমকসু মতমগী ঈবোন্নুংদা লূপখিবদা য়াওখিগদৌবিবনি।" অসুম্না ফূম্বংনববা ব্রাখলনা লাকহৎলুববগী থংনবা মীৎকূপ্তা টিভিদা লোকতগী চেন্থবকপা তক-তকবা ঈচেলদু উরুরগা মশা পূম্বা খংতেক তেকখৎলকপগুম্মী। থোঙনাওদা য়েংখৎনীংলুই,ঙ্গপানদা নুংশি নুংশিববা উচেকশিংগী খোঞ্জেল মথং মথং তাবকই।

(জুলাই, ২০০৬)

